মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিনা ইং ১৯৭৬ গী খনগৎপা লাইরিক্কী মনুঙ চলহনবীহ্না শেনগী মতেঙ থবা পীবীবদগী ফোঙদোকপা ঙমজরে ।

---

# সন্দ্রেম্বী-চাইশ্রা


অইবা ১দি অফোঙবা

নিংঙোম্বা মনিজাও

ফংফম থোকপা
হকশিং মপুশিনি।




লাইরিক অসিগী কনাগুম্বা মীওই অমতনা মপু তাক্লমদনা করিগুম্বা হীরম অমতা লোৎলক্লবা শীজিন্নরগা হাইরোই। করিগুম্বা শীজন্নবীবা তারবসু মপুগা উন্নহনা চৎথবীগদবনি। অদুগা লাইরিক অসিবু ফোংদোক্লবা ইজরক-পদা চানবম বীরহরি অহনদগী অমদি থিংবাইজম মুহোল-সিং ঈয়াম্বদগী থোইদোক্লা মমল য়াম্নবা মতেং কয়া অমসু ফংজখি। মসিগীদমক্তা ওথা অমদি ঈয়াম্বা অনীগী শিংঙমদ্রবা লম্মল কয়াবু তোলশিল্লবনি। লাইরিক-কসি নম্বদা অশোয়-অস্তাম অমদি চীৎথ-নাম্বহৌবা, হেঞ্জনবা য়াওরম্লসু কনা-গুম্বনা তাকপীরক্লবদি য়াম্না নুংঙাইজগনি। মথঙগী খুৎনমদা য়াব-মখৈ শেং-দোক্লবা হোৎনজনি।

ফাইরেলগী হুমনি পানবা ঈরায়
তাং ১০।২।৭৮ ইং

নীংশীংজবা—
মনিজাও

অহানবা খুৎনমঃ—ইং ১৯৭৭ - ৭৮
লাইরিক মশীং ১০০০

লাইরিক ফংফমশিংঃ—
ওঃ কেঃ ষ্টোর, ইম্ফাল
অমদি
অয়াম্বা ষ্টোরশিংদা

মমল লুপা ৭.৫০

নম্বম ঃ সারা উইমেনস প্রেস, নাগা মপাল ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

"সম্রেন্বী চাইশ্রা" কৌবা ৱারী অসিনা থোকখিবগী মৈহৌব-ৱোলবু চহি-চা কয়াদগী মাঙলক্তুনা ঙসি ফাওবা চৎথরক্লি হায়বা শেংনা থঙহল্লি। পথাঙ্ পুথাঙ্ য়েনা ফুংনাক ৱারী ওইনা মমল য়াম্লবা লৌথূল ভাকপা অমা ওইনা ৱারী অসিনা মৈতৈ হায়বা ফুরূপ্প্ মতম চুপ্পদা কল্লক্নী।

কংলৈ মৈতৈ সনা নৈপাকন্তা খুঃগীনা ৩০ শুবদা নোংদা লাইয়েল পাথংবনা মশাগী চহি ২৭ শুবদা কংলৈ ফম্বাল তোংই। মরম অদুনা "চৈথারোল কুম্বাবা" "নিংথৌরোল লম্বুবা" অসিন-চিংবা লাইরিক কয়াদস্তু পাথংবদগী ইবা হৌনৈ। অদুবু, সম্রেন্বী চাইশ্রাগী ৱারী অসিদি খুন্নুং চক্ৌনা লোইশিল্লকপদা পানখিবা অঙোম নিংথৌ, মৈতৈ নিংথৌ "কুপত্রেং, সেম্ব্রেং" গী মতমদা থোকখিবনি হায়দুনা "কংলৈ শঙলেল পুবা" অমদি "খাগেম্বা' য়ুম-লেপ্" কৌব-নচিংবা পুয়া কয়াদা য়াওরি। ৱারী অসিদগী ঐখোয়না খঙডি—ঐখোয়গী ঙসি ফাওবা চৎনরিবা চৎনরোল পথাপ কয়া মতম অতুদগী হৌবনি; অমদি অরানবনা মতম খরা অচূম্ববু নমহৎলবস্তু তুং কোইবদদি অচূম্বনা মায় পাক্লকই। মসিমক্লা মরম ওইদুনা পথাঙ-কোক-পুথাংকোক্নী লৌশাঙ শীৎপা ৱারী মান্না পান্দম লাকপনি। হায়জনিংবদি—সম্রেন্বী-চাইশ্রাদা য়াওরিবা পম্মৌ মপাম্বুঙ তাঙ্জ লাংওন পাথংবগী চীনগোয়্য ময়াখংস্তু কায়হল্লনা, ঙাক্তু্না কুপত্রেংগা, সেম্ব্রেং নিংথৌ অপাম্বগা মচীন-মনাও অনীগী থোইদোক্লস্তু ফজপ্রবা,

তমজনীংঙায়গী মশক কয়া ওইরবা চৎনা পথাপ অমদি সুংশি চান্নবগী চেৎলবা লীপুন্দগী হেন্না পাংগনবা, চেৎপদি তাইবঙ পানসিদা অমমুক লৈত্রে। লীপুন অহু হুমিৎ থানা পাল্লিব-ফাও অহুম মূৎপা মাঙবা লৈতনা তাইবঙনা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লিবা মথৈদি অঙুম তেক্ত-কায়দনা লৈহৌজন্নু হায়বদু লাইরিকসিদা য়াওরিবা "কম্বাল লূতীন লাইরক্চন" অসিগী মতুঙ ইন্না ঙসি মৈতৈ নিংথৌনা কম্বাল তোংবা তারবদি অঙৌ পাম্বা (অঙোম নিংথৌ) না কম্বাল কিরোল শেত্তুনা তোংবা অমদি মৈতৈ নিংথৌদা কম্বাল কিরোল শিন্নহুনা কম্বাল তোংগদবনি হায়বহুন্নু শেংনা পল্লি।

অসিদা নত্তনা "সন্দ্রেম্বী থোরক্লো, নহুম পোক্লেন লাবী্শে, লাই খূবাক খূবীগে" হায়বনচিংবা শৈশক-শৈথা-নহুনা ঙসি ফাঙবা মুৎলক্তনা অঙুম লাইগী তীনগী, ঊমং লাই হরাওবনচিংবা, নিংথৌগী খোঙশাল্লমদাই, য়াকায়রোল কয়াদা শীজন্নতনা লৈরি। অহুপ্পা সনালেম্বী (সন্দ্রেম্বী) বু মপাম চাক্কৌদুনা চাইশ্রা মমা-মচানা হাৎপদা মাগী য়াইবী থরায় মঙাহুনা চেক্লা লম খুহু অমা ওইহুনা লাংওনখিববু মশাবী সেন্দ্রেং নিংথৌনা নিংথৌ-কোন্দা পুরক্লুনা চেৎনা থম্বদা সনালেম্বী শারিবী চাইশ্রানা লম খুহুবু হাত্তোক্লগা থোংই অমসুং নিংথৌদা পীজগে থৌরাঙদুনা থম্মী। অহুদা নিংথৌনা থিরক্লুনা খঙবদগী অথোঙবা য়েনশাঙবু মপাল্লাংদা পুথোরক্লগা য়েন্নখাগী নমলোন্দা শরী রাশক্লনা মাক্লেম লৈরোল চন্দুনা থম্বদগী হৈরাঙ পাম্বী অমা ওইনা লাংওন্দুনা হোৌরকই। হৈরাঙ অহুবু "তাওউক্লিং হৈনম নাইবা" কৌরম্মী। সনালেম্বীগী শমু হকচাংনা লাংওন্দুনা ওইহুখিবা তাওউক্লিং হৈনম নাইবা হৈরাঙনি, হৈরাঙহুদগী

অমুক হয়া সনালেম্বীনা তাইবঙ মীপোক্ কংখি হায়দুনা হৈরাঙ অদুবু "হৈশাং ( হৈজাঙ )" হায়না কোল্লোয়নখি। অসিগুম্বা তাউজিং হৈনম নাইব। অসিবু তইবঙ মীপোক্না অহন অমা ওইনা লাংওল্লিবা খোইয়ুম লাইয়িংথৌ অশীবনা হৈনম নাইবা অসিবু চহি শাংনা মাঙহনগদবদগী কনবীথি অমসুং তুং ফাওবা "খোইয়ুম লাইগী থৌনি, ঈরাং, পুরুম লৈপায়নবা অয়াম্বদা য়াওহনা শীংথা-নসনু; অসিগুম্বা হৈরাঙ অসি য়াওদবা য়াদবা ওইরসনু" তাকপীখি। রাফম অসিমক কায়দনা অপোক অশা থাবা থৌরম অয়াম্বদা "হৈ-মনম নাইবা" হায়দূন হৈজাঙনা অকরবা ওইহনা অতুম শীঅরি। অদুগা সনালেম্বীদি মপূরোইবা সেন্দ্রেংগী কল্লোয় মমিং তুংইন লৌদুনা "সন্দ্রেম্বী" হায়না মিংথোনখিরম্মী।

"কংলৈ শঙলেল পূবা" পুয়াদা হয়ি চক্তগীনা খুন্নুং চক্কী অরোয়বা সনা ভাংজেংস্বুগী মতমদা ঈশিং চাউহনা লৈপাকসিবু খুল্লাকখিরা ফাওবদা (নোংদা লাইরেল পাখংবগী মথক্তা) পাল্লম্বা নিংথৌরোলম মশীংবু ১৬৩ শুনা পানখি হায়না থেংনজে। অদুগা "খাগেম্বা য়ুমলেপ"কৌবা পুয়াদা য়াওরম্লিবনা হয়া চক্তগী খুন্নুং চক ফাওবদা পানখিবা নিংথৌরোলশিংবু মখাদা মথঙ শীংনা পঞ্জরি।

হয়া চক্তা পানখিবা নিংথৌরোলশিংদি—১। লৈহুঙ কোনচিরেল পাখংবা; ২। শাকপা; ৩। লাংকপা; ৪। রাংকপা; ৫। লাংথাকপা; ৬। লাংয়ানবা; ৭। লাংজেঙবা; ৮। মুরা নিংথৌ; ৯। থাঙহীবা; ১০। থৌদাবা; ১১। নাথৌবা; ১২। নাচাওবা; ১৩। উমিবা; ১৪। উয়ানবা; ১৫। থীকলোঙবা ১৬। থীকনবা; ১৭। ন্যাথাংবা; ১৮। উরাবা; ১৯। য়িঙৌবা; ২০। কপকোবা;

২১। ভেত্তে অসনবা ২২। অংমুলাবা; ২৩। কংতিলোং খেমশাবা; ২৪। লোং অলোংবা; ২৫। হোংশাং লৈমানবা; ২৬। অলোং অলাবা; ২৭। উনম অশাঙবা; ২৮। মেনতে মেলোংবা; ২৯। মৈরা থানবা; ৩০। কথাল থৌবা; ৩১। নারোঙবা; ৩২। মৈতিংকোল; ৩৩। চুময়ানবা; ৩৪। পাইচং খুন্দাবা, ৩৫। থুম থুম অথৌবা, ৩৬। মোরীয়া ভাংশাংবা, হায়রিবা নিংথৌ ৩৬ অসিনি।

হয়া। চক্রী মতম্ভ খুমুং চক্কো পানখিবা নিংথৌরোলশিংদি—১। ককমুবা; ২। ভোংকোম্পা; ৩। পিতিংকোই; ৪। লামপিচা; ৫। শাপায়বা; ৬। পোংলেল খোম্বা; ৭। নোংদম থুবা; ৮। নোংদমহনবা; ৯। পোংথাবা; ১০। হৈনাউপোই; ১১। থৌরাইপা; ১২। হৈরোঙ-ভাঙ; ১৩। য়ুহাবা; ১৪। হৈরোঙলেল; ১৫। লোঙচুম্পা; ১৬। মপু-থিবা; ১৭। তুবু থিবা; ১৮। লোকলৌ খামেল্লোকপা; ১৯। খীংখীং ভাঙবা ২০। সনা মনিক খোম্বা; ২২। তৌকাই ভম্বা; ২৩। তেম্বাহৈবা; ২৪। তিংকোই ভম্বা; ২৫। য়াইরিবা; ২৬। লুকাংবা; ২৭। চীঙলায় ভম্বা; ২৮। ভকুপ ভরেংবা; ২৯। তাঙ্জ লাংওন পাথংবা, ৩০। কুপত্রেং ৩১। সেপ্রেং, ৩২। মেনচি সনাবা, ৩৩। থারৈ লালহৈবা, ৩৫। থারৈ লৌকাইবা, ৩৬। থারৈ সুবা, ৩৭। থারৈ ভেলহৈবা, ৩৮। চেকলৈ য়ায়মাবা, ৩৯। সনা ভাংজেংম্বু; নিংথৌ ৩৯ অসিনা পানখি। সনাভাজেংমুনা পানবা মতমদা লৈপাক অসি ঈশিং চাউহনা ঈথম্বদগী তাইথঙ লৈবা য়াত্রহনা খুন্দাক-লৈভাক্লে। মী পুম্নমক থা, রাং, নোংপোক, নোচুপ্পা লৈরিবা অতোঙবা লোইবী চীঙদা কাদনা লৈনখি। ভাইরুঙ থরনা চীঙলোল মাপন লম্দুনা-খুনশেমখি। লৈপাকসিনা

খুন্নাক-লৈতাকখিবা অমদি অম্বুক নোনা খুম্হোক-খুল্লিংহুনা পানখিবম্ কংলৈ শঙলেল পুবা পুয়াদগী শম্লপ্পা থরদঙ পীজরি।

ঈশিংনা লৈতাক-খুন্নাকখিবা

থাঙহী ঙাংঙোই কংলৈ (মোইরাং) দা মরাংবনা পোক্লম্বা "লনহাং ঙম্বা" হৌসি য়াম্না হৈ-শিংবা বুরুম (মৈতৈ) লৈপাক্কী মৈহৌরোল খঙবা, খোইযুম লাইগী তৌনখোঙ-সাইখোঙ চংলম খঙবা, খঙ্দ-হৈতবা লৈতবা, মমিং-মথ' চংপা, তাইবঙ মপোক্কুগী অথোয়বা অমা ওইদুনা কুরুম লৈপাকপুম্ব সংপ্না পল্লম্মী। লনহাং ঙম্বগী তাল্লোয় নাউ পুরিবীবু পোক্কদবা কুমজা মতম হেলমল্লহুনা পুরুম থৌনিহুনা নাউরাবু পুহং-পাউহংগে তৌই। অহুদা লৈপাক্কী মীনোকখোল কনবনা কৌথোকপা ওইনা নাউরাবু থোকখিহুনা পল্লেম শীন-য়োম্নুংদগী লরাই লেলফু শম্লাঙ খায়না লৈচিল শেনফ্রাগুম, নোংফাইগুম্না পাইথোকথ্রগা চংখি। লনহাং ঙম্বনা মচানি হায়বমু মহায়ব', পোক্কুবরা মপোকপা, মনা-কুম্ব লৈতনা মফম খঙদনা মাঙখিবা মরম অসিদা মবুক্তা মুংঙাইতবা, অরাবা কয়া ওইখিবদগী মচা অমতং তাইবঙলেন্দা ফংজগে চপ্ যুংনা নীংথ্রে। নোংদম্বা লাইয়িংথৌ অশীবা লাইবু পুরুম লৈপায়জগে রাখন্দুনা অঙাওবগী পান্দমগুম্না মায়কৈ শল্লাই খঙদনা নোংচুপ হারমগী চীঙশাঙলোমদা উমং-রামং, চীঙখোঙ-চীঙয়া, লোক-তায় খুদীং কোয়না চক্তুনা অচীকপা লম থিরক্লে। অহুদা ঈশিং খোং অচৌবা অমা চেল্লদুনা উ রা, হৈ-লৈম্ব য়াম্না চঙখোম্না হৌরম্বা, নোংচুপ হারমগী চীঙ অচৌবা অমগী লোকচাও অমা থেংনরে। লোক অসিগী ঈশিং অহু নোংচুপ পাংনা মনীং তম্না চেনখিবা ঈশিং ঈরম অচৌবা অমা ওই। "মফম অসিদা ঐগী লাইনিংফম নীংথীনা সেমদুনা চাবা, তুম্বা

নীংশীংবা লৈতনা লাইয়িংথো অশাববু পরৈ চেংনা থাগোম্নহনা নীংলগে" হায়দুনা মফম অদূদা মতম তুংশাংনা চাদ-থক্তুনা নীংলক্লে। লনহাং ঙম্বনা লাইনীংলিবসি কায়হন্দ্রবদি নোংদম ফাৎলম (লিসা) কায়বা তারে হায়দূনা অশীবা লাইনা মনাও পাখংবদা খঙহলখি। অতুদা পাখংবনা লনহাং ঙম্বগী লাইনীংলিববু থুগায়নবা হায়দূনা খাবা তাউরোইনাই তরেৎ থান্নকই। মতম অসিদা মতীক-মঙন লৈরবা মখোয় খাবা তাউরোইনাই তরেৎ অদূনা মানা মানা ঙম্বা মতীক মঙন পুথোক্লহনা মালেম্বু থ্রক-থ্রক নীক্লা থাক-লাউ-খোংনা ঙংহনা লনহাং ঙম্বনা লাইনীংলিবা মকম অদূদা তাররে। মখোয় তরেৎমক্কী হৌ-লাউনা ঙংলকপা অকনবা য়াউরা খোম্থোক্তুনা চীঙজাওগী লোক্লুঙ্‌হনা হক্লা য়ৈথিবনা চীঙ অদূ নীঙথায়বগুম্না ঙংহনা পুমনীল নীন্না লৈরম্মী। মতুদা লনহাং ঙম্বনা খংহনা লাইনীং পরৈ কায়দূনা মমাং খংপাঙ পাঙথোরক্লগা য়েংথোকখিরম্মী। অতুদা চীঙমতুম খিনবগুম্না ঈরঙ্‌লংনা, মথপ ময়াঙ থেক্লা মখোয় তরেৎ-মানা মনাক্তা তাহনা লৈরম্মী। মশক অতু উবদা লনহাং ঙম্বা মবুক তাথীনা শাউখিহনা "ঐনা নীংবা মরমসি কায়নবা খুজীল-থৌরাঙ-লিবা ওইরবোরে, খঙগনি" হায়দূনা তুং হন্না য়েংথোরকপদা মনাক্তা মতাঙ তরেৎনা শা-লম চনবা লূরাং তৌ হাপুঙ্‌ অমা হৌবা উরম্মী। তৌ অতু খুদাপ অমা ফুক্তুনা তাউরোইনাইগী লাইগিং মিংথৈ হাপ্তুনা মখোয় তরেক্তুদা য়ৈখি।

লনহাং ঙম্বগী লাইমিংনা কনবনা মখোয় তাউরোইনাই তরেৎমা লৈবা, খাঙবা ঙমদ্রহনা ঙংহনা চীংজাও তন্না চেনখৎনখি। অতুদা মখোয় তরেৎকী মখোঙনা হোৎথরম্বদা চীঙমায় অতু নীংখায়দুনা

লোক্কী লাইজ ঈরম কন্না চেল্লিবত্থ ফুন্দুন। ঈশিং চেন্দনা মোখত্তুনা লৈরে। ঙাইহাক লৈরগা তাউরোইনাই মখোয় তরেৎনা হোগায়দূনা লোক্তাক তান্না চেন্নখি। মখোয়না চেন্নখিবা মরম অত্থদা লোক্তুগী ঈচেল খোংলম অচৌবা অমা ওইত্থনা অপনবা লৈতনা অকী-তুজুং ওইনা ঈশিং অত্থ চেনসনখি। লোকচাও অত্থগী হান্না চেল্লম্বা ঈশিং ঈরম্বু চীঙজ্রাওসিনা নীংখায়দূনা ফুন্দুনা মেনখি হায়ত্থনা চীঙগী মমিংবু "মেন্দে লৈকীম্বা চীঙ" কৌখি।

ঈশিং অসিনা অপনবা লৈতনা নোংগাংদনা চেনশীল্লক্তুনা খা মায়কৈ তম্পাকশিং ঈথূমদূনা তাইবঙ মখৈ লৈবা য়াবা, খাঙফম অতেঙবা য়েংনত্থনা চেন্নখি।" ঈশিংসিনা চেম্বখিনবা ঈরম মতীক চাবা লৈতবনা নোংমা নোংমগী ঈথূম্লকপনা অরাং পাংনা চেনশীল্লক্তুনা কুরুম লৈপাকপু তাইবঙ খুন্দা লৈতাবা ঙমদরে। অঙোংবা ঈশিং থূমলোয়দবা য়েংনত্থনা লোইবী চীঙদা তাংজ ফবা লম থিত্থনা মানা মনা খোঙদানিংবা খা-রাং, নোংচুপ-নোংপোক মায়কৈ মরীমক্তা চেন্দূনা খোঙদাদূনা লৈনরক্লে। নোংমা কংগত্রা মকঙদে, ঈশিংনা চাউবা নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্তুনা লৈরক্লে। কুরুম লৈপাকপু হুংশিবনা লোইবীচীঙশাঙ অকোয়বদা লৈত্থনা চীঙদা লোক তায়দা চাবা য়াবা মশক মখৈনা তাইবঙ থরায় হিংনবগী অহাওবা মশক ওইনা চাদূনা খাঙদূনা, তাইবঙ কোইজাইনত্থনা লৈনরম্মী! মুরাং লনহাং ঙম্বগী ঈশিংনা কুরুম লৈপাক, কংলৈ পুঙমায়য়োনবু লাইজ ঈথূমখিবনা লৈতাক-খুন্দাকপদগী লৈবসি লৈহৌদগী লৈরকপা ঈনূঙবূঙগুম কুমজা মতম হুংশাংনা লৈরক্লে।

খুম্বোক্কনা অমুক হয়াওবা

অস্মুম্না লৈপাক অসি নিংথৌ কাংলবদা ভাইবঙ মীওইবস্মু লৈত্রবদা, খোইয়ুম লাইয়াম্না রা-তাম্নরে; "ঐখোয়গী মীয়া পোংথোক লৈপাক অসি লাইনা থাবা লৈপাক্নী। লৈপাক অসি মপু পান্দয়ে। খোইয়ুম লাই ঐখোয়গী মপু থিরসি। নিংথৌ অদূ পাল্লবদি ভাইবঙ মীস্মু হল্লক্কনি। হৌজিক লৈপাক অসি কায়রে" হায়না চীঙঙু লাই-য়াম খন্নরবদা "নোংপোক নিংথৌ কায়নৌ চীঙসোম্বনা" হায়রে;— "লাইজ তরঙ ঈশিং অসিদি ঐনা চিংথোক্কনা কংহন্নবা থৌরাঙ তৌরগে। লাইয়াম নখোয়না নিংথৌ মপু থিরুও" হায়না থৌশীল্লম্লগা নোংপোক নিংথৌ কায়নৌ চীঙসোম্বনা হাওরে খা সম্বোঙ পাংনা কুমথরক্কনা মেন্দে চীঙগী লোক্নী ঈশিং লৈতাক তুরেন্না লোক্তাক্তা চেনশীন্দুনা তারম্বা ঈরম্বু হায়া থিংহুনা অনোবা ঈরম অমা পীখি। অতুগা খানমলোন চীঙশাঙগী মৈরম পাংনা খোঙ্গাখিহুনা মখূৎস্মু য়োৎসুক্না চীঙয়াদঙা থিনগায়হুনা হুৎলগা ঈশিং চেন্নবা লম্বী শেম্মী; মমিং "চীঙনু হুৎ" মিংকৌনখি। ঈশিং ফাৎপা লোইরহুনা খোঙ-ঙ্গারক্কপদা ঈশিংনা ঈরাওখোল চাউনা থুনা য়াঙনা চেনখিবনাময়েং থুনা তাখিহুনা চীঙচেং অমদা হোবা উ অমগী কারোং মশাদা চাউরবা লেমলৈ ঙাপী অমা ঈশিং কংখিবনা হান্দুনা উশা কারোং অতুদগী লাম্বোকপা নংহৌদনা, উশা অতুদগী লাম্বোক্কনা ঈশিংদা চোংথবা ঙন্নবা চোং-ফন্দনা হাইদনা য়ান্দুনা লৈরম্মী; অহু নোংগীবু "ঙারীয়ান চীঙচেং" হায়নখি। মকম অসিদগী নোংচুপ পাংনা লাকপদা লাইজ ঈরোম্মুংদা, লৈকুৎ লৈরায়দা লৈবা মপুক্না মথান্না চৎপা মশক

ঙারী=ঙা অরীবা ঙাপী অচোবা শরী।

অমা মশাং লাকউমদনা চাউ অচেঙবা অনীগী মরক অতেম্বা খরদা ম:খায় মশেন-মক্তা মশা মশা লৌশিন-য়েৎশীন্নহনা লৈরম্মী। অহু নোংগী "ঙাপ্রুন চাঙজেং" হায়নখি। অম্মুন্না কুরুম লৈপাকপু ঈশিং কংথ্রহনা মালেম লৈতারক্লে। অকুৎপদা ঈশিং খরা তুঙহৌবা নত্তনা পূমকং কংনথ্রে।

লৈপাকসিদা লৈরিবা খোইয়ূম উমংলাই পুম্বা মাগী মাগী লারোয় শাংলোয়গা লোয়নহনা লাই পাখং, লাই নূরানচিংবা লোইনা কংলৈ পুঙমায়য়োন্দা খোঙ্গারক্লে। খোইয়ুমশিং নৌনা খুম্থোক্তুনা লাই নিপা নিপীশিং পরেং লেংহনা হরাও শৈহৌ তম্মী। মতুঙ নোংঙানবা হুংথিল পোপ্পা ছনবা মতমদা খোইয়ুম লাই মখৈনা শগোল কাঙজে শান্নহনা হুংহোইনৈ। মফমদি "রাহৌ রারোয় লাংদাই পুঙ"দা থোক্তুনা শান্নে। মমায় নোংচুপ ওন্দুনা মথা য়েবা খোইয়ুমশিংবু পনঙাকপদি "মার্জিংনে"। পনঙাকচন্না "খম্লাঙবা"। পল্লকচন্না "ঈরোঙ নিংথৌ"। লাঙজৈনা "ঈকোপ নিংথৌ"। পঞ্জেন পল্লকচন্না "ঈরোঙ্ নিংথৌ"। পঞ্জেনচন্না "নোংশাবা"। পঞ্জেনবনা "পান্থৈইবা"। মমায় নোংপোক ওন্দুনা অরাং য়েবদি—পনঙাকপনা "থাংজিং"। পনঙাকচন্না "খোরী ফাবা"। পল্লক চন্না "রাঙবরেন"। লাঙজেনা "য়াংগোই নিংথৌ"। পঞ্জেন পল্লক চন্না "নম্বুল লাকপা"। পঞ্জেনচন্না "ওক্করেল"। পঞ্জেনবনা "লোয়য়া লাকপা"। কাঙজেরোয় তরা-মরী লাংগোই তোংহনা কাংহু লেংদা থোংহনা মহৈ মহৈ নোংপোক নোংচুপ লেপ্পুনা লৈনথ্রে। মতম অসিদা লৈময়োল খুন্দা অহানবা অরাং কৌক্রু অম্মুপ্পনা কাঙক্রুম খুত্তা পায়দুনা "হনক্রে" লাউহনা কাঙক্রু হুন্দুনা অকী-তুজুং লৈতনা শান্নখি। কাঙজে লোইহনা কংলৈ পুঙমায়য়োন্দা খোঙ্গারক্লে। লাইরেম্বী ইমু মখাঙনবী

নোংপোক লোয়রাঙ পাম্বোইবীনা লুচিংনা লাইরেম্বী তরা তরানা মীন্দুনা অনৈ চাজা য়ুক্কৌনা পুক্লীং হরাও তয়ামনৈ। মতুঙ খোংয়াই লমজেন তাম্লে। নোংপোক পাম্বোইবগা, সনা কোজিন লাংবগা লমজেন, খোংয়াই তাগ্নখিববু কোজিন লাংবনা থোইরে। কৈ-য়েন শান্নরে। কৌক্রুনা তোকপা ওই, থাংজিংনা ক্যাম্বা শাই, ঔগ্রি হংগেল হি হোয়া লাইরোই লাংওন তাইরে।

খূজীন-থৌরাঙরা

খোইয়ুমশিং অম্বূয়া হরাওবা লোইরচুনা খোইয়ুম য়োয়রেল কমদা ফয়া লৈপাক্কী মিংলেল রাখন্দূনা হৌখিবা মিংলেল মরম্বু নোংপোক লাই অচিরনা শাংথ-লেমথনা লীরকখি। নোংদম্বা মপূগী মতৌকপু খোইয়ুমশিং খঙনা তাহল্লি। মতম অসিদা কংলৈ পূঙমায়য়েল ঈথূমুবগী অয়াম্বা তাইবঙ, খোইয়ুম পুম্বা লোইবী কানা খাঙলূবা; কংলৈ রাংমা লানখি-বশিংবু অমুক থরা থরা মুশি মুশি তমদা তারক্কূনা নৌনা থুম্বোরক্লগা খুন্দা-লৈতাজুনা পানবা হৌরক্লে।

খোইয়ুম উমং লাই মখৈনা তা-নজুনা নমু তাইবঙ লৈবা মখৈবু খুন্দা-লৈতানা লৈরা শমদনবা থৌতম থোপুববু লারোয় শিংলোয় লৈরা মখৈনা খূজীন-থৌরাঙলক্লে। লৈরিবা তাইবঙ নমুশিং পূম্বদি লোংমা নোংমগী মতীক মঙাল, মথৌ-মঙম খরা খরা শোম্বরকপনা খোইয়ুম উমং লাই শরোয় ঙাপরোয়না লাকচ-খূদূম চল্লক্লে। খোইয়ুম লাই-শিংগী মশকপু তাইবঙশিংবু উহল্লক্করে। তাইরঙ কনাগুম্বা চীক্লা চৎপা উরগা খোইয়ুম লাইশিং ঙম্না থোক্কূনা তাইরঙ মীরু মাঙনরা থৌরাঙডি। তাইবঙ য়ুমদা চান-থক্ববা থম্বা অচা-অথক, কোল-লীক লৈববু লাইশিংনা রাতাম্নরগা খঙহন-উহন্দনা চঙমূনা পুমুনা, চান্নুনা হেক হেক চৎখিবা থৌরম অসিতনা নোংগাংদরে। তাইরঙশিং লৈরদা কাঙথংনদরে।

থৌরম অসি উর-খওলদুনা অরাং লাই খুন্দা অহানবা কৌক্রুনা থাংজিং, রাংব্রেন খোইয়ুম লাই অনীবু কৌখত্তুনা রাতানৈ। থৌরম অসিবু লৈঙাক-লৈথীঙনবা "লৈনুঙ য়াখু য়াবীচা"বু হায়জদূনা য়াথোক থৌনি মরম্থু থৌঙন-থৌপুহন্দবা য়াদে । নত্রবদি খোইয়ুমশিংসিনা তাইবঙশিংবু লৈহল্লরোইদৌরি। থৌরম অসিবু ওইনবা খোইয়ুম অনীনা তৌরো" হায়দূনা শিন্নরে। থৌদাবু থৌপুনা খোইয়ুম থাংজিং, রাংব্রেন অনীনা পুরুম থৌনিমা লৈনূঙ য়াখূ য়াবী চনূবু কংলৈ পূঙমায়-য়োন্দা মমিংবু "নোংদা লোংখললেম্বী" কৌনা য়াথোক্তুনা লৈহল্লে।

লৈপাক অমূক তাকখিবা

মতম অসিদা হৌ কেগে লম্ম-হনবগী ময়ুম মোইরাংগী লুচিংবা হৌ কেগে ঙাংজেং লৈতকপনা হৌ কেগে পূঙগী থৌরু থৌঙাক পুবদা "খাম্বী লৈকোইবা (লীকোন শান্নবা)" চনূ নীঙোল পান্ডশানা ফাৎলম অমা হৌখি। অসিদা মোইরাং পাখং হেঞ্জুনহাগা, নুরা লাই-রৌলেম্বীগা শাবী-শনৌ অনীনা রাশক-তেমশীংনদুনা খাম্বী লৈকোই শান্নদুনা লৈ। অদুদা উমং লাই শরোয় ঙারোয়শিংনা মাঙম্নবা খুজীন-থৌরাংদুনা অহীংদা হেঞ্জুনহাবু থেমথোক্লরগা য়াংলৌ লম্ম-থাঙ লমলোঙ অহূম ফাংবদা তারা চান্নবা শানঃ লৈরম্নগা হেঞ্জু নহারু মাঙ-হন্নবা থৌরাঙখ্রে। পাউ অদূ তাবদা মশামৌ লাইরৌলেম্বীশু চেল্লক্তুনা হেঞ্জুনহারু কোন্দুনা অমং থরে খাগ্রে। থৌরম থৌথোকপু তাবা, উবদা তাইরঙ লৈবা মথৈ মাগী মাগী অয়ুম থাদোক্তুনা "লৈ-পাক অসিদা তাইরঙ ঐখোয় লৈরগী য়াইফ লম্বী ভানকংলরোয় উমং লাই অসিনা লৈরিরা মথৈদি লৈপাক অসি থাদোক্লসি" হায়দুনা লৈকম কাঙথক্ক খঙনদনা মানা মানা চৎনীংবা লম্বী রেঙ্জনা

চৎনরক্লে। ঙাংজেং লৈতকপনা মচা মনাও খোমদূনা লৈফম কাঙথং খঙদনা পঙচৎ চৎনখরে।

থরারেল, মচন লাই খূৎলোংবী, মনাও পোইরৈতোন, মদাইরেম লাইনাউ তাবী, মচা তরুংশীদবু, মদাইরেম সম্থোং পুনেম্বা চনু, মচা অরোং, পামিং (পাশিং), কাংবু অসিনা লুচিংতুনা নোংপোক হারমলোমদা খোঙদাখ্রে। লৈনূঙ য়ূচাখা চনু ঙাংশাবীনা পোকপা ঙাংহুম্থোক, ঙাংনিংশীং মচীন-মনাও অনীনা লুচিংতুনা কাঙলুপ অসিম্মু নোংপোক খোঙদাবদা য়াওরে। লৈমা তানূনা পোকপা থরোং নচিংবনা চীঙদা কানা নোংচুপ পাংনা চৎখরে। হুয়মূ লৈমনা পোকপা লমলেকশাংগা, নুঙঙৌ ঈনথঙবগা অনীনা লুচিংতুনা নোংপোক লৈহৌ চীঙদা চেন্দূনা লৈরে। খোঙলৈশঙগী লূপ অমম্মু চীঙদা কোইজাইনতুনা লৈখরে। লৈপীরেম্না পোকপা তৌরীন খাগী মচা তৌরেল খুবনা পোকপা তৌখারোলগী মচা খাপীগা, খাপা লৈরেলগা অনীগী কাঙলূপ্না মখা মায়কৈ পাংনা কোইজাইনদূনা লৈখ্রে। লৈচীক নিংথৌ চনূনা পোকপা ঙানবা লৈচীকপদি মাগী লূপকা লোয়নতুনা মঙাং লাইরকচনগী শান্ন-ফম চীথ্থৈ নোংপোক্তা খাঙদূনা লৈখ্রে।

নোংলূম পীবা

উমং লাই শরোয় লারোয়শিংগী থৌঙম থৌরোয় উবদা লৈনূঙ য়াথ, য়াবী নোংদা নোংখল লেম্বীনা তাথীরে। তাইবঙ কনা লৈঙম্নদবনা মায়কৈ শল্লাই থঙদনা শানফম্মু কোইজাইনহনথিবা মরম উবদা; "নম্মু তাইবঙবু কম্ননবা য়োকপীবা ঙম্বা ঈপারী অমা পোক্কুনা হৌ কংলৈ লম্ম-হনববু লৈঙাক-লৈশঙনবা থম্লগে" রখন্দূনা লৈপাক নিংথৌ কাংলবদা, কাংথঙ নাইদ্রববু কাঙথঙ-পুথং নাইহনগে হায়বগী

নোংদা নোংখল লেম্বীনা অমরক ময়ুম চারী হাথগে ( ময়ুম পানগে ) হায়বগী শান্নফম কোইজাতনবদা খোইয়ুম তাইবঙ কনা মউ থাবী-নবা তানফংখিদরে । মতুঙ অদুদা কানদ্রে হায়দুনা পুরুম থৌনি য়াখন্দুনা "হুমিৎ পুঙদা" ফমদুনা কোরৌ হনববু পুরুম থৌনিনা চাবা থকপা, তুম্বা পোথাবা লৈতনা কুমজা মঙা চুপ্পা য়োয়মায়ায় অঙানববু হীরী চেৎনা পুরুম লৈপায়না থাগৌনা লাইনিং পরৈ চেৎনা থৌনি রাখল থারক্লে। পিরীৎনু, অহূমহু,মায়রেঙ হেবা চনু, নোংদা নোংখল লেম্বী, ঈমজাও লৈমা ওইবী, লৈমা অহূমক তানফংবী, নিংথৌ অহূম্নক তানফংবীগী পুরুম থৌনিরোন্দা খাঙবা ঙমদ্রহুনা "পুরিংলেলবু" থাগৌহুনা থৌবু থৌঙম তাক্কুনা কোরৌ হনবা মালেম অঙানবনা মহাক্কগী মহাক ওইবা মশক অমা (নোংলুম) ওইনা পুথোক্কুনা পীরে। পুরিংলেম্না নোংলুম্বু ময়াদা উম্লগা পুরুম থৌনি থাগৌবা মফমদা লাক্কুনা রা ঙাঙলকপদা মরোল লৌফম খঙবা ঙমদরে। নোংদা নোংখললেম্বীনা "তাক্লীবা হায়রক্লীবা মরম্বু এবু খোংগুন তা-ঙমদরে। নঙগী নয়াদা উমলিবা অদুনা করিনো ? মদু থম্লগা তাকপীয়ু।" পুরিংলেম্না নোংলুম ময়াদগী লৌথে ক্লগা মখুৎনা পায়-দুনা হায়,—"নোংদা নোংখললেম্বী ! নঙনা পুরুম থাগৌবা লাই অদুনা পীরকপা নোংলুম্নি লৌও। নোংলুম অসিনা নীংলিবা থৌরমম্বু থৌঙম-থৌবুনবা তাইবঙ শকথোঙদা মপোক অথোয় চঙখোল্লবা অমা ওইনা থোক্লক-পোক্লক্কনি ; চেকশীনা থাগৌম্নজৌ" হায়না পীবীরে। তাকপা থৌরম পুম্বা য়ানা ফিগাও শানা য়াহুনা নোংলুম্বু লৌহৌরে। লৌহৌহুনা য়াহেবা মফম্বু, "য়াবীরোক" কৌনখি। নোংলুম উম্না রা

ঙাঙবদা মরৈ লোম্বনা রা ঙাঙবগুম ঙাঙ্না পুরকই হায়দুনা পুরিংলেনবু "পূরৈরোম্বা" মিহুল তমহুনা মফম অদূদগী নোংপোক পাংনা চৎখিহুনা নোংপোক লৈহৌচীঙদা থূপ্তূনা অমুক লৈখি।

নোংদা নোংখললেম্বীনা তাক্লম্বা থৌরম্বু থৌপুনা কুমজা অমা চেংনা চান্না কোন্দুনা থম্মী, ওইঙমদে। পামেল উগী উথূল অহোবদা কূমজা অমা থম্মী, ওইঙমদে। মতূঙ কুমজাগী চহি থাজদা হৌ কংলৈসনা পূঙমায়য়োনগী নুংকেং (নুংজেং) পাৎকী ময়াদা পামেল্ল উরৈরোম অমগী মখোঙদা ফিরোয়-ফিঙাম শুনা থাহুনা কুপ্তূনা থমলে। পল্লেম ঈমা লৈমগী মতম্পাক্তা শিন্নখ্রে।

খুঃ গীনা ৬ঙুবাগী মনূঙ, ইঙাথাগী থানিল য়ুমশকৈশ নুমিৎকী মুংগিল পোপ্তা হেক হুনবদা মতীক মঙান্না খাশী মৈত্রেং অরাবা মৈজাও হৌবগুম্না মায়কৈ শীন্না পূমঙান ঙান্দুনা তাইবঙ মপোক অথোয় চঙখোল্লবা অমা ওইনা চোংথোরক্তুনা লৈররে। লৈবা উবদা লৈনঙূ য়াখুয়াবী লাইরৈমানা মপূক্লীং মকা লান্না লৈজহুনা মপুক্লীং অরাবা রাখল কোক্লে। মফমসিবু "অকোকশঙ" কৌয়া। মফমসিদ

---

*** মোংদা লাইরেল পাখংবী নমাবু "লৈনঙ য়াবীরোক" হায়নসু কৌই; মমীং-মথা য়াম্মী।

***চাউনসু চিংনজরিবা ময়েক লা-শেংলবা অমনা "কলিগী কুমশীং ৩১৩৫ শুবদা মৈদীঙঙু নোংদা লাইরেল পাখংবনা ফম্বাল ভোংই" হায়বা চৈথারোল কুম্বাবর্নাচংবদা "কলিগী কুমশীং" পন্দুনা য়াওরম্লিবসি কদায়দগী তোপশিল্লক্তুনা করুদোদনা হৌরক্লিবা, তওয়ুব, শাহল্লিবনো হায়বসি হৌদোঙ অমুবনা অমম্বা কা অমদা থাজনবগুম খন্নবদা মম্না থোংক্লীংঙাইসু অমনি। অসিবু "নাউফম্না মমা চেন্নৈ" হায়বা কলিগী কুমশীংহুরা খঙদে।

কৌক্রু লাইলোংবা, নোংপোক পান্থোইবা, রাংব্রন, থাংজিং খোইয়ুম মরীবু খোঙ্গারক্তুনা রাতানৈ। নাউরা অঙাংগী মমিংবু "নোংদা লাইরেল পাখংবা" কোল্লোয় মিং কৌয়ে।

তাইবঙশিং কৌথোক্লুবা

খৃঃ গী ১১ শুবা, নোংদা লাইরেল পাখংবগী চহি কুমশীং মঙা হৌবদা লাইয়িংথৌ অশীবনা লাংওন্দুনা নমু তাইবঙ মীগী মশক লৌহুনা পুন্সি হুংশাংনা পাল্লক্লবা অহন অমগী মশক ওইহুনা লাক্লগা নোংদা লাই পাখংববু থেমথোক্লে। "পাখংবগী পল্লেম মমা ওইরিবী নোংদা নোংখল্লেম্বী! নহাক্না লৈপাকসিদা লৈরম্বা তাইবঙশিংবু উমং শাইনা লাকচ-খুত্থুম চনবদগী খুন্দাক-লৈতাক্না লৈফম খাঙথঙ খঙদনা কোইজাইনখিবা, য়ুমহোঙ-খূলহোংখিবা মখোয়বু অমুক খুন্দা-লৈতা-হন্দুনা থমগে নীংলিবা অসি ঐনা তাইবঙশিংবু কোয়না থিরুরগা পুবী-রক্কে। নঙনা তাইবঙগী হুংঙাই-য়াইফনবা নোংদমগে, তাইবঙগী মীচঙ চঙগে শারী রাশক্লবদি অহনগী মতম ওইরবা পুন্সি হুংশাংনা পাল্লবা ঐনা ঈমানা তাকপা থৌরম পুম্বা থৌঙম-থৌপুজগে। ঈমানা নীংবা মরম অসিদদি থৌঙন্নবা থৌবুবীয়ু।"

---

* মৈতৈ য়েক শল্লাইগী পারী পুরি পেলোলশিংগী হৌরকফম মৈহৌরোল ইবা "কৈকোই" কৌবা পুয়াদা নোংদা লাইরেল পাখংববু অসুনা অমসু হায়রি—"পাখংবা তাউরোইনাই অনীমা অমতা ওইনা লিনগী মশক ওইনা অবাং লম লিলবাই ঈ-মক্লম ফাংলো লাইমকোল, মিরা নমু পোংথোক লম তাম্না হুলথংথিরে। মতম অদুদা হে৷ অয়াম্বা তৌরবগা পাখংবসু মীগী মশক অভাঙবা ওইরদনা নিংথৌ অতাবঙগী মশক ওইরে। পুব্রল নোংথোল, মৈপুল সনা ইনঙম, অশৈ অমাই, হীয়াঙলোয় ভাংনা মানবী, খোইনিং মানবী,

" অহন ওইবা নঙগী নখোঙ খানা খাসনু। কোম্লোয় মিংনা করি কৌবাবনো ? শাওলেম্না কদায়দা লৈবীবগে ? অহনবু ঐনা য়াম্না মুন্না খঙখিবা ওইনম্নু তৌই। কনানো হংলবস্নু হায়দোকপা ঙনদে।"

"ঐবু খ ঙলমগনি, উরমগনি। ঐদি কোয়না চৎপনিনা ঐগী শঙলেল থমদে। মফম খুদা' শীনবা থুংনা নো'মগী মনুঙদা কোয়না হুমিৎ খুদীংগী লৈবনি। ঈমিংদি কনানা 'শিদবা পোইনাউতা' থাকৌই। ঐ চৎলগে, নমু তাইবঙশিং নঙগী দমক কৌরুখিগে" হায়ন মলগা চৎখ্রে।

নোংপোক হাবম পাংনা লাক্তুনা থরারেনগী মচন লাই খুৎলোংবীগী কাঙলুপবা, পোইবৈতোন খোঙফাঙ অতোনবা, মদাইরেম লাইনাউতাবীগী কাংলুপকা ঈশিং অচৌবা অমগী মপান্দা খুন্দাহূনা মফম অদুদা। লৈবম্বা মীশিং অতনা ঙাংবা মবোলগা লেলদীম্নদবনা কাঙবু অনীহূ হান্না লৈবম্বা মখোয়দদা "ঐখোয়স্নু নঙখোয়গী লোলবু তাংহূনা মফমসিদা লৈবগে" হায়না লৈমিন্নাথ হায়দূনা "তাংবো খুন" হায়না তাংহূনা লৈরম্বহুগা উন্নবে। লাই শিদবনা তাইবঙশিংদা হায়বকই;—"তাইবঙ নঙখোয়গী মুংঙাই-য়াইফ নোংদম্বীনবা কংলৈদা হৌজিক মৈদীঙঙু নোংদা লাইরেল পাখংবনা মযূম তনেৎকী পিবা ওইনা য়াখোক্লে। মীরম লৈপাক তাংবনা অফ-মুংঙাই তানফংলরোই" হায়না খঙহল্লবদা থরারেলগা, মচল লাই খুৎলোঙবীগা

---

চাকথাঙ খুৎস্নু খুৎলাই খাউয়াই স্নাওনা নিংথোগী পোৎলোয় মশীং ঙুনা হলটীঙদা। লৈবা হাও ফত্তবা খৈবীকপু থাঙব্রায়ননা নুমিৎ মুথাক মুংবদা হনটীঙ টীঙমৈ ইম্না কুম্নক্তুনা নোংহুম শঙগী লপয়ান কাদা খুংলরে"।

অনীদি খুম্বোকসি হায়বদা য়ানিংদ্রবুনা মখোয়গী কাঙবুদি "অশুম লৈহৌরগে" হায়দূনা লৈহৌই। পোরৈতোম্বা লুচিংবা মচা শীঙদবুঙ, মদাইরেম শম্বোঙ পুনেম্বা চনূ পাম্নবুনা পোকপা অরোং, পামিংনচিংবা লূপ অমা।০। ঙারেলহনবা লৈনুঙ য়ুচাখা চনূ ঙাংশাবীগী মচা ঙাংহু-ন্বোক, মদাইরেম ঙানূরোম্নচিংবা লূপ অমা।০। খাবা ফাম্তোংবা, মহৌশে নিংথৌবা অনীনা লুচিংবা লূপ অমা।০। তাখুক লূখোই, তাংকোই অনীনা লুচিংবা লূপ অমা। লূপ মঙামাবু লোয়নননা লোইবী চীঙরাঙ থক্তা কারক্লবগী লোইবী চাঙদোল তম্লবগা লাই শিদবনা হায়-রকই, "তাইবঙ মৈতৈ লূপ মঙামা! নখোয় পুন্নমানা কংলৈ তম্না চং-ঙমলো। লোইবী চীঙদা পানথ্রবা মৈতৈ লূপকী কাঙবুম্ব কোইজাইননা মরৈরি। মখোয়গী মফম্লাংদস্থ পাউদম্লুখিগে" হায়রবদা, লূপ মঙানা হোয়-য়াখিরে। অহুদগী লাই শিদবা পোইনাউতানা চীঙগারম লম্বী চৎনা কোয়না পাউজেল্লে।

মতম অসিদা মীরমলেম্দা লৈহৌরবা থরারেন্দি মদোম তরক লৈববু নুংঙাইরক্তুহনা থোক্লগে হায়না লূপ মঙাবুম্ব খঙহল-তাহলবস্থ তৌদনা লম্বী শমপৎ হুনা লাকপবু চাব', থকপা তুম্বা থোইনা থিখি-দরে। মানা হান্না খোঙরায় মাঙ থানা রায়থূঙনবা লাক্তুনা নোংপোক হারম খোঙদা-নববু নোংচুপ হারম শানবা হায়দূনা লম্বা থৈনা লাক্ল-বগী থাঙহি ঙাংঙোই (হৌ কেগে লম্ম-হনবরোম) খোঙদারক্লা ফাওর-ক্তুনা ঙাংঙোই, হৌখুরোই লমশাঙ লাক্লগা নোংপোক খোঙ্গারক্তুনা কংলৈপুঙদা চঙখিরে। ময়ূম পিবা মৈদীঙঙু নোংদা লাইরেল পাখংবগা উনবদা, কংলৈ মপূ পিবনা মৈতৈ তাইবঙ লাকপা উবদা পুক্নীং হরাও

তয়াম্না তাইবঙ অরাকপবু কৌশিন্না থমখিরে। লাই শিদবা পোইনাউতানা হায়রম্বগী মতুঙ ইন্না থরারেন্না লৈশী-লৈপোন্না মচন লাই থুৎলোঙবীবু লাইস্না কোনা লুহোং লৈরাংনা নোংদা লাইরেল পাখংবদা কত্তুনা লূতীল্লে। লাকইবা থরারেলগী লূপ পূন্নমাপু য়ান্না লুনা শুংশিনা মখোয়না হায়বতা থোপুনা পাখংবগা লৈবা হোরে।

লোইবী চাঁউদা পোইনাউতানা পাউজেলবা লমলেকশাংদি "ঐদি লোইবা চাঁউদা অশুম্মা লৈহনা নোংদা লাইগী লমশেংবা ওইহনা লৈঙমজরগে। তমদা অমুক পানঙম্লরোয়" হায়রবগী লোইবী চাঁউদা লৈহৌরে। মনাও নুংঙে য়ুমথঙবগা, খোঙলৈশঙগা অনানা লুচিংবা লূপ অনীগা লোয়ননা তম্পাক লমদা খেঙ্গূম্নরক্লে।

লাম্ভেংনবা

পোইরৈতোন্না লুচিংহনা লাকপা লূপ মঙামানা য়াংলো লম্বী শন্না লাকপবু তম্পাক য়োরক্লে। "পূন্নমানা থাদেকখিরবা, উমং লাইনা তাইবঙ খুন্তাক-লৈতাকহনখিববু অমুক তান-ফংহনা ঈয়ূম লমদম খুন্দারগনি, ঈনাং তম্না পাঞ্জবা ঙম্নগনি, য়ারগনিদো" নীংখলখিবগা, মপূক হরাও-তয়ান্না পূঙ-শেন য়ৈনা লাউ-খোংহনা কংলৈ পূঙ তম্না খোঙ্গারক্লে। অদু নোংদা ময়াম্বা থরারেন্না মপূক তাথা শোইনাইখিবনা ময়ূম পিবা নোংদা লাই পাখংবদা "খোল্লাউ অসিবু তাবরা? মনীং তম্বা তাইবঙ নোংপোক খোঙদাখিরবা, তাইবঙ লমহেনবা কাঙবুনা খুল্লিংনা কংলৈ পুঙমায়য়োলবু পামখিরবগী, হুয়েল লান্দারকখিববু তম্পাক তারক্তনবা তৌবীয়ো" হায়না রাহোল্লবগী, পূকথাল রা থৌঈনশিনবু থাজখিবনা মখূৎস্থূ মথূৎলায় পায়না লোয়য়িল-থময়িন

পুনা থোক্তুনা পোইরৈতোন্না লাকদবা মায়কৈ তন্না লান্দারক্লে। পোইরৈতোনগী কাংবুনা চাবা থকপা লোইহুনা ঙহাক পোথাহুনা থেল অমদা লৈরিবৈদা নোংদা লাইরেল পাখংবনা অপনবা লৈতনা পুহংপাউহং তৌদনা লাঞ্জংলকুনা লাক্লিবা পুম্ববু তুংবুন লীকানহুনা ফারে। মখোয়না পুরকপা খূৎসু-খূংলায়, সেংনা পান্না, অচা-অথক খৈবীকস্ন নুংলে। মফম অদুবু "লান্থেংনম" থাগৌবদগী "লাংউথেল" হায়না মিংগৌখি। মফম অদুদগী কংলৈ পূঙমায়য়োল তন্না পুরকখিরম্মী।

পোইনাউতা লাই শিদবনা চৌংদা লোক্তুনা খাংউম্বা তাইবঙ মখোঁশিংবু পাউজেন্না কোয়না থেমদোক্লুবদা অয়াঙ্দি "চৌংদা অশুম মরৈরগে" হায়না লৈঙমহৌহুনা, খোঙলৈ শঙগী লূপাকা, ঙানবা লৈচাকপগী লূপকা কাঙলূপ অনীগা লোয়নহুনা লাকপদা, পোইরৈতোনবু অরা নোংদন তম্বা উবদা তাথীহুনা খোঙলৈশঙগা, ঙানবা লৈচিকপগা অনাদা "নখোয় পূম্বা হো কংলৈ য়োনবা লাক্লো। ঐদি খোংরায় মাংথারল্লগে। নখোয় খ্বাইগী রায়থূঙফম থৌরাঙলমগে" হায়না মাঙথানা লাক্তুনা কংলৈ সনা পূংমায়য়োল য়োরক্তুনা নোংদা লাইরেল পাখংববু কৌথোক্তূনা মফমদা হায়োম্লকই; "ময়ূম তাইবঙ লুচিংবা! তৌঙল্লিবা অসিবু করিনো? ঐনা পাউজেল-পাউতাকপিহুনা মপূক হরাও-তয়াম্না নোক-খেনা লাউহুনা লাকচবা তাইবঙ মৈতৈ ঙাক্তনি। নঙোন্দা ওইদবা রানা পূকথীল থৌশীল্লিবা অদূদি থরারেল হায়বা ময়াঙ্গনি। নদাইরেম ওইবী অহুনা অনীমাগী মচন্নে। পিয়াইনু কৌবীনা পোকঙম-শাংঙমজবা মপারী মমোম ঙাক্তনি। থরারেল কৌবা মগাক্তি ঐনা কংলৈ পূঙদা থোকঙমসে হায়বদা, থোক্লরোই

হায়দুনা মপুক-মরীল শেংদনা, লুতুং রাম্মু রাখন্দবা নানা করম্না কংলৈ পুঙমায়য়োন্দা খোঙ্গাদুনা লৈরম্বসিনা করম্না লুচিং অহন ওইরম্লিবা ? নহা মপুক থাদবনা তৌগদবা চৎলম্ব অহল মানা মচংলে" হায়না খঙহল্লবদা, লুতুং লীফা-নরুবা লুপ মঙাবু থাদোক্লে। খোংলৈশঙগী কাঙলুপকা, নুংঙৌ য়ুমথঙবগী লুপকা অনীমাম্মু থুংলরবগী লুপ তরেৎ মানা লৈপাকসিগী তাইবঙ খুন্দাবা হৌবা য়ুম ওইনা মৈদীঙু নোংদা লাইরেল পাখংবগী মহাক-থক্তা অমুক নৌনা খুন্দাবা হৌনবা থৌশীল-নোংদম্লে।

মা-মাগী লৈফমশিং

লাইশিদবা পোইনাউ তানা তাইবঙ মৈতৈশিং মানা মানা লৈগ-দববু থৌশীল নোংদম হৌরে; — "ঙাংহুম্বোক, ঙাংনিংশিং নখোয় নচীন-ননাওগী লুপ্তি "হৌ কেগে লম্ম-হনব" না কোনবা লমদা খুম্লরো। ০। খাপী, খাপা লৈরেল, ১খাপা ফম্ভোংবা নখোয়গী লুপ

১। খাবা কাম্ভোংবগী লুপ্লু নোংচুপ লমদা খুন্দাহনখি হায়নসু থেংনজে। মদুদি হয়াচক, খুনুং চক্তা খাবা পাম্লম্ব। ওইনা থেংনৈ।

*** নোংদা লাইরেল পাখংবগী চহি কুমশীং ২৬ শুবদা পিবা থমখিবশিংগী লমথৈদি—পুরৈরোম্বদা অঙোম পিবা হাপ্পা কংলৈ সনা পুঙময়োন্দগী অপো-কপা নুঙ, য়োং খল্লোংগা খাইদুনা "হৌ ব্রায়রঙ লম্ম-হনবা" লম্ব পী। কং-লৈ পুঙমায়য়োন্দা থোগা থোপুনবা "হৌ শোল্লোই লম্ম-হনব" না কোনবা লম্ব পী। পোইরৈ লুপকী লুব্রাং খুম্বিবদা পিবা হাপ্পনা ময়ুম পোইরৈবু লুব্রাং শাখাই কোনা অপোকপগা লোয়নন "হৌ থাঙ্‌ব্রায় লম্ম-হনবা" লম্ব পী। থোকাবদা "হৌ লোল্লোই লম্ম-হনব" না কোনবা লম্ব পী। খুমন

হেন্নবা পুথোরকপা পোৎশক অয়াম্বা মনা-মথূম পীদূনা মপূক হরাও-হন্দুনা পুথোরকপা পোৎকী মঙাল হাপ্পী। লৈপাক্কী ওইবা থবক্তি তেংবাঙহন্না সুহল্লী। শাদা হৈবা, লান্দা থৌবশিং নিংথৌ ফি শাই-জোনবা মনা পীদূনা লৈপাক ময়ূম পূম্বদা শীন্ন-থুংনা থঙহল্লী। লোই-দাম শজীফূ থাগী হুন্নি পানবা কোরৌ শগোলশেন্দা মৈদীঙঙু নোংদা লাইরেল পাখংবা, ঈবেম্মা লাইস্না, পুরৈরোম্বা, লূরাং খুম্বিবা, ঙাংছু-ম্বোক, নোংদম্বা মায়চৌ তাংঙখা হুংকাই মরিবা, কাইবীরোন শঙলেল পুবা মায়চৌ মুরাং লনহাংঙম্বা, নোংপোক অচিবা, থল্লাঙবা, রাংব্রেন, থাংজিং, লোয়য়ালাকপা, কৌব্রু, মারহনবা (মার্জিং), লৈনূঙ খুং-খুং অচিবা, উমং লাই লৈবা খৈবীক্বা, তাইবঙ পূম্বগা য়াকারক্তুনা কংলা রায়েল কুচু শঙদা ফম্লরে। অহুদা নোংদম্বা খুং-খুং অচিবনা—"কংলৈ পিবা! ঙসি ময়ূম পূম্বনা নয়াথং থৌপুনা হৈজবা মখুৎনা শাবা মপূক রাখলগী তানফংজবা মথৌ মঙম্মু শেম-শাহুনা পুনরক্লীবসিনা ময়ূম য়েলুপমা খূদিংগী য়ূমদা-য়ুমখায়বা ওইনা ময়ুম মশীং য়াম্নবা তৌঙম্মু। ময়ূম অমগী মশিন শিনফমদা ময়ূম অমনা শিন তাংহনা সূফদে। ময়ূম কনাগুম্বনা স্মূরম্বা তৌরবদি লাইরকচনগী লুবু মুত্তুনা অপকমা য়ূমদাঙবনি খঙনবা, ময়ূম য়ূমদাঙলবা মশক মমীংদা পুয়াদা ইহুনা থম্মু। মা-মাগী মপা মপূগী মতীক মঙালবু য়েংদনা থৌ পুনবদি লাই-রকচন্দা নামূংবনি। মরম অসিবু থৌ থিনা লুচিং পিবা নঙনা লাইস্নু মীম্মু নোংদম শিনতাক্লা থমগনি" নোংদম্মী।

*** মৈদীঙঙু নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদা কাইবীরোল শঙলেল পুরম্বা মায়চৌ (পণ্ডিত) লনহাংঙম্বা হায়বসি সনা ঙাংজেংগুনা পানবা মতম-দা লৈরম্বা মেন্দে চীঙগী ঈশিংনা কংলৈপাক থূমহনা তাকখিবা অহগী লন-হাং ঙম্বা অহনি।

য়ুম খায়বা

মহ্‌দা লূরাং য়ুমগী মৈয়েং চাম্বনা মৈ থোকপা থৌদূ নুঙ অমদগী খাম্বী মৈ লৌরগা মৈহুম মৈরা চাউনা থাদূনা মৈহুম-মৈরা অদূনা মশা পূম্বা য়োম্না কোয়না লৈনা হাইনা চঙলক্তুনা থাম্বী মৈরা অহবু কৎলি। ময়ুম লূরাংগী থোঙলৈশঙনা লাংগোই শগোল অমা তোং-লগা অরাপ্পা, অথাপ্পা লৈফমদগী মতূঙ মমাঙ য়োম্বা তেনজৈ অমা শাহনা কোয়না লংলক্তুনা লৈপাক তিনফম ময়ায়দা হুঞ্জিল্লক্তুনা মালেম লৈমায়-থক্তা রায়রা তেনজৈগুম্বা অদূগী মচীন্না য়ুংহন্দুনা কৎ-লৈ। মানা মানা মপূক রাখন্না লাম্বদা ফংজবা মশকপু মখূৎনা শাহনা কৎলৈ। অঙোম শাথায়না লাইয়ুম কা অমা চীরোঙ নাইনা শাহনা কৎলি। অমনা তুবী লাইরেল অমা শাহনা কৎলি। অমনা লোঙশা মচীন তরেৎ থোক্না পানবা অমা কৎলি। অমনা তাউবা হুয়চীন-হুয়য়া থৌজবু শাহনা কৎলৈ। অমনা লোইদাম থাজগী মাযকোয় অকোয়বা লৈওঙবু তমজবা শীঙেঙল লৈরাং অঙৌবা অমা শাহনা কৎলৈ। অমনা চরৈ ফি অমদা মচু মঙাবু য়েক্তুনা কৎলি। মথোয় ঙম্নমকপু মনা মথুম-পীদূনা মাগী মাগী থৌরম য়েংহনা য়ুম খাইহল্লে। মোইরাং লূপ অমনা সনা থোঙজাওবু তম্না থোঙ অমা শাহনা কৎলি। অমনা পোল্লাং হায়বা অরনবা লূক অমা শাহনা কৎলি। অমনা চাইরেল ঈ-শায়কূ ঙাংখা কোবা অমা শারগা কৎলি। অমনা ওক্নী মশকপু শাহ-না কৎলি। মানা মানা হৈজবা খূৎ-শাগী পুথোক্তুনা কৎপদা মনা-মথুম পীদূনা মা-মাগী মথৌ শিল্লম মতূঙ ইন্না য়ুম্নাক শাগৈ তোঙান তোঙান খায়না থোন্দুনা ময় ম য়েলূপ পুন্নামা খায়খি।

মথৈন্না "হৌ থরৈ লম্ম-হনব" দা খুন্দারো। ০। থম্নারেল নঙগী লুপ্না "হৌ শেল্লোই লম্ম-হনব" দা খুন্দারো। ০। অরোং নঙগী কাংলুপ্না 'হৌ লানলোই লম্ম-হনব"দা খুন্দারো। ০। পোইরৈতোন নঙদি "হৌ থাঙ-রায় লম্ম-হনব" দা খুম্হোক-খুন্দারসি। অতু নোংদ্মা নোংদ্মা লাইরেল পাখংবদা অমুক হায়খিয়ে—"কংলৈ মপূ পিবা! নঙগী লৈঙাক-লৈশেম্বা খুন্দা-লৈতাবা মপুঙ ফাঙম্না থেমদোকপদা লুচিং থৌরাঙনা থোক্লগে হায়রবগী য়াঙমহুনা ভুরম খোংলম য়াংলৌ লম্মশাঙ শেম্না লাকঙম্লিবা

~~~

অরোংবু "খূমন ময়ূম" "মিংগোনা খূমন পিবা হাপ্তুনা অপোকপগা "হৌ লাংলোই লম্ম-হনব।" লম্মু পী। থোকাবদা "হৌ লানলোই লম্ম-হনবা" "হৌ খুরোই লম্ম-হনব।" অনীমা কোনবা লম্মু পী। ঙাংহুম্হোক মচীন-মনাওদা ময়ূম "মোইরাং" কোনা থৌপুবদা অপোকপগা "হৌ কেগে লম্ম-হনবা" লম্মু পী। থোগাবদা "হৌ ঙাংঙোই লম্ম-হনব" না কোনবা লম্মু পী। কংলৈ পিবা মৈদীঙঙু নোংদা লাইরেল পাখংবদা ময়ূম "মঙাং" কৌনা পোকলেল শাংফম্মু থৌপুনবা "হৌ কংলৈ লম্ম-হনবা" "হাওকপ চীঙশাঙ লম্ম-হনব" না কোনবা লম্মু পী। "হৌ থরৈ লম্ম-হনবা" "হৌ লেমলৈ লম্ম-হনবা"লম্মু থৌদা থোপুনৈ।

***ঙানবা—মঙাং চনূনা পোকপা তাংখুক লুখোইনা মমা পেল্লোন তিন্নবা মঙাং চনূ লৌদূনা ভাংকোই পোকই। ভাংকোইনা ময়ূম-থাদোক্তুনা মমা পেল্লোন তিন্নবা চনূ লৌদূনা মঙাং য়ূমদা শাইদাংহুনা লৈ। লাইরক চন্দা নামূঙদূনা পিবা তাকলে। থাবা শাগৈগী য়ূমসু মপুথো থাবা তরুম কোই-বদগী হৌনা লাইরক চন্দা নামূঙবা চনূ লদু মক্তা লূ তিন্দুনা মথং লেংনা নাউ-দারকপনা য়ূমলেপ্পা ওইনা লৈরে। অদুগা "ঙানবা, থাবা" য়ূম অনীসিদি লাইরক-চন্দদি পা অমতা, মা অমতনা পোক্লম্বা মচীন-মনাওনি হায়খি। অসিনদি য়ূম অনী অসি লাইরক চনগী কায়দনবা মমিং অমতা থাগোনা "থা-ঙানবা" হায়না থমলগা ময়ূম পিবা থৌপুনবা মমা পুরৈলেমসুগী হৌরক-
~~~

পোইরৈৱেন্তোন য়াখল চাওবদি মাগী লুপ্পা লৈবদা ঙুংঙাই য়াইবী মরাঙ কায়না পাঙ্গনবা মরম লবু থিঙম-য়েংঙম্না লৈগনি । ঐদি চৎলগে, নঙনা ঐঙু উননিংবা মতমদা কৌরবঊ, ঐস্সু মরাক্কে” হায়রম্লগা চৎখ্রে ।

পোইরৈৱেন্তোন খুম্ফোকপা

নোংদা লাইরেল পাখংবা, ঈবেম্মা লাই খুৎলোঙবী লাইস্না অনীনা লুচিংনা অশায়-অশমগা লোইননা হৌ থাঙজ়ায় লম্ম-হনবগী মনুঙ কোনবা

ফম লৌবু মায়কৌশিংনা কাউদনবা লাইরক চন্দা নামুংহন্না লৈহনা থম্না পরম্মমা পেলোনগী য়ৌম চীঙবাঙলক্কী অঙৌ পাম্বা পুরৈরোম্বা য়ুম্না ময়ুম পিবা অহুমগী মথৌ মঙম পুন্নসনু নোংদম্না লেপখি ।

চেংলৈ— হুয়ম্মুলৈমনা পোকপা চেংলৈগী নোংপোক লৈহৌ নোংলেল চীঙ ৱারোক ভাবা নুঙঙৌ য়ুমথঙবনা য়েক লৌপ অমা য়াৎপা অসিদি ঐগী লুপ্পা ওইজগে হায়না নোংদা লাইরেল পাখংবদা হায়জবদা হরাও তম্নাম্না য়াখি । “নুঙঙৌ য়ুমথঙবা নঙগী লুপ অসিদি লাইবক চনগী যেক-লৌপ শাখায় (শাগৈ) য়ুম তরেৎ শুদ্রবদা নোংদা লাইরেল পাখংবা ঐগী ঈহাক-থক্তা য়ুম অসিমা শাগক্তুনা য়ুম (য়েক) তরেৎ শুনবা লেপখি, থৌ কাউদনবা য়ুমগী মমিংবু কে রৌ ঙসিদগী হৌনা ‘শরাং-লৈশাং’ হ গৌনসি । হৌফমদি খাঙানবগা লূ তিনম্না পোকলেল পোকপগী লৈতাং পান্তা নুঙ, উবু থম্না ঈরুফম ওইবো । নঙগী নুঙ মচুনা শংলেন অরাওবা মচু পায়রেো” নোংদমখি ।
ঈন্দ্রালগী মখেবু “হৌ কংলৈ লম্ম-হনবা ।” অন্নাংগী মখেবু “হৌ থাঙজ়ায় লম্ম-হনবা ।”“হৌ লোনলোই’বু লাইরেলশক্তীক্তগী, ঈরেঙবমফাওবা তোংজৈমরীন সোয়ক্তী মনিং মখেনি । লিল্লোং, থৌবাম্না কোনবা মখেদি ‘‘হৌ লাংলোই লম্ম-হনবা ।” ওইনামদগী নিংথৌখোং ফাওবদি ‘‘হৌ খুরোই লম্ম-হনবা ।” হিয়াঙথাংদগী ফৌগাকচাউ ফাওবা, শেগালগী সোয়োক্তী নোংপোক মখেদি – “হৌ লানলোই লম্ম-হনবা ।” নিংথৌখোংদগী মোইরাং মখেবু “হৌ

চত্তনা লময়েংলকপদা কুরুম চাওগী নোংচুপ থংবা লোক্তা লাপদা লৈবা অভেম্বা লম থবা থেংনহনা খুদোংচাগনি হায়দুনা মবায় পোই- বৈভোন, মবুঙগী লৈনবা শঙলেল শেম-শাবীহনা লৈহল্লে। লম অতুগী মমিংবু অভেম্বা লম থিহনা লৈ "লমতেম(=লমদেং)" থাকোবে।

---

ঙাংঙোই লম্ম-হনবা।" চাঁওদগী মোইরাং মনী° ফাওবদি "হো কেগে লম্ম-হনবা।" অবোংদগী শুগ্নু ফাওবদি "হো থরৈ লম্ম-হনবা।" শুগ্নুগী মথা মথেবু "হো লেমলৈ লম্ম-হনবা।" ঈরীল তুবেলগী নোংপোক্ত মখেদি "হো য়ায়রঙ লম্ম-হনবা।" নো°মাইজিং চাঁঙ য়াংমা মথেবু "হো শেল্লোই লম্ম-হনবা।" ককচী গী মথেবু "হোঠৈরেল লম্ম-হনবা" কৌনৈ।

মৈদাঁঙঙু নো°দা লাইবেল পাখংবগী চহি কুমশাং ৭২শুবা, খুংগী চহি ৭৮ চং-বদা মৈদাঁঙঙু পিবা পাখংবনা য়াম্না নোল্লবচনা পুরুম লৈপায়দুনা লাইশিদবা পোইনাউতাবু তাইবঙ থোক্না কংলৈ পুঙদা লৈননবা হন্না হন্না হায়জখি। অহ্নদা লাইশিদবনা পাউখুম্নকখি-"ঐসু লৈনিংঙি। অহ্নবু ঐদি য়ুমথোঙ শান্না লৈবনিনা ওংলো য়াইবীবেল শিদবা, পল্লেম ঈমা পিদবী অনীগী সনা ফমলেল শেংদবা য়াদে। পল্লেম পম্ভো অনীগী মচী-মরুম থম্না লৈবনি, থৌবম অসি কাযফদ্রি। মশক্তি 'মহাক ঐহাক' 'ঐহাক নহাক', 'নহ ক মহাক' কৌবনি" নো°দম্মীবে। মতুঙদা শেন অহাঁংবদা মল্লেক য়েক্তুনা তাইবঙ মপু ওংলো য়াইবীবেল শিদবনা য়ুমগী কারন যকতোপ্পা থম্মী। লৈমরেল শিদবীনা লপলেল লপযান কাগী অন্নাং থংবদা থম্মী। লাইম্নিংথৌ পোইনাউতা (সনা-মহী)বু তুংদা থম্না সম্ভোং সনা ওকচীন্দা থমদুনা য়ুমথোঙ খুদীংগী য়েন্নবা সনাবু মহী চেপহল্লগা শানিংবা অপাম্বা মশক মওঙবু তম্না শাবঙম শাহুনা য়ুম শান্না থম্নবা শেম্মী হায়দুনা লাইম্নিংথৌগী মমীংবু "সনা মহী। মহী মহী সনারেল" থাগোহনা পান্দা মিংহন্না থম্নখি।

মৈতৈ=ফুংগা মৈ হোহনা মৈ লিংনরিবা ফুংগা লাইরুদা ঈপা ঈপুগী হোম্ন-কফম (মৈহোরোল) ওইন্নিবদা অপোক-অশা থানরি, অমদি মৈ ঈন্নাংপা

থুংগী ১৩শুবা; মৈদীংঙু নোংদা লাইরেল পাথংবগী-কুমশীং ৭শুবদা পোইরৈস্তোম্ম লৌউবগী মরমদা য়াম্না থম্নায় য়াওনা লৈপাক্কী চাক-হোওলম্মা থৌরম থৌবু হৌরদা মাগী পাই মনূঙদা কৌ ময়োম অনী য়াওবম্মী। কৌ ময়োম অনীহুনা কৌদী মরু ওইনবা লম মচেং থরদা চারী লিংনবা থৌবুববু ময়োম অনীদগী কৌ চাবী অহু কোয়বগী লো-ইবা লিংখোকপগী লোইবা ওমদরে। অহু নোংদা নোংদম্বনা নোংদম্বী-ববনি হায়দুনা মাগী কাঙলুপ মখে হৌদুনা লৌ লিংনবা থৌবাঙহন্দুনা নোংচুপ হায়ম শীন-থুংনা লৌ লোইনা উবে। মবাই থরাবেন্না লুচিংহনা ইংখোল কোইবগী মবমদা মনা-মশীং হরাই-শীংরায়, হৈ-বা লফু লত্তং নচিংবা থাহুনা কাংলুপ অসিনা লৈপাক্কী রাত্তনবা থৌবাঙ থৌ পুবে। অবোংগী-কাংলুপ্না শা-শনবু যোক্তুনা শনখোমগী মবম্মু শেমগৎলে। খাপীনা লৈপাক্না কোনগী-মশকপু শাহুনা রাত্তনবা থৌ পুবা হৌবে। থাপা ফাম্তোংবনা চুদগী চুহি লৌদুনা চুহি হাখবা মশকপু পুথোক্নবা থৌবাঙ ভোবা হৌখি।

থৃংশা-হৈবা তাম্নহনবা

মৈদীংঙু নোংদা লাইরেল পাথংবগী চহি কুমশীং ১১১; থুংগী চহি ১১৭ শুবা কুম অসিদা মৈদীংঙু নোংদা লাইবেল পাথংবা, মযুম তরাক পিবানা লুচিংহনা পোইবৈ ওমদা তাবশিংবু মা-মাগী মখুৎনা শাবা হৈবা মখে পোৎকী পোখোক হেনগৎনবা শাহল্লে। হৈ শিংবা

---

ফুরুপ অমনি হায়দুনা "মৈতৈ" হায়নসু মিংগোনরি।

পোইরৈতোম্মা অহানবা খুম্মোয়কই হায়দুনা লৈপাক অসিবু "পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক" কৌনা কোম্লোয় শৈনক-শৈথা-নরি।

***পোইবৈতোম্মা পুথোরুকপা কৌ মরম অনীসিবু অহাওবা চাকনি হায়হুম্না "পোইরৈতোন চাকহাও" কৌই। অমনা থাক্তনা থম্লিবা অহবুসু হাওম্নমপনি হায়দুনা "চাকহাও মোনখাং" কৌই।

চেংলৈবু থেম-নৌবা

পোইরৈ তমগী তাইবঙশিংগী মনা-মথূম ফংবগী পাউনিলথোক্নগী ঈরায়খোলবু লোইবী থক্তা পানখিবা চীঙগী ফুরূপ কয়া নাতা-নরত্থনা মতূঙ কুমজাদা চীঙদা লৈবা চেংলৈ লমলেকশাংগী লূপ অমস্থু লৈহৌ-রোন্দা লাক্কুনা নিংথৌগী মনা ফি ফংগে হায়দূনা কংলৈ পিবাগী মফম্লাং-দা "কংলৈ মপূ মৈদীঙঙু পিবা-ও! "নদাইরেম তয়ুম ঐখোয়স্থু নিংথৌ নথৌজাল ফংজনিংই" হায়দূনা "কোঙয়াঙ ৱানা পজেঙ ঈৎলগা লীনা লীফা-লীপুন্দুনা লূক অমা মখোঙ কোয়না, মখাঙ নাইনা লূক্কী মপান অকোয়বদা তুবী লীশা-খোইশা, লীথূপ লীরোল, চূকপূন-লীপূন, পরৈ ওকপ্রৌ পাংফ-শা ।" অমনা "খাংচেংফকশা লীরোল-লী থূপ লোন্দূনা পরম লীথাঙ কূন্থ্রা-মঙা, লাইয়েক নীফু-তরাক্কী, পাফল চাম্ম-নীপানগী পরম্থু লীথাঙ শুনা লোন্দূনা শাবা লূকমায় অথোল অম-গা' মশক অনীবু পুরক্কুনা কংলৈ । লূক্কা, লূকমায়গা উবদা খোয়জঙ-খোয়দাবা ওইত্থনা মৈদীঙঙু পিবানা হংই;-"ময়ূম য়েলূপ কনানা শাবনো ? লূকমায় অথেল অনী অসিবু মপূক ৱাখল থৌয়াঙঙিদা ।" লমলেকশাংনা পাউখুম্মী,-"ঐখোয় চেংলৈ য়ুম্না শারকপনি । হৌজি-ক্তি নোংপোক উয়ান্দুনা মকেঙ পূঙদা পানঙমজরে । মৈদীঙঙু পিবা পাখংবনা হংঙি-"অদূদি ঈশানৌ নুঙঙৌ য়ূমথঙবগা য়ুম অমতনিদনা । ময়ূম চেংলৈস্থু হৌ কংলৈ লম্ম-হনবদগী হৌখিবা য়ুম্নি । ময়ূম্থু মুৎহনবা অসি নামুঙ চৎলম্নি । হৌ কংলৈ লম্ম-হনবগী তমগী অকোয়বদা লৈঙ-ম্নবা তৌঙম্লে । মতম খরা থম্নায়বু হিংনবা থৌপুবদা নোংমগী অফঙবা মশক্না তাইবঙ থরায় হিংনবগী চীঞাক অহাওবা মশক ওইনা চান্নবা

মশক অদু থাদোক্লসি। হৌ কংলৈ লম্ম্-হনবগী পুগী চৎলম ঈচীঙ্গা-কপু লাইরকচনবু থৌ পুনা চা-থক্তু্না লৈরসে। লাইরক চনগী য়েলূপ মাগা শাথায় মাপল্লা হৌ কংলৈ লম্ম-হনবা সনা লৈপাক পুঙমায়-য়োলগী য়াইফ-থুংঙই থৌ পুনবা তৌঙম্লসি কোরৌ ঙসিগী।”

লনলেকশাংনা পাউখুম্লকই; “ময়ুম পুম্বগী নোংদম্বা কংলৈ সনা পুঙমায়য়োলবু লৈচঙ-লৈফম্বা! ঈথৌ-ইঙমদি কাউঙমদনা থৌপুজগে। চাওম্‌রবা চীঙ্গাক্লীনা থাঙম্বা ঙমগনি নীংঙমদরে। ঈপা নাৎ, ঈপু নাৎ-কী চৎলম ঈচীঙ্গাকপু তানফংত্রবদা, নীংশঙলক্তনা চাওম্ল্দনা তু লূখায় তারক্ত্মা লৈঙম্বা থোকঙম্বা ওইঙম্লক্কনি। অরাবা মতমদা থরায়বু হিংনবা চৎঙম্লকপা চাঙ্গাক অসিবু থাদোক্তু্না হুম্পোকপা তৌজররোয়। চীঙশাঙ অকোয়বদা কোয়না পাম হোংজহ্না ঈনীংবু তম্না লৈঙমজবা তানফংজরগে তমগী-অহৈ-অশিংবা অকন-অথৌবদা চানবী-কুবীবা নোংদম্ববু লিজগে মপুগী খূয়া খাদা।”

লৈনুঙ খুং-খুং অচিবনা নোংদম্বী;-“কংলৈ পিবা! ময়ুম চেংলৈ অসি-দি পাগী পুগী লৈহৌ য়েলূপ চীঙ্গাকম্মু চাখিদরে। পাউশা য়াউরা ঈরা-য়-ইনিল লাইয়েক চনগী ঙুদনা পাউশা-নপ্রে। হৌ কংলৈ লম্ম-হনবগী লাইরকচনগী-চীঙ্গাকম্মু তিন্নখিদরে। নামুঙ চীঙ্গাকপু চাদুনা লৈরবনিনা মখোয় অসিবু কোরৌ ঙসিদগী 'হোংচাই হাও' থাকৌনা থম্লসি। ময়ুম য়ূক্ষম লৈঙম্মু লৈত্তরে। মীচীঙ্গাকম্মু চাবা য়াবা য়াদবা নামুঙ মরমম্মু খি-য়েংদনা কোরৌ নোংমগী চাবা য়াবা লৈঙম্বা কংথং লৈত্তবা মশক্কা অহাওবা চীঙ্গাক ওইনা লৈবনিনা মখোয় অসিনা লৈরম্বা মফম্মু 'হাওকপ চীঙশাঙ' থাকৌনরসি। মখোয় খিবীক্কা কংলৈ ঈরোলবু পাউশাবদা

য়াউরা ওনা পাউশাদরে।” মৈদীগু় নোংদা লাইরেল পাখং-বনা হায়-“ময়ুম চেংলৈমা! নখোয়না লীশা-খোইশানা শারকপা লুক-মায় অথেল লুক অসিবু ঐগী খোয়জঙ-খোয়দাবা, থোকাউপ্রবা লারোল-খোইরোলবু ঙসি ঐবু নীংশিংনবা মরম্ন ওইহনবসিদা ঐগী ঈপুক হরাও-ভয়ামজবগী ঙমথৈ লৈতনা ফুংঙাইজরে। মসিগী-দমক পাখংবা ঐনা শেংলিবা খাঙশেং ফৈচোল অসিবু নখোয়দা ঐনা পীরবনি। ফি-রোল অসিবু তানফংবা মহাক অদুবু য়েবা চৈবা তৌফ-রোই। মীচৈ-মীয়ে পীরবদি পাখংবা ঐবু য়েবা চৈবগী লঙ-জবদু তানফংজবা ওইসনু। অদুগা নখোয়গী চংলম্ন কাউদনবা নয়ুম লৈহৌফম লুগী লৈফম্ন থাদোক্কুনা লৈনিংবা লৈফমদা হোংজুনা লৈঙমখি। অফঙবা চাবা য়াবা য়াদবা লৈতনা অমদি অথাকপা লৈতনা অহাওবা ওইনা চাঙয়া লৈঙমখি কাউদনবা নমীংবু ‘হোংচাই (=খোংজাই) হাও’ কৌরসি।”

চীঙদা লৈবা লূপ অমা

মৈদীগু় নোংদা লাইরেল পাখংবগী চহি কুমশীং ১৩৮ দা চীঙদা পনবা লুপ অমা লাক্কুনা মৈদীগু় পিবাদা পুরুম লৈপায়রৈ, “ননাই ঐখোয় চীঙদা লৈবা ঐখোয়ম্ন শাদা-লান্দা হৈ-শিংবা অকন-অথৌশিং য়াওরক্লবদি তমগী অকন-অথৌনা মনা-মথূম ফংবগুম্না ঐখোয়ম্ন ফংজগে; পীনবীবা নোংদম্নীয়ু” হায়ঙম্মী। মৈদীগু় পিবানা হংঙি—“নখোয়দি লৈফম কদায়দা লৈঙম্মীবা? চীঙাক্লা করি চাদূনা হিং-ঙম্মিবা?” চেংলৈগী ঙামৈশিং লুচিংবনা হায়জে— “ঐখোয় অসি হৌ ঙাংঙোই লম্ম-হনবা চীঙদা লৈরম্বনি। উমং লাইশিংবু

কিবদগী লৈচায়নহুনা 'অরাং উখোঙথেল চীঙ'দা পান্দুনা লৈংল্লে।
অফংবা মশঙ্কা তাইবঙ থরায় হিংনবগী ঈচীঙাক ওইনা শা, ঙা, উনা-শীংনা অফঙ-অফঙবা চাবা য়াবা মশক মথৈবু চাদুনা পালক্লিবনি।"
মৈদীঙঙু পিবানা হায়—"নখোয় পুম্বা! তমদা লৈরসি। পাগী পুগী চীঙাকপু চাদুনা অরাবা মতমদা থরায় হিংনবগীদমক্তা চারুরবা চীঙাক মথৈ থাদোক্লবা তৌরসি।" লুচিংবা ঙামৈশিংনা হায়জে—"ঐখোয়-দি চীঙাক অসিবু থানবদা রাঙল্লনি। চীঙদা অশুম লৈঙমহুনা হাওকপ চীঙশাঙবু লমশেং-তুশেংবা ওইনা লৈঙমজরগে। ঐখোয়গী থৌরম থৃদিংগী য়াইফনবা নোংদম্বীবা ওইবীয়ু। মীরমলেম্না য়ৈখায়-থিনগায়-হনবা তেমশীংলকপগী-ঈ-পাউবু তাঙম্না কংলৈ পিবানা হাওকপ চীঙশাঙ খোঙ্গারকপদা য়াংলো খোঙলম্বু স্তুংঙাইনবা লমশেম্বা থৌপুনা লৈঙম-জগে। মপু নঙগী ফি-রোলবু পামজহুনা নিজবা লাকপনি।"

ঙামৈ হাও মিংহুন্না লাইফি ফিমূ পীবা

মখোয় খৈবীক্কী রা তাবদা মৈদীঙঙু পিবানা ঙাইহাক তাঙজ মল্ল লুক্লা রাখল্লুরগা "ঐগী ঈহাকথকসিদা চীঙমী-তম্মী মরম অনী লৈয়ু হায়না চীঙঙু নোংদম্বনা নোংদম তমথ্রবোরে। অদূনদি ঐনা মখোয়দা থেম-নৌহুনম্বু য়াররোয়। মখোয় চীঙমী অসিনা তমদগী চীঙদা লৈথি-বদি মরম চীঙাক অসি চাবদগী লৈখিবনি হায়বা মরম অসি চারোল-সূরোল কাউদনবা লৈঙমহৌনবা থৌরাঙলগে। মখোয় খৈবীক্কী মনা-মথূম ফি-রোল অসি ঐখোয়দগী হোংখিবা চীঙাক্লা মনা ফি-রোল ওইনা পীংল্লগে" হায়না লেপ্লে। অহুদা "য়ুম্লাম, খোইস্নাম" য়ুম অনীবু কৌথকুনা কুমশং লংকাইনা নমথাঙ ফি-রোল অমা শাহল্লগা

অশংবা, অঙাঙবা, অঙৌবা, নাপু মেমানবা লংফাইনা নমথাঙ ফি-রোল পুম্বদা "শগোল, শামু, শা, উচেক, ঙা, উ-রা" মশকপু খুৎনা কানোক তৌনা লোন্দুনা ফি-রোলবু শেম-শাখি। ফি-রোল অসিবু পাখংবনা নমথাঙ্ ওইনা নমদা ইন্দুনা রায়েল কুচু শঙদা ফম্লগা হায় —"ময়ুম য়েলুপমা ! অশায়-অশম পুম্বম্লু তাঙল্লো। ঙসি ঐনা ইল্লিবা চৈরৈ ফি-রোল অসিগী মমীংদি 'লাইফি ফিমু ফি-রোল' মিংহুল্লবনি। ফি-রোল অসি পাখংবা ঐগী ফি-রোল অমনি। ফি-রোল অসিবু চীঙদা কানা পাময়ানবা খুন্দাবা ঈচীন-ঈনাও শাদা হৈবা, লান্দা থৌবনা পাখংবা ঐগী মনা ফি-রোল পীদুনা ফংলবা মশক্তি মফম ফমথোল নাইবা ওইগনি। ফি-রোল অসিবু ইল্লিবা মহাক্তা য়ৈবা, চৈবা তৌফরোই। ঙম্বা মথৈ মাগী মরালবু ঙাক্কদবনি। হাক্লা অকনবা অয়োল-অরাল তানফংলবম্লু কংলৈ পিবা পাখংবা ঐনা রায়েল নোংদম শঙদা ময়ুম পিবা মরীগা ফল্লগা অরাল-অহুইববু নোংদম রায়েল তমগদবনি। মরম অসিবু থৌকাউদনবা থৌপুনরসি। অদুগা অরাং লমদা হেনবা চীঙশাঙ উখোঙথেল পুঙদা পানফবা 'ঙামৈ হাও' থাকৌ মিংহুন্না লৈঙম্লগুহু। ঙামৈশিংগী লুচিংবা ! মৈদীঙঙ্ কংলৈ পিবা পাখংবা ঐগী ঈনমদা ইল্লিবা চৈরৈ ফি-রোল অসি নখোয়না ফংঙল্লো; ঐগী খুদোল মনা ফি-রোলনি। লৈঙমহৌরিবা লাইগী ফিরোল ফিমু নমথাঙ পুম্বা অসি খৈবীকপু শাদা হৈবা, লান্দা থৌবা মী, রায়েল থৌবু হৈ-শিংবা, তৌ-ঙম্লকপা মথৌ-মঙমগী মরম্বু খায়না শায়েক-শাদম, ঙায়েক-শাদম, উয়েক-শাদম, ময়েক - মচু হোংনা লোন্দুনা মনা ফিরোল পীনা ফংনরসি। কুমজা অসিদগী হৌনা চীঙশাঙলাকপা

কোল্লোয় মিংকৌনা থল্লসি" হায়না নোংদম্‌া লাউথোক্লুনা ফিমু লাই-ফি ফি-রোলবু মনা ফি-রোল পীবীত্থনা উথোঙথেল পুঙদা পানকবা ঙামৈ হাওশিংগী লুপ্লু হরাও-তয়াম্না মথুন্দা হল্লখি। ময়ুম য়েনুপমা পুম্বমু মরাল-য়ায়দা ঙম্না হল্লখ্রে। মৈদৌঙু নোংদা লাইরেল পাখংবনা লৈরিবা নমু তাইবঙ খুদীংমকী মনীংথুংনবা থৌবু রাখন্দুনা সনা কংলৈ শঙ্গায়রেন্দা হজিন্দুনা নোংদম্বা থুংখুং অচিবগা পাউশানা লৈখি। কুমজা অসিদগী হৌনা "চৌঙশাঙ লাকপা মনিংথৌ লংমাই নিংথৌ নুঙঙৌ য়ুমথঙবা, চৌঙশাঙ মনীংথৌ ফুনান তেলহৈবা, মকেং নিংথৌ, খারম নিংথৌ, মোম্বী নিংথৌ, চশাৎ নিংথৌ, মরিং নিংথৌ, চোথে নিংথৌ, থয়োং নিংথৌ, মপাও নিংথৌ, তয়াং নিংথৌ" অসিনচিংবা হাপ্তুন্না লোইবী চৌঙশাঙ অকোয়বগী লম্বু শীন্নবা হৌখ্রে।

মেরা হাওচোঙবা হৌবা

মৈদৌঙু নোংদা লাইরেল পাখংবগী চহি কুমশীং ১৪৫, খৃঃ গী চহি ১৫১ শুবা কুমগী মনুঙ লোইদাম মেরা থাগী ১৫ নি পানবা থানিল শগোলশেন হুমিত্তা মোংপোক চৌখ্রে অশিরোই চৌঙশাঙদগী চৌঙমী থাঙরায়জাওনা লুচিংত্থনা কাংলুপ অমা কংলৈদা খোঙ্গারত্তুনা নোংদা লাইরেল পাখংববু থৌগল্লে। পাখংবনা পাউহংবদা "ঐখোয়দি মমাঙ কুমজাদা হৌ কংলৈ লম্ম হন্দা লৈঙল্লম্বনি। খোইয়ুম উমং লাইশিংগী নমথেক-নমজানবদা অশিরোই চৌঙশাঙদা শানকমবু কোইজাইননা ভাত্থনা লৈবনি" হায়না পাউথুম্মী। অত্থদা পাখংবনা- "অত্থদি চৌঙ লমদা তাংত্থনা লৈরহু। নঙগী নঙগী লৈফমদা লৈঙল্লো" হায়বীরক্রে। অত্থদা থাঙরায়জাওনা হায়জে—"ননাই ঐখোয়দি ভমদা লৈবদি য়াঙল্লনি, কুমজা থুদিংগী ঈশিং ঈচাও থুম্বমু ভানফংদরবা চৌঙলম

অভোঙবদা অওম মরৈজরগে । মৈদীঙঙুবু সনা থৌগঙলিংহুনা মনা-মথূম পাম্জবস্থু থৌনিজগে লাকচবনি। ঐখোয় কংলৈ ফম্বগী শাকোই-শাদম্বা খুৎলোলবু মওম মুংশাংনা কাউনরে। খুলোলবু শাদম্না অশৈ খোলফাং শৈরাউনা মপূ নঙগী থৌগলবু তানকংজগে লাকচবনি।”

মৈদীঙঙু পিবানা মপূক হরাও তয়াম্না মৈতৈ য়েলূপ পূম্বু পাউজেন্না কৌহুনা কংলৈ পূঙমায়য়োন্দা মযুম পিবা মরীনা লুচিংনা থোইয়ুম পূম্বস্থু য়াকারক্কুনা মৈতৈ মযুম লূপকী ফমদৌ পূম্বা মফম্নাং-দা ফমহুনা য়েংগদবগী লৈরে। অশিরোই চৌঙশাঙদা পানফবা থাঙ্-রায়জাওনা লুচিংহুনা পাউশা লীরোল শৈশক্লা খুঞ্জাও লৈচাওনবা হায়বগী শকোয়-শাদম্বা ওইনা মপুথৌ লাংলোই লাইগী লৈরোল-নোংলোল ফকশা-লীশাবু শাকোয়-শাদম্না কংলৈ পিবাগী থৌগলবু পাউশা শৈশকপা হোরে; “হৈয়িলে, হয়ালে—অম্ হয়ালে॥ হো হাং হো, হো হাং হো,হো হাং হো, হো হাং হো, হো হাং হো॥ হয়ি হয়ালে—অম্ হয়ালে, হয়ানগেদা হো॥ রাকোল্লো —রাকোল্লো, চৌঙদগী রাকোল্লা তমদা তাগে হায়ঙম্লে॥ রাকোল্লা কাপ্পা লীকাপ্প', রাকোল কপনোয় নেয়॥ রাইহু-ও, রাইহু-ও তমদগী রাইহুনা, চৌঙদা কাগে হায়ঙম্লে; তমগী রাইহু পূকফবা, রাইহু নেম নেম নেম॥ হো হাং হো, হয়ানগেদা হো, হো হাং হৈ॥ হা উং হুং, উরু রুরু, রুরু, রুরু, রু॥” পাউশা শৈশকখোলবু তাবদা মৈদীঙঙু নোংদা লাইরেল পাখংখগী মপূকপু হুংশি হুংওন লাংখিহুনা- খুম্হোক লৈশেমঙৈগী মরম্বু লীংশিংলুহুনা রায়েল কুচু শাঙদা য়ান্দুনা থমলিবা “লুরেল লূত্তীন

ফি-রোল লাইয়ূম নমথাঙ"বু লৌথোক্লুনা "থাঙরায়জাও! কংলৈ পিবা পাখংবা ঐগী লৈহৌ ফি-রোল লাইয়ূম নমথাঙ অসি মনা ফি-রোল ওইনা কোরৌ ঙসিদগী নখোয়গীদমক কংলৈ পিবা ঐনা পীরবনি" হায়না পীনরে।

খ্বাঙলী লাইয়ূম নিবা তাংখুল মিংছনবা

থাঙরায়জাওনা— "ময়ূম পুম্বগী নোংদম পিবানা নোংদম্বীহনা লাইয়ূম নমথাঙদি ফংজরে। অদুবু ফি-রোন্দি শুনা ফংজগে। লাই-য়িংথৌ অশীবনা মালেম লৈথোলঙৈদা শেৎলমখিবা 'খ্বাঙকোই-খ্বাঙলী লাইয়ূম' অহুগা পীনবীবা নোংদম্বীয়া ঈপুথৌগী থৌঙম্বু থৌ-কাউদনা থৌপুজবা ওইঙম্না খ্বাঙলী লাইয়ূম্বু লীথুপ শেৎনা কংলৈ সনা লৈপাক্কী লৈথোল-লৈতৌববু ঈথৌ-ইঙম ওইহনা লোইবী চীঙশাঙ অকোবদা পনশানা নথৌ-নঙম্বু পুহনা ননাই ঐখোয় পানজগে।"

মৈদীংঙু পাখংবা পিবানা নোংদয়্নকই,—"নয়ূম কংলৈ লম্ম-হন্দা হঞ্জিল্লরোয়; লোইবী চীঙশাঙ অকোয়বদা লৈঙম্নগে। ঈশিং ঈচাও খূদিংগী য়ুমহোঙ-কৈহোংবসি রাঙম্নে। অহু নোংগী-দমক্তা নয়ুম কংলৈ লম্ম-হনববু হুনদোক্লুনা অত্তোঙবা লম্বু থিহনা লোইবী চাঙ-শাঙদা মীগী মথৌ-মঙম চেংলৈ য়ুমগী চীঙদা কাদূনা পাম য়ান্দূনা পানববু নখোয় পূম্বনা শিন্তাংহনা লৈখিবা মরম অসিবু কাউদনবা থৌবু-থৌঙম ওইনা নখোয় খৈবীক অসিগী নমীংবু পাখংবা ঐনা 'তাংখুল হাও' হায়না ঙসি কোরৌদা কৌরগে। নখোয় পূম্বনা পামজবা নোংদম্বা ঈপুথৌগী মালেম লৈথোল 'খ্বাঙলী লাইয়ূম' অসিবু

১। লাইয়ূম নথাঙ— লাইরূম নমথ ঙ

পাখংবা ঐনম্থু থব্লায়না তাজবা চৈরৈ খাঙশেং-খাঙলী ওইনা পুরুম লৈপায়না থমজবনি। অত্থুবু তাংখুল নখোয় খৈবীক্লা কাউগ্রবা থুম্থোক লৈশেম লীশা-খোইশা ফকশা মরম্থু ঙসি কোরৌদা নৌনা নীংশীংহল্লবা অসিদা পিবাগী পেনবা কৌবদা লৈঙমদে। ফি-রোল খাঙশেং, লাইয়ুম খাঙলী অসিগা কোল্লহুনা পাউশা অসিগা লৈহল্লগে। চঙশীল্লকউ পাখংবা ঐগী তাংখুল অয়াম্বা পামজবা ফি-রোলসে লৌখরো।" হায়দুনা "কংলৈ সনা পুঙমায়য়োল, চীঙনা কোয়না পনশাবদি, হাওনা কোয়না পনঙাল্লী। নোংদম্বনা মউ থাবদি, লাই-য়িংথৌ অশিবনা থাবনি। অউন ফি-রোল তমজবনা, থৌদাবু নোংদম থৌপুনা, পাখংবা ঐনা তমজখি।" পাউশানা খাংলী লাইয়ুম্থু পীখরে। চৈরৈ ফি-রোলবু তানফংলবদা তাংখুল থঙরায়জাওনা লাইয়ুম খাঙলীবু শেংলগা, লাইয়ুম লুতীন নমথাঙবু লেংফাই খাউওম্নহুনা লুচিংলগা মপূক হরাও-তয়াম্না পাউশা লীরোল শৈশক্না মৈদীঙঙু কংলৈ পিবাবু পুরুম থৌনিরকয়ে—"পোঙ্গরৈ মৈতৈ লৈময়োল, কংলৈ সনা পুঙমায়য়োল, লৈপাক নোংথৌ তুবদা, সনা থম্বাল শাংলিবা, সনাগী থম্বাল মথক্তা, ময়ুম মঙাং কংলৈ পিবানা, সনা ফম্বাল লাংহুনা, লৈপাক্কী হুংঙাই-য়াইফ নোংদম্বীববু, পিবা মরাক শামফদে॥ চীঙনা কোয়না পনশাবা, হাওনা কোয়না পনঙাকচৈ মপূ নঙগী-দমক্তা, চীঙগী চেংলৈ হাওবনি। অয়োল অরাল অপূম্বা, নখোঙ থানা ঙাকপীবা, নোংদম থৌজ্জাল তাবীববু, ফিগাও শানা নিজগে, পীনবীয়ো থৌজাল থোইবা॥ হৈ—হো, ও ও ও ও ও হয়ানসিদা।" শৈরাউ শৈদম্না পায়নহুনা মপূক লূতীন থাঙম্না তাংখুল

থাঙ্‌্রায়ঙ্গাগুনা লুচিংবা কাওবু নোংপোক লৈথম অশিরোই মরাক মথুঙ্গা হনখিরে ।

মতৌ অসুম ভৌহুনা মৈদীগুঙ্‌ মোংদা লাইরেল পাখংবগী মমাঙ "হরি চক, হয়া চক, থুঙুং চক্তসু" নিংথৌ কয়ামুক পাখি হায়না অঙ্গা হৌজিক ঐখোয়না খঙনরিবা "হাও" হায়নসু কৌন-রম্লিবা চীঙমীশিংগা তমদা লৈরিবা তম্মীশিং (মৈতৈ) গা য়েলহৌ-ঙৈদগী হৌরক-শাংলকফসু অমতদগী ওইরকপা, অমতা ওইরম্বা, য়েক-শল্লাইদা অমদি শককম্নচিংবসু শকমান্নরিবা মরম্না মতম কুইনা শাংনদগী হৌনা গুসি ফাওবা ভৎন-থানরক্তনা অমতা ওইনা কয়াদা লোয়নমিন্নতুনা লৈমিন্নরক্নী । মসিবু মথক্কী রারী লীথূনসিদগী অসুম্না অসুম অসুম ওল্লকখি, ওইরি হায়বসি "বংলৈ শঙলেল পুবা" পুম্নাদগী কংজববু শন্নপ্না থরদঙ্‌ পঞ্জরিবনি ।

পঞ্জরিবা—

মনিজাও

# সন্দ্রেম্বী চাইশ্রা

——:[0]:——

## লুবাং তিংগোই ঙম্বনা পানবা

ইহান হানবা [১]"হয়ি চক্কী" মতমদা নিংথৌ কয়া পাল্লম্লগা হৌখরে। অম্মুম্না অনীশুবা [২]"হয়া চক" স্থু লোইখিরবদা, মথঙ [৩]"থুনুং চক" হায়না কৌবা অহুম শুবা চক অসিগী মনূঙদা "কংলৈ ষুংনাংপান" কৌবা লৈপাক অসিদা নিংথৌ মরোল কয়ামুক মথক্তা হান্না পানগ্রবা মতূঙদা, "লূরাং তিংগোই ঙম্বা" কৌবা মতীক মথৌনা হক্লা লৈরবা নিংথৌ অম-মুক "মোইরাম চনূ লাইরৈমা" কৌবী ঈবেম্মা অমগা পান্ন-ছুনা "কংলৈ পুঙমায়য়োল কৌবা [৪]য়েক মচু তরেংকী পোকল্লেল শাংফম খুবম্মু পুতুনা, শঙদুনা লৈপাক্কী মপী-মপা শকপা [৫]পিবা ওইনা লৈপাক

---

১। হয়ি চক=ইহান হানবা অহৌবা চক (সত্য যুগ)।

২। হয়া চক=অনীশুবা চক (ত্রেতা)।

৩। থুনুং চক=অহুম চক (দ্বাপর যুগ)।

৪। য়েক মচু তরেং=অঙোবদি অঙোম; ঙাংঙ্বা-নবদি মঙাং; ঙাঙনা ৱাউথাংনবদি লুৱাং; মুরৈননা শংদা-নবদি খুমন; ৱাউনা ঙাঙবদা মুনা লাংবদি মোইৱাং; খেমানবা মচুগা সৈচেংং অৱাওবা ঙাংঙ্বা-নবদি খাবা-ঙানবা, অৱাওবগা অপঙবদি শরাঙ-লৈশাথেম (চেংলৈ); মচু তরেং অসিবু য়েক মচু তরেং কৌই।

৫। পিব;--নিংথৌ, লৈপাক্কী লুচিংবা মপী মপা শকপা, মপু ওইবা।

খোনবা, অশোন-অনা, লায়র-অনং, অহন-সমন কয়াবু শকখঙবা; অচাল-মীরায় লৈতবা, মবুক রাখল চেৎপা, তৌফম থোকপা মথৌ-শিংদা মায়রোঙ থৌনা য়াবা, হায়খিবা রাশক্কী মখা পোনবা, লৈপাক্কা য়াবা অমা ওই। মচা নীপা ঙাক্তা নীপান পোক্তুনা য়েকনা-ভিংখং লৈতনা, লৈপাক মরা তপ্পা ঈঙনা হুংঙাই য়াইবী মরাঙ কায়না পাললকই। মপারী নীপানমক, মপাবুংগী মচৌন-মরা চৎপা, চৎলম লুতীন নাইবা রায়েল ফম্বে ফম্বা "নোংয়ায় চহুই লৈরোং অপাম্বা" কৌবা অমা লৈরম্মী; অঙম্বা অসিদা লীরূঙ তেনগী লীকাপ-তেনকাপ, লাক্কা ফানবনচিংবা মখল মখা অয়াম্বশিংবু শুনা তমহল্লী। অঙম্বা অসিনম্তু মপারীশিংবু য়াম্না থরায় হকচাং য়াওনা লীকাপ তেনকাপ্তা য়াম্না চঙখোন্না হৈ-শিংবশিং অমা ওইনবা মানা খঙজবা মখৈদি খাকপা লৈতনা তেংনা তম্বীখিরম্মী। মপারী নীপানমক অঙম্বা অসিগী থৌজালখোন্দগী লীরূঃ-তেন্দা থোইদোক্লমক লীকাপ-তেন-কাপ্তা য়াম্না চঙখোন্না হৈ-শিংবা, মতীক-মথৌনা লৈবা, অখন্নবা অমমম ওইনহুনা হৌমীন-কামীন্নরিবা মরেং-মমান্নবশিং কয়াগা লাম্বা পানরমবা, শাথেঙনরকপা মতমদা মখোয়না লৈপাক অসিগী অথোয়-মীহেনবা ওইহুনা মনীং তম্না লৈনরকই। মপারী নীপান অসিনা চৎলিবা লমচৎ অসিগু মওঙ-মতৌ অমনি। মখোয়শিংবু মহৈ-মশিং তমহনখিবা হুমিত্তগী হৌহুনা নোংমা হুমিৎ অমতা মপানা মচাশিংবু অমুক্তগু উনবা ফংখিদে। অয়ুক অঙনবদা অশোঙবা উমং-রামং, চীঙখোঙ-চীঙয়াদা মানা মানা চৎনীংবা লম মায়কৈদা চত্তুনা শা ভান্দনা লৈনৈ।

পম্বৌ মপা লূরাং তিংগোই ঙম্বনা মচাশিংগী মচং-মভৌ অসিদা রাখল তৌরকই; "হৌজিক্তি ঈপারীশিংস্থ লোইনা চাউবা লেপ্তুম ফ,নরক্লে। মখোয়শিংনা কোচং-চক্তুনা কোয়ৌ হুমিৎ অমতা যুমগী মখাদা লৈতবা সিনদি কাম্নররোয় ; মাগী মাগী মযুম লৈফম মশক খঙনা পান্দুনা লৈহল্লগে" হায়না লেপ্লহুনা, নোংমদি মচাশিংনা চংথোকনদ্রিঙৈ মতমদা মপাবুঙনা অয়ুক ঙন্তানা থেক্লগা ঙাইহুনা লৈ। মতম অহুদা মচাশিংস্থ লীরাঙ অমমমণা লোয়ননা মবেঙবান্দা য়ান্দুনা থোরকপা উরে। অহুদা পম্বৌ মপানা হায়রকই ; — "ঈচাশা ! নখোয় নচীন-ননাওশিং হৌজিক কদায় কদায়দা চংনগদৌরিবনো ? ঙসিদি ঈপা রা অমা হায়গে ; ঈপাদি অহনগী মতমস্থ ওইশিললক্লে, ঈপানা পোকপদি নখোয় নচীন-ননাও নীপাননিদো, অহুগা ঈপানা লৈজবদি কংলৈ পুঙমায়য়োল অসির্দনি। হৌজিক্তি নখোয়শিংগু মনুঙ মতম চারে, নযুম খুবম লেপ্পা লোইনা ঙম্নরক্লে। অহুনা নখোয় নচীন-ননাও নীপানগী মায়কৈ নাইনা ঈপানা লম খরা খরা খাইবাহুনা, নঙগী নঙগী লম মশক খঙনা পীনাংলে। ঙসিদি ঈপা-ঈচা পুন্না তারা চামীন-থকমিন্নখিসি" হায়হুনা মচাশিংগা পুন্না চামীন্নখি। চাবা-থকপা লোইরবদা, পম্বৌ মপানা মচাশিংবু ঙমনা কৌশিন্দুনা হায়কই ; — "ঈচাশা, নখোয় নচী-ননাও নীপানমক ! কোয়ৌ ঙসিদি নখোয় নখোয়শিংগী ভোঙান ভোঙান্না লৈজনবা লম য়েনথোকপীরম্নগে —পম্বৌ নপা ঐনা। হৌজিক্তি মায়কৈ নীপানমক্তা পারী নখোয় অম-মম লেপ্নহুনা, নঙগী নঙগী নখুংস্থ লীরুঙ-তেনশিং পায়হুনা লমদম অরাপ্পদা তন্না

কাপথোক্লখি-ও। নঙনা নঙনা কাপথোক্লখিবদা তেনশিং অহ্না ভাখিবা মফম অহ্দা নয়ুম শঙলেল শাহ্না লমশেন-লমঙাক্তুনা পানবা ঙমনবা তৌজরো” হায়না খঙহল্লবদা; পঙ্খৌ মপাগী ময়াথং তুংইন্না কায়দনা মখোয় মচা নীশানমক মপাগী মাঙদা মায়কৈ নীপানমক্তা লেপ্লাহ্না মথুৎস্থ তেনশিংবু মথঙ মথঙ ঙমনমক কাপথোকনখিরম্মী। মনা মনা কাপথোক্লখিবদা তেন্না ভাবা মফমশিং অহ্দা ময়ুম শঙলেল শাহন্দুনা মপাগী ফুংঙাইনবা লমঙাক-লমশেন্দুনা লৈনখি।

মপারী চরৈ অহুন ১। তিংগোই হৈবনা চঙ্খে লীক্লমদা পান্দুনা লৈখি। ২। য়ায়মাবা তিংকোই শুম্বনা নোংপোক লৈহৌ চীঙগী চীঙরাঙমদা লৈখবে। ৩। অতুগা অহূম শুবা মচা তিংকোই তৌবা কোবনা নোংপোক খা লীক্লম মৈরমলোমদা লৈখি। ৪। মরী শুবা মচা তিংকোই থারৈ ঙম্বনা খা চীঙরাঙমদা পান্দুনা লৈখি। ৫। মঙা শুবা মচা তিংগোই চেকলৈ তাম্বনা মুরাং (মোইরাং) শঙ্গোং চীঙরাঙমদা লৈখরে। ৬। মপারী তরুক শুবা তিংকোই ভীঙশোয় ঙম্বনা নোংচুপ হারমগী চীঙরামদা পান্দুনা লৈখি। ৭। মপারী তরেৎ শুবা তিংকোই লোকলৌ ঙম্বনা অরাং কোঙ্ক্র লাইগী চীঙ-রাঙমদা লৈখি। ৮ মপারী অতোনবা নীপান শুবা তিংকোই লৌরাঙ ঙম্বনা অন্নাং হারমু পাংনা তেন কাপথিহ্না অরাং চীঙ রাঙমদা লৈহ্না পানখরে।

লুন্নাং তিংকোই ঙম্বা পঙ্খৌ মপানা কংলৈ পুঙমায়য়োম্দা য়েক্ল-তিংখং লৈতনা মনীং ঙম্না ফুংঙাইনা পান্দুনা মতম ফুংশাংনা লৈরক্লবদা, মতুঙ মমৈদদি মচাশিংগী ঈ-পাউ অমতা তারক-

খঙলক্তবা মতম কুইশিল্লক্লত্বনা পন্থৌ মপা লূরাং তিংগোই ঙম্বনা ঙম্না মপারীশিংবু কোয়না চৎতুনা মার খোঙগুন লীরুবা থিরুবা মতমদদি—মপারীশিংদি মায়কৈ পুবা মপূক্ক-মথানা চৎপা তুবী লাংওন ওইত্বনা লমশেন-তুশেন্দূনা লোইনা লৈনখিরমলে। মচাশিংগী তুবী লাংওন ওনখিবা থোৌথোক মতৌ অসিদা পন্থৌ অপোকপা। মপাদি খল্ল-খল্লুশগা করি অমূক হায়নীংঙাই তৌনিংঙাই লৈত্ত্রত্বনা খাঙঙমন্দ্রবা থম্মোয়গী অরা মৈচাকখোল কয়ামুকপ্ ফংনা ময়ুম কংলৈ মফম্লাংদা হল্লকই। লূরাং তিংকোই ঙম্বদি মচাশিংগী হুংঙাইতবা রাখন্না পুন্সিগী লাইথুং-লাইমন ফংবা ওইরত্বনা অরোয়বা মতমগী পাউজে-লবু রানা চাক্লা ঙাইত্বনা মতম খরদঙ্ লৈরম্লগা, অমূক হন্না [1]মখাদস্থু ঈ তারমদনা থুপখি।

---

## পাখংবনা তুবী লাংওন শান্নবা

লূরাং তিংকোই ঙম্বা নিংথৌদি মচাশিংগী রাখম্না থুম্মৎখিবনা পুন্সি চেঙজেন লোমত্বনা থুপখিরবদা; "কংলৈ হুংনাংপান" কৌবা লৈপাক-সিগী মপী মপা শকপা পিবালোল মথঙ অমূক ওইত্বনা "কংলৈ পুঙমায়য়োল" কৌবা য়েক মচ্ তরেৎকী পোক্কলেল শাংফম থুবন্থু শঙবীনবা লেপ্পী-নবা তাইবঙ, খোইয়ুমশিং কনা হন্না অমা

[1] মখাদস্থু ঈ তারমদনা—মচা অমূকস্থু পোকক্লমদনা লিখি।

লৈরক্কবা অসি মতম কুইনা শাংনা লৈবাক নিংথৌ পাম্ভ্রক্লনা কাংলকলে। লৈপাক অসিগী রায়েল থৌদা থৌ পুবীনবা মপী মপা শক্লবা পিবানা লৈম্রবা, কাংলবদা থোইদোক্না অচূম অরাল-অহুই লৈনরক্করে। অকনবশিংনা অশোন-অনাশিংবু তুহৎপিবা, হুরান চীম্থি হেনগৎলকপা, অরা-অনানচিংবা নত্ত-নত্তবা থোথোক কয়ামুক হন্না হন্না ফংলকপা থোকচিল্লক্লবদা কাংথং খুনজাইনহ্লনা (লৈবাক পানবা য়াম্ভ্রহ্লনা) মহৈ মহৈ লৈনরক্লে।

কোরৌ নোংথৌদা লৈবা মালেম অঙানবগা তীল্লুক ওইরিবা "লৈহুং লোঞ্জা অরীবা সনা কোঞ্জিন তুথোকপা পাখংবা" তাইবঙ পিবা ওইগদৌবনা কংলৈ পিবা ওইবীনবা, শঙবীনবা লৈতে; কাংলে হায়বা উরহ্লনা—"লৈবাক অসিদা [১]লাংওন অমুক নৌনা শৈহৌহ্লনা পিবালোল অম-মুক শমথনবা কংলৈদা পাল্লগা, চাদা-নাউদাহুনা [২]ময়ুম চারী লিংনা য়ুমলেপ চারা থনম্নবা খুজীন থৌরাঙ থৌশীল্লগে" হায়না রাখন্দুনা কোরৌ নোংথৌ অরাঙবদগী মালেম থক্তা খোঙদা খোঙ্গুল্লক্লে। অত্তুগা নোংপোক কংলৈদা লোইদাম শজীবু থাগী থানিল [৩]অহীংগী য়ুথক খানবা কোরৌ লৈবাকপোকপা হুমিহ্লা "[৪]চীঙলাই নোংম্রেন পাখংবা" হায়না

১। লাংওন—অনৌবা মপোক অমা শাওনবা (শাম্নোনবা)।

২। ময়ুম চারী লিংনা —মচা চাদা-নাউদা থম্মা।

৩। অহীংগী য়ুথক খানবা—অহীং নোংম্নাম চবুক।

৪। চীঙলাই নোংম্রেন পাখংবা — মাগী শাম্লোম্না ল্যাংবা চক্তা লম পুবা লাই ওইহ্লনা মলকপু মচী চীরোঙ মম্মা পম্মুনা উচেকী

কোন্লোয় মিংগৌ থাগৌহনা লোইবী চীঙশাঙ নোংপোক মায়কৈ অ:কোয়বদা চহি কুমজা মতম হুংশাংনা কোয়না চৎনা শানহনা, পান্দুনা লৈররে। মতম অহদা মাগী মশক মতৌ মওঙ উনবদা, অউবা তাইবঙশিং কনা অমতনা মনাক্তা নকশীন্নবা, চঙশীল্লুবা ঙম্নদে। মাবু অকী ভূজুংনবা অমা ওইহনা মহৈ মহৈ ঙমনা কায়নহনা চেন্নখিরম্মী। মতম অহদা লৈবাক অসিদা লৈনরিবা তাইবঙশিংনা অকী-তুজুংনহনা মহৈ মহৈ মায়কৈ-শল্লাই থঙদনা মনাক্তগী কায়দুনা তৌনরিবা মতৌ-মওঙশিং কয়াবু মহাক্না উরবা, খঙজরবা মতমদা—লৈরিবা মফম অহবু থাদোক্লম্নগা, অতোপ্পা মফম অমদা হোংখিহনা অমুকস্সু হন্না খুন্দা লৈতারুই। মফম অহুদস্সু "মশক অসিবু হৌজিক তাইবঙ নমু কনানা তাইনবা ঙমগদগে! মনূঙ মতমস্সু অস্মুক রাৎলিঙৈদা থোরক্লীবা অসিবো!" অস্মুন্না ঙাঙন-শোন্নরহনা তাইবঙ কনা অমতা মনাক্তা লৈবা ঙম্নদবনা ঙম্না চেন্নরক্লবদা; চীঙলাই নোংদ্রেন পাখংবনা রাখল হন্না অমুক

মতৌওম্না—খোঙহামপাৎ, ক্ষৈদিংখা; হুংগেন্স, য়েংদোপোক্পী ভীংগ্রী, লৈকনথব্বী, পোৎশঙবম, নিলকুঠি, মহান্নাবী, কোনন্নায় পাখংবা কৌই। হাম্নরিবা মফমশিং অসিদা মনীং মখা ভম্না কোন্নরনা চৎপা লাইনি। মহাক্তি ওক্ল-থেংনন্নপা মতুঙদস্সু ইমহনা মচৎলি। অক্লবা লাইনি, মাবু ওক্লন্নপা মী শিগনী। হৈন্না, শিংন্না জৈন্যাং থৌনিজো; লাইচুম্রবদা পঙনা কোকক্লে। হান্নদ্রা "পাক্কন লম্বুম্না" অমদি "কংলৈ শঙলেন পুব।" পুন্নাদা, মিংথৈরোলপা কোম্মনা য়েক্লনা ম্লাওম্নী।

তৌরকই—“ঐগী ঈশক ইতৌ অসিদি তাইবঙ নমু কনা অমত-গম্নু লোয়ন-ভিন্নহনা লৈমিন্নবম্নু য়াররোই; য়াবা মশক হায়বহ্ ওইদরে। অহ্ ওইববদি মফম অসিদা ঐনা লাক্লম্মী হায়বা খঙনবা মশক অমা থনম্লগে” হায়দুনা মহাক্তগী তৌবা ঙম্বা মশক অমা পুথোক্তুনা থনম্লগা [1]থুপখরে। মহাক্বী থনম্লিবা শাওন অত্থনা মতুঙগী লাংব চক্তা লম পুবা “[2]ঈবরঙ লাই চীঙলাই পাখংবা নোংদাই পাখংবা” হায়না কৌবা মশক অমা থনম্লগা মফম অমদা লাংওন অমুক হৌখরে।

লোইদাম পোইনু থা মাকমৈ তবা-মঙানি পানবা থানিনগী কোরৌ হুমিং য়ুমশকৈশ হুংথিল পোপ্পা হুনবা মতমদা কংলৈ পুঙমায়য়োন্দা “[3]চীঙত্রেন সনা নোংদাই সনা পাখংবা” হায়না অমুক কোল্লোয় মিংহুন্দুনা মশক হোংনা অমুক থোরকলে।

১। থুপখরে=মাঙখরে, লৈখিদরে। ২। ঈরঙ লাই চীঙলাই পাখংবা নোংদাই পাখংবা—লাংব-চক্তী মতমদা লম পুবা লাই ওইহনা লৈ। মানা পুবা লমদি—'ম্লারল পাংখা, কবোক পাং, ফোন্দুঙ, পোয়াবী, শঙম্লুঙ, শগোলমাঙ, লম্লাং ভুরেল ভুশাঙ, পাংথী-কোমথী কফ্লুং ঈরাঙ লাই পাখংবা নোংত্রেন পাখংবা কৌএ। ওম্বোকপা ভোহনা মনীং তোনা পাইহনা চংপা, ওক্ক-থেংনয়গা মীশিগল্লি।

৩। চীঙত্রেন সনা নোংদাই সনা পাখংবা—খানা চাউবা ভুবী ভুশাঙ চীরেল পা-খংবা, চীঙত্রেন সনা নোংদাই সনা” হায়না অমুক মমিং মরী অসিনা লাংওন্দুনা “মিনুথোং, ব্লাক্রম পম্বোং, তাখোক, নোংপোক ভুশাঙ, বামোন লৈকায়,

থোবক্লীবা মশক্ক মতৌ মওঙ অতুবুস্ত লৈবিবা তাইবঙ মখৈশিংনা হেক শকউনবা, থেংনবদা, "হা— কবমনো! কবমনো!! মক্কম অসিদা অমসু অমুক থুংলবে। মনুঙ মতম নত্তনা মফম অসিদা থোবকইদা।" হায়নতুনা কনা অমতা চঙলক্তনা চেন্নখিবা উরবদা; অতুদগী মহক্কা অমুক থুপ্লতুনা মফম অমদা মপোক অমুক হোংনা হন্না লাংওনখ্রে।

মতুঙদা অমুক নোংপোক চীঙশাঙ চীঙগোনশিংদা লৈফম বলৈ ওম মুন্না শেমগত্তুনা মিংবু "[১]নিংথৌ চীঙলাই পাখংবা কৌনা খংথোক্কুনা পাল্লকপা মতমদসু খংদবঙ কনা অমতগা লোন্দ গ্নত্তনা মনাক্তা কনাদ লৈবত্তবদ, মতুঙদা "মশক অমা থনয়্লগে" হায়তুনা তৌ ঙম্লবা মচী চীবোঙ মবা পান্দুনা "[২]নিংথৌ চীঙলাই নোংদ্রেন পাখংবা" কৌবা উচেক্‌য়্না ওইবা অমা থনয়্লগা অমুক থুপখবে। থনায়্লবা অতুনা লম পুবা লাগ ওইতুনা ককপ্পা অসিনচিংবা ওগী মশক মওঙ লৌহনা নত্রগা হীযাঙ হীবেলগী মওঙঙগুম্না মকোক মক্ক কাঙনা মবায লোংনা চংলি হায়তুনা অকোনবা "লাংবা চক" কৌবা অসিদা "লংবাং নিংথৌ" হায়না মিংথোন্দুনা "পাফন লম্বুবা" পুযাদা মশক মচু মমেল অমদি তীনজু লাইচুরবদা তীনকোক লাইকোক্কবনচিবা নিংলেল মিংথৈবোল অমদি ঈবাৎ থৌনিরোল শুগাংনা যাওতুনা তাক্লদা মরম্না খুমুচক্কী মতম নত্তনা মতুঙগী লাংবা চক্কা লাংওন্দুনা লম পুবা ওইতুনা লৈরি।

[১]নিংথৌ চীঙলাই পাখংবা, [২]চীংলাই নোংদ্রেন পাখংবা = হায়রিবা তুৰী লাংওন অনী অসিবু "পাফন লম্বুবা" "কংলৈ

লৈহৌরে। অম্ভুম্না মপোক লাংওন মথঙ মথঙ হন্না শায়োনলক্কুনা মতুঙ অমুক কুরুম চীঙগী চীঙবা অনী ফাংনা লোঙথোরকপদা মচী চীরোঙ থোক্কুনা "১সনা চীঙলেল পাখংবা" হায়না কোল্লোয় মিংগৌ-থাগৌনা শায়োন ভগি য়াথোক্কুনা মফম চাম্ম নীপান শেমতুনা শানরকপা অসিদা মনীং ঈথুং থুংবা লৈখিদরবদা মানা রাখল হন্না তৌরকখি—" ঐগী চন্দক্কী শৈৎ অসি তাইবঙ কনানস্থু ঈনাক নকশীন্নরকপা ওম্বা অমতা য়াওনদে। মসিবু করম্না তৌরগা তাইবঙগা নকশীন্নবা য়াগবা! ঐদি তাইবঙগী নিংথৌনি। অদুবু, তাইবঙশিংনদি ঐগী ঈশক উরগা অকী তুজুং ফংনা হন্না হন্না কয়া কায়হুনা চেন্নরী; কান্নদেদনা ঐনা কোয়না লাংওন শান্নবনি থোইমুম লাইশিংগদা তিন্নবা অসিনদি ঈথৌ নত্তে, ঐদু করম্না তৌসিবা!!" হায়তুনা মপূক্কীং রানা নুংবংনতুনা লৈখিরম্মী।

---

শঙলেল পুবা" পুয়াদা লাইশক লাইওঙ য়েক্কুনা মফম অমতদা লৈমিন্নতুনা য়াওরি; লাংশক লাইচৃদি মান্নদে। অনী পুবা চীঙলাই নোংখ্রেন পাখংবনা পুবা লমশিংদ—" অন্দ্রো চীঙগোল, মহা লাই-কোল, ঈথম মোনথৌ, থৌবান তুম্বেল মরু, ঈরোক-ঈরেল, ঈরুম ঈরেন" হায়রিবা মায়কৈ অশোমদা লাংবচক্কী মতমদা লম পুবা লাই ওইহুনা লৈখি। ওক্করুরবদি মীতু শোন্দম নাদম্মী; চৈনাখোল পীরম্নগা মীহু শিগল্লী। অরুবা মনীং ভম্বা লাইনি। তানকোক লাইকো-রুবস্থু গুগায়না য়াওবা লাইরিকসিদা থেংনৈ। ১সনা চীঙলেল পাথংবা—মচী চীরোঙ ময়া পান্নগা চীমাও তিরেলওম লাংবা চকশিদা থুমন শন্নাই ওইহুনা লৈবা লাইনি। মানা পুবা লমদি—" চীঙমৈরোঙ

মনাওগী অৱাবা মতৌ ঐসি উরহুনা "খোইয়ুম লাইয়িংথৌ অশীবা" লোইদাম থাজগা ঊল্লুক ওহরিবনা মালেমদা খোঙ্‌মুক্না তাকলে—"ঈশান্নৌ। ননীং নখা পন্তম তম্না পানবা য়াদবনি; থোক্লম-লাইদা ঈযাম্বদম্ব তাক্লমদবনীনা, ঈযাম্বনম্ব তাকহৌদরে। থোক্লক্লিবা চেংলৌ শকথোড অহদি [১]তাইবঙ লূতীন য়াবা নত্তে। লৈনুঙ তাউবোইনাম ত্তোকলেল্ল লিশীং পানবা মাতগী মথ্রপ মবৈনি। অহুবু, পাকশ্রবনা ননীং নখা তম্না মানা মানা পানবা মফমদা লম পুবা এহবতুন' বৈবশুনু। নহদি তাইবঙ মযুম লুচিবা পিবা ফমথোল ওসং ফম্বা এহজনা লৈগদৌবা নঙো মশক অহম্না থোক্না লৈবম্লবদি তাইবঙ নমুশিংগদি যেক্লবা ওইবা মশক্কী। লাইমিং লাইশোন লাই তাইনগদৌবা ঙমিং মিংনৈবোলগা মিংথানগদবা ম্নাংশি। মতুঙ-দা তৌগদবসুং তইবঙ নমুশিংগী মপোক অথোয় চঙখাম্লবগী নীংপিবা চেংলৌ শকথোকদা নবৈ নথুপতুনা [২]লাংওন লাংলম শীল্লগা মথঃ লেনা শময়গনা তাইবঙগা তিন্নগদব। মপোক লাং-ওন্নী। ঈনাওগী মতীক মঙাল চঙখোম্ৰবা, নীংথীবা চেংলৌ চীঙগোল, লাংগোল, লম্ফেল, ককুং পাং" পুবা লাইনি। মাগী ম্নাইবীরেল মিংলেল্ল মিংথৈগা কেননা যাওবিবা অমদি ওক্লবল্ল ল্লাইচুবা পঙনা কোক্লন্দে, ভৈনাক্কপা যাম্না বায় হায়না "পাকন লম্বুবা পুযাদা" শন্দোক্লা তাক্নুনা যাওবম্বী- [১]তাইবঙ লূতীন যাবা নত্তে= তাইবঙ মীগা তিন্নহুনা লৈমিন্নবা যাবা নত্তে

[২]লাংওন ফাংলম= লিল্লা, তাইবঙগী অন্না-মুংঙাইনচিংবা মথল মখা কয়া হন্না তৌহুনা পানবা; কুম্প্প।

মাযথোঙবু খোন্দানবা খোইগুনা তমঙ্গানবা. ওইবনি. মতু ঈশানৌনা পুথোক্লুনা থোক্লুনা লৈবর্বা নফম্নাংদা তাইবত্র পূন্বা হন্না হন্না লৈগনি।" অস্নুন্না মশানৌ পাখংবগী মফমদা তাক্লমগা কৌবৌ পাংনা হনখি।

## তাঙঙা লাংঙন (তাওক্ষ লাংঙন) পাথংবগা পানবা

মযাম্লং খোইযুম লাইযিংগৌ অর্মাবগী খুদা মযাখং তু ইং মশানৌ পাখংবনা রাখল তৌবকই,—"এনা নই ল মখে লাংঙন হন্না হন্না পুথোক্লুনা তৌবিবা পুম্নমক অসিদ তাইবঙগা লৈমিন্নবুনা তিন্নবা যাবা মশক অমতা খংলমদরেদনা. অবেম্বা লাঙন শান্নদুনা [illegible]চক্কী মতম হৌজনথবেদকো" হায়না নীংঙমদনা শেন্দুনা মফম অতুদগী মশাগী হান্নগী তাঙলবা লেঙলা পাংবা পূম্বু শুম্মংনবা ওইববা চেংলৌ মশকপু অমুক হঞ্জন্না থোবক্লুনা কুকম চাম্বগী চীঙলেল নাপোম তবা-মাথোই শুনা ফংখিবা. অরাং ঈরোক তবা-নীথোযনা কোনবা চীঙলাযফবপু পাংনা খুংক্ল খু লাযগা লোযনতুনা মফম অতুদগী কোরৌ থক্তা খোভগাথ্রে। মতুগী মবমগীদমক থোক্লমতুনা লৈরম্বা মফম অতুবু "চীঙমৈ হাইথবা মপা (=চীঙমৈ লোম্বা)" হায়না কোম্লোয় মিংগৌ থাগৌন্দুনা খঙনখি।

কুমদম নোং-হৌবকপগী মরক্তা নোংথাং লৈমনা মায়কৈ শুদাই থক-খা তরামক্তা শীম্ন থুংনা শান্নবগী মতৌ মওঙগুম মহাক্কী মতৌক

মঙ স্তনা মায়কৈ শীয়া ভাল্লহুনা শা-লাওখোল, লাল-লাউখোল্লা কোয়ৌ নোং খোংবগী মতৌগুম্ন। হৌ লাউনা লাউরকুনা চীঙগী চীঙলাইপক মতা ফবা অহুদা কংলৈ থেল অমা শেনহুনা লৈখি। মায়কৈ শীগা পুমমম-ময়মগা ঈঙ্গা কুমদম, ঈঙেল কুম্নখাই নোংগুম খেক-লাউরম্নদগী মায়কৈ শগ্লাই শীয়া অমুক ঈগাল ভাল্লহুনা লোইবী চীঙদোলথক মতা ফবদা লৈরক্লবদা, তাইবঙ নমু পুম্বনা মঙাম্বু উজবদা, লোইবী চীঙদোল অল্লাভবা তম্ন।"করি মশকপু ওইরিগবা শকখঙনী, য়েংহৌসি।" হায়নহুনা লোইবী চীঙথক তম্না খোঙগা-নাখ।

নো দারেল (= অভোম), চিংয়িরেল (= ভানবা), রাংভাংলেল (= লুরা), মুরাংবা (= মোইরাং), শয়িরেল (= খাবা), সেম্মহনবা (= খুমন), মখোয় তরুক অসিনা লুচিংহুনা মাগী মাগী শাকৈ লুপকা লোয়নহুনা ভম্না মফম অহুদা থুংলরে। থুংলরিবা মখোয় পুম্নমক্না হায়খি— "কংলৈ পুঙমায়য়োল ফমহুনা ঐখোয় ময়ুম অয়েংপু শেম্বীনবা তাঙলবা মতমদা কুরুম চীঙয়াঙ থক অসিদা খোক্রক্রিবা অসিবো তাইবঙ শেম্বা লাক্লীববা ?"

পাখংবনা পাউখুম্মী—"ময়ুম্ন তরুকী তাইবঙশিংগা লৈমিন্ননিংহুনা কংলৈ অসিদা ঐনা লাকপনি।" হায়রবা অসি তাবদা, তাইবঙ মখৈনা মদুক হরাউ নুংঙাইনহুনা হায়জে,— "ঈবুঙো। নঙনা ঐখোয় খ্বায়বু নাউকোনবীনবা লৈক্রবা, তাঙলবা মতম অসিদা

*** "শল্লাই লাইরে লাথুপ" কৌবা পুয়ানচিংবা রেক অয়েং হায়রগা 'অভোম মঙাং, খুমন, মোইরাং, খাব ভানবা, শল্লাং-লৈশাংথেম্ন" ... অগুম্না থেংনজে। অদুবু লাইরিক অসিগী লম্নায়সিদদি য়েক্তী

মফম অসিদা থোকপীরক্তুনা তাইবংবু চ'কোন-নাউকে'নবীরবা অসিবু কাউদবা ওইনবা, ঐখোয় খায়ন। ঈবুঙো নওগী মিংবু "[১]তাঙজা লাংওন পাখংবা" হায়না কোল্লোয়জগে। থোকপীরক্লবা কংলৈ স্থুংনাং-পান কৌবা মফম অসিবুনা 'কুরুম কংলৈ পুংমায়য়োল' কোল্লোয় মিংগৌরসি— কোরৌ •সিদগী।" হায়না। কোল্লোয় মিংহুন্দুনা মফম অসিদা কংলৈ থেল অমা শেমহুনা মতম স্থংশাংনা পাননবা হৌরে। মতুঙ মতম খরা লৈরক্লবদা মযুম শরক্কী লুচিংবা পিবা মখোয় তরক্লা মফম বয়াদা কোয়না চক্কী ইবেম্মা অমা থিরকপদা, চীংখোঙ চীংয়াদা শান্নহুনা "লাইয়েক লাইশাং চনু, লখা লাংওন

মমিং মথাদা "খাবনা" অমা "ভানবা" য়েক্লা অমা তোপ্পা তোপ্পা লৈরি। "কংলৈ শগুলেল পুবা" পুয়াগী মনুংদা "খাব-ভানবা" অনিনা য়েক অমতা ওইনা পুন্নখিবগী মরমদি - "খাবা, ভানবা" অনীগী মযুম পিবানা চনু মৌ থিবদা নামুংবা মৌ লৌবদগী য়ুম অনীনা য়ুম অমদা লেপখিবনা লাইরকচন য়ুম মশাং রাংলে। পিবা নাউদাদি অঙোম্মা পুরে। মযুম তরেং শুনবা নোংমাই রারোক নিংথৌদা শিনখি। মযুম ৭না খল্লগা নৌনা শেম শারবা লাইরকচনগী ৫স্থা হৌনবা মিংল্লনবু "শরাং লৈশাংথেম" হায়ন লেপখিবনি হায়রুনা য়াওরি।

১। তাঙজা লাংওন পাখংবা = তাঙজ লোল্লাং (লিলা) পাখংবা, লৈল্লুং কোনচিরেল পাখংবা, হায়তুনস্থ "পাখংবা ক্লাংথোক-লোল" কৌবা অমদি "লীশঙস্থুংশাফবী" "ইরেংবা পুরারী" অসিনচিংবা পুয়াশিংদা য়াওরম্মী। অহুবু মরম করিদগী মমিং-মথা থোনখিবনো হায়বদি অতৈ অরীবা লাইরিকশিংদস্থ থেংনদ্রি।

পিবোল য়াম্বী, কুমজা খুদীংগী শায়োনবী, কুমদম নোংগুম্ব ঈগৌ ঈ াওবী" না কেগলায় িংহুনবু "থদোল লৈমা" কৌএ। হায়না লাইবেস্বী পুৎশ্রিখোম্বী, অভাইবী, থোংভাইবী, খীংবাবোইখোম্বী, কো'তিং লৈমা, চেঙলৈমা, যুচেংলৈমা তবেৎমক্কা লোয়ননা শাম্নহুনা, লৈ স্বদগী মখো'য়না লাকপা ংদা, লাইবেম্বী তবেৎমবু চীনগোম্ব পাইমেন্নহুনা লোইবী চাঁঙগোল খুদিংদা থাম্বিহুনা, ঈবেম্মা মহাক্কো মকম অদুদা লৈহৌহুনা ময়ুম লুচিংবা তব্বকা রাঙাঙনহুনা, কুরুম্ব কংলৈদা পুবরুগা তাঙাঙা লাংওন পাখংবগী মফমদা কৎখি।

## কম্বাল কংলৈ হৌগৎপা

[1]ময়ুম লুচি'বা তব্বক্কী লাইবকচা হৈ-শিংলবা রাংভ'ংলেম্না াপবা লাইবকচন রাবী লীহুনা তাহনবদগী, পাখংবনা হায় "কংলৈ ফুংনাংপান" কৌবা লৈপাক অসিগী কোল্লোয় মিংদি মতম থরা মফম ঙসিদা এনা থোবক্কুনা পান্নম্মী হায়বা নীং'শি নবগীদমক "কুরুম্ব পুংমায়যোল" হায়না কোল্লোয় মিংগৌরসি। পিবা কম্বাল তোংকমদি হোংহৈদবা ময়ুম তবেৎকী পোকলেল শাংকম ওইবনিনা, কম্বালবু কংলৈ পুঙমায়যোল্দা তোংহুনা ঐগী ঈযুম শঙলেলম্ মফম অদুদা শোন্নসি" হায়দুনা শঙলেম্নচিংবা গুম্না শেমখি। কংলৈ পুঙমায়য়োন্দা

১। লাইরকচন = খোইযুম লাইশিংগী মবক্তা চনবা.. লাইরমলেল।

হোংগল্লুনা ময়ুম তবক্কী লুচিংবা নোংদাবেল, চাউযিরেল, রাংভাং-লোল, মুরাংবা, শয়িরেল, শেম্মহনবা অসিবু ময়ুম তক্কী পিবা হাপ্পুনা, পিন্না তক্কা ঈক্ন-মায়তা, লাইজ্ঞ ঈশিং ঈইদুনা "তাওঙা লাংওন পাখংবা, লাইয়েক লাইখোং চনু থাজোল লৈমা" অনীবু ঈরা মায়তা-বীব্রগা, লৈপাক মীয়াম, অওম-অথৌ কয়াইবা, ফমদৌ হুম্ফু-মরীমক য়াওনা চোঙ শেকপিন থান্দুনা, পোংলোয়-শমপোং শেংভুনা লোইদাম কাপেল থাগী কোরৌ শগোলশেল হ্মিংকি মুংথিন পোপ্পা হুনবা মতমদা, কংলৈ পুণ্ডয়ায়য়োল ময়ুম তরেংকি পোক্কফম খুবম্বু শিন্নহুনা পিবা ফমথোল তরেং থোংবী হাপ্পুনা, লৈপাক নোংথৈ ভুবা উয়ূঙ থক্তা সনা ফম্বাল লাংলে। লৈপাক্কা কোম্মোয মিংলেনবু "কুকম পুও মায়য়োল সনা শীক্লায তকুপ তবেংবা, তাওঙা লাংওন পাখংবা" কৌনা কোম্রোয় মিংতল তমলে। ঈবেম্মণী ম্নিংলেননা "হমেইন্থু লৈয়ায় লাং-ও থৌয়াও থৌশীনবী, লুবেল লাইজাও চিনবী, নৌথেং লাংওন শাফবী, লাইরৈমা থাদোল লৈমা অয়াঙ কংদবী" হায়না কোয়োয় মিংহুন্না নাউথেম শৈশক্লা লাইকা-লাইকুম তৌহুনা শঙলেন্দা লোম্বশীন্দুনা লৈখি।

## মপারি গী চংলম

মৈতীওঙ্গু পিবা তাওঙা লাংওন পাখংবনা কুরুম পুওময়ায়য়োল কৌবা লৈপাক অসিদা য়েক্ল-তিংখং লৈভনা চহি মতম মুংশাংনা লৈপাক্কী মপী-মপা শক্তুনা যাইফ-মুংঙাইনা পাল্লক্লে। মতম অংসদা

ঈবেম্মা থাদোল লৈমা লৈপাক্কী মমা ওইবা মবুঙেঙা। বাগী নোংদমদগী খোযজিখা মিতল তমখি। ঈবেম্মনা খোযজী মিতল লাংহুনা হৈবাঙ মশী পনখিবা কোবো নো দম নোংমগী হৌজিনখিবা মতম্ব খঙহৌদে; কোবো শীংবুম চহুমনি, লোইদাম থাবুম তৱা মপুড ফাবক্কুনা মকুম মথা শুবক্লবদা, অমাইবা, অমাইবীশিগা লোয়ননা ৱাংগোল শঙগুমহুনা মপাবী অমা নৌনা শাংলক্কুনা কংজবে। নাউরা কোল্লোয মমিংবু "কুপাত্রং" হাযনা থোল্লে। মচা ঈবুঙেঙা অসিনা নোংম-নোংমগী মতমবু খঙহৌদে, অশুম হেনগৎলকপনা লেপ্পা কোযনা চৎলকপদাগী পুংকক্কা চাউবক্লবা মতমদা মপাবীগী পুকচেল খোযজেন যাম্না ঈঙ-তপ্পা মীযোক-মীচান ওজবা, মান্নু শি লৈবা অমা ওই। নাউবা অঙাং অসিনা তৌথোবকপা মওং মতৌ ফজবা কযাবু শক উবদা মীপুম খুদীংমক্কা মুংশি, যাম্না লুনা চান্না তৌহুনা অপেনবা কযা ওইনৈ। মচা ইবুঙেঙা কুপত্রেংনা পোকপা মতম কুমজ্জা খবা লৈবগা অমুকস্থ ঈবেম্মা থাদোল লৈমা, মবুঙেঙা পিবাগী নোংদমদগী খোযজী মিহুল তমখিহুনা লোইদাম থাবুম তবা হায কুম থা শুবক্লবদা বাংগোল শঙগুম্নগা মপাবী অমস্থ পোকলক্কুনা নৌনা কংজবে মচা ঈবঙেঙা অসিগী মমিংবু "সেন্দ্রেং মনিক" থোল্লি। মপাবা নাউবা অসিনা হেক পোক্লকপগা হৌগৎলক্কুনা লেপ্পা কোযচৎ চৎলি। মচা ঈবুঙেঙা অসি তৌথোবকপা মওং মতৌ অসিবু থোইদোক্কা অঙকপা চৎলম অমনি। মহাক্কী নাক্কা লৈবা মীপুম খুদীংমকপু মুন্না মুন্না য়েংলম্মী অগা মীহুদা চোংখৎল-চোংখৎলহুনা ঙকশমদা হেক হেক কোল্লগা মাদুগী

মরায়বকপু মচীন্না লাম্ম-লাম্মহুনা চূপলমগা পল্লেম মমা লৈমগী খৈরা তাজীন থক্তা অমুক হন্না চঙশীন্নক্তুনা হবাউ মুংঙাই মথোয় কা নোক-খেনা শান্নরহুনা খোন্নাং মাযয়োক্লহুনা লৈখি। মচা ঈবুঙেঙা সেন্ত্রেং মনিক্কা নোংমা মোংমগী খঙহৌদনা পুংকক চাউরক্লবদা মাগা হৌমীন-শাৎমীন্নবা মরেং মমান্নবশিং খ্বাযগা লোযননা তিন্নহুনা শান্ন-মিন্নরবস্থ খ্বায়গী মীকোক থোংনা লুচিংবা অমা ওইহুনা লৈবকই। অস্থুম তৌহুনা মপান্নী চৈরে অহনগী চৎলম অসিগু থোইনা অঙকপা অমনি। কুপত্রেং হায়বা মচা নিপা অহন অসিনা মগা হৌমীন কামীন্নবা মমান্নবশিংগা কোয়না চত্তুনা মকম কযাদা শান্ন-খোৎন মিনক্কবস্থ শান্নবা লোগববগা হঞ্জল্লকপা মযুম পিবা লুচিংব শিংগা, পন্থো মপা ঈবুঙেঙা (তাঙডা লাংওন পাখংব) গা লৈপাক রায়েল কুচু শঙদা ফমহুনা [১]লাইবকচন লূতীন অমদি লৈপাক ঙাক লোল রাযেল থৌদা-থৌবুবগী [২]চৎলম লূতীননচিংবা হীবম কয়াদা ঙাঙনা শান্নহুনা লৈরম্মী। মতম অসিদা হেক হেক মপাবীবু হঞ্জল লক্তুনা মপাবুঙ নাক্তা ফম্লবহুনা কূপ্পা ঙাঙনবন্নীবা রাবম পুম্বা মপূক রাখল অনী লোঙদনা লৈচং-লৈত্তানা তাশন্দুনা অকাওবা লৈতনা রাকমহুদা হন্না-হন্না পথনা নীংশিংহুনা মবম অসিদা কবি লৈবগে হায়হুনা অহীং চূপ্পা রাখল তৌহুনা লৈবনা মহাক্কী মথৌ-মঙম ওইনা লৈ।

১। লাইরকচন লূতীন = লাই হাক্তগী হৌহুনা ঈপানা ঈপুনা পরিং-পথাপ নাঙনা কায়দনা চৎন-তৌনবক্লবা লাইরমলেন্দা তিনবা।
২। চৎলম লূতীন = লৈপাক খ্বায়গী অককনা চৎনবী রায়েন পথাপ; চংনকম থোকপা হৌন-চংনবী, আইন।

মপাল্লী চৈরৈ অতোনবা সেন্দ্রেং মনিক্লা হুংথিল চুপ্পা মমাল্লবশিংগা মকম কয়াদা চত্তুনা শাল্লমিন্নরুবকস্থ মানা হৎজিল্লকপা মতমদা অণ্ডম্ব-শিংনা ৱা-থল্লবা. ঙাওন-শানরম্বা লোইহুনা মযুম মযুমদা কুম্লগ্রবা মতমদা, ৱায়েন কুচু শঙদা পন্থো মপাগী কম্বাল তাঙবন খুদাবু খুরুমহুনা মরায়বক কৎলগা, মথক্তা ৱাংলেল ঙহাক্ক কমহুনা শঙলেলগী অকোয়বদা য়েংলম্লগা মযুম শঙগায়দা চঙলকপা অসি কোরৌ হুমিৎ খুদীংগী অমুক্তা তোকপা লৈতে। মপাল্লী অহন কুপত্রেংগা, সেন্দ্রেং মনিক্কা মচীন-মনাও অনীগী চৎলম অসিবু পন্থো মপাবুঙ তাঙঙা লাংওন পাখংবনা খঙল-উরহুনা, কোরৌ হুমিৎ খূদীংগী য়েংল-য়েংলহুনা মচা অনীগী চৎলমগী-নমক্তা মবুক হুৱাউ হুংঙাই মথোয় কানা, অৱা পোথাকম ওইনা ৱাখল কয়া তৌহুনা লৈখি।

## মপাল্লী কোল্লোয় মিংহুল তঙ্গা

নোংমা কোরৌ অমদি লৈপাক্কী অঙম্বশিংগা থৌদা ৱ'য়েল কুচু শঙদা মৈতীঙঙু পিবা (তাঙঙা লাংওন পাখংবা) গা হুংঙাইবা ৱাকম মতাঙ অমা পুথোক্কুনা হীৱম অহুদা কয়ামুক থোক্লা অক-কত্তা নৈনল্লকপদা মতম খৱা শাংনা কমথখি। মতম অহুদা মপাল্লী ঈবুঙঙা চৈরেতোন সেন্দ্রেং মনিকস্থ কোয়থোক্লবদগী হনজল্লকপা মতম ওইরহুনা হনজল্লকপদা ৱারী-ৱাতায় শাল্লবহু লোইনরমদ্রি। মহুদা

রাম্নী অহু ঙহাক তাদুনা ময়াম্না কূম্নখিবা ঙাইহুনা অহুম লৈরে। ম্রাক্ষম মতাও অহুদা মতম অহু খরা থেংদোকখিবদগী মপাবু ঙ কংলৈ পিবানা— "অঙম্বশিং ময়াম পুম্নমক! মতম অসি ঙসিদি খরা থেঙ-দোকখরে; ঙসিদি চাক চাখ্রো" হায়দুনা অঙম্বশিংবু খাম্মী চাক লোইহুনা চানগদবগী ময়ামস্তু ঈলাঙ-লাঙনরক্লে। চাকক্ষমদা চ: থকদবগী মথঙ মনাও নাইনা লেংহুনা ক্ষমথনরক্লে। মতম অহুদা মৈতৈ ঙঙ্গ পিবাদি মপারী চরৈ অতোনবা সেন্দ্রেং মনিকপুদি কাউথোক্কুনা থিহৌল্লে। মপাবূঙনা য়েংথোরকপা মতমদা মপারী অহন কুপত্রেংবুদি মাগী নাক্তা ক্ষমদূনা চাদূনা লৈ। অহুবু, সেন্দ্রেং মনিকপুদি চাক্ষমদা লৈবা উবা ক্ষংদে; মহুদা মুংশা থীদূনা— "অঙম্বশা! ঈপারী চরৈ অতোনবা সেন্দ্রেং মনিকপুদি খ্বায়না চান-থক্লরিবসিদা য়াওবা উদে মক্ষম কদায়দা ঈচাহুবু লৈগ্রবনো— ময়াম্নু খঙ-উনহৌবরা?" হায়না হংলকপদা অঙম্বশিং ময়ামস্তু মহৈ-মহৈ মিপাই-নহুনা "হীঃ করিনোনে, হায়রীখিবা অসিবো!" হায়দূনা কোয়থী-থিনখি মহাক্ত ময়াম্না চাবা মতমদা মাবুদি খক থিবীদে, হংবী-লাকপীবা পৈতে হায়দূনা মবুক্তা শাউহুনা মপাল-লাংদা থোকথ্রগা পন্থো মপাবূঙগী তাঙবন-থক্তা চাক ওইনহুনা তুমহুনা লৈথোকখরে।

ময়াম্না সেন্দ্রেং মনিকপু থিবা মথৈ কোয়থী থিরবা মতূঙ মমৈথঙদদি পন্থো মপানা মাগী হৌখিবা চংলম নীংশিংলক্কুনা রায়েন শঙদা চঙলগা য়েংলবা মতমদদি তুনখুন তান্দুনা লৈরমলে। মতম অদূদা অঙম্বশিং ময়ামগী মক্ষমদা হায়রকখি— "য়েংবীয়ুদো অঙম্বশা! ঈচা অসিগী মানা তৌরিবা চংলমদি অসিনিদো! ঙসিদা

নম্তুনা কোরৌ হুমিং থুদৗংগী মফম অ'সিদা মানা অমুক্তা য়ৌদনা তোক্নে। ওসি'দি অওম্বা নখোয় খ্বায়গী মাওদা পারী ঈচাগী কোম্লোয় মমিং থোম্নগে— তাগৌবো ; ঈপাবী অসিনা নিংথৌ ঐগী 'খুবম, পোৎলায শমপোৎ' অসিদু মথ্‌ায তানা, য়াম্না পামজনা তৌই। অতুনা কো'বৌ ওসিদগী হৌরকুনা ঈপারীগী মিংদি 'সেন্দ্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্বা' হাযনা খঙননবা থোনবীরগে" হায়দুনা নাউরা অঙাংগী কোম্লোয মমিংবু নৌনা অমুক্তা থোনখি। মতুদা মপাবুঙনা মচাবু য়েংলগা হাযরকই;—"পাবী ঈবুঙ্গো! ঈচাবু কাউথোকলুবেদো — অঙপশিংবু পীজ-পিথক্লবা হোংনবদা ; ঈপানা তাকলমদে হাযদনা, ঈপাদ্ নবুক্তা তাথানা শাউরমাম্লে—শাউগম্নু ; পম্তৌ ঈপানা তাবা চাকঈন তমগে, লাউ—পারী" হায়দুনা মপাবীবু ফৈবম্লনা পম্লগা রাযেন শঙ মনুঙদগী পুথোরক্লগা শঙ্গায হুংদা পুশিন্দুনা 'চাক চাও' হায়না ইন্দুনা থেম্বদা, নিংঙাই কম্লা তৌবদগী চাও হায়বা ময়াখিদ্রে। মতম অদুদা নিংথৌ মথুৎমক্লা চাক কুক্রুবী অচুমদঙ তারগা—"ঈপাগী চবৈতোন কোন্দে নৌনা লম-হৌবকপা! ঈপানা তারা চাকয়িন তমহুনা লীরোল ঈশৈ তম্বী প" হায়দুনা লীরোল নাউরা নাউথেম ঈশৈবু শৈশক্লুনা মচাবু লঙ্-নতুনা তারা চাক ইল্লক্রী।

"লোইদাম থাজ পাখংবা
নকা হুংদা হৌরীবা
মহৈনা শিদ-নাদ য়াই ওইরিবা
মউ পামেল শিদবা

পামেনগী মহৈ অমতা
পীনবীয়্ পরী ঈচাদা দে ॥
নথী লক্তা তাখিনি,
নযুঙ লক্তা তাগ্রগা
থ্না কনানা চাবানি দে ॥
থা থা থাবুঙতোন !
নলা মোবাম্বী পোনীগে
পোম্বী শানম ন্গম্বীগে
হৈবোঙ মশা-মতা লুম্বম্ম দে ।
হেবীলে। লবীলা ত উথগীয
ফৌশু অনৈ-চাজ পীজগে,
চাজ অনৈ থোরাঙগে ;
থানা নিলনিভৈদা নিলহৌরো
থবীনা বারাঙৈদা কাহৌবো ;
তীঙ তীঙ চাউবো
শে শে লোজবো,
থোবোম থন্না চাঙমলো। দে ॥"

লীরোল অসি হায়না নাউরা নাউখোম্না শৈশক্তনা এবা চাক ইনবা মতমদা. শৈশক্লীবা লীরোল ঈশৈবু তাবদা মপারী সেন্দ্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্বনা য়াম্না খোয়জঙ-খোয়দাজনা থংম্নায মকা লাম্না, হরাও মথোয় কানা থীক থাক লাউনা মোমোন মোমে'ম নোক্লদূনা পামেন শিদ নাদয়াইগী মখোঙদা তরা চাক চাখরে। মপারী মতৌবু

উবদা নিংথৌ, অওম্বা পুম্বসু হরাও-তয়াম্না মুংঙাইনদুনা মুমিত্তু মা লেল্লে। মতুং মখল-মখা অয়াম্বা চৎলম লুতীন কয়া পুথোক্লদুনা লৈপাক্কী য়াইফ-মুংঙাই লম্বী ওইনবা থৌশীল-থৌরাঙনা মথৌ-মঙম পুম্বা পুদুনা চহি মতম মুংশাংনা মুংঙাই য়াইবী মরাং কায়না পাল্লক্লে।

## ফমমেল লুচিং তম্বা

মৈতীঙম্ কংলৈ পিবা তাঙঙা লাংঙন পাখংবনা মপারী কুপত্রেংগা, সেন্দ্রেং মমিক্কা অনীবু লৈপাক রয়েন থৌদা থৌ পুহৌবদা ঙম্বা মন্নুং মতম চারক্লদুনা মচা ঈবুংঙঙা অনীবু য়াই-ফনবা থৌশীন-থৌরাংবীরম্লগে হায়দুনা কৌশিল্লগা মপারী অহনগী মফমদা হায়রকই,—"পারী ঈবুংঙঙা চার অহনবা! নচীন-ননাও অনীমক্কী রায়থুং ফমলেনবু পন্থো ঈপানা কোরৌ ঙসি মখৈদগী তমলম্লগে। ঈপানা রাখল তৌরকপদা— ননাও অসিনা নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা, লৈপাক ঙাকপগী থৌ পুদুনা নিংথৌগী য়াইফ লম্বী ওইনবা থৌশীন্দুনা লৈঙাকপা মতমদা, লৈপাক মরা তপ্পা রায়েন চুক্কী পায়দুনা পানবা য়ানবা লম্বী অসি থৌশীন থৌ পুবা ঙমগনি হায়বা উদে। ঈপানা অশুম য়েংবা মতমদা ননাওগী মপুক্কীং অসি মহাক্কী মুংঙাইবা, কান্নবা, ফনবতা মখঙজবা, মীগী অরা অনা, লৈত-লায়রবা, তোল্ল-তারবাশিংবুদি কয়া উদবা; অতুগা খঙদ-হৈতবশিং-বুদি তাকপী তীকপী তম্বীদুনা খ্বায়গী মপী মপা শরুক তাশীন-থোমজীন

পাশিন্দুনা পানবা য়ানবা থৌবু-থৌশীনবা ঙমগনি হায়বস্তু খক উবা ফংদে। মতম অয়াম্বদা মপূক্কী রাখন্দি মীগা মাগা অমতা ওইনা লোন্দীন্নবা খিবীক্তা মহাক্তনা লুচিংবা, মপূ ওইনিংবা, মদূ ওইদ্রগা ওইরক্তুবা মতম অদুদা মীশিং অতুবু মপূক্তা তাথীন্না মলোম থমত্তুনা হেক্তা মশাওগনি। মরম অসি ঈপানা নীংবগাদি য়াম্না ওন্ননা শোয়নখরে। কুরুম পুঙমায়য়োল লৈপাক অসিদা নচীন-ননাওগী মরীনা হয়েং তাইবঙ চাদোল-শূদোল তানব-ফাও কায়নদনা লৈপাক অসিবু পুবা ওইত্তুনা মতম মুংশাংনা পালহৌবা ওইসনু হায়না ঈপানা রাখল্লিবনি। ননাঙনা লৈপাক পুবদি লৈপাক মরা চেৎনা, মরা তপ্পা, চাকতোল-ফিদোল লোম্না পান্দুনা ঈঙগনি হায়বদি নীংদে।

কোরৌ নোংমতবু থোয়জং-রাংজৎনবা লৈজদবা, পূকচেল চাউবা ঈচানা লৈপাক অসিগী মকোক থোংনা লুচিংবা, নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা [৪]লৈচিং পুরেন ওইত্তুনা লৈপাক মরা তপ্পা, ঈঙনা পানবা লম্বী অসি পারী নহাক্পা হোৎনবা ওইজরো। পারী ঈচাদি অকা-অকূমদা অঙৌবা সেকপিন থান্দুনা ননীং তম্না লৈপাক অসিগী নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা খূজীল থৌরাঙ থৌশীল চাউবা, য়াইফ লম্বী শেম্বা ওইনা লৈপাকসিদা পালহৌরো। অতুগা নশানৌ সেন্দ্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্বা পারী ঈচা কোন্দে অতোনবনা লৈপাক অসিগী ময়ূম লুচিংবা পিবা ওইরসনু। পারী নহাক্পা নশানৌ সেন্দ্রেং মনিকপু শিস্তাক-শিনম্বীতুনা য়াইফ লম্বী থৌরাঙ কয়াবু

---

[redacted]।

শেম্বী-শাবীনা হোৎনবায়ু। কোরৌ শুসিদগী ননাওগী সেকপিন অঙাঙবা মচুনা ওইরসনু; লৈথেং-লৈরাংসু অঙাঙবা লৈরাং থম্বাল চাম্ম-নীপান শুবনা ওইরসনু। লৈপাক অসি নচীন-ননাও অনীনা য়াইফ-মুংঙাইনবা থৌরম কয়াবু শেমগৎ-শাগত্তুনা নীংথীনা পালহৌ-ল্লো।” অসি হায়না মচা ঈবুঙ্গোঙা অনীগী য়াইফ লম্বী ওইহৌনবা চঙথোম্না শিম্মাকপিত্থুনা, কুপক্রেং হায়বা মপারী অহলগী মফমদা মনাও সেম্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্ববু মথুজেঙ পায়দুনা শিননখি। পম্থৌ মপা ঈবুঙ্গোঙা মৈত্তৈঙু পিবা তাঙঙা লাংওন পাখংবদি মতম খরদঙ লৈরম্লগা কোরৌ নোংগা লম্বী তানথিত্থুনা, কোরৌ হনবা মালেম অঙানবগা তীল্লুক ওইত্থু না লৈখি।

---

## নিংথৌ অপাম্বনা পানবা

মৈত্তৈঙু সেম্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্বনা কুরুম পুঙমায়য়োল লৈপাক অসিদা “কংলৈ শঙবা পিবা” গী থৌ পুরে। মতম অসিদা ময়াম্বুঙ কুপক্রেংনা মনাও নিংথৌবু অতোং-অরেম ওইনা লৈনবা ফমদো অঙম্বা নোংদারেল, চীঙয়িরেল, রাঙাংলেল, মুরাংবা শয়িরেল, শেম্ম-হনবানচিংবা ফমনাই-তুনাইবা ফমদো হুম্ফু-মরীগা লোয়ননা লৈপাক শাক শেনবগী থৌরম পুম্বা থৌদা থৌশীন থৌবুত্থুনা কুরুম পুঙমায়য়োল লৈপাক অসিগী অকোয়বা মফম থূদীংমক্তা চৎলদুনা লৈপাক ময়া তম্না, মুংঙাই য়াংবী মরাঙ কায়না পানবা হানবা নৌনা অয়ুক শেম্বা য়াবা, শুম্বা মখৈ শেমগৎ-শাগৎতুনা পাল্লক্লে।

মতম অদূদা মনাও নিংথৌ অপাহনা "মতম অসি ঐগী ঈথৌ-ঈংমস্থ ঈয়াম্বনা অয়াম্বা পুবীরিবনা থোইনা রূক চিনবা লৈজিনিংঙৈ অসিদা তাইবঙ লৈপাক খুদীংদা ফমলেল লূচিংহনা লৈগদৌবা অসি কদায় ঙমদম য়ৌরিবা অ সঙম খঙঙম-য়েংঙমহনা শেন্নগে" হায়না মবুক রাখল তৌরহনা ময়াম্বুঙ কুপত্রেংগী মফমলাংদা "কুকুম পুঙমায়য়োল" কৌবা লৈপাক অসিবু শিননরম্লগা. ময়ুম কংলৈপাক্ক থাদোক্লমতনা. মঙাইরোম কনাবুস্থ তুংইন খোঙলোয় য়াওহনবা লৈতনা মালেম লৈকোয়রকই। নিংথৌ ওইবগী হৌনবা লৈপাক্কী অরা মুংলাইগী মরমশিংদা কয়া থেংনন্নগদৌববু থোইনা রাখল্লবা করি অমতা লৈতে। অস্থুন্না ম কোম লৈকোয়রকপনা চীঙ্যা-তময়ান চিংবশিং কয়াদা চত্তুনা নোংম নোংমগী নীংলকইবা, খল্লকইবা অদুদা তৌহনা লৈ। লৈপাক পুবা পিবানা তৌগদৌবা চংকদৌবা চংলম পুগা পুমথা থাদোক্তুনা লৈথ্রবদা; ময়াম্বুঙ কুপত্রেং আস মনাও সেন্দ্রেং মনিক্কী মরমদা রাখল কয়া হন্না তৌরুরগা অরাবা লম্বী কয়া ওইশিল্লক্নে। মশাগী তৌকম থোকপা মথৌদাও কয়াশিংদগী হেন্দোক্তুনা মনাও নিংথৌগা তৌগদৌবা মথৌ কয়াস্থ থৌ পুহনা লৈপাক্না করি হায়নরক্কদগে; লৈপাক্না মপুক নাদনবা, মনা-মনিল থোকতনবা থৌরম কয়ানুক্তা কন্না য়েংশিন্দুনা হোংনরকই। ময়াম্বুঙ কুপত্রেং অসি য়াম্না থাঙ হৈবা, মবুকচেল চাউবা, মীয়োক-মীচান, মীকৌ মীরম ফজবা, তৌথোরকপা হীরম কয়ামুক্তা নীংথিবা, চংলম লুতীন কয়াশিংবু ঙাক্না চুম্না চংপা, থোইদোক্না শীংথানফম ওইবা অতাঙবা, অঙকপনি। ময়াম্বুঙগী লৈপাক রায়েন থৌবু-থৌশীন,

থৌরাঙ নোংদম পুম্বসি লৈবাক্কী মপুক্তা পেলহন্নবা মতম হুং-শাংনা মপুক রাখল চঙনা মথৌনা ফনা, কন্না লীশাঙ শীৎনা মায়পুনরকই। মনাও নিংথৌগী তৌগদবা মথৌ কয়াশিংবুস্থু অমতা শোয়দ-ঙামদনবা য়াম্না কুপ্না, চেকশিন্না থৌ পুহ্না হোৎনখিবনা, মনাও নিংথৌনস্থু তৌগদবা মথৌগী মরমদা করি অমতা রাখল থল্লুবা, চিংনবা লৈতনা কংলৈ মরৈপাকপু পুমথা থাদোক্লমহ্না মথঙ মথঙ চৎখিবনা কংলৈ পুঙমায়য়োন্দা হঞ্জল্লকখিদ্রে। মৈদীঙঙু নিংথৌ অপাম্বনা খা-নোংচুপ, অরাং-নোংপোক্লোমদা লৈগ্রিবা অতোপ-অতোপ্পা মীরৈবাক কয়াশিংবু হুয়েল লাম্থেং মায়য়োক্লহ্না, য়েক্লবশিংবু মায়থী পীনা থুদূম চন্দুনা লৌর-লৌরগা লৈপাকশিং অহুদা মতম খরা খরস্থু লৈরম্বা অসিনা চহি মতম হুংশাংনা হল্লকপা লৈখিদ্রে।

## সনালেম্বী ( সন্দ্রেম্বী ) চাইশ্রা পোকপা

লৈপাক ঙাকপা ময়াম্বুঙ কুপত্রেংগী মনাই অঙম্বা, লৈপাক্কী শক্লায়বা, রায়েল ফম্বে ফম্বা অমা ওইহ্না অফ-ফত্তা মতাঙ কয়ামুক্তা কুপ্না রা তা-নফম ওইবা মপাবুঙ হাক্তক্তগী মতম কুইনা থৌগল ফংলহ্না লৈরক্লবা, মপাবূঙগী শমত্রু ওইরম্বা "খুল্লেল ঙম্বা" কৌবা অহন মীয়ায় চলশিল্লক্লবা নিপা অমা লৈরম্মী। অহন অসিগী [1] তাল্লোয় অনী শুনা পান্নহ্না লৈমিন্নে। তাল্লোয় অহনগী মিংনা "শংখুলেম্বী" কৌই। ঈবেম্মা অহন অসিগী মবুকচেল-খোয়জেল

১। তাল্লোয়= মতূ (মব্রা-মপুরোইবগা লৌন-লৈনহ্না পান্নরবদা, লৈমিন্ন-রবদা হীরম কন্নামুক্তা অফ-ফত্তা তাথোক-তাশিন তৌহ্না পুকচেল-খোয়-জেল অমতা ঙইনা লোয়নমিন্নে হায়নবদগী ময়ূম পাল্লবী নুপীশিংবু তাল্লোয় কৌই )।

মরমচং য়েংবদা য়াম্না ঈঙ-তপ্পী, মোং-হাদবী অমা ওই; মীভোন্দা অকায় অরাল-অহুই তৌবা পামদবী, মীয়োক-মীচাল ফজবী, চীকোন-নাউকোল নাউরোই হৈবী, মীনুংশি খঙবী অমা ওই। অহুগা তাল্লোয় অতোম্বীগী মিংনা "য়াইবী লৈমা" কৌই। ঈবেম্মা অসিদি খরা থোয়জং-রাংজংনা লমকেৎনবী, মীগী মপোৎ-মচৈ মরম্নচিংবদা মিতা-খমদানা কল্লক-খম্বল চাউগনবী অমা ওইবীদা নত্তনা মানবু হায়নীংবা ভাঙনীংব-মক লৈরবস্মু হীরম অহুদদি অপনবা লৈতনা মীরাক-মীথুম্নহুনা চীনহায় কনবী, মীনা লাকচ-খুদুম চনবা য়াদবী, ফেৎ লাউবা, থরুম থমগনবী; ফত্তবদস্মু থোইদোক্ল-মক মুংশিবা মশক খঙদনা হাৎলেঙবা লৈতবী, মরীল খাবী নূপীনি। অদুবু মতম পূম্বদা মচীন-মনাও অনী অসি নোংমা মুমিং অমতা চীন্দা-পাউদা-নহুন! খৎন-চৈন-খোৎনবা তৌনরক্তে। অদুম ওইনমক মনাও য়াইবী লৈমনা মরক-মরক্তা রাহৈ-রাঙাঙ খোন্দা-খোনফমদা খরা কন্তক চানা হেক হেক মৈশা লাংলবস্মু মচেম্না মনাও য়াইবী লৈমাবু খক মান্নবীদে; হনবীবদা ওইহুনা খোয়খা-ম্লিনখা থা-নদনা পুকচেল-খোয়জেল অমতা ওইনা হীরম কয়াদা মচীন-মনাও চানা-চিন্ননা মপুরোইবগী মীৎয়েঙ, য়াকা তুংইন্না কায়দনা পানমিন্নরকই। অস্মুম্না থুল্লেল ঙম্বা অঙম্বা মাগী তাল্লোয় অনীসিগা লোয়ননা পূন্সিগী মুংঙাই-য়াইফ ঈপাক্তা মুংশি চান্মনা পান্নহুনা লৈমিন্নরকপবু য়ুম্বাল পুন্সিনা নৌরিঙৈ মতমদদি মপারী শাৎলকখিগনি, মমোম ফূঈরক্তবা ফুঈরকখিগনি রাথন্দুনা মচাগী মরমদা থোইনা অরা চিংনরুবা অমতা লৈনদনা লৈমিন্নরকই। অদুবু মপারী শাৎকখিগনি, মমোম পোক্লকখিগনি থল্লা থম্না মতম ফম্না মুংশাংনা পান্নহুনা লৈমিন্নরকপবু তাল্লোয় অনীমা মপারী মমোম অমতা চাদা-নাউদাহুনা পোক্লক-শাৎলকপা লৈখিদরে। পারী মমোম্বু পোক্লকপা ঈরৈমক লৈখিদ্রবা মতম

অসিদা মমীত্তা মচা অমতদি উবা[1] কংজনীংবমা খোইদোক্ল-মক অরা ঈখৌ লাংমিন্নরম্মী।

মতম অসিদা অহন অসিবা য়ুমলেপ চান্না ওইহৌনবা মপারী অমতং কংজনীংহুনা খোইয়ুম শিন্দবা [2]লাইয়িংথৌ অশীবগী লাই উকোল-মুংদা চঙদূনা "অশীবা" লাইবু চংই মতম মুংশানা লাইনীং পরৈ চেংনা থাগোন্নহুনা চাগনী, থক্কনি মীংশিংদনা নীংজরক্লবদা,— খোইয়ুম লাইয়িংথৌ অশীবা লাইনা পেম্নবীরহুনা থৌজাল-লল কুবী-রগে হায়না মতীক-মঙাল লৈরবা তাইবঙ শক্তম অমা ওইনা শায়োন্দু-না লাক্লগা তাকপীরৈ,—"তাইবঙ খুল্লেল ওম্বা! নঙগী মীৎলাং অদূ পাঙথোক্লো—ঐ লাক্লে; নংনা ঐবু মতম অম্তক মুংশাংনা কৌরিবা অসি করি হায়নীংহুনা কৌরিবনো?"

রা অসি তাবদা খুল্লেল ওম্বা মীংলাং অনীহু পাঙথোরক্লুনা য়েংথোকচখিবদা মাঙদা শংশঙনবা মীংথীজরবা অচং-চত্তা থরায় নিংশা পাল্লিবশিংগী ভূঙনকম ওইরিবা, চীক্লু ঈঙ্গা নৌম্নবা শকথোঙনা ঙান্দুনা লৈবম্লিবা অহুবু উজবদা, থম্মোয় পুবা ওমদনা মুংশিজখিবনা মীৎলু নাপোম অনীমক্তুগী তরং লাইজ শিন্থমা লৈঙ্গী-লৈথোন্দুনা হায়জরকই,—

"চীঙঙু খোইয়ুম লায়িংথৌ!
লোইদাম থাজ থানিংখোদা য়াহীপ্পা
খোইয়োম য়াউন্না নখোজেম
লাংখন খোয়মু খোন্দা-নবমা

২। লাইয়িংথৌ অশীবগী—লাইয়িংথৌ সনা অহীংরেলগী।

চেংলৌ শকথোঙ ওইনঃ ঙাল্লবা
মালেম মপুঙ লাক্না হৌরকপা
তাইবঙ থরায় অপকমাবু
লাবন কাওরেল শনপেম্বগুম
অপোক লীহুই নোংদম্বা
থরায় মীপোকপা লাইরিংথো।
নহাকপু নদাইরেম্মা পূরুমজকা মরমদি
ঈপারী অমতা শাংচদে,
ঈমোম অমতা ফূয়জদে,
য়ুমলেপ চারা ওইনবা
ঈপান্নী অমতদি নিজনীংহুনা
নখোঙ খুয়ায়েল থম্বাল
লৈঙাঙ লৈকা মানবদা
ঈচা অমতদি কংজগে.
নোংদম খৌজাল নয়াথংবু
চৈরে ফিগাও শানা
নিজরি তোল্লবা ননাইনা।"

খোইয়ুম অণীবা লাইনা পেনবীরহুনা, খৌজাল নোংদমখোনবু লেপ্না পীনবীরকই,—"তাইবঙ খুম্লেন্স ঙস্বা। নহাক অসিগী নপারী নমোম অমতা ওশি কাওবদা পোক্লক-শাংলক্তি বদি—নহাল-মুকী মপোক লাংওন অমদা নহাক্না নচাগী মরমদা খল্লা লঙজখিরকপা মহৈনা, হন্দক মপোকসিদা নমীত্তা নচা উ হাল্লবা নোংদম্লকবনি।

অহুনা মতম অস্থক মুংশাংনা তাল্লে'য় অনী পাম্নহুনা লৈমিন্নরকপবু ওসি ফাওবদা নপাল্লী নমোম অমতা শাংলক্তিবা অসিনি। অহুবু নঙনা ঐবু পরৈ চেংনা চাদ-থক্লক্তনা নীংজরকপা অসি চহি মতম মুংশাংমল্লে। পুন্সিগী মতম অতাওববু অয়েম্বদা হৌজনখরে, ঐবু নীংবা তোল্লো—হৌজিক্তি ঐ পেল্লে। হন্দক্কী শাম্নগদৌরিবা লাংওন ফাংলম আসদি অতে কনা অমদা শাম্নরোই; নওগী তাল্লোয় অনাদা চওদুনা শাম্নবা ওইরগে। ওসি নহাক্লা নয়ুম নরাল-য়ায়দা হনগিবা মতমদা নদাইরেম অনীগী [1]শীনয়োম-মুংদা লৈক্তুরেল চনু থিংবা ওম্বীগা, নোংথাং লৈমগা লাইরৈমা মখোয় অনীনা চওহুনা নাউপুবা ওইরসনু। অহুগা খুল্লেল ওম্বা নহাক্তি তাইবঙলেন্দা পোক্লকদৌরিবা নমোম শংলেল অনীগী তাইবঙ ফাংলমদি য়াওবা, উবা ফংলরোই। অহুবু চহি কুমজা মঙারোমদি নমোম অনীগী মশক-মতৌ য়েংজরগা অরা-পোথানফম ওইনা পান্দুনা মতম থরদঙ লৈজরুরো" অসি হায়না মদাইরেম খুল্লেল ওম্বগী মফমদা থৌজাল নোংদম্বীরম্লগা, অশীবা লাইদি কোরৌ থক্তা লাক্তনা লাইরেম্বী অনীগী মফমদা পাউদম পাউতাক্লা থৌদা নোংদম্না শিম্নথি।

খুল্লেল ওম্বা অওম্বস্থ চৌওঙ নোংদম থৌজালখোল লেপ্না ফংজরবদা থোইদোক্লা মপুক্লীং মকা লাম্না হয়াউ মুংঙাইজবা কয়ামুক্লা লোয়ননা ময়ুম মরাল-য়ায়দা হল্লক্তনা থুংলরবদা, মদাইরেম অনীগী মকমদা থোইয়ুমগী নোংদমখোনবু পাউদমহুনা থঙহল্লী। মহুদা মদাইরেম অনীমকস্থ মচা ফংজরগনি য়াথন্দা থোইদোক্ল-মক মপুক্লীং

১। শীনয়োম-মুংদা = নাউয়োম-মুংদা, গর্ভদা।

হয়াউ-হুংঙাইজবা কয়াবু ওইহুনা চীঙজু থৌজালখোলবু ঙাইহুনা পুকচেল অমতা ওই, মতম খুদীং খোইয়ুম অশীববু চেংনা থাগোল্ল-হুনা মশাবীগা মদাইরেম অনীমগা অহুম্মক্তি হৈন্না অমুক্কা হুংশি চান্নবা লৈমিন্নরক্লে।

মদাইরেম শংখুলেম্বী অহনগী শীনয়োম-হুংদা "লাইরৈমা লৈ-মুরেল চনু থীংবা ঙম্বী" হৌবেম্মনা চঙহুনা লৈখরে। তাল্লোয় অতোনবী য়াইবী লৈমগী শীনয়োম-হুংদনা হৌবেম্মা লাইরেম্মী নোংথাং লৈমনা চঙহুনা লৈখি। খোইয়ুম লাই শিদবগী চীঙজু নোংমা কায়দনা হৌবেম্মা অহন শংখুলেম্বী মতম্মু নোংমা নোংমগী হৌজন-থিরক্কুনা কোরৌ শীংবুম চহুম্নী, লে'ইদাম থাবুম তরা মপুঙ হায়, মকু মথা শুরক্লবদা, ঈশক মন্তৌ চঙখোল্লবী মমোম লাংলেল অমা কুঈরক্কুনা নৌনা ফংজরে; কোল্লোয় মমিংনা "সনালেম্বী" কৌই। মতুঙ খরা-মুক লৈরগা মদাইরেম অতোনবী য়াইবী লৈমম্ভু থাজ তরা মপুঙ হায়রক্কুনা মকুম-মথা শুরক্লবদা মমোম অমা অমুক শাংলক্কুনা ফংজরে। মমিংনা "চাইশরা" থোল্লি। চীঙজু নোং-দমখোন্দগী পাম্থৌ মপা খুল্লেল ঙম্বনা তাঙনা নৌনা শাংচরক্লবী, কজবরা শাহৌ-শাবান, চেংলৌ মায়থোঙ-লকা, হুংশিরবা শকফম কয়ানা তিল্লবী মমোম লাংলেল অনীবু ফংঙমদনা তাঙনা ফংজর-বদা, পল্লেম মমা অনীমক্কম্ভু লোয়ননা থোইদোক্ল-মক মপুক্লীং হয়াউ হুংঙাইজবা কয়াবু হন্না ফংজবা ওইরহুনা পেঙ্গনা পানজরক্লে। মমোম লাংলেল অনীনা নোংমা নোংমগী খঙহৌদে, খরা খরা পুংকক্লা চাউরক্লহুনা চহী কুমজা মঙা মপুঙ কাররক্লবা মতমদদি

খোইয়ুম অশীবা লাইগী চৈঙঙ্ নোংদমখোল ঈকায়-কায়দনা থুল্লেল ঙস্বা অঙস্বা পম্থো মপাদি তাইবঙ পৃন্সি চেঙজেন লোম্লহনা থুপখরে। অঙস্বা অসিনা লৈথিদ্রবদা, মাগীদমক্তা য়েংশিনবীনবা কনা হন্না লৈথিদ্রবদা, মদাইরেম অনী অসিনা মমোম (সনালেম্বীগা, চাইশ্রাগা) অনীবু চাউননবা কয়া কন্না, রানা নাউয়োক নাউকোনবা অসিদা, মীনা "মচা পোকথোক্লগা য়োক-থাকপা ঙমদ্রহনা, চাক্নী ফিনিন্দুনা চায়োক-নাউয়োকলিবনি হায়নখিগনি" হায়বগী নোংজু-মুংশা থিদা, অরা-অনা কয়া হন্না থাঙদূনা নোম্বা স্ববা য়াবা মখে থৌরম কয়ামুক্তা স্-নোমজরক্তুনা মচা অনীবু চাউননবা নাউয়োকমিন্নৈ।

## লেমলৈ ঙাচঙ্ তানবা

মমোম সনালেম্বীগা, চাইশ্রাগা নাউরা অঙাং অনী অসিবু নোংমা নোংমগী থঙহৌদনা পুংকক্তা চাউরা য়াংগোল ফাজরক্রহনা কৈরোয় লৈকায়, য়ুমলোল-কৈরোম্লবশিংদা চথোক-কোয়খোকতুনা মশুং-মমান্নবীশিংগা শান্ন-খোৎনমিন্নবা, য়ুমশঙ-কৈঙাকপা ঙমজরক্লে। মতুদা মচেম শংখুলেম্বীগা, য়াইবী লৈমগা মচীন-মনাওনা মমোম লাং-লেন অনীবু থনমহনা হেক-হেক হৌনা-হৌননা কুম্বী- কালেন লৈতে, নোংজু মুংশা থিদনা অয়ুক য়েন্দা মাঙদা হো, তারা চাকঙন চা থক্তুনা তুঙগোল শোইরু নাক্তা (অমা খ্বাউদা) য়ান, লোং অমা খুক্তা পায়, মকম কয়া, কোয়না চৎ, লেমলৈ ঙারম থির-থিরহনা হেক হেক খোঙ্গরুরগা, নোংম-নোংমগী ফানয়কপা লেমলৈ ঙাশিংহু খরনা

মচাথোকই, খরস্থ য়োনথোকচন্থনা মচা অনীবু চাউননবা কন্না হোৎনন্থনা পাঞ্জরক্লে। অসুন্না মতম নুংশাংনা লৈরক্লবদা, নোংমা কোরৌ অমস্থ মচীন-ননাও তন্না চাকঙন চা থক্করগা হৌনহুনা লেমলৈ ঙাচঙ্ তানবা 'ঙরাল খোংদা' লাক্লগা খোংনুঙদা কুম্নদুনা লেমলৈ ঙারম থিনা লোং খোনমিন্নৈ। মতম অদুদা মচেম শংখুলেম্বীদ মফম অমা থেংনবন্থনা লো খোল খুদী গী নীংথি নীংথিরবা লেমলৈ য়াম্না লক্কুনা ফায়।

অহুবু মনাও য়াইবী লৈমীদ খোহন্নুম মাগী থৌশীন্নরা করিনো, লোং খোল্লু-খোল্লুবা খুদীংদা লেমলৈ মচ অমতস্থ খক লকপা তৌদনা, ঙাঙজা লিনহা মচা ঙাক্কা হেক হেক লক্কুনদা লৈরক্লে। মফম অমদা হোংদোক্লগা খোন্দুনা ময়েংই; অহুদস্থ হান্নগুম তাঙজা ঙাক্কা ময়াওরকই। "ঙসি এগী তৌরিব, মতৌ আসবু করি মতৌনোদা!" হায়ন্থনা খোল্লিবা নফম অহু থাদোক্লম্লগা অতোপ্পা নফম অমদা অমুকস্থ হন্না খোল্লন্থনা য়েংই। অহুদস্থ হান্নগুম্না তাঙজা লিলহা অদুদা মকোৎ-লকই। মহুদা য়াইবী লৈমনা খল্লী,—"ঙসি এনা তৌন্নিবা অসিবু করি মতৌ মঙঙনি হায়বগে! লেমলৈ ঙাচঙ্ তানব্রা হায়ববু তাঙজা লিন ফানবা লাকপা ওইরব্রা! এনা মফম অমদা হোংদোক্কুনা খোল্লুরে, অহুদস্থ লেমলৈ ঙাদি অমত্তা লক্কনা, তাঙজা লিলহা ঙহাক্কনা কোংলকইবা মতৌসিবু করি থোক্লপদৌন্নিবা! করে, অহু মঙারব্রে; মফম অমতগা খোন্দুনা অমুক্তং ময়েঙখিগে; মহুদস্থ করিগুম্বা ঙাঙজা লিনবু য়াওরকপা থোক্লবদি লৌসন্দুনা হেক্কা মথম্লগে।" হায়্নলা খল্লু-খন্নুরগা অথোয়্নন্থম মপুক্কা দুংঙাইতবা কয়া ওইন্থনা

চপ্ মুংনা লেপ্লে। অদুগা মকম অদু থাদে ক্লম্লগা অমুকসু অতোপ্পা মকম অমদা অমুক হন্না লোং খোল্লুরে, মতম অদুদসু হান্নগুম অদুম তাঙজা লিন ঙহাক্তা হন্না কোংলক্লে। মতুদা য়াইবী লৈমনা —"ঙসি ঐগী লেমলৈদি মশক অসিনা ওইয়ু হায়না তম্লবোরে।" হায়না অমুকা হেন্না নুংঙাইমন্দহুনা মচান্দা মুকম মুকম শোল্লহুনা কোংলক্লীবা তাঙজা লিনহাশিংহু মাগী তুঙ্গোল-দুংদা হাপচল্লুনা থমখরে।

মচেম শংখুলম্বীদি অহানবা খোল্লুবা মকম অদুদগী ঈলেঙমক লেঙথোক্কনা খোল্লু-খোল্লুবা খুদীংদা নীংথি নীংথিরবা মশক মচু থোক্লবা লেমলৈ ঙাক্তা তত্তনা য়াওরকপনা মতম খরা ঙন্না তুঙগোল মতু চোললে অদুদা—"ঙা হাপকমসু লৈত্রে, থম্লবনিনা কংপান্দা কাথংলগে" হায়দুনা কাথংলগা মনাওবু ঙাইবা ওইনা নুংশা য়াংহুনা লৈ। মনাও য়াইবী লৈমদি মতম অদু ফাওবদা মচা পীজনবা "লেমলৈ অমতদি ফংবা ঙম্বরা য়েংখিগে" হায়দুনা অদুম খোল্ল-খোল্লহুনা লৈরে। মতম অদুদা মচেম শংখুলেম্বীনা— "ঈনাও ঈবেম্মা। নঙবু কমদোম্নিবগে; শোইনিন্দ্রীবরা? হন্নবা তৌরসিদনা?" হায়না হংলকই।

মতুদা মনাও য়াইবী লৈমনা—"ঈচে! মকম অসি লেমলৈ খরা লৈবগুম তৌই। অমুক অনীরক্তং খোন্দুনা য়েংবনি। ঈচেবু ঙসিদি য়াম্না ঙন্না তোক্কপীরবু খরা নীংথিনা কাবীরবরা?"

"ঈবেম্মা। ঙসিদি ঈচেম মকম অমা থেংনরকহুনা ফজনা নীংথিনা মকাম্লে।"

"কদায়— ঈচে, ননাও খর ফারেদি হায়ববু রায়োং কয়া থোক্কেদা।" হায়রুনা খোংনূওদা লোং থোল্লম্বদগী কংফান তান্না কাথৎলক্তুনা মচেমগী লেমলৈ তূপ্তগোল অচোনবত্ন য়েংলম্মী। মচেমগী লেমলৈ তূপ্তগোল অচোনবা অতু হেক উবমক্কেদা, য়াইবী লৈমদি থোইদোক্ল-মক থূগ লাউবগা লোয়ননা অপাম ঈথৌ লাংনা কয়ামুক মিহৌবা পোকখিরম্মী। পুমওক-ওক্লহুনা— "ঈচেবু মফম কদায়-রাইদা থোনবীবগে? কন্না নীংথীজনা ফারেদনা!"

"ঈবেম্মা! ঈচেমদি মফম অসিদা অণ্ডম লেণ্ডনা থোললী" হায়রুনা (মচেম শংখূলেম্বীনা হৈবোঙ মথোঙ লোমদা মখূৎ থিল্লুনা মনাওদা) তাকই।

"কদায় হৈবোঙ মথোঙ অসিদা ওইয়বরা?"

মানী ঈবেম্মা, পাং ওইনা তৌরিবা তুখূপ মচা অসিদনি রা অহু তাবদা মনাও য়াইবী লৈমদি মচেন্না তাক্লীবা মফম অহুদা অমুক পন্থবা তৌদনা কুমথরক্তুনা হন্না হন্না লোং থোনবা হৌরক্লে, মতম অহুদস্ত লেমলৈ অমতা ফাওবা ঈলকললকপা লৈখিদরে। মহুদা মচেম্বু মবুক্তা য়োনা ভাখীনা স্তুংঙাইখিদবগা লোয়ননা— "মহাক্লা লেমলৈ লোইনমক ফাদোকপ্রবোরে, ওন্থোকইদা! মানা থোনবদা নীংথীনা কাবহুদা মনাও ঐবুদি থক ভাক্লমদনা থোল্লি। মহাক্কী মবুকসি কয়াদা য়োনা ফৎপ্রিত্রবনোসে। মসিমক্কী থল্লুরবদি মফম চাবা-মা য়েংলগা কোক হেক লোইশল্লমহুনা, থনম্নগা, ঐনা ক্যারিবা ভাঙজাসিগী মহুত্তা মানা ক্বারিবা লেমলৈশিংসি হেক পুথ্রগদা পেল্লনিদা" হায়না মথোয়দো থীৎনা শাউথিহুনা মচীন্দা

মুরুম মুরুম খোন্দুনা কংফাল তানা কাথংলক্লে। য়াইবী লৈমদি মানা ফংলক্লবদু খম থেংনা অনীংবত্নদি খোইরোক-মক হাংলেগুবা লৈতনা মাগুন-তাক্লবতা ভৌবা ওম্বীনি। মানা খেল্লিবা অচোংপা মফি-মবোলশিংদু হোংদোক্লগা ফৌদোক্লুনা মচীন-মনাও মুংশা য়াইদুনা লৈমিন্নরক্লে। অমুক খয়া ওলপা তারা ঙাকথল চান-থক্ল-মকপগা ওইবনা, মতম খরা শাংনা ঊশিংলা কুমদুনা লোং থোঙ্গুবগী হৌনবা খরা ন্নাবনে, মুংশা য়াইনা য়াইনা অন্না পোখাদুনা লৈমিন্নবা মতম অসিদা মচীন মনাও মখোয় অনীগু, অরায়-খৌরাংবা পোক্লদুনা "চাবা য়াবা অমতবু কংবা থোক্লবদি মুংঙাইগ্রগনিদা" হায়রনা খল্লকই।

## শংখুলেম্বী হাংপা

থোইদোক্লা কল্লক-খগুল চাউবী য়াইবী লৈমা মনাওনা লেমলৈ অমতা কাবা ফংদবা, অদুগা মচেমগীনা লেমলৈ তুঙগোল অচোনবা অমা কাবা উখিবগী হৌনা অপাম কল্লক মীহৌ চাউবনা লেমলৈ মদুতবু মবুক্তা থোওইনা থোইদোক-মক মুংনাংদুনা, মুংঙাইতনা হুল্লন হুল্লন, মওল মওল ন্নাখল তৌনা মুংশা য়াইদুনা অতুম য়েংথাকখিবদা, মনাক অদুন্নাইদা পামেন হৈবোঙ পাম্বী অমা মহৈ মরোং চুম্না, নীং-থিনা পাল্লদুনা হৌরম্লিবা অদু হেক উরক্লে। তাউজিং হৈরাও অদুবু উররগা মনাও য়াইবী লৈমদি মচেমগী লেমলৈ ঙাশিং অদুবু চপ মুংনা লৌনীংবগী অপাম কল্লক মীহৌবনা মখো অমা ওইনা শাউখিদুনা মচেম্বু হাংননবগী খুজীন-থৌরাঙ, ন্নাখল লম্বী থিদুনা অয়োবীদা খল্লকই,—"এনা পাঙথোক্কে হায়রনা নীংলিবসে মশিদদুম য়েংদুনা

হেক্তা হাৎলগা লোইয়ে, কনানা এরৈঙোন্দা কৈদৌজয়নি, কনা মতাদুম চায়ে, য়েংদুম হেক্তা ময়েংলগে” হায়না মচেমদা হায়রক্ই: “ঈচে! নহাক্তি অশাক্ট-মথে মকম অসিদা কমদুনা লৈববু হৌজিক কাওবা অস্তুক নীংথীনস্থ মহৈ-মরোং চুম্না পাল্লিবা তাউজিং হৈবোঙ অসিবু উদবোইকো; ঈচে! নঙবু খক চানীং-লাক্লীংব্রনে?”

“ঈনাও ঈবেম্মা! ঈচেমস্থ উদবদি নত্তে; অশায়নদুম হেক য়েং-থোকখিবদা উরবনি। অদুদা উবদি উই হায়ববু খুৎনদি হেক লামদুনা কংবা নত্তবা অদুদা ঈচেমস্থ অশাইদগী চানীং চানীংনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈরম্লিবনি।”

“অদু ঈচেবু চানীংব্রনে? ঈচেনবু চাবীনীংলবদি কৈদৌবগে, কিস্থ কংবা ঙাইবা ওইনা ঙহাক্তং ননাওনা কাখৎলগা হেকপন্থ মঙায়দনা, হেক্তু ম হেকলুগেদো ঈচে? ঈচেননে মথাসিদা হৈ খুঞ্জনবীয়ু। অদুগা ঈচে! হৈ হেকপদি অরায়বনিকো, হৈ খুঞ্জনবনা হেন্না মরূনী। হৈ খুঞ্জনববু হৈব্রবদি হেক্লক্লিবা হৈশিংদু অরেম্বদা মফম খঙদনা মাঙগনি। নীংথীনা খুঞ্জল্লকো, এ কাগে ঈচে” হায়না মহৈ মাতাঙ তকিংনা খম্না কুওনা খুঞ্জল্লপ্না নমঙ্গা-হাজাননা হায়রম্লগা তন্না কাগদৌবগী মফি-মরোল তনশেম শেমজীল্লদুনা. মহাক্কী ভাঙজ শিন ঙহাক্তা য়াওরিবা তুঙ্গোল অদু মচেম্থু উহন্দনা মথাওদা চেৎনা অদুম য়ান্দুনা পুনশিল্লগা, হৌরিবা পামেল হৈবোঙ মখোঙ তম্না হাফিং হাফিংননা অদুম অপনবা লৈত্তনা চঙশীনখিদুনা মখোনা কনা কাখৎপা হৌখ্রে।

মস্থদা মচেম শংখুলেম্বীনা মনাওগী খাঙদা য়াল্লিবা তুঙ্গোল

অছু উরবদা থরা ওক্করা থোক্ত্না থনম্নবা হায়রকই;—"এঃ এঃ এঃ, ঈনাও ঈবেম্মা! অমুক্তদি ঙাইখোনে, করিনো নহাক্না তৌরিবা খুজীন-থৌরাঙ, মতৌ-মওঙ অদুবু চুম্নিবরানে ? তলা অরাঙবা কাবদা, ঈনাওগী খ্বাঙদা য়ালশিল্লিবা লেমলৈ ভূঙ্গোন্দু য়াম্বুনা কাখিগনু ; মীওয়বা হায়বসিদি থক তম্বা ঙম্বা নস্তে। করিগুম্বা খুজীন-খুনাম্বোক্ত্না তারকপা থোক্লগা ভূঙ্গোম্না খুরৌ চেনবা থোক্ত্না অরাবা, খুদোং থীবা কম্না ফংবা য়াই। ঈবেম্মা! ঈচেম্না য়েংবদা য়াম্না রায়, ঈচীঙ-চিংননা থোকই। ঈনাওগী ভূঙ্গোল অছু অমুক্তদি থনমখো-লাউ, কনানস্থ নঙগীহ্ন লৌ-লাক্তদৌবা লৈতে, থনম্মু-থনম্মু লাউ" হায়না ঙ্গংশি চাম্ন-মীকৌনা মনাওবু খাম্মী।

"ঈচে! ঐগী ভূঙ্গোল অসিদি লেমলৈ থোইনস্থ পংয়াম-য়ামদবনিনা ঈয়াঙ-য়াংই। য়াওজরবস্থ করি থোইনা অকায়বা লৈরোই, অশুম য়াওজয়সমু হায়দুনা ঐনা খঙনা খঙনা থনমত্র-বনি" হায়না পাউখুম্নম্নগা ঙৌরিবা অরাঙবা পামেন হৈবোঙ অছুগী মথক তম্না, অপনবা লৈতনা অছুম কাখৎখরে।

মচেম্না মনাওগী তৌ ঙম্বা থৌরাঙহু য়েংহুনা—"নঙনা থোকপা তৌরো-তৌরো, ঈচেম্না য়েংবদা ঙ্গংশা থীদুনা অহুক হায়রবনি" (হায়হুনা অমুকস্থ রা মথা তানা)—"মাগী মরীংজেন অসিদি ওন-থোক্না খাত্রেদা, মুপীমক ওইররস্থ তৌরগে, পাঙথোক্তেদবু খল্লবদি মানা তৌঙমদবা লৈতে, অঙকপনিদা" হায়না শোম্বাংননা শোন্দুনা মনাওগী তৌরিবা মতৌ মওঙ য়েংহুনা লৈথি। য়াষ্টবী লৈমা মনাওদি উথক্তা চরোং চুম্না চুম্না পাল্লিবা তাল্লিবা তাউজিং হৈরাঙ-

শিংগী ময়ক্তুদগী মপুঙ-মখৈর নীংথীনা ফাববা নীংথী-নীংগীববা হৈরাঙ-শিংবু য়েংল-য়েংলদুনা হেক্ত হেক্তগা হাউনা পেল্লা চায়। অদুগা "তাউজিং হৈরাঙ অসিদি ওন্থোক্লা থোযথ্রবনা হাউগ্রেদ। ঈচে সিদি" হায়-হায়দুনা মানা পঙচাদা চায়, মচেমগীনি হায়দুনা অম' কাওবা থাদরকপদি লৈতে।

মহুদা মচেম শংখুলেম্বীনা হায়বকই, —"যাইবী লৈদা। নহাক্তি হাউই হাউই হায়দুনা নথন্তা পঙচাদা চায, ঐগীদি অমতস্থ থক থাদরক্কে হায়রে, নঙবু হৌনহ্নিব্রনে ?"

"ঈচেদি ননাওদা চাগেদি ঈহায় হায়বীদেদো, অদুননি

'অমতা থাদবকউনে, ঈচেমস্থু অমতদি চাদুনা হু উহ হাউত, য়েংগেদনা ?"

"অদুবুদি থাদরক্কে, হাউববা য়েংউ" হাযদুনা চাবদা হাউ গদৌবা অখন্নবা, ফজবা তাউজিং অমতং য়েংদুনা হেক্লগা থ দখিদুনা মচেম্বু পীঙ্কে। অদুগা,—"ঈচে! হাউববা, কমদৌঙ্গ ?" হাযনা হংই।

"ঈবেম্মা! তায়া চাক্লগা লাম্বনে, লেমলৈ ওচঙ তাল্লবগা অয়াম থৌরাং পোকপসিদা ওন্থোক্লস্থ থোয়থ্রবনা হাউগ্রেঙ্গা, মলিদি।"

মতাঙসিদা মনাও য়াইবী লৈমনা—"ঐনা পাঙথোক্লীশলিবসি মতাঙ অরি চায়ে, পাঙথোকপা য়াব্রা য়েংহৌরগে" লেপ্লা খল্লদুনা হায়রক্কই,—"হন্দক-মুক্তি হাব্লদগী হেন্না হাউগদৌবা অমা ঈচেগী নয়াদা থাদরক্কে, লোংনা অমুক্তা হীপ্তুনা, নমীৎ-ননা চেঞ্জেৎনা উইশিল্লগা, নয়া লাওনা কাথোক্তুনা লৈবীযু। অদুগা ঐনা ঈচেগী নয়া মনুঙদা মপা চানা থাদবা ঙম্বা অমুক্তদি য়েংজগেবা ?"

মত্তাঙ মতম অসিদা শংখুলেম্বীগী চীঙঙু মরাম্নবক্তা অন্নম্না থোকউ হায়না খোইয়ুম নোংদমখোল কনথিবনা ভমথিবগা, মীওয়বনা মাঙলমদাইগী মতমদদি ওন্ন-তৈনরবা রাথন্না হম্না হম্না লম্নজীংঙ হায়বদো” মচেম্নস্থ মনাওনা হায়রিবত্থ করিস্থ চিংনবা লৈতনা ঈচম চম্না তিংথোক্কুনা হায়রকই— “কৈদৌবগেনে ঈনাওনবু য়েংনীংবা লৈরবদি য়েংজৌনে, ঐনা লোংনা হীপ্পুনা, মীৎ-না চেজ্জেৎ উইশল্লগা লৈবীগে” হায়না মনাও য়াইবী লৈমনা থাদরকপদা মপা চপ চাগদৌবা য়েংহনা হৈবোঙ মথাদা চঙশীল্লক্কুনা লোংনা হীপ্লগা, মমীৎ মনা চেজ্জেৎনা উঈশল্লহুনা, ময়া লাওনা কাথেক্লগা মনাওগী হৈবোঙ অহাওবা থাদরকপা ভাইহুনা, থোরাঙ তৌহুনা লৈরক্লে। অস্থম তৌহুনা মচেম্না হৈরাঙ থাদবকপা ভাইহুনা পৈরিবৈ মতম অদুদা, তৌরগে খনবদা কবিস্থ নাচৃংবা, হাৎলেঙবা লৈতবী মরীল থাবী য়াইনী লৈমনা অরাংবা পামেন থক্কগী মাগী খাঙদা য়াল্লিবা তাঙজ লিন হাপ্পীবা তৃঙ্গোল অত্থ লোথোরক্কুনা মচেমগী ময়া, মখনাউ মপা তম্না তাঙজ লিনশিং অত্থ অথাকপা লৈতনা হৈথরক্লে। তৃঙ্গোল মনুঙদা লৈরম্বা তাঙজ লিনহা ময়াম অহুনা মচেম শংখুলেম্বীগী মমীৎ মমায়, মকোক, মথবাক, মখনাউমচিংবদা তারক ভুনা চীক্কপদগী মফন অদুদা রাংলেল খরদঙ লাউ-খোংনা, ওন্ন থোইনা খাঙমত্রবা অন্না মৈচাক খাঙদুনা লৈরম্লগা, লিনগী হুনা কনখিবনা শীন্ন-থুংনা কুপখিহুনা য়াইবী থরায় থাখিরম্মী। মচেম শংখুলেম্বীনা থরাম্লগা হক্কচাংগা শেৎন-থাইনখিরহুনা য়াইবী থরায় মাঙলক্কা য়াইবী লৈমনা উথক্কী হাথু-হাথুনা কুমথরক্কুনা হায়রকই,

"নঙগুম্বনম্ন য়াইবী লৈমা ঐতোন্দা নবুক কত্তবা শারদনা, খঙলে-দনা হৌজিক্তি নচৎতুনা ফংলেদো; হৈবোঙ মখাগী ঙরাল খোঙ-নুঙসিদা লৈজহৌরোহে" হায়দুনা অশিবা মচেমগী শমু হকচাংবু ঙরাল খোংগী হৈবোঙ মপা মখাদা অহুম ইম্বরম্নগা; মচেমগী লেমলৈ তূঙ্গোল অচোনবা অহূবুনা মাগী তুঙ্গোন্দুদা হৈজীন্নহুনা হাপচীল্লে, অহুগা মকম অদুদগী তাইবঙ কনাবু উহন্দ-খঙহন্দনা থুনা অহুম কারক্তুনা মরাল য়ায়দা থুংলরে।

## শন্ত্রেম্বীনা মমাবু ঙাইজবা

(মঙলান্দা তাক্লম্বা)

অপোকপী পল্লেম মমা শংখুলেম্বীগা তারা চাকঙন চা-থক্ল-রগা লেমলৈ ঙাচঙ তানবা চৎমিন্নখিবা মমাতোম্না মরালয়ায়দা কারক্তুনা হেক থুংলরবা উবদা, মমোম সনালেম্বীনা পল্লেম মমানদি য়াওরকপা উবা ফংদবা অহুদা চঙশীল্লক্তুনা হংজে— "ঈমাতোন! ঐখোয় ঈমাবু কারক-হৌক্রিবরা; কেদোহৌরিবনো—ঈমাবো?"

"হা—ঈবেম্মা! ননাখোয়দি ঐনা লেমলৈ থরা ফাবা উবদা চৎলসি হায়বকা থক য়াবোনতে, খোলহৌখিনি হায়হুনা লৈহো-রিবনি। করি মতৌ মওঙনো খঙজ-লাকচদেদা, ওম্হোক্লম্নু কম্লক খম্বননা চাউজরিবা, অঙকপনি!" হায়না মমীৎ মনা শুক্লা, মচীন মখা কৈনা চিংহুনা থুম্লকই। মম্মাতোন য়াইবী লৈমগী ম্নাতা খোন্দা-নচিংবহু তার-উরগা সনালেম্বীদি মপুক্লীং মুংঙাইত মুংঙাইজনা মঙল মওল খন্দুনা মুংনাংরক, তম্নাং তশোইবা ম্নাখলগা লোম্নননা

মমাবু য়ুমদা ঙাইহ্না লৈবা ঙম্লক্লহ্না পম্থৌ খরায় থোঙাল্দা থো-রক্লনা পল্লেম অপোকপী মমানা লাক্কদৌবা অরাপ্পা মায়কৈরোমদা তম্না (মীংয়েং অতাম্বরোমদা) তোয়না চিংনা চিংনা হেক হেক য়েং-জরকপবু কারকপদি ঈউ-উবা ফংখিদে। অহ্দা—"ঐখোয় ঈমাবু হৌজিক ফাওবা হল্লক্লিবা অসিবো কৈদৌগ্রবনো কারকপা মঙম-গীদি ওইরক্লবনি, ঈকা কারকখিদেদা!" হায়না মমানা কারক্লবগী মথন্তা থম্মোয় শাউরুম্মনা রারৌজহ্না মপুক্কীং শুংশি-শুংওম্না, ভরক্লা পিদোল্লবী মতৌগুম খৌরাংজবা মীংয়েংগা লোয়ননা ঙাইহ্না লৈ-রকই। মতম কৌবনদি ঙাইবীবা লৈতনা অশুম অশুম্মক হায়না হায়না, খঙহৌদা খঙহৌদনা হৌজিনখিরক্লনা কোরৌ হনবা মালেম অঙানবস্থু নোংচুপ চীঙদোল লৈথখিহ্না মমলি মমলিরক্লে। অহু ফাওবদা পল্লেম মমানদি কারকপা ঈউমক উরক্লবা, মতম্মস্থু অশুম অশুম খেঙজীল্লকপগা লোয়ননা মহল্লক্লনা অহুদদি মমোম সনালেম্বীদি মতু-মমান ঈপোন পোল্লহ্না মদোম তরক ভরক্লরহ্না মিপাইজবা অমস্থু পোক্লা, থম্মোয় মথুম মরাঙ হৌনা লৈফম তৌ-ফম খঙজীল্লক্লরে। খোইদোক্লা মমাবু খৌরাংজবা কয়ামুক অশুম অশুম হেঙ্গুল্লকপবু পম্থেং য়ৌনা কায়রবা থম্মোয়গী অরা মৈচাক খোনগা লোয়ননা—"হা—ঈমা, হা ঈবা" হায়না মীংস্না থম্বাল লকা মাল্লবীদা লাইজ পিরাংবু শুংশি ঈহৌরকনপা মীংকোয় মীং-

** "মীংস্না থম্বাল লকা (মাল্লবা) মাল্লবা"—অশিগুম। ভরং ভরংলবা মশেক মঙাল নীংথৌবনা লৈভেংলবা মীং নহাবু "হক-লোল" নত্রগা "লাংবুম" নচিংবা পুয়া অতে কয়াদস্থু ময়েক লানা,

ফম্নদি ঈভাত্তি ভাউ, কূপখিদ্রুনা পিয়াংনা য়েক্লক-মাগুম কয়ামুক ঈখোঁ লাংনা লমদম অরাপ্পরোমদা য়েংজরিবা পল্লেম মমাবু মীৎ-য়েংগী, লমদা মশেন মরাং ওইনা হেক খনখিরক, পিরাং চদুম চদুম হন্নদি শিন্থরক, খূদাও পিফম লাং, হীক্রা হীরা কপ, তেংথা-নাউওইনা অপোকপী পল্লেম মমাবু খুৎলাম তোয়না, খোনফম রাংনা, হন্না হন্না কৌজ্জরকই।

মতম অন্থুদা সনালেম্বীনা খরায় থোঙ্গান্দা থোক্লগা থম্মোয় লাইয়ুম কায়না, য়াউরা খোনফম রাংনা মমাবু কৌর-কৌবহ্নুনা মীকাপ্পিবহ্নু মমাতোন যাইবী লৈমনা তাবগা থম্মোয় নিংদোল চোংনা—"ঙসিগী থোকখিবা থৌথোক অসিবু লৈকায় য়ুমলোন-কৈরোম্নবনা শনম-মিনম ফংহ্নুনা তাখি-থঙখিবা তাবে। কবিগুপ্তা মসিদবু শনম-মিনম ফংখিবা থোক্লক্লবদি ঐবু অরাফম শোযদনা তাবা তাই, অমুক্তা থুনা খামহোৌরখিগে" হায়না ঈমুং মনুঙদগী য়াম্না শেংনন্থু ঙোদ ঙোৌরবা পশোৎ অঙোবা ওইরবা মীৎ নহাগী মকোয়দা ঈকোয় কোয়শিল্লহ্নুনা অঙুক্কী মতীক নীংথৌনা, ফজনা লৈঙ্গেংনা থমহ্নুনা লৈরিবা "লাম অঙোব" বু অমদি মীৎকী থক খা মীৎপাল অনীমক্তা কোয়না শম্বল উচূক্কুম হেন্দোক হেক্তিন লৈত্তনা পরেং শানা থক-খাদা ক্তৌরদূনা (খাজীল্লহ্নুনা) ফজবদা পান্দম্নীংঙাই অম-মুক লৈতনা য়ৌরা ফজরবী মকমদা গুন্থোক্লা কক্ল-কজনন্থু হোৌরহ্নুনা লৈরিবা "পাশিংবু" "উমুঙ চক ময়ুঙনা কোল-খাবা, লাইরেল অঙৌবনা (কোন্দুনা খিনবা) কোয়খিবা" অমুম হায়নন্থু ময়েক লাম্না থরদঙ তেংথারম্মী।

পম্বপ-পরপ থোরক্লগা "হায়—নমা কোৎলো! কন্নাম্বী মচা নঙবুন্নে, করি থোকঈ হায়দূনা তৌজ-লাকচ-শান্নিবনো ? নওনা থরায় থোঙ-গান্দা থোক্কুনা রা-রা লাউনা, লাউ-খোংলিববো—কনানবু ঙ্গুং-শিগনি হায়রীবনো ? তানাংদে কপ্ কম্বু, য়ুমলোল-কৈরোম্নবশিংনা মীনোক চঙগনি হায়বম্বু খঙদনা, মচা কাঙদোক্ত ফারববু হুনদোক্কুনা লোং খোনবা চৎলগা, অসি য়ৌনা থেঙলবা ফাওবা হল্লক্কবা অসিবো করি মতৌনো হৌনরিব্রসে।" হায়দূনা মমা কৌহুনা কপ্তুনা লৈরিবী সনালেম্বীবু ফু-চৈ-খাংহুনা ঈমুং মনুঙদা পুশিল্লক-লগা থোঙ লোনশিল্লগা থমখি।

সনালেম্বীনা মমাতেৌন য়াইবী লৈমবু কিজমনবদগী পল্লেম মমাবু কৌজহুনা কপ্পা তোক্কুনা মকা হুংদা চঙলগা চাদ-থক্কনা অহুম তুমথখিরম্মী। নুমিৎ অহুগী অথেঙবা ভাংলো অহীংগী মমৈ ওইরক্লবা অচীকপা ঈনুঙ ঙাল্লমদাইদা অপোকপী পল্লেম মমা শংখু-লেম্বীনা মমোমগী খোমলেন মঙলান-চান্দা লাক্কুনা হায়রৈ;—"ঈমাগী লাংলেন ঈবেম্মা। ঈমাদি ঙসিবু লেমলৈ ভাকাবা তোক্কুনা কংকান্দা নমাতোনগা ঈবানি কানরক্লগা, হৈরাঙ চাখিসিদো হায়দূনা নমাভোম্না উথক্তা কাখিরম্মী। অহুগা নমাতোন য়াইবী লৈমগী শরৌ লাংদা হৈবোঙ থাদরকপনি হায়দূনা হৈবোঙদি নত্তনা তাঙজ লিন ওহাক্তা ভূঙ্গোল অমা হৈথরক্কুনা তাঙজ লিন্না চীক্কুনা ঈমাদি মকম অহুদা [1]অমল থরৈ কূমলেদো। অহুগা ঈমাগী অশীবা শমু হকচাংবু ঙরাল খোংগী হৈবোঙ মখোঙগী ঈশিংদা ঈনথরক্লগা, ঈমানা ফাজবা লেমলৈ মথৈম্বু নমাভোম্না পুহুনা চৎপ্রথনি। ইমোম

১। অমল থরৈ কূমলেদো=শিরেদো।

মাংলেন নঙনা ঈমাবু হয়েং ঈনূঙ ঙাল্লবগা অঙনবা অয়ুক্কা ঙরাল খোংগী হৈবোঙ মখোঙ তানা লৈমলৈ ঙাক্‌পাবা শানা লাকউ; মকম মনুদা লোং খোল্লহনা ঈমাবূ খরা লৌরো লাউ। ঈমাদি থেংগু লাইনা অপিখক চা'গী মশক শুগ্হনা লৈরমগে ; ঈশায়কু অমদা মক্লগা, ঈশিং চোয়া হাপ্তুনা, লুখুন কাদা কোরৌ শীংবুম তরেংনি ঙুল্লা স্লমিং-থা মশক উহন্দনা ঈমাবু থম্মু ; তাইবঙ মপোক্কা অমুক্তদি ফাওরকপা ঙস্ত্রা য়েংগে। ঈমানা তাইবঙ-পান্দা ফাও- রক্লবদি লাংলেল ঈচাবু অমুক হন্না নাউকোল্লখিগে ঈবেম্মা" হায়না খোমলেল মঙফাওনরম্লগা চৎখি। মঙলিবা মঙলান অদুনা মঙবা হেক লোইবগা মমোম সনালেম্বীসু খোমলেল নিকপ অতুম থোক্তুনা পল্লেম অপোক্পী মমানা মঙলান চান্দা তাকপীরম্বা ম্লাকম্বু খল্লু- খল্লুরগা কায়না মৈচাক্লা থম্মোয় পুবা ঙমদনা স্লংশি ঈহৌরক্তুনা ম্লীংলু নাপোম অনীমক্তা পিরাং চদূম চদূম শিম্হরক, হীক্লা হীক্লা কপ্লহনা ম্লাংলেল ঙহাক তুমথবা য়াদনা লৈরক্লবদা, ঈনূঙ তৈনা ঙাল্লক্লে।

## মমাবু লোংখোল্লুবা

কায়না মৈহৌ-মৈশা লাংলবী মমোম সনালেম্বীনা অমুক হন্না তুমথগে হায়বা তৌদনা, অতুম হৌগৎলক্তুনা য়েংবদা নোংঙাল তু উরক্লে। অতুগা ম্লোয়গে খন্দুনা—"পল্লেম ঈমানা খোমলেল মঙলান-চাদা তাকপীরম্বা মতূঙ ইন্না হৌজিক্তি ঈনূঙ তৈনা ঙাল্লক্লে। নোংঙাল তু উরকপগী অঙনবা অমুক অসিদা ঈমাত্তোনম্বু, ম্লাহৌ-

মক্তি ঙৈ, তাত্রি-খঙত্রিঙৈ মতাওসিদা ওরাল খোংগী হৈবোঙ মখোঙ ভম্না য়ৌহৌনবা তৌরগে। মসিদগী মাংলেল খরদঙ পম্বা থোক্লবদি ঈমাতোনস্থু য়াহৌরক্কনা ঐঙোন্দা অপনবা অমুক ওইবা তারে" হায়দুনা অঙনবা অয়ুক্কা য়াইবী লৈমবু তাহল-খঙহল্লমদনা ওরাল খোংগী হৈবোঙ মখোঙ তম্না, অপনবা লৈতনা থুন-মাঙনা লাক্লহুনা মফম অহুদা থুংলরে। অহুগা মানা কোয়য়েঙ-য়েঙলবা মতমদদি পল্লেম মমানা খোল্লম্বা লোং অমগা, তূঙ্গোল অমগা লোয়ননা হৈবোঙ মখোঙগী লৈরায় ময়াদা তরক্লা তারহুনা লৈর-ম্মিবা অহুবু হেক উরক্লগা খল্লুবদা থম্মোয় লাইয়ুম কায়না থূক লাউবা পোকখিহুনা তেংথা-নাউওইনা কপ্ল-কপ্লদুনা—"খোমলেল মঙলাল-চান্দা পল্লেম ঈমানা ভাকপীরম্বা ওরাল খোংগী হৈবোঙ মখোঙ হায়বহু লৈরিবা মফম অসি ওইবা তারে। লৈরায় মপান্দা তাহুনা লৈরিবা লোং অসিগা, তূঙ্গোল অসিগস্থু ঈমানা শীজন্নরম্বা অদুনী। উরুবদা থম্মোয় পুবা ঙমদনা চোকথরে; ওঃ! খল্লুবদা থম্মোয় তুজুংই ইপাই কোকচাওবী ক্ূঙবু কায়। পল্লেম অপোকপী! নমোমগী লাইবকসে ওম্থোক্লা নোংদম থীনস্থু তামখ্রেদকো!" হায়না কায়না মৈশা লাং, খূদাঙ পিকম্ লাংনা হীক্লা হীক্লা কপ্লহুনা. তাহুনা লৈরমলিবা লোং অহুবু খুনগৎলে হায়রগা ওরাল খোং মনুঙদা অহুম কুমথরক্লে। অহুগা, "খোয়ুম নোংদম্বা মপা মপু"বু থম্মোয় লকাম্বদা চেংনা থাগোম্রহুনা নীংশিংজরগা পল্লেম মমাবু খোজকই। অহানবা খোনবা-মক্কদা য়াম্না নীংথীরবা লেমলৈ "ওাখা ময়োাঙবী" অমা কোৎন্দী। লেমলৈ অহুগী মশক মতৌ মওঙবু

উবদা, পল্লেম অপোকপী মমানা তাকপীরম্বা মশক্তু দি নত্তবনিনা থোইদোক্লা মপুক্লীংবু মুংশি ঈহৌরক্তুনা চাকখিবনা থিডেল ঈনম খায়বগুম পিরাং চদুম চদুম শিন্থনা হীক্লা হীক্লা কপ্লথুনা লেমলৈ মাবু য়েংলগা হায়রকই ;—

"হা খোয়নৌ ঈতা চান্নবী !
লেমলৈ নহাকপু খোনবা নত্তেয়ে ;
নহাকপু লাইজ ঈপাক অসিদা
ঐনা অমুক হন্না থাদোকওরি ।
নপাঙ লকতা তিল্লগা
মন্নম নহা থাহুনা
ভোরৈ তৃশাঙ খুদীংদা
ননীং নখা তম্না
মুংঙাই য়াইবী মরাঙ কায়না
লৈরুয়ো হান্নগুম অমুক হন্না
লেমলৈ ঙামী তানবা নৎচদেয়ে ॥ "

অসুম হায়না কপ্ল-কপ্লথুনা থাদোকখ্রে । অদুগা মফম অদুদগী অতোপ্পা মফম অমদা অমুক্তা হন্না য়েংলগা খোল্লুবা মতমদনা "ঙমু কোকচাওবা" অমা-মুক য়াওরক্লে । অদুবুসু পল্লেম মমানা তাকপীরম্বা অদুদি নত্তবনিনা অমুকসু হন্না ঙমু কোকচাওবসু য়েংলগা পল্লেম শেংনখিবগী কায়না মৈশা লাংলবী মমোন্না মীৎলু পিরাং ঈরোয়না কপ্ল-কপ্লথুনা হায়জরকই;—হা—লেমলৈ কোকচাওবা ! নহাকপু খোনবা নত্তেয়ে; লাইজ ঈপাকসিদা ঐনা নঙবু অমুক

হন্না থাদোকচরি। নপাঙ লক্তা তিন্নগা হান্নগী পান্দমগুম্না ননীং-নথা তমহুনা মুংঙাই য়াইবী মরাঙ কায়না লৈরুরো—পল্লেম ঈমাবু খোঙবনি, লেমলৈ ভামী তানবা নৎচদে” হায়রহুনা লেমলৈ অহুবু থাদোকখরে।

পল্লেম মমানা মঙলান-চান্দা তাকপিরম্ববু খোল্লু-খোল্লু খুদীংদা ঈয়াও-য়াওরক্কবা, ঈথেঙ-থেংনরক্কবদা হেন্না নীংবা কায়বা কয়ামুক্তা লোয়ননা অরা মৈগাক খোনবু অশুম অশুম হেনগৎ-লকপা ওই, সনালেম্বীনা মফম অমা অমুক্তা য়েংহুনা অমুকশু হন্না য়েংলগা খোল্লকই। অহুদশু লেমলৈ “ভাশেপ চিবান্দো” “অমশু য়াওরক্লে। লেমলৈ অহুবু উরগা পল্লেম মমানা তাকপিরম্বা মঙ-লান-চানগীহু নত্তবনিনা থম্মোয় মুংহীক মুংদাম্লনা লেমলৈ অহুবু অমুকশু হন্না লাইজ ঈপাল-লাংদা থাদোকপীখি। মতুংদদি পল্লেম মমানা খোমলেল মঙলান-চান্দা তাকীপরম্বা অহুবুদি ঈয়াও-মক য়াওরক্কবা, ঈথেঙ-থেংনখিদ্রবা অহুদা সনালৌম্বনা থঙ্গে—“এনা খোল্লুবা খুদীংদা পল্লেম ঈমানা তাকপীরম্বা অহুদি খক য়াওবীরক্কবা অসিবো কৈদৌ-রবনো! থেংনবা ফংলরোইদৌরমানে, এবু তোকথোক্লসিরনে” হায়না চিংন-চিংননা মথায় য়াম্না মুংঙাইতনা মওল-মওল রাখল কয়া হন্না তৌদুনা কোয়রেঙ য়েংলদুনা লেপলহ্নদগী “হন্দকী অসিনা এগী অরোম্নবা ওইনা অমুক্তদি হন্নাময়েঙখিগে; মসিদবু থেংনদবা থোক্লবদি ইরাল-য়ায়দা হনবদা তাগ্রমানে” হায়না খল্লদুনা রাখল পরে চৈৎনা নোংদম্বা মপা-মপুবু থম্মোয় লকা-মুংদা চেৎনা থাগোম্নহুনা নীং-জরগা, হৈবোঙ মথাম্নোমদা ওনশন্দুনা হন্না খোল্লবা মতমদদি,

"খোমলেল মঙলান-চান্দা ভাকপীরম্বা "থেংগু লাইনা অপিখকচা" অহুমক হেক য়াওরক্লে। মহুদা "পল্লেম অপোকপী ঈমাবু য়াওরকলেদনা" হায়দুনা চেংলৌ শকউজবদা কয়াগী মতীক থম্মোয় হুংশি হুংওম্না কয়ামুকন্থ হেন্না হুংঙাইজবা ফংহুনা মীংলু পিরাং ঈরাঈহৌরক, কপ্পা কপ্পা চরৈ ফিগাও শানা লৌশীল্লগা, পল্লেম মমানা শীজিন্নরম্বা লোং অহুবু রাখল্লুবদা হায়নীংঙাই লৈতনা হুংঙাইত হুংঙাইতনা মফম অদুদা থাদরমদনা মরাল-য়ায় ভম্মা হল্লক্লে।

## থেংগু মাওহন্নবা থৃঙ্গীন থোরাও

ঈম্নং কোয়ৌ ঙাল্লবদা য়াইবী লৈমন্থ সনালেম্বীবু ঙবাঙগী থৌদোক অহুগী মরমদা নীংশিংলুরবন্থ অফ-ফত্ত করি করম্না তৌরমগদবনো হায়বা করিন্থ নাচুংবা লৈতনা "শিনীংলগা শিজশন্থ" হায়না হন্নবু য়েংলুদনা লোং খোনবা মতম ওইরহুনা চৎখিরম্মী। য়াংলৌ লম্বী লম্ম-খাঙদা সনালেম্বীনা মমাতোন য়াইবী লৈমবু উনবা ৰুংদনবা হায়না নারোল-নাথেহুনা লাকৃচবদা, মমাতোন্না (লেমলৈ ঙাচঙ ভানবা) চৎখিবা উহৌরহুনা নাকোয়নরোমদা খঙহন-উহন্দনা মরাল-য়ায় তম্মা পরপ-পরপ চঙলকপা মতমদা, উহন্নীংখিদ্রবা মনাও চাইশ্রাগা কোক হেক থেংনহুনা পজেঙ খুরৌ থাংবা ওইরহুনা লাওতক্লরবা থম্মোয়না হংলকই,—"ঈচে! নঙ কদায়দা চৎলুই? নঙগী ফিগাওদগীদো কয়িনো? এন্থ খর্না চাগে, খন্না পীজোবা ঈচে?"

"ঈচেমগী ঈবেম্মা! ঈচেম্থু কয়িন্থ পুরক্লেদা; ঈচেম্মা চুয়দা

ফিগাও শাবনি” হায়রন্নগা ঈমুঙ-মনুঙদা চঙখিহ্না থেংগু লাইনা অপিখকচা অহুবু ঈশায়ফু অমগী মনুঙদা থাদরগা, ঈশিং চোন্না হাপ্লুনা মথুম খুনজন্দুনা থম্মী। অহুগা ঈশায়ফু অহুবু মমোম সনালেম্বীনা চিংনা চিংনা য়েংলহ্না পল্লেম অপোকপী মমাগী রাথন্দা থম্মোয় লকা-হুংগী অরা-হুংশি, শেৎন-মৈচাকখোল কয়ামূক্তা থুমহৎ-লক্তুনা, মীৎলু নাপোম অনীমক্তা লাইজ পিরাং ঈরোয়না অরৎ-অথম লৈতনা, চদূম চদূম শিস্থনা, হীক-হীক লাউনা কপ্লুনা লৈরম্মী। মতম অদূদা মনাও চাইশ্রানদি মচেম্না তৌরিবহু মুন্না য়েংলম্নগা মকা-হুংদা চঙখিহ্না তূম্মিনা লৈখি।

অয়ুক্তুগী হৌনা পাৎ, কোম, ঈখোংনচিংবা মক্কম কয়া মুক্তা য়াইবী লৈমা মমানা (লোং অমা খুত্তা পায়, তুংগোল অমা খাঙদা য়ান্দুনা) লেমলৈ ঙাচঙ তাল্লুবদগী হল্লক্তুনা মরাল-রায়দা হেক থুংলরে। অহুদা চাইশ্রানা মমাগী নাক্তা হেক চেনশীল্লক্তুনা মচেম সনালেম্বীনা তৌখিবা থৌদোকশিংহু করি অমত্তা চীৎথদনা পাউদম্মী;—“ঈমা নহাক্না অশাই লেমলৈ ঙাচঙ তানবা চৎখিবগী ঙহাক লৈরগনে, ঈচে সনালেম্বীনা খরায় থোঙ্গাল্লোমদগী চঙলকইদো; অহুদা মাগী ফিগাওহুদা করিনো অমা য়োমদুনা পুরক্কই। ঐনা অহুদা ঈচেগী নাক্তা চঙশীন্দুনা ‘ঈচে নঙগী ফিগাওদগীহু করিনো ? ঐস্থু খরা চাগেবা’ হায়না হংবদা, মানা করিস্থু নত্তে হায়রম্নগা ঈমুঙদা চঙশীনখিহ্না ফিগাওদা য়োম্নক্লিবহু ঈশায়ফুদা হাপখিদো ঈমা। অহুগা ঈচেনা ঈশায়ফুদা চিংনা য়েংল-য়েংলগা পিরাং অর অর শিস্থহুনা হীক হীক কপ্পী; করিনো হায়বা খঙদেবো ঈমা ?”

মচানা তমলিবা রাঙ্কমশিংবু মম্না য়াইবী লৈমনা তারগা "মাগী অহুবু করিবু ওইরিগবা।" হায়না কয়া থোক্না রাখল তৌহুনা লৈখি। নোং ঙাল্লবা মতমদা মমা য়াইবী লৈমনা লোং খোনবা চৎলমদাই মতম ওইরহুনা চাইশ্রাবু কৌশন্দুনা - "ঈমাগী ঈবেম্মা! নঙনা ঙয়াঙ তম্বা নচেম সনালেম্বীগী ঈশায়ফু মনুঙদা করিনোমা প্নমলি হায়বহু মশক করিনো হায়বা মুম্না খঙলম্মু" হায়রম্নগা লেমলৈ খচঙ ভানবা চৎখি। মমানা চৎপ্রবা মতুঙদা, চাইশ্রাদি মচেম সনালেম্বীনা চংথোকখিবা অহাঙবা অচেঙবা মতম ঙাইহুনা, য়েংহুনা লৈখি। সনালেম্বীনা মতম অহুনা ঈশায় পুন অমা পায়রগা মাইজ ঈশিং শোকপা চৎখিরম্মী। মচেম্না ঈশিং শোকপা চংখিবহু ঈখদা মচেমনা থোকখিবগা অহুম চাইশ্রানা ঈমুঙলোমদা চঙশীন-খিহুনা কোয়থী-থি-হুমদুনা য়েংবা মতমদদি, লুখুম কাদা থেংগু হাপ্পুনা থমল্লিবা ঈশায়ফু অহু হেক থেংনকরে। ঈশায়ফুদা য়াঙম্নমলিবা ঈশিং অহু চাইশ্রানা লোইনা হৈদোক্নুনা চিথোক্লগা মনুঙদা য়াওরম্নিবা "থেংগু লাইনা অপিখকচা" অদুগী মশক, মচু-মম্নচিংবা, মওঙবু মুম্না য়েংলম্নগা, মথুম অমুক হন্না থুমজল্লমহুনা ফাম্নগী মকমহুদা ঈকায়-কায়হন্দনা, লেঙদনা অহুম থনম্নে হ য়রগা, থোন্নক্নুনা মকম অমদা শান্নহুনা লৈখি।

সনালেম্বীম্ন ঈশিং শোক্নরগা ঈমুঙ মনুঙদা চঙলক্নুনা পম্নেম অপোকপী মমাগী রাখল তৌহুনা লৈখিরম্মী। মমাত্তোন য়াইবী লৈমম্ন লেমলৈ ঙাচঙ তান্নবরু হল্লকপা মতম ওইরহুনা মরাল-য়াংবা হল্লক্নুনা থুংলয়ে। চাক-ঈশিং চানা-থক্নহুনা তুম্ন-হীপ্নবা মুমিজাংগী

মতম ওইরক্লবুনা মমাগী মকাদা চওনদুনা খোমলেল তুমখুন তান-খিরম্মী। হুমিৎ অসিগী অথেঙবা তাংলৌ অহীং ঈনুঙ নোংঙাল্লম-দাইগী ঈচীক হুনবা মতমদা মমোম সনালেম্বীগী খোমলেল মঙ-লান-চান্দা পল্লেম মম্না শংখুলেম্বীনা ঈশায়ফু-মুংদগী থোরক্লে হায়রগা—

“ঈমাগী ঈমোম লাংলেল ঈবেম্মা !
ঈমানা তাইবঙ মপোক্তা কাওগদৌবসি
কোরৌ হয়েংদা মঙায়রবনি।
হয়েং অহীংগী ঈনুঙ ঙাল্লমদাইদদি
ঈমানা লাংলেল ঈচাবু হায়গুম
অমুক হন্না নাউকোপ্লবা ফংজরনি।
কোরৌ হয়েংগী হুমিং অসিদদি
ঈমোম লাংলেল ঈবেম্মা নঙনা
ঈমাবু থাদোক লাকথোক কম্নুকো :
ঈমাবু্দি য়াবা মথৈ খম্না চেকশম্না
তৌবিয়ুকো ঈমাগী লাংলেল মুংশিবী ॥”

অমুম্না চেৎনা হায়রম্লগা অমুক হন্না ঈশায়ফু-মুংদা হন্জিনখি। নোংঙাল্লবদা মমোম সনালেম্বীনা গৌগৎলক্তুনা মঙলিবা মঙলান অদুগী মরমদা “পল্লেম ঈমাবু থোরুদৌবসে ঙসিদা মঙ’মরবোরে। পল্লেম ঈমানা তাকপরীম্ব। অসিনা কায়দ্রবদি ঙসিগী হুমিৎ অহীং অসিদবু লেপ্লবদি ঈনুং ঙাল্লমদাইদদি শোয়দনমক থোরক্তুনা ঈমাবু ফংজরগনী। অদুবু খোরবুম নোংদম্বা মপা-মপুনা ঐগী ঈগায়বকসিদা

করি: তম্বীরমগবা হায়বদি খঙদরে ; অফ-ফত্ত চীংঙু মাগী নোংদম-খোল মঙায়রে।" হায়না নীংশীংহুনা থেংগু হাপ্তুনা থমলিবা ঈশায়ফু অহু পায়দুনা য়েংবা মতমদদি ঈশিং অমতম্থু য়াওরম্মদরে। মহুদা মানা খঞ্জে—"ঈশিং অসিদি পল্লেম ঈমানা থোক্কদোবা মতম ওইরক্লহুনা কংলিবা ওইরে" হায়না রাখল তৌহুনা রাংলেল ঙহাক য়েংহুনা লৈ। মতম অহুদা মনাও চাইশ্রানা হো-হো চেনশীল-লক্তুনা—"ঈচে! করিনো? ঐস্থু খরা য়েংগে" হায়দুনা সনালেম্বীগী নাক্তা চঙ্শীল্লকই।

অহুদা মচেম সনালেম্বীনা—'ঈবেম্মা! করিস্থু নৎতেদো; ঐনা ঈশিং হৈজিনগে হায়দনা তৌবনি। ঈশায়কূ মনুও অসিদা থুনাম-নাডৈ তাবরা হায়দুনা ঈচেম্মা য়েংলম্নী।"

"নতে কৈগু, ঐ করিনো ঈলং-লংবা অমা উখি।"

"করিগু নৎতেনে ঈবেম্মা, ঈচেম্মা ঈশিং শোকলুগে হায়হুনা, ঈশিং হৈজিল্লমগে তৌবনি।"

"নৎতে কৈগু, ঐ য়েংখিনি" হায়দনা মচেম্মা ঈশিং হৈজনগে হেক তৌব-মক্তদা মচেমগী মখুদাও অহু তাপ হেক পায়রগা ঈশায়ফু চেপথহুনা য়েংলগা, "অসিদিনা" হায়রক্লগা মমা য়াইবী লৈমগী মনাক তাম্না কম্না হৌদুনা চেনগ্রগা, মমাগী ফিজী পায়দুনা নিংঙাই চক্রি তৌহুনা কপলে।

মহুদা মমানা—"নঙনা নখোও থীন্দুনা কপ্পীববো কৈদোয়রগে হায়য়ু?" হায়না হংই। মহুদা চাইশ্রানা— "থেংগু চাগে" হায়রকই।

"ঈমাদি থেংগু লৈতেনে, হোরেল পুবীরক্কে কপকম্মু" হায়।

মহুদা চাইশ্রানা—"হৌজিক-মক চাগনি, ঈচে সনালেম্বীগীদি ঈশায়ক্‌দা য়োকহল্লগা, ঐগীদি পীদে" হায়না ঙংহুনা নিংঙাই কল্লা তৌরক্লে।

মহুদা য়াইবী লৈমনা—"সনালেম্বী।" হায়না কৌরকই। অহুদা সনালেম্বীনা—"করি ওইরবনো ঈমা?" হায়না হংজে।

"নঙগী য়োক্কুনা থমলি হায়রিবা থেংগু অহু হৌজিক খরা ফুং-পীহুনা ননাওদা পীজৌশে; নঙগীদি ঈমানা হোরেল অমা পুবীরক্কে" রা অসি তাবদা মমাতোনগী মরীংজেল খঙবী সনালেম্বীদি কোরৌ নোংথৌ থক্কাগী অথাক অরাওখোন্না,[১] লরাই কোইরেল থক্কা খঙ-হৌদনা তাবগুম থোকখরে; থম্মোয় শোক্না, য়াম্না চাক্না থূক লাউবা পোক্লহুনা মীৎলু অনীমক্তা পিরাং ঈরা ঈগৌনা খোঞ্জেন নীক্না ফাইনা, পেগৌ পেগৌমনা হায়জরকই;-'ঈমা! ঐগী থেংগু অসিদি অমুক হন্না মফম অমদগী ফারুবা ফংলরোইদৌবা থেংগুনি। থেংগু অসি ঈনাওদা পীজবা অহুদদি ঈমানা ঙাক্কপীয়ু; মরম অসিদদি নচানা নিজগে" হায়দূনা কয়ামুক পীথোক্লীংখিদবনা পীথোক্লোইদবগী থেংগু হাপ্লিবা ঈশায়ক্‌হু চেংনা পাহুনা কোন্দুনা লৈজরকই।

## থেংগু ফূংহন্দুনা পীজবা

সনালেম্বীনা মনাওদা থেংগু পীজহল্লীংদবা রাবু মমাতোন য়াইবী লৈমনা তান্ন-উরপ্পা অশাওবগা লোয়ননা খা চীক্না—"হে! ঐনা হায়ৱিবগি সুকয়ামক য়াররোইদা —নঙবো?" হায়না অশাও কন্থী থোক্না মথুংতা চৈ অমা চেংনা পায়রগা মমীৎ মনা শংদোক্না মচীন

মখা কৈনা চিং, চঙশীল্লক্তুবা মকম্বী থোক্লা ফু-চৈ থাংনা—"হায়, ঈকায় খওদবীসিগা, করি থোকয়েহ্না তৌজশারিনো, লমজা শন্না শীদৎ পাদৎপী নওবুনে। ঐওোন্দা খিৎ ওৎ নৈবীরগম্মু, নওদা কোক শিজ-গ্রোনে। ঐনা হায়রগা অঙাংসিদা কোক হেক পীগেদি হায়ব্রদনা, ননমহ্ শিংনা শানবা চৈ চাগনিসি খওদ্রা, শিখাও খাও-লাক্কুনম্মু অমুক তৌবা শারিনে—মুংঙাইরব্রা, পেল্লরিনি ? ঐনা হোরেল অমা পুরক-লগা পীগে হায়রেদনা; অহ্নগম্মু শক্তা নওগুম্বনা নিঙাই চক্রি তৌরিনে। কদায়নে, পীরক্তিবরা ঈকায়দবীশিগা ?" হায়দূনা কনা লৈজদ্রবী, নৌরিবী সনালেম্বীদা মখোও খোওপাক্লা খরা কাওশন, মশম-মনা লাক-হাইদনা শেৎ শেৎ লাউনা শাথিনা ফু-চৈহংপীরম্মী। "ঈমা ঈমা" হায়না ক্রীং ক্রীং চোংনা খাওদূনা কোপ্তহ্না পায়রিবা ঈশায়কুহ্ নমদনা মুন্দূনা মমোম চাইশ্রাদা পীহ্না পায়হল্লী।

ওম্ব থোইনা কপহ্না লৈরিবী সনালেম্বীনা মহ্-মক্তদম্মু পল্লেম অপোকপী মমাগী মশক ওইরিবী থেংগুহ্নবু হায়নীংঙায় লৈতনা পান্মু-জখিবনা য়াব্রবদি মনাও চাইশ্রাদা পীজখিদনবা হায়দূনা থম্মোয় য়োনা শোক্লা কপ্প-কপ্পহ্না অমুক্তা হুন্নম্মু নিহ্না হায়জরকই;—"ঈমাভোন ! ঐম্মু নমোম্নী হায়না অমুক্তদি খমবীহ্না, ঐগী থেংগু অহ্নদদি নচানা নিজগে; ঐগী য়াম্না তাওনা ফংওমদনা ফংজরকপা থেংগুহ্ অমুক হুন্না মফম অমদগী ফংগ্নরোয়। ঐগী থল্লায়মক্কী খঞ্জরবা থেংগুহ্নদদি ঈমানা কৈদৌবগে য়াব্রবদি ঈনাওদা পীজবীদনা, নচা ঐওোন্দা পীবীয়ুবা ঈমা" হায়না কপ্প-কপ্পহ্না মমাভোন য়াইবী লৈমপী

হুক খোক্লা ফু-চৈ খাংহুনা শা ঙাগী যচংনা ওং-নৈয়রুপা. অকী-তুজুং কংলবা মনাতোনগী শককম অমদি নত্ত-নত্তবা য়াহৈ ম্রাঙাঙ কয়ানা মক্তোন্দা লাউ-খোংলহুনা তুহংপীখিবা কয়াশিংবু (সনালেম্বী) ম্নাগী থম্মোয় লক্না-মুংদা হুয়া হুয়া চুশন্দুনা লৈখিবনা, অহুবু উজবদা; অহুগা মাগীদমক্তনি হায়দুনা মাঙদা য়েংই কনা লৈতা, তুংদা হুয়া য়েংখি কনাবু উজখিজবী তোল্ল-তারবী নৌরিবী অমগা ওইবগা; পোক্তবী মমাতোয়া হায়রিবা অহুমক ইলহৌদবা, তৌদবা খোক্লবদি মাবু শোয়দন-মক হাংত-হাংলগদবোয় লেপ্পা খঞ্জখিবনা, খল্লু খল্লুরগা খোইদোক্ল-মক অকী তুজুংজবনা থক-থক লাক্তনা মিপাইজবা পোকপা ওইয়হুনা, অতোপ্পা অনৌবা য়াখল লম্বী পাম্বে অমা লাম্বস্থ ফংখিদবনা মমাতোয়া হায়রিবা অহুমক ইনবা তারক্লহুনা খাম্বী মৈহু হৌগংলগা, থেংগুগী মপক ওইয়হুনা লৈরিবী পল্লেম অপোকপী শংখুলেম্বীবু য়েংজবা ঙমদ-ঙমদনা কয়ামুক নীংঙম্ক্তবগী থম্মোয় মুংগী অন্না মৈচাক খাঙঙম্লকত্রহুনা মীৎলু নাপোম অনীমক্তা লাইজ পিরাংবু অয়ং-অথম লৈতনা চদুম চদুম শিম্বরক, ওম-থোইনা খাঙবগুম খাঙঙমদনা খাঙজরহুনা, য়েংহুনা লৈরিবী সনালেম্বীবু মমা পোক্তবী য়াইবী লৈমনা উরগা খুদক্তুদা চঙশীল্লক্তুনা—"নখুত্তুনা থেংগু হাপলিবা ঈশায়কুহু পায়মু, পায়ত্রিবরা হানে" হায়না নমহুনা চাইশ্রাদগী লোদুনা পায়হল্লী। অহুদম্ পল্লেম মমাদি ওইবলিনা খল্লুবদা নীং-ঙমদবনা লেকক তৌহুনা লৈ, অহুদম্ অমুক্তা—"মৈথক্তুদা খাং-গত্তুনা ফুজ্রিবয়ানে, মৈহু অরেপ্পদা চাক্তুনা লৈরিবহু নমীত্তুনা উত্রা ঈকায়দবী" হায়দুনা কুদুনা নমদনা খাংগৎহল্লপা কুৎহল্লী।

অহুগা য়াইবী লৈমদি মাগী হীপ্পকম মকাদা চঙশীল্লগা পোখাহুনা লৈখি।

মতম অহুদা থেংগু ফুংলিবা লাইজ ঈশিং অহুনা খাম্বী মৈশাখোনবু অরেপ্পা লৈতনা অশুম অশুম শাবা হেনগংলক্কুনা শৌগংলক্লীবা ঈশিংগী য়াউরা খোম্বোক্তা "ঈমাগী লাংলেল ঈবেম্মা! ঈমাদি খাম্বী মৈশাখোল লাংখিবনা খুঙ্কেং য়োনা থুমজল্লক্লে, ঈমাদি খাওগম্লক্লেদো; খাম্বী মৈ নেম্মুগবা ঈবেম্মা" হায়দুনা মমোম সনালেম্বীগী মফমদা খগুহল্লকপবু হেক তারগা, থম্মোয় লাইমুম কায়না হুংশি খোয়বু থীংনা চাকখিহুনা মীংলু নাপোম অনীমক্তা লাইজ পিরাং অরংপা লৈতনা চদূম চদূম শিন্থরক, "হা—পল্লেম ঈবেম্মা! নমোম লাইবক থীবীবু করি ওইহৌরসিগে অপোকপী!" হায়না থাজীললিবা অচাকপা শীং অহু হেক শম্ভোক্লগা খাওগমদনা খাঙ, খূদাঙ পিকম লাংনা হীক হীক লাউনা কপ্পুনা লৈখি।

মনাক্কুদা ফমদনা য়েংহুনা লৈরিবা চাইশ্রানা মচেল্লা শীং শম্ভোক্লগা কপ্পুনা লৈবহু উরগা "হো—ঈমা! ঐখোয় ঈচেদি শীং শম্ভোক্লগা কপ্পুনা লৈয়ে" হায়না মমাবু কৌহুনা তাকই। মহুদা মমা য়াইবী লৈমনা নাতায়রবদা—"মকোক্কুদা খাবৈদুনা কোক লাউনা শুজল্লুনে,—কৈদোবগী শীং শম্ভোক্লীবনো, শিবীদবীহুবো" হায়দুনা চৈহংভুনা লাউরকপদগী, সনালেম্বীনা তারগা মমাভোনবু কিজ্জমনবনা শম্ভোক্লম্লিবা শীংহু অমুক হয়া ঈনশন্দুনা ফুংলী।

ফুংলিবা থেংগু অহুনা য়াংলেল ঙহাক-মুক লৈরগা লাইজ ঈশিং অহুনা লোগ-লোগ লাউনা শাবা অশুম অশুম হেনগং-

লকপদগী শৌগংলক্লীবা ঈশিংগী য়াউরা খোঁঙ্হোক্না শোয়্‌নবা—"ঈমাগী লাংলেল ঈবেম্মা! ঈমাদি থাম্বী মৈশা লাংবনা খুকউ য়ৌরেদো; ঈমাদি থাউওয়্‌রক্লে, থাম্বী মৈ নেম্মুখবা—ঈবেম্মা" অওবা মমোম সনালেম্বীদা খঙহল্লক্লীবা য়াউরাখোনসু তারগা; পল্লেম মমাগী য়াখন্দা থম্বোয় পুথা ওমদনা খোইনা চাক্লবা কাথনা মৈচাককোয় কনাথিবনা লাউজ পিরাং অয়ুং-অথম মৈতম্বা শিল্লুয়ক খুদাও পিকম লাংনা "হা—পল্লেম অপোকপী!" হায়না তেংথাহুমদা থাজীল্লিবা শীং অহুবু অমুকস্থু শত্তোক্লগা হীক্ হীক্না কপ্পুনা লৈখিরম্মী। মহুমসু মনাও চাইশ্রানা মমাবু কৌদুনা তাকপদা, মমাওজোয় চৈচ্ছং-লক্লুনা লাউরকপদগী সনালেম্বীনা কিজবনা শীং অহু অমুক হুয়া ঊনশন্নুনা ফংহল্লী।

য়াংলেল উঁহাক-মুকস্থু লৈরবদা অমুকস্থু হুয়া খেংগু ফংলিবা লাইজ ঈশিং অতুনদি হেম্না অশুম অশুম শাজরক্কনা শৌগংক্লীবা য়াউরা খোঙ্হোক্কা খঙহল্লক্লী—"ঈমাগী লাংলেল ঈবেম্মা! ঈমাদি থাম্বী মৈশা লাংথিবনা খুঁও য়োরেদো, ঈমাদি থাওমদরে, থাম্বী মৈ নেম্মুখবা ঈবেম্মা" হায়রয়্‌গা লেপখি। অহুবু মমোম সনালেম্বীনা তাঁরগা পল্লেমগী য়াখন্দা সুংশি খোয়বু থীওথিবনা মীংলু য়াপোয় অমীয়ক্কা লাইজ পিরাং চদুম চদুম শিল্লুয়ক, খুদাও পিকম লাংনা থাজীল্লিবা শীং অহু তনশং শত্তোক্লগা; "হা—পল্লেম অপোকপী! নমোম জাইবক থীবীবু ফরি শুহহৌরলিপেবে—পল্লেম-ও" হায়না পল্লেম মমাবু থম্বোয় কায়না কৌজরগা হীক হীক লাউনা কপ্পুনা লৈয়ম্বগী পল্লেম মমাগী য়াথয়া লাকহংথিদুনা তাইবঙলী য়াখল

লৈবক্নদগী পল্লেম মমাগী বাঃনা লাকহংখিদুনা তাইবঙগী রাখল লৌশিং পূমকাও কাউখিদুনা লাইঙ্গ পিবাংগী মক্ত কংখয়ে, তারম্বা পিয়াং তাখিদবে ; অযেঙবদগী মাংকম অমুক হোংখিদবে।

মতুদা মনাও চাইশ্রনা উবগা মমবু কৌদুনা তাকপা মতমদা, মমাতোন যাইবী লৈমদি শাউম্‌ংখ্রদুনা মাগী হীপ্পফমদগী ফুক হৌগৎলক্কুনা চাক্লিবা মৈত্তম শী অত্তুনা মখ্বাঙদা হেক চুশঙ্গদা সনালেম্বীদি খাম্বী মৈশাখোন্না খঙহৌদনা থোইনা হেন্না খংপ্রেক্ক খংদুনা ক্রীং ক্রীং লাউখংনা চোংদুনা হেক খাঙজে, অদুমক্তদা অমুকস্থ মশম-মনাদু পাযবগা লাক হাযদুন, মখোঙপাক্লস্থু হন্না কওশিনবীদুনা, "হয ঈকয খাদব শিগা, ময়থাবী, পীদৎ-পাদৎপী নঙবুনে। থেংগুসিদা ফুংগোদি হাযদ্রদনা, কবিনো কপসন্নবগা, লাউশিন্নবগা কনানবু শুংশিবাদৌবিবনো—তানীংদে, নঙনা খিৎ শিজ্জখবোনে, হৌজিক-মক মুন্ননবা শীতু ঈনশন্দ্রিববা—হানে" হায়না সনালেম্বীবু ফু-চৈংহৎলম্নগা মকদা অমুক চঙশীন্দুনা হীপ-থখি। অস্তুদা সনালেম্ব'স্থু কপ লাউখাংনা অতৎপা লৈতনা শিম্ভয়ক্লীবা লাইজ্জ পিবাংবু তৈথোক্ল-তৈথোক্লদুনা শত্তোকলুবিবা শীং অত্তুবু অমুক হন্না ঈনসন্দুনা ফংহল্লী।

অস্থুন্না তৌবদুনা মমোম সনালেম্বীবু পল্লেম অপোকপী মমাগী মশক ওইরিবী "থেংগু লাইনা অপীখকচা" অত্তবু হন্না ফুংহল্লকপনা রাংলেল গুহাক অমুকস্থু লৈবগা লাইঙ্গ ঈশিং অত্তুনা লেপ্পা লৈতনা অস্তুম অস্তুম লোগ লোগ শাবা হেঞ্জল্লক্কুনা শৌগৎলক্লীবা য়াউরা খোস্থোক্তা "ঈমাগী লাংলেপ ঈবেম্মা ! ঈমাদি খাম্বী মৈশা লাংবনা

খৌরী চয়ম য়ৌনা থূমজল্লক্লেদো ; ঈমাদি খাম্বী মৈশাখোল থাঙবা ঙমদরে, খাম্বী মৈ নেম্মুগবা—ঈবেম্মা" হায়না অমুক্কা হন্না থঙহল্লকই। অদুদা মমোম সনালেম্বীনা য়াউরাখোনবু তারগা, পল্লেম মমাগী রাখন্দা থম্মোয় লাইয়ুম কায়না চাকখিবনা থারীবা শীং অদুবু তনশং-শত্তোক্লগা "হা—পল্লেম অপোকপী!" হায়না পল্লেম মমাবু তেংথা-নাউওইনা কৌ, খুদাঙ পিকম লাংনা মীকপল্লতুনা লৈ। মতম অদুদা মনাও চাইশ্রানা মচেমগী থৌদৌ অদুবু উবদা মমাবু কৌহুনা তাক্লকই। মমাতোম্না খোন্দা খোনফম মীচৈ থীনা সনালেম্বীদা লাউরক্কুনা চৈহৎলকপদা, কিমনবদগী থেংগু অদুবু অমুক হন্না ফুৎলী

ফুৎলিবা থেংগু লাইনা অপিখকচা অদুবু রাংলেল ঙাহাক অমুকসু লৈরগা, খাম্বী মৈশাখোনবু খুৎ থোংবা ঙমদনা লোগ লোগ লাউনা শাগৎলকপদগী শোগৎলক্লিবা লাইজ ঈশিংগী য়াউরা খোম্থোক্কা লোয়ননা ঈশায়কু-হুংদগী অরোয়বা ওইনা "ঈমাগী লাংলেল ঈবেম্মা। ঈমাদি খাম্বী মৈশাখোল লাংবনা চীনবান য়ৌনা থূমজিল্লক্লে; ঈমাদি পূমলোয় লোইরেদো—জী···।" হায়না থেংগু লাইনা অপিখকচা ওইনা শায়োল্লক্লীবী অপোকপী পল্লেম মমা শংখুলেম্বীনা মমোম সনালেম্বীগী মফমদা পাউতাক কয়া-মরুমশিংগা লোয়ননা অসুম্না হন্না হন্না থঙহল্লমগা অরোয়বা ওইনা য়াইবী থরায় থাখিরম্মী। পল্লেমগী হুংশি য়ারাখোলবু মমোম্না তাজহৌরগা চাক্লিবা শীং অদুবু অমুসু হন্না তনশং-শত্তোক্লহুনা, থাঙঙম্লক্কুবা পল্লেম কায়না মৈচাক্কা লোয়ননা "হা—পল্লেম অপোকপী। নমোম

লাইবক থীবীবু করি ওইহৌরম্সিগে—অপোকপী!" হাযনা "পল্লেম অপোকপী ঈমাবু পুন্সিগী অরোয়বা ওইনা কায়নখরেকো" হায়না খল্লুবদা খাওওমদ্রবা ক'য়না মৈচাক্লা চীনবান থক-খা থ্রক থ্রক কংনা থুম্মাংলতুনা লাতজ থিঙেল ঈনম খায়বগুম মীংলু নাপোম অনীমক্তা শিরাংতনা পূমচোং চোংলা, হীক হীক লাউনা তেংথা-নাউওইনা কপ্লতুনা রাংলেল খরদগু থম্মোয় লকা নুংগী কায়না মৈ-চাকখোনবু ওন্ন থোইনা খাংদূনা লৈজ্জে।

মতুদা মনাও চাইঞ্রানা থম্মোয় শোক্লা, নুংঙাইতনা পল্লেম মমাবু "ও—ঈমা! ঐখোয় ঈচেদি শীং শক্তোক্লগা কপ্পুনা অমুকশু লৈরে" হায়না কৌতুনা তাকপা মতমদা মমা য়াইবী লৈমানস্থু হন্না হন্না মচানা লাউ কৌরকপবু তাবদা, শাউমনথ্রতুনা মাগী হীপ্পফমদগী ফুক হৌগৎলক্লগা চঙশীল্লক্কুনা, অঙম-অরায় থঙদনা কপ্পুনা লৈরিবী সনালেম্বীবু মশম-মনাতু তাপ পায়না লাক্কুনা কোয়হায়-হায়রগা, শেৎ-শেৎ লাউনা অমুকস্থু ফুদোক্কুনা,—"মীনাইস্কুবী, ঈশায় খঙদবীসিগা নঙবুনে! নমা শিথ্রবীতু কৌতুনা শু-শা, শু শা কপশীল্ল বগা-লাউশিন্নবগা, নচৎতুননিনে খঙলবরা নপা-নমা অমতা খাওলা ওমদ্রিবদো। শিথ্রবী নমাতু ঙহাক লৈতনা কৌরগা অমুক হল্লকথি-গদ্রা? নঙবু কনানা নুংশিগনিস্থু নীংদুনা তৌরিবরো? পেঞ্জরে; ওকচরে; ওঃ খিরে। থেংগুতুদা মুন্নবা থুনা ফুৎকেদি হায়দ্রদনা কন্নি থোকয়েদনা তৌজ-শারিনো—ঈকায়দবী? হৌজিকমক মৈতুবু ঈনশীন্দ্রিব্রা—হানে" হায়না চৈ-থাংনা চৈহৎতুনা শক্তোক্লম্লিবা শীংজা অতুবু অমুকস্থু হন্না নমদনা ঈনশনহন্দুনা মুন্নবা থেংগু অতু

ফুৎহল্লে। ফুৎলিবা থেংগু অহুনা মুল্লবা মতমদা মৈথক্কপী থাংদয়-ক্তুনা লৌথে ব্লগা অহাওবা মতোং মখৈবুনা মমা-মচামা চাথোক্লে। মরু-ময়াওশিং খরনা মানা চানবনি হায়দুনা পী। সনালেম্বীনা মাগীমি ছায়দুনা তম্নকপা অহুবু চাইথ্রা মমা-মচাবুদি উহন-খঙহন্দনা "পল্লেম ঈমা অপোকপীগী অশেঙবা মুংশি চেংলৌ শক্তমদো অমুক হন্না হল্লক্লরোয়, পুন্সিসিমগী হন্দক্লা ম্নোইরেদো" হায়না থল্লুব্লগা কয়ামুক থম্মোয় চাক্লা কপ্লহুনা মফম চাবা অমদা মালেম লৈরোল চন্দুনা লোইশিনখি। সনালেম্বীনা পল্লেম মমাবু নৌনা শেংনহুনা কায়ন-খিবগী খাঙডুমদ্ররা মৈচাকখোম্না অভাওবীগী পান্দম ওই, তাইবঙ মালং পানসিদা য়েংলু-য়েংলুবা, খল্লু-খল্লুবা খুদিংমক্তা ঈহাঙদ-হাঙখ্রে। মাগী কুনা হন্না য়েংখিবদা অমতা উদনা পিদোল্লবী অমা ওইহুনা খোইদোক্ল-মক অরা-প্লোখাফম খঙদনা, কায়না মৈশা লাংবা ওইরহুনা মপুক্লীং য়ায়া নৌথোক্লা মুংশি-মুংওন্না খোয়রাঙ লাঙক্লবা অমা ওইনা মীংস্না ঈরা শিল্পনা খুদাঙ পিফম লাং, য়াউন্না খোম্থোক্লা হীক-হীক-লাউনা মীকপ্লহুনা কোরো মুমিত্তু মদি চাদ থকখিদনা মাগী হীপ্নফম মকাদা চঙশন্দুদা লৈখি।

## মম্মোম অনীবু নাউয়োক্লপা

পম্হো-পল্লেম অনীমকস্থ চহি মত্তাঙ, মনুঙ-মতন চাদনা পীক্ল-নৌনা শেংনহুনা কায়নহৌব্রবী সনালেম্বী অসি তাইবঙ মালংপানসিদা মাগীদনক্তনি হায়দুনা য়েংখি-য়েংখিবা খুদীংমক্তা মচেম অমা, মম্থু নিংথৌ মোপ্। অমা লৈহুনা কয়ামুক্তা তানা-খোংমহুনা নাউখি

শাজনীংঙায় কনা হুম্না অমা লৈজখিদ্রবী. চহি ঈনৌ-নৌনা ময়ায়বক্ক ফংনা য়ৌনা, মপোক নোংদম থীরবী ; চীকোন-নাউকোনবীনবা লৈজদ্রবী অমা ওইহুনা চাবা, শেৎপদা করিগুম্বা অমতা মনীং থুংজদ্রবী মরক-মরক্তা কপ্না কপস্থ লেললজবী, তোল্ল-তারবী, মীগী ফিমন ফিগায় খুঞ্জবী, চাকলেম চাদুনা লৈজরক্লবী, শিনশাং ওইনা মপাংগনতা ষ্লাজহুনা পুন্সিগী অরোয়বা মতম্থু রানা, চাক্লা খাঙনা মনাও চাইশ্রাগী [1]লোয়য়িন-থৌগনবীগী মশক ওইনা য়াইবী লৈমা মমা মচানা অথী-অথীবা. অয়াকপা. তুজুংবা রাৈ-রাঙাঙ খোন্দাদনা মঙোন্দা হুম্না হুন্না শীজন্নবীহুনা অমস্থং মানা সুজ-নোমজবা কয়াদা হুন্না-ইন্না শিংথা-নবীবা লৈতনা অশুক্কী মতীক খাবৈ-খরা শানা মীনায়দা মীনাইগুম ওৎ-নৈ-থাংনা নাউকোন্দুনা মতম পুম্বদা মখোয় মমা-মচানা সনালেম্বীবু অস্থুম্না লাকথুহুনা থম্বীখি।

সনালেম্বীগা, চাইশ্রাগা মচীন-মনাও অনী অসি শকওঙ-শাদা, চাউদম শাংদম্বদা শাহৌ-শাবান চপ মান্নৈ। মসিমনা খরা, মন্নাংলী. সিনা খরা মহেল্লী হায়নিংঙায় থোইনা খন্দোক খঞ্জন লৈতে। মান্নদবা হায়ববু ঙাঙখোক শক্তোরকপা রাঙাঙ খোন্দা-খোনফমদা অমদি লীচং-শাজৎ, পুকচেল-খোয়জেল লিংজেন্দা খঙবদগী হেন্না শক-খঙনদে। নাউয়োক-নাউকোন্দা, শেৎতোক-ইস্থোরকপা ফিজেৎ চাকচাদা শক্কম অতুক খঙবহু মঙায়। মচীন-মনাও মখোয়-অনী অসি মতম পুম্নমক্তা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নহুনা মীকুপ অমতস্থ খক্ক

১। লোয়য়িন-থৌগনবীগী মশক=লোয়নহুনা ইন্নবা মীনাই থৌগনবীগী মশক।

থাদোক-শেত্তোক্লবা, লৈতে। থবক শিম্বা কয়াদা স্থরে সুমিন্নৈ, অমদা চৎলে চৎমিন্নৈ। অরাবা কোঙ্গায় থাওদুনা মুংঙাইবা শরূক মচেৎ অমতা ফংজত্রবী সনাপেম্বী অসিনা মচান্দা হায়দোক-ফোঙ-দোকচত্রবস্থু মতম পুম্বদা মনাও চাইশ্রাবু অতোপ্পা লম্লানবা অমা ওইনা খনবা ঙমদনা, য়াম্না মুংশি চান্না থোজানগী মীৎয়েংনা য়েংবীদুনা মনাওদা মনাও অমা ওইনা লোয়নদুনা লৈমিন্নরকই। মানা খনজে— "ঐগীদমক্তা য়াইক-মুংঙাই নোংম্বীনবা হায়ববু ঈমা য়াইবী লৈমা নত্তনদি ঐগীনি হায়বদা কনা লৈজবা নৎচদে। ঈমানা পোকচবদা ঈচীন-ঈনাও ঐখোয় অনীদগী কেন্না অতোপ্পা অমা-মুক পোক্লকপস্থু হৌজিক ফাওবদি পোক্লক্ত্রিবনি। নীঙোল ওইবী মপোক ঐখোয়শে মীগী লোয়নবী ওইনবা তাহবঙ মপোকসিদা পোক্লক্লবনি। চনু নীঙোল ওইবী ঐহাক্লা মীগী লোয়নবী তাল্লোয় শীংদা চন্দুনা মপু অমা পানথ্রবদা, অমুক হন্না পল্লেম ঈমাগী পুন্সি মতোল লোম্বা ফাওবা নীংথী-মুংঙাইনা পেন্নবা তৌজবা ফংলরোয়দবনি; পল্লেম কোন্দা মতম খরদঙ ঈনীং তম্না লৈরিঙৈ অসিদা ঐনা ঙমজবা ঈথৌরাঙনা সুজ-নোমজদুনা পল্লেম ঈমাগী নীংবা থুংনা পেল্লহনবনা ঐগী ঈথৌদাও ওইরগে; অস্থম্বা মীগী পেল্লহনবদা ঐগীস্থু মুংঙাইবা পেজবা কংবা ঙম্মগনি।" অস্থম্বা "রাথন্না" মাগী ফজরবা কঙবা লমজীং, লীচিং ওইরদুনা, পল্লেম মমাত্তোন য়াইবী লৈমনা হায়বা, তাকপা মতম খুদীংমক্তা, হীরম-থৌরমশিং কয়াদা অমুক্তস্থু হীক্তোক-লাকথোকপা থক তৌদনা মমাগী পেন্ন-মুংঙাইনবত্তা তৌজদুনা খাওলা লেন্নদুনা লৈজরকই। থবক শিম্বা কয়াদা সুজ-নোমজদুনা অরাবা

চৈথেঙ কয়া- হয়া ঋংলবম্ব্ রায় কৌবদা হায়বা উহন্দে। "ভাইবঙ মপোক নহাকপু য়াজগে হায়বদগী তাইবঙ মপোক ওইনা পোকলিবনি। অহুবু হৌগ্রবা কোঙ্গায়দি হোখয়ে, নীংশিংলুরগা থল্লুহুনা অমুক কানদ্রে। অহুগা অয়াবগী ঈপাক্তা তারগা অরাবা কোঙ্গায় খাঙবদা 'রায়' হায়দুনা শোল্লগা, হয়া নীংশিংলুরগা অরানদুম অহোয়ননা হেনগৎলক্লী। অদুগী মতুত্তা 'রায়' হায়বসি শোনবা তোক্কুনা, ঐগী তৌগদৌবা ঈথোদা ঈথৌ শিন্থা ওইহুনা তৌজবা অহুতনা ঐগী চাওখৎপা ভোঙজবা, অরা-পোথা মুংঙাইজবা ওইগনি।" অসিগুম্বা রাথয়া মাগী মপূক্লীংগী শৈরেং চৎলম ওইহুনা খাঙ-হৈরবী পুকচেল-থোয়জেল অমা ওইনা অরোয়বা পুন্সিগী য়াহীপ পাউজেনতবু লেনজ-খাঙজহুনা ভাইজরকই।

---

## কুপক্রেংনা ফম্বাল চাংদম্বা

মৈদীঙগু সেন্ত্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্বনা কংলৈ পুঙমায়য়োল লৈপাক অসিবু থাদোক্লম্বা অসি চহি কুমজা মতম ফম্না মুংশাংলক্লে। মতম অসিদদি লৈপাক অসিদা লৈরিবা ময়ুম তাইবঙশিংনা "লৈপাক নিংথৌ পান্দয়ে" হায়না নিনফুং নিনফুং ভাঙনরকপদগী মমৈদা অকনবা অমা ওইরক্কুনা হৌজ থেনখাঙ য়ামশিল্লকলে। রাকম অসিবু রায়েন ফদ্বে ফম্বা লৈপাক্কী অঙম্বাশিংগু মহৈ মহৈ নাতানরক্লে। মতম অসিদদি রাকম অসিবু ময়াম্বুঙ কুপক্রেংগী মফমদা "হংগৎহুনা রাহৌ-দোক্তবা য়াদ্রে" হায়দুনা কোরৌ লোংজা অমদি "কংলা থৌদা রায়েন

কুচু” শগুদা ময়াম্বুগু কুপত্রেংগা লোয়নবা লৈপাক্কী ফমনাই-ভুনাইবশিং খ্বায়সু ফমদ্না তিনবা মতমদা, লৈপাক গুাকপা ময়াম্বুগু কুপত্রেংগী মফমদা অগুম্বশিংনা হংগৎলী—“গুসি লৈপাক গুাকপা ময়াম্বুংগী মফমলাংদা ননাই ঐখোয়না রাফম অমতদি হংগৎচরি, হংগৎচরিবা রাফম মতাগুদি—‘লৈপাক অসিবু পিবা নাউদা-দহুনা কংলে ফম্বা পিবা অমুকস্ম হন্না কাংলবা তারক্লে। নশানৌ ঈবুঙোম্বানা লৈপাক পুবা ময়ুম তরেৎকি লুচিং পিবা ওইরগা মালেম লৈকোয়খিবদগী গুসি ফাওবা হল্লকপা লৈখিদবা অসি থাজ কুমজা ফনা য়ামশিল্লক্লে। মফম অসিদা ঐ লৈ হায়বা করিগুম্বা ঈ-পাউ অমতসু গুসি ফাওবদা তাবা ফংবা লৈতে। মসিনদি লাইরকচন্দা অকায়বা, মচু শেংদবা হায়দহু থোরক্লগনি’ হায়না লৈপাক্কী মপুক্তা অনীংবা, অপাম্বা পেন্দবা অসি কৌরৌ নোংগাংদনা অশুম অশুম গুাগুনা শোন্নবা হেনগৎলক্লী। মসিদা ময়াম্বুগুনা অমুক্তং তরা থোক্লা রাখল তৌবীহুনা খন্থবিরগা, ফম্বাল তাগুবন অসিদা লেংশীনবীহুনা পিবা থৌ পুবিনবা তৌবীনবা চুম্লগদ্রা নীংজরে; মরম অসিদা ময়াম্বুগুনা অমুক্তংদি হন্না খন্থবীসি।”

লৈপাক গুাকপা ময়াম্বুগু কুপত্রেংনা ফমদৌ অগুম্বশিংগী রাফম খোল্লাউবু তারগা, মহুদা পাউখুম্লকই,—“অগুম্বা লৈপাক্লা হায়বীরিবা, তাকপীরিবশিং পুম্নমক অচুম্বা, অওয়ব-মক্তনি; ময়ুম তরেৎ পুবা পিবানা মচু শেংলক্তবদি লৈপাক্কীদি থোইনা অমাগুবনি; মসিদা থোইনা হায়নীগুায় মরম লৈত্রবনি। অদুবু অদুক ঈনাও নিংথৌবু থিবা, হুম্বা য়াবা মথে মফম কয়াদা ঐগী মী থারগা থি-হুমক্তুনা অমুক্তদি য়েংজখিগে। ফংলৈ পুগুমায়য়োল ফমগদৌবদি ঈশানৌ সেন্দ্রেং মনিক্লা

ওইগদবনি। ঈনাও লৈনা লৈনা ঐনা কম্বাল তাণ্ডবন কম্বা অসিদদি লৈপাক অঙম্বশিংনা ওাকপীবা নিজগে" অম্বুম্না হায়রুনা লৈপাক অঙম্বশিংগী মকমদা খণ্ডহন্দ্রুনা লৈখি।

ময়াম্বু কুপত্রেংনা মশাক্মৌ সেম্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্ববু মকম কয়াম্রুক্তা মাগী মী থার-থরহুনা হম্না হম্না থিহনখিবদা, মায়কৈ কয়াদগী করিগুম্না ঈ পাউ অমতম্ব তাবা, ফংবা লৈখিদয়ে। মনাও সেম্রেং মনিক নিংথৌনা মহল্লক্তবা, ময়া-মপাউখোল লম্বীম্ব কয়ি অয়তা তাবা লৈখিত্রবদা, ময়াম্বুও কুপত্রেং অসি মনাওগীদমক্তা খল্লু-খল্লুবা খুদীংমক্তা তুক্ষম, হিপকম, চাকম খণ্ডদনা অরাবগী পম্বেং লম্বী অম্না ওইনা মপুক্কিং থাম্না রারক্লে—"কয়মনো! ঈনাও নিংথৌ অসিনা তৌথ্রিবা অসিবো? মাগী ঈ-পাউ অমতম্ব ওসি ফাওবদা তাবা, ফংবা লৈখিদয়ে; ঐবু মওঙ-মতৌ কয়ম্না তৌসিবনো? লৈপাক অসিম্ব নিংথৌ পান্দবা লৈপাক হায়বম্ব থোক্লবনি। নিংথৌ পান্দবা লৈবাক হায়বসিদি মপী-মপা মশক খণ্ডদবা লৈপাক অমম্ব থোকই। ওম্বোকইদা। সেম্রেং নওনা হন্দক ঈয়াম্বদা তৌরম্নিবা লম্বী অসি ওম্বোক্লা অরাবগী পম্বেং অমা ওইনা থোকত্রেদা—ঈয়াম্বদি। ঐনা নিংথৌ ওইরুরে, মওনা হেক লাকপা থোকলো; মহুনা নওনা ঐবু শাউরুরো; মহুদা ঐনা কল্লক-মিহৌ চাউহুনা ঈনাওগী নিংথৌ থুমম্বু হেক মুক্লিদা হায়রুনা, ঐদি কয়িম্ব ফজকম-লেমজকম অম্রতা লৈতে; ওম্বোকনা জুত্রেদা—হন্দক ঐনা তৌগদবা মতৌ-মওঙ্সে! মহাক্লা হল্লক্তবা অসি চহি কুমজা মরী-মঙ্গা হায়বম্ব নৎলক্তুবনি। অহুগা মানা হল্লক্তুবম্ব মকম অসিদা ঐ লৈ হায়বা ময়ম অসিমতা খণ্ডহল্লক্লবম্ব

থোইদোক্লা লৈপাক অসি মনা-মনিল নাইদনা নিংথৌ পান্দবা অমা হায়বত্থ্রু থেকলোয়দবনি। অছু মঙায়রে হৌজিক্তি লৈপাক অসি নিংথৌ পান্নবনিনা মহাক্লা হল্লক্তিবা মথৈদি ময়াম্বা এনা লৈপাক পুবাগী পুবা, লৈপাক্লা নীংবস্থ থুননবা, নিংথৌগী তাঙবল থক্তা কমত্থনা পিবনা তৌগদবা, চৎকদোবা লম্বী অছু মছু্‌ৎ-মরেং শিল্লুবা থৌশীন-থৌরাঙবা হায়বত্থ মঙাইরে।" অসুম্না অঙম্বা লৈপাক মযুম তরক্কী মরাদগী "পিবা কম্বাল তোংলগে" হায়না ৱাবদা পম্থেংলবা ময়াম্বু্‌ঙ কুপত্রেংগী ৱাখন্দা লেপ্লত্থনা, লৈপাক অঙম্বশিংদা মহাক্লা নিংথৌ ওইত্থনা পিবা কম্বাল তোংনবা খঙহল্লবদা; নিংথৌগী কম্বাল তোংবদা চঙগদবা পোৎলোয-শমপোৎ, চোঙ-শেকপীল্লচিংবা ঙম্না খুজীন-থৌরাঙ-থৌশীন্দুনা লৈখি।

মতম অসিদা ময়াম্বু্‌ঙ কুপত্রেংনা "মনাও সেম্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্বনদি য়ুমলেপ চায়া থনমদবনিনা ঈ কাংহৌবা তারে" হায়না মপুক্লীং ৱাখনখিবনা "পিবা নাউদা ঈ কাংহৌদনবা" হায়ত্থনা ঈবেম্মা "খাকপা নিংথৌ চনু পুবিংলেলশু"বু লু-হোংলক্তুনা পাম্লরগা. "লৈপাক্কী মনীং থুংনবা থৌরাঙ-থৌশীল্লগে" হায়না খল্লক্লে। মতম থরগী তুংদা ঈবেম্মা পুরিংলেলশুগী [1]শীনয়ৗম্থুংদা মবু্‌উের্গা কুপত্রেংগী নোংদমদগী [2]ৱাবা চেংঙাচাগী মওঙথু হৈয়াঙ্‌ মশীং পন; পুকপুং ফিয়ানখবে। মতম অসি কাওবা লৈবাক্কী ঈকম্নদা পাউথুম থখল মথা থুমত্থনা মনাও নিংথৌবু খাওদুনা ঙাইহ্রকপদা, লাকপা লৈখিদ্রে।

১। শীনয়ৗম-থুংদা = নাউয়ৗমদা।
২। ৱাবা চেংঙাচা = থৱায়, জীব অথ্যা।

মপাউ লম্বীশু কম্বি অমতা তাবা, কংবা লৈথিদরে। মতম অসিদদি কুপত্রেং অসিনা খল্লী; — "ইদাইরেমগী [1]খোয়জী-খাদা রাবা মিহুল তমখিবা নাউরা অঙাং অসিনা করিগুম্বা নীপা ওইনা পোল্লকপা থোক্লবদি 'কম্বাল তোংখিদবা মর্চা' হায়নহৌরগনি। অদুনদি রাবা চেংঙা অসিগী কনবা লম্বীগী-দমক পিবা কম্বাল কায়দনা; মেন কয়-বাল তোংনবা লমবী অসি তোংহৌদবা য়াদ্রে" হায়না কম্বাল তোংল-বগী লম্বীবু লৈপাক্কী কমদৌ অঙম-অথৌশিং ওয়া কৌখত্তুনা খঙ-হল্লবদা; ময়ূম তরাক্কী অঙম্বশিং নোংদারেল, চীঙয়িরেল, রাংঙাং-লেল, মুন্নাংবা শয়িরেল, শেম্ম হুনবনচিংবনা কম্বাল শীল-ল্যাঙলদুনা অঙম্বা কমদৌ হুম্ফ-মরী তিন্না ময়াম্বুঙ কুপত্রেংবু ঈরূ-মায়তা ঈশেংহুনা চরৈ ফিরোল অঙৌবা শেৎলগা, য়ুংথিল পোপ্তা হুনবা মতমদা, ঈবেম্মা পুরিংলেলগুনা ওয়দা কম্বাল লাং, মব ঙেঙা কুপ-ত্রেংনা য়েত্তা কম্বাল লাংনা অঙম-অথৌ, ফমনাই-তুনাইবশিংনা য়েৎ-থাঙ-ওয়থাঙ পায়না থৌগল থাজওই। চোঙ, শেকপীল থান, কাঙ-হায়-হুমায় থৌগন্না কোরী থরাউজি খোং, পিবা কম্বাল মিংহুল-মিংজেল তমহুনা হেক-মক কমথরকপা, থাঙ-তানচিংবা মখল-মখা মথেল কয়াগী হয়াউ-কুম্মে তৌহনা লৈনখিঙৈ; লৈপাক মীয়ামম্ভু চীক্ল চায়না ঙমদনা তিন্দুনা ঈনীন-নিন্না মহৈ মহৈ লৈনরিঙৈ মতম

১। খোয়জী-খাদা রাবা মিহুল তমখিবা — খোয়দৌদগী খুদোল অনী মখায়দং হেক লৈথরগা মিহুল অম্বা হুনবা থেংনগনি, মহুবু খোয়জী মিহুল তমবা কৌই।

অদুমক্তদা, [1]মুরাং থাওহী ভাংওাই হায়মলোমদগী মনাও নিংথৌ অপাম্বা, ভম্বা নীপা মীরক্তগী তোমথিন ওইবা, মপোক অথোয়-চঙথোনবা, মতীক-মথৌনাদা মীনা তানবা কং-ওমত্রবা, য়োন-থেংনা মরীংজেল ক্ষয়বা "সেঙ্গ্রেং মনিক"শু মখুৎসু খুৎলায়গা লোয়ননা শাক্তি-লানক্তি শেংলহনা চহি কুমজা মতম থরা মুংশাংনা কংলৈ মরৈবাক থাদোক্লমহনা খা, নোংপোক, নোংচুপ, অন্নাংলোমদা লৈ-ৱবা লৈপাক ক্ষয়ামক্তমশিংবু খুদুম চম্লুহনা লৌরম্মগা; "কংলৈ ঈরৈবাক থাদোক্তনা ঐনা থোরক্লীবা মতমসি চহি মতম মুংশাং-মক্তে; লৈপাক্লা, অমদি ঈয়াম্বুওনা মনাও ঐবু মুংশা থীনরম্মগনি—হন্লগে" হায়হনা মীরৈবাক্তগী থুংলয়ে।

## ফম্বাল লুত্তীন লাইরকচন থমখিবা

ময়াম্বু কুপত্রেংনা মতম অহুদা লৈপাক মীয়াম, অঙম অথৌ য়ায়ভোঙ-থমদোংবশিং, মথোক কারক্লীবশিং খায়গা লোয়ননা মেন ক্ষম্বাল ভোংগদবগী খুজীন থৌয়াওলম্বা মতৌবু মনাও সেঙ্গ্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্বনা উবদা, লাংগোই শয়াও-থক্তগী কুমথরক্তনা মপুক্তা থোইনা ভাথৌনা অশাওবগা লোয়ননা পীশুম মমৈ থাজিক থেক, খা-চিক্লনা মীৎয়েং থানা য়েংহনা, থোঙকাপ কমজাও হন্না, মথুৎশু খুৎলায়গা লোয়নহনা—

"হায় হায় কনানো?
ঙসি নিংথৌ অপাম্বা
ঐমক লৈনঃ লৈনা

১। মুরাং থাওহী ভাংওাই—মোইরাং লাইজি।

মেন কম্বাল মুনগে
খুঙ্গীন থৌয়াঙ থৌশীল্লম্বীবা
তম্বা নঙবু কনানো-হৈ ?
নঙগী করি নত্তীক থৌনা লৈছুরা।
ছুরাল লোঙ্গা-হাজা-ননা
খুঙ্গীন থৌয়াঙলম্লিবা শাই!
লৈরম্মুদো খঙগনি ঙসিদি,
ভাঙজ লুরেলহু কল্পগা,
কম্বাল থক্তগী থাংদগে;
নিংথৌ অপাম্বা ঐগী ঈতীকপু
ময়েক লানা শেংনা খঙহনগে।"

অসি হায়দুনা য়াল্লবা য়াউরা খোনকমদা লাউ-খোংনা ময়াম্বুঙ তম্না, অপনবা লৈতনা চঙশীল্লকই।

মনাও সেন্ত্রেং মনিক্কী মথৌয়াঙ মতৌ-মওও অহুবু তিললিবা অঙম্বা, লৈপাক মীয়ায়া ঈথর-খঙহৌদনা ওইথোকমন্দবা অঙক্পা থৌদৌ অসি উনরকপদা—লৈপাক, অঙম-অথৌ পুম্নমকম্ব তীঙঙক-মায়ঙরুহনা—"হীঃ! করি মতৌ-মওঙনো, ঙসিগী তৌরক্লিবা অসিদি !!" হায়না মহৈ মহৈ চপ-চপ লেপ্তুনা, য়েংহুনা লৈনরক্লে। থোইদোক্না নিল-লাউরম্বা পুম্নমকম্ব ম্বাংলেল ঙহাক্কী মনুঙদা উন বাইমুক পুমচীক চীকখরে।

মতম অহুদা মনাও নিংথৌগী অশাওবা য়াঙাঙ, মীৎয়েং, শাজং মতৌ অহুবু উবদা; য়াখল চাউবা ময়াম্বুঙ কুপক্রেনা পিবা কম্বাল

থক্লেগী লেঙথরক্লগা মনাওগী মায়কৈ তম্না চঙশীল্লক্নুনা; ঈওনা, তপ্না চঙখোল্লবা রাহৈ-খোনফম্‌গা লোয়ননা মুংশি থৌজাল্লা হায়রকই;—"ঈশানৌ ঈবুঙো! চঙশীললসি, পিবা নফমলাংবু থৌরাঙদুনা ঈয়াম্বনা ঈনাওগী-দমক্তা 'ফম্বাল গাংদম্লবনি।' নিংথৌ ওইবা নহাক্না করিগী অতুক নবুক তাথীনা শাউরিবনো? নিংথৌ নঙগী ফম্বাল নকানি লাউ, চঙশীল্লকউ; নঙগী ফম্বাল তাঙবন নকা অসিদা ফমলো-লাউ। ঈয়াম্বনা ওসি ঈশানৌগী ফম্বাল নকাদা চঙদুনা ফম্লম্বদি, নিংথৌ ওইবা নহাক্না লৈপাকী লুচিংবা মপু ওইরগা, লৈপাকস্লিবু ময়ম কুইনা, শাংনা থাদোক্লমহুনা হনজিল্লক্কবা; য়ুমলেপ চায়রগা থনম্নদবা, নপাউখোল লম্বীস্থ করি অমত্তা তাখিদবনা, য়াম্বনা লৈপাক পুবা য়ানবা, কংলৈ পিবা নাউদা মম্নী কাংহৌদনবা হায়দুনা নতৈমগী শীনয়োম-মুংদা লৈ-ল্লিবা রাবা চেংঙাচা অসিনা তাইবঙ মপাল-লাংদা থোরক্লবদা, নিংথৌ-রোলগী পুয়াদা তিনজববু ওইহুনা লৈপাক ঙাক-শেলহৌরগা, ঈয়াম্বনা ঈনাও নিংথৌবু কোয়না থিবা চংকে রাখল্লুবদগী, ঈয়াম্বনা তাঙবন অসিদা ফম্লুবনি। নকা-লাংদা ননীং তৌনা ফম্লরো; ঈয়াম্বনা ঈনাওগী হৈনা তুংইন, থৌগল লুচিংজবা ওইহুনা, ঈনাওগীদমক লেপচরী।"

ময়াম্বুঙ কুপক্রেংনা রা অসি হায়রম্লগা; লৈপাক মীয়াম, অঙম্বা, য়ারত্তোঙ-থমদোওবশিং লোমদা ওনশীল্দুনা— "ময়ুম তক্লকী অঙম্বা, ময়ুম ফমদৌ হুম্ফু-মরীমক। পিবা ফম্বাল [1]লৈপাক নোংথৌ তুববু মায়য়োক লৈকংলসি।" রা অসি তাবদা, অঙম্বশিং পুন্নমকন্থ

১। লৈপাক নোংথৌ তুববু=মেন গুরুংবু, কংলাগী গুরুংবু ফম্বাল তোংলফমু।

মক্ষম মক্ষম লাংদগী মহৈ মহৈ হৌগৎনবক্তনা পিবা ফম্বাল ফম্নরবা ময়াম্বুঙনা মনাও নিংথৌ অপাম্বগী মফমদা ফম্বাল লৈকৎপদা য়াওত্নুনা কৎলে। খুদক অত্নুদা মনাও সেন্দ্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্বা পাথংবগী নখুজেঙ পায়ত্নুনা লৈপাক লোংথৌ তুবা পিবা কম্বাল উয়ুঙ থক্তা থাংগৎতুনা ফমহল্লগা, ময়াম্বুঙ কুপত্রেংগী মশাদা শেৎলম-ইল্লম্নিবা চৈরে অহৌবা ফি-রোলবু হোংদোক্লহনা—"ঈশানৌ। নহাক্কী-দমক্তা ঈয়াম্বনা ফম্বাল চাংদম্বদা শেৎখিবা চৈরে ফি-রোল অসে, ঈশানৌ! নঙগী-দমক্তা ঈয়াম্বনা ফম্বাল ফি-রোল লৈকৎলবনি।" হায়না মনাও নিংথৌবু ফম্বাল থক্তা পুথৎলকপবু য়েংকা-ওইগা মচীন মনাও তিন্নরা ফম্মীন্নরে; অনীনা অমত্তা ওইনা তীন্নুক ওইববু "সানহল হিংঙম্বা, চীরেল খ্রোম্বা' হায়না কোল্লোয় মিংহুল তমত্নুনা ফমহলখি।

ময়াম্বুঙ কুপত্রেংগী মপান নাইদনা মবুক রাখল চাউবা, কজরবা পুকচেল-খোয়জেল-লিংজেল, থোইদোক্ল-মক তমজনফম মশক ওইরবা কয়া মরুম অসিবু মনাও শেন্দ্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্বনা তশেং-তশেংনা তাজ-উজরবদা, কবি অমুক হন্না তৌবা ঙমদনা; ময়াম্বুঙ কুপত্রেংগী মকম-লাংদা নোল্লুকপা রাহৈ-রাঙাও-খোনফম কয়ামুক্তা লোয়ননা হন্না হন্না চঙজত্নুনা হায়জরকই;—"রাখল পুকচেল চাউরবা, খুজীল-থোরাঙ খৌশীন হৈবা। য়াইফ লম্বী নোংদম্বীত্নুনা শেম্বীরম্বা য়াম্বুঙগী মফমদা পুক্লীং রাখল লৈতবা, হৌন-থৌগল্লোল কল্লিস্থু শক-খুঙজ্রিবা ননাওনা অঙুম্না তৌবা হৌনবনি, অঙুম্না চৎকনি হায়বা হৌন-থৌগল্লোল থৌরমম্থু থিদবনা রাহৈ খুবাম চাওশীন্না য়াম্বা থৌগল লাংখিবা কয়াবু, মতম পুম্বনা থোঙ লাওনা হাংত্নুনা থম্বীরিবা,

ঙাকপী হৈবা ঈয়াম্বনা ননাওব্ অমুক্তা মুংশি-থোজাল নোংজম পীনবীয়্। নীংথীরবা পুকচেল্লা লৈতেং ওইহুনা মতম পুম্বদা ঙাম্মোই-বীরিবা ময়াম্গুদু শক-খণ্ডলুদবনা রাহৈ-রাঙাও অসিনা থৌপল খাজংজগনি খণ্ডনা. তমথিরবা পুকচেলগী নত্ত রাহৈ-রাঙাওনা য়াম্লুগী মফমদা হৌন-থোগল্লোল শক খণ্ডনা খন্দুনা কয়াবু হননা হননা লণ্ডজখিবা, লুভুং রাখঙ থেল্লবা ননাওনি। চঙজরিবা ননাওবু মুংশি থোজাল মীৎয়েংনা অমুক্তদি ঙাকপীয়্।"

"ঙসি কোরৌসিদা ঈয়াম্বনা তৌবীরম্লিবা থোইদোক্লা নীংথীরবা 'চৎলম' অসিনা লাকদবা মতুঙ লাংওন খুদিংদা কাউদনবা লৈপাক অসিগী পিবা ফম্বাল [1]লাইরকচন লুতীন কায়বা, হোংদোকপা রাদবা, অয়েপ্পা চৎলম ওইনসি। লাইরকচন অসিবু কাম্রহন-ভাহন্দনা কংলৈ লুবা ময়ুম পিবানা মেন ফম্বাল তোংবা অসিদদি ঈয়াম্বগী মরীনা হাঙ্গা হম্বাল মেন তোংলগা, অহুগী কোরৌ জুমিত্তুদা কংলৈ পিবা ওইরিবা মঙোন্দা শিন্নবীরগা নিংথৌনা ফম্বাল তোংজববু ওইরবদি চহি কুমজা মুংশাংনা তেক্ত-ফায়দনা পাজবা ওইসল্ল। হায়রীবা লম্বী. চৎলম অসিবু কাম্রহন-ভাহন্দুনা ঐদি নিংথৌনি ঙম্মী হায়দুনা করিগুম্বা নমথেক-নমজা-হাজা-নহুন। মহাক্তনা মনীং-মখা তম্না নিংথৌ মেন ফম্বাল (পিবা ফম্বাল) বু তোংবা থোক্লবদি— নোংদমগী পাউতাক-পুন্সিবু পম্থেংনদনা হাংলৌ লম্ম-খাঙদা তোমতেক্লহুনা মাঙবা ওইসম্ল। কংলৈ পুবনা পিবা ফম্বাল

---

১। লাইরকচন লুতীন—লাইরমলেন্দগী হৌহুনা চৎনমক্লবা কাম্রক-ক্লবা অমনি।

তোংবদি [1]অঙৌ পাম্বনা হাল্লা ফম্বাল কাবা (ফম্বাল ফি-রোনবু শেত্তুনা), মতুংগদা কংলৈ পুবা পিবাগী ময়ুম [2]পিবা তন্নক্না ঈরূ-ময়েংনেঙ্গবীবা লোইরগা, অঙৌ পাম্বনা ফম্বাল ফি-রোল মাগী চরৈ অঙৌবচু পীহনা কংলৈ পুবা পিবানা মেন ফম্বাল তোংবদা থেংপা, কংলৈ পিবাগী চরৈ মচু অঙাঙবা ফি-রোল অসি অঙৌ পাম্বা পিবাদা লৈকংতুনা শেংহন-ইলহনবা। অমুগা ময়ুম তন্নক্কী কংলৈ পিবানা লৈপাক নোংথৌ ভূবা পিবা ফম্বালবু কংলৈ ফম্বদা শিন্নহনা ময়ুম অরেংকী পিবা কমলেল-ফম্বাল শিন্নবা; অশৈ থোলফাং লেংনা তিন্দুনা অমাই অনপ লৌশীন্না, [3]য়োয়রেল খাবী লেংনা তিন্দুনা নাউথেম-নাউগুন্না কোন্নোয় মিংলেল-মিহুল তম্বা। মরম অসি লৈপাক অসিনা কোয়ৌ গুদিদগী নিংথৌ অপাম্বা ঐনা হোৎনবা অসিনি। ঐগী চরৈ ফি-রোল অঙাঙবা লৈপাক ঙাকপা ঈয়াম্বগী মকমদা লৈকংলে। অঙৌবা চরৈ ফি-রোল অসিনা ঐগী ফম্বাল তোংবা মতমদা ঐনা শেত্তুনা পিবা ফম্বাল তোংলগনি।" হা অসি হায়দুনা মানা পামজনবা ফম্বাল তাংবলবু ময়াম্বুগু কুপত্রেংনা শিন্নবীহনা, ফম্বাল চরৈ ফি-রোল ময়াম্বুগা ওন্নরগা (লৈপাক ফোথনা চৎলুবদগী হল্লক্কুনা মৈদীঙগু সেত্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্বা কোনা) ফম্বাল তোংবা কংজখি। অমুন্না তৌহনা মুমিং অসিদি লৈপাক অগুম্বশিং থায় পুন্নমকচু মহে মহে ময়াল-য়ান্নদা হন্নথিরম্মী।

---

১। অঙৌ পাম্বা— অঙোম নিংথৌ।

২। ময়ুম পিবা তন্নক—অঙোম, খুমন, লুয়াং, মোইরাং, খা-ঙানবা, শরাং লৈশাংথেম।

৩। য়োয়রেল খাবী লেংন তিন—শাবী-শানৌশিং কয়া তিন্না।

# ফুপত্রেংগী মপারী পোক্লকপা

মনু ঙেক্তা ফুপত্রেংগী নোংদমদগী থাকপা লিংথো চনু পুরিংলেন্দুনা ঈবেমনা মকুম-মখা ওয়রক্লুনা মনু ঙ-মতম চানা মপারী অমা পোক্লক্লুনা লৌমা কখল্লে। নাউজন্না অতাং অদিনা পোক্লক্তুনা ঈরু-মায়কাক হেক লোইরগা হৌগক্তুনা লেপ্ন-কোয়না চৎলদুনা হায়রককই;—"নপারী ঐবু হন্নক পল্লেম ঈমানা পোকপীবা অসিমচানা তাইবঙ-লাক্তা তিন্দুনা লৈগদবনি চক অসিদা ওইদরনিনা পল্লেম-পম্থো অনীগী থৌগল লৌ-নবা কয়া তৌজগদবনু মতাঙদা ওয়ম্মদ্রে। নপারীবু পল্লেম-পম্থোনা পোকপীরমগবদি ঐবু পোকপীমবা পম্থো পল্লেমবু থোকপা ওয়রোয় হায়বগী 'ফুপ্ত্রুং চক' অসিদা নপারী ঐহাক পোকচরকপনি। নচাবু নাউচ্নোক-নাউকোল্দে হায়দুনা অয়া-ফুংশি-ফুংওাইতনা থাশলবু তৌবী-রগনু—নপারী ঐ চৎচরে।" অসি হায়দুনা কোরো লেমথো পাংনা কাপ্পনা লৈরিলা কম্বাল লাংথুনা লোইদাম থাজ থুদীংগী মায়হৈপ-মাওন্না মায়কৈ শীনা তমক্লুনা লৈন্নমগা হায়রককই;— "পল্লেম-পম্থো অনীমক। নপারী ঐগী ময়ুমগীদমক অমুক হন্না থাবীগা তৌবীয়ু। পল্লু মতুংগী চক অমদা কৌরুনা নোংদম শিন্থাবা লাকখিগনী। মতম অদুদা অল্লেম লৈয়ায়লেক্লা কুমদুনা নচাবু লৈরগনী। নপারী ঐদি নোংদম্বা মপুগী ময়াথং থৌদাখোলবু পুম্না তাকপা অমসু কায়দনবা থৌবুজনা লৈজনবা নচানী; অদি থাবীরিবজো?"

মচাগী পাউজাক তায়রবদা, পল্লেম মবা থাকপা লিংথো চনু পুরিংলেনলুনা মপারীদা চীনগোয় পাউমেল্লকই;—"পারী ঈবুঙো

মুংশি চেংলৌ শকহেনবা। মওগী মপোক অমুক হয়া লাকপদো, পল্লেম নমা ঐনা পোকচবনি খওবা ওয়বা নমা ঐগী মিহুনবু তয়া থোক্লকপা ওইবা ওম্মুকো। নোংদম্বা মপা-মপুগী থৌদাখোল পুবা পারী ঈচাদি 'পুরিংলেন্স' কৌনা লাকউকো ঈমাদা" হায়না মচাগী কোল্লোয় মিংহুন্দ তয়হুনা পুক্লিং অরা-মুংশি-মুংওয়া, পুন্সিগী অয়োয়বা মতম্ চাক্লা ওাইহুনা লেনবা ওইখি।

## মখোঁদাণ্ড তাকপা

ময়াম্বুও কুপত্রেংনা মশানৌ সেস্ত্রেং নিংথৌ অপাম্বগী মকমদা "মৈতৈ লৈমা" থিহুনা পিবা ফম্বাল তোংনবা মতাংও চাবা মতম য়েংহুনা হায়রকই;—"ঈশানৌ ঈবুঙেঙা। কুরুম পুঙমায়য়োল লৈপাক অসিবু থাদোক্লমহুনা চংলুবা মতম অসি চহি কুমজা কয়া য়ায়া মুংশাংলক্লে। কংলৈ পুবা পিবা হায়বা অসিদি মেন ফম্বাল তোংদবা য়াদে। অহুগা মেন ফম্বাল তোংবা হায়বা অসিমু 'চনু নীংঙোল' অমা য়াওদুনা ওইথম কম্বাল লাংদবা য়াদবনিদো। মরম অসি ঈচীন-ঈনাও ঐখোয় খ্বায়গী য়াইফ লম্বী ওইনবনিদো। মসিদা লৈপাক খ্বায়না 'ঐখোয়গী ঈরায়বক অসি ওম্থোক্লমু থীখরেদা; ঈমা মশক শকখণ্ডদনা পুন্সি পন্দোল লোমজরো হায়না নোংদমপ্রমানে' হায়দুনা য়ুমথোঙ শীল্লা নোংগাংননা শোল্লপ্রে। ঈয়াম্বদি মরম অসিদা লৈপাক খ্বায়গী মবুক পেলহুনবা ওমদবদগী ঈয়াম্বগীমু অরাবগী ঈপাক অমনিদো। অহুগা কংলৈ পুবা পিবাবু 'নিংথৌ' কোল্লোয় মিংহুল্লিবা অসিমু লৈপাক্লা খৌরাংনা নীংজবা; থরায় তানা পায়জবা; মরুম খ্বায়শিংনা খৌশীন-খৌদাজবা মরম খৈবীক্তা কংলৈ পুবা পিবানা লৈবাক্কী অনীংবা,

অপাম্বা থোরম অহুগী মতৃঙ ইন্না ভঙ্গাইমক হৃদনা য়োংনরুম থোকপা মথৌদাঙ অমা ওইহনা, অথাঙ কনবা কল্লাপা লোম্বনরা থন্নায় হকচাং পাম্মুরা লৈতনা থোৎনা য়ায়রোঙ য়ানা হীরূ-হিন্নাউ শাবীবা ওইহনা থোঙঙ্ময়বু থৌশীন-থৌরাঙবীবা অথোবা মপুন্নী হান্নবা কয়াদগী "নিংথৌ" হায়না কোল্লোয় মিং কৌনরি। মসিবু নয়াম্বা ঐনদি কংলৈ নিংথৌদি নত্তবনিনা লৈপাক্কী মমা পীহনা খুায়গী অনীংবা, অপাম্বা অহু থুংহনবা মতাঙ অসি ঙমখিদরে; অহুবু……।" হায়না অয়োয়বদা শোম্থাংননা শোল্লম্নগা য়া মখা অমুক তাদনা লোইশিনখি।

মৈদীঙঙ সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বনা ময়াম্বু ঙ কুপত্রেংগী ফজবুবা পাউতাকথোল লম্বীশিংবু তাবদগী "ঐনা নহান মথৈ তৌরুরিবা লম্বী অসি লৈপাক খুায়গী মবুক্তা মতম শুংশাংনা মুংঙাইনদনা লৈরম্নবা ওইরে। নীপা ওইবা মপোক্কী তৌকম থোক্লবা ঈথৌদাঙশিংবু তৌহুন-দনা, মতম অশুক কুইনা মতীক-ময়াম মূৎথৎনবা থৌদা থৌরমদা মাম্ন ওনশন্দুনা ঈথৌ পুরুবা তারেদকো। ঈয়াম্বনা কংলৈ কস্বাল লাংহনা মনাও ঐবু করম্বা মতমদা থুংলবগদগে হায়দুনা নোং-গাংদনা মতম কুইন-শাংনা অমুক য়ানা, থৌয়াংনা ঙাইবম্বা থৌয়াঙ অহুবু, ঐনদি লুতুং য়াথল হম্বনা খল্লমহনা খুবম অসি লৌরমদরা থোক্লবদি অমাবুগী চৈথেঙ অসি কংলমদনা, মতম পুম্বদা ঈনীং তম্মা, মুংঙাই য়াইবী ময়াঙ কায়না ঙসি কংজহনা লৈরমগদবনি। অহুবু ময়ম পুম্বদা হৌগ্রবা, থোকপ্রবদি থোকখরে। ঐনা হৌজিক করি ঈথৌ তৌবা তাব্রী? নিংথৌ ওইবা হায়বসিদি লৈপাক খুায়গী

অপাম্বা, অনীংবা অত্থগী মখা পোনবা, কংলৈ খুবম শওজবা, লৈপাক্কী মনাই অমনি। অমরোমদদি লৈপাক্কী মপী-মপানি হায়রুবদনি। ময়ুম লৈপাক্কুবু ময়াবীত্রবদি, য়াবীত্রবা মুমিৎ অত্তুদা ঐদি কংলৈ খুবম থাদোক্কনা চৎখিগদবনি। ময়ুম তরুক্কা য়াবীবনা মক্কম অসিদা ঐনা ঈনীং-ঈথা তমনা লৈজরিবনি। ঐনা নিংথৌনি ওম্মী হায়দুনা লৈপাক্লা য়াদবা থবক্তা নমথেক-নমজা-হাজা-নত্থনা রায়েন নত্তবা কাররুনা রায়েল্লুরবদি মীৎনা কুপ্পগী মনুংদা ফমজরিবা তাওবন অসি মুনবীখিগদবনি। তোনথেদা মীগী মীনাই ওইনা থৌবুবা হায়বসি। অত্থু ওইরবদি হৌজিক্তি লৈপাক্কী মনীং থুংনবা কংলৈ ফম্বাল মেন তোংনবগী 'মৈতৈ লৈমা' অমা থিনবা খুজীল থৌরাওলগে" হায়না নোংমা কোরৌ চুপ্পা রাখল কয়া তৌত্থনা লেপখিরম্মী।

## মৈতৈ লৈমা খিরকপা

### (লাইজ ঈশিং নিবা)

মতুংও নোংমা কোরৌ অমা মৈদীওঙ্গু সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বনা "পিবা ফম্বাল তোংলগে" লেপ্লত্থনা, লাংগোয় শগোল অমা তোংলগা থৌগললোয় কনা অমতা য়াওদনা "মৈতৈ লৈমা হাপ্পবা" অশুম মথও মথও মায়কৈ কয়ামুক্তা কোয়না চৎনা য়েংলকই। মৈতৈ লৈমা হাপ্পা য়াবা চনু নীঙোল ঈথেও থেংনত্রত্থনা কোরৌহনবনা মঙাল শান্নকপা কুংথিল ময়ুমিদাংরাইরমগী মতমদা মুন্নাং থাওই ঙাংঙোইরোমদগী কংলৈ তমনা হল্লকপা মতমদা—খোইমোম লাইরেমা

অনীমক্সা তাইবঙ মপোক অথোয় চঙখোয়া মপোক লাংওম্নকপী মচেম "সনালেমম্বী. চাইশ্রা" মচীন-মনাও অনীস্থ লাইজ ঈশিং শোক্লহুনা ময়ূম খোঙগা ভ্যকপা মতমদা, মৈদীওঙ্‌ নিংথৌ অপাম্বগা মভাও মতম চানা হেক থেংনাখিরম্মী। মতম অদূদা মৈদীওঙ্‌ নিংথৌ অপাম্বনা চেংলৌ শকথোঙ-লকানচিংবা চপ শকমাম্নরিবী মচীন-মনাও অনীহুবু শক উবদা, মহুগী মরমদা রাখল মীৎয়েং হৈনা কুপ্না য়েংহুনা রাখল তৌরকই,— "থোইমোম লাইরৈমগুম য়েম্বদা চেংলৌ শক্তম য়ায়া শকমাম্নস্থ অরাংপা লৈতনা মায়খোঙ লকানচিংবা চঙখোয়া ঈঙনা তনৌ-তনৌনা নীংথীরিবী, মথোক কাররুবী শানৌ মখোয় অনী অসিবু কনা কনাবু ওইরিগবা। পায়মা খোয়জঙনা তিল্লাং খোয়দানা চঙখোল্লবী চনু নীঙোল হায়বদু অনীসিমক থোক ঈদা। শানৌ অনীসিগী চেংলৌ শককমসি উবদা; ঐবু খোয়জী ঈথক লাংনা অপাম্বা মমী তস্নিদা। শানৌ মথোয় অনা অসিগী ফজরবা শকক্মা তিল্লবী তোন-থা মাম্ননা মিকারবী শাহৌ-শাবান তোংগা-নরবী, কুচু-কুমেন্না থোইনা হেন্না নীংথীরিবী, চেংলৌ মাম্ন-খোঙ লকাদা য়েংলবস্থ অরাংপা লৈতবী, চুঙ-ফিরাল চাখিবনা য়েংলু-য়েংলুবা খুদীংমক্তা থোইনা অরাংপা পীবা ওমদবী, অরাংপা অমত্তা লৈতনা ওস্থোক্না নীংথীজনস্থ মাম্নখ্রেদা। মৈতে লৈমা হাপ্পদা থোইনা কায়গনি নীংদে। পল্লেম অমত্তা পোকচবী মচীন মনাও ওইরিগজ্রা? নত্তবা তাই। কন্নিগুম্বা পোকম্নিম্নবা, শাৎ-মিম্নবা মচীন-মনাও ওইরগ্বা থোক্লবদি লেৎনরিবা চয়ে ফিক্লেৎ লৈজেং অসি চপ মাম্নগদবনি, মচীন-মনাও নত্তবনিনা মানক্সিবনি।

সাইজ পুল্লাং লুথোংনরিবী ঈবেম্মা অসিগী থাংদারক্লীবা খোঙচৎ-খোঙথাঙ, য়েংথোরকপা মীৎয়েং-নায়েং, চেংলৌ মায়থোঙ লকা অসিনা য়েংখিবদা মোং-হাদনা ঈঙনা তপ্পস্থু লৈখোল লৈনা উইদা। অত্থুগা কিগে ফনেক শেৎলিবী [১]সনাপুন পুবী অসিগী মায়থোঙ লকা অসিনা ঈঙবদি ঈঙই হায়রবু, মাগী থাংদোরকপা খোঙথাঙ লাকথাঙ খূদীংদা শাথেক কমজাও হুন্না, মীৎয়েং-নায়েং তথক্লা উইদা। হংদসি হায়রা ঐগী খঙনীংবনা অহোয়নত্থম থম্মোয় মথ্ুম-মরাঙ হৌনা লাঙজক্লরবা রাখল অসি খক কোক্লয়োর। করে, অদু ওইরবদি মখোয় অনীস্থু মথোক কারক্লীবী, মপুঙ-মরৈ নীংথিনা কারক্লবী লৈশাবীনি, ঐস্থু নীপানি, পাখং অমনিদনা। অত্থুদি শানৌ অনী অসিগী অরেপ্পা চাংদম অমত্তদি শেংনা-মুন্না খঙদোকফিগে” হায়না কয়ামুক রাখল তৌনা লাংগোই শগোল তন্না থৌজন্নক্ুনা থান্নগা য়াউরা চীনগোয়রকই,—

"সাইজ পুল্লাং লুথোংনরিবী<br>
খোয়নৌ ঈবেম্মা অনীমা।<br>
খঙদবনা কোল্লোয় মিংস্থু<br>
খঙদরেদো ঐবু মিংগৌকমস্থু।<br>
শানৌ ওইবী অনীবু<br>
পল্লেম কোন্দা পোকমীন্নবরা<br>
পম্মৌ কাদবু শাৎমীন্নবন্না?

১। সনাপুন—লৈমা নিংথৌশিংনা শীজিন্নরিবা। তোপ-তোম্মা শাবা পুন মথল অমা।

নুম্না ওইবী অনীগী
চেংলৌ শক্তম্বু উরুবদা
খোয়দাঙরবী শক্তম্বু ওইরনরা ?
ওন্থোক্না চঙখোন্নম্মু শকমান্নখ্রেদা ।
পল্লেম পম্থৌ কনাগীবু
তাঙনা শাৎচবী মমোম্লোইনো ?
পাখং ওইবা ঐবু
অরেপ্পা অমতদি খঙজহৌগেবা
অমুক্তদি য়াউরা চীনগোয়বীরম্মবা
শক খঙজনীংহুনা তৌবনি ?"

য়েংবদা শঙ্গীক পোপ্তা হুনগুম্বা শাহৌ-শাবান্দা চাউদম-শাংদম্বা, য়াম্না তাশন-চেকশন্না কপয়াঙ-তময়াংনা চীঙ-লেম্বা, য়েং-থোন্নকপা মীৎয়েং-নায়েংদা মীৎয়েং থোৌনা মীথোয়-মীহেনবা অমা ওইনা উরিবা নিংথৌ অপাম্বগী মফম্লাংদা — হ য়নীংবা কয় মুক্তা থিংদবী, ঙাঙনীংবদা পন্দবী, স্থপীমক ওইরবস্থ মীৎম্বী, হায়ডম-তৌডমদবা লৈতবী, ঈরাঙ খঙবী চাইশ্রানা হয়াউ মোমোম্লনা চীনগোয় পাউখুম্লকই;— "খঙবীনীংবা লৈরবদি কৈদৌবগে, হায়-দোকচবস্থ মঙায়; করিগুম্বা হংবী লাকপীরম্লোইদ্রা হায়তুনা ঐখোয়স্থ য়ারোৌজরম্লিবনি। নীঙোল ঐগী মিংনা 'চাইশ্রা' কৌই। অদুগা লাইজ পুল্লাং লুথোংনরিবী অসিনা 'সনাকেম্বী' কৌই, ঐগী পোক মিন্নবা ঈচেমশিং থোকচে। অদুবু মতীক চাদ্রবী চনু নীঙোন্নীগা খনবীরমতুনা হংজরুবদা পাখংগী অরেপ্পা পুক্নচেলবু খঙজদবনা

করিগুম্বা ওথি-ওথিনা তাকপী-লাকপীরমগদ্রা ? ঈকায় থীবী মপোক্তা পোকচবী নচনখোয়নি। নীঙোল ঐখোয়স্থ খঙজ-লাকচহৌবা য়ায়-বদি মমল য়াম্লবা পাখংগী কোল্লোয় মিংলেনবু ভাকপীরম্বদা অকায়বা থোক্লগদ্রা, খঙজনীংই।"

"খোয়নৌ ঈবেম্মা। চাইশ্রাগী য়াউরাখোলবু তারগা ওন্থোক্লা মুংঙাইজৈদা, খঙববু খঙবীনীংলবদি কৈদৌবগেনে, লোইনা শেংনা হায়দোকচরম্বস্থ ঙায়দনা। খঙবীনীংলমলোইদ্রা হায়রুনা ঐস্থ খাং-খাঙননা খাঙজরমলিবনি। ঐ অসে নৈপাক অসিগী কংলৈ পুঙ-মায়য়োন্দা পাঙরিবা কংলৈ পিবানি। ঈমিংনা 'সেন্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্বা' কৌজে। ঈবেম্মা! ঐবু লাংগোয় শগোল তোংহুনা লমদম তায়া, লাপ্লগা কোয়থোক-চংথোকলুবগা, কোরৌ মৈশানগা শাখি, য়াংবন মৈ-নগা কন, ছমাং কল্লগা শৌবনে; অল্লা হুকশোঙ লাংবসিদা থবাক মৈবা হোৌখরে। ঐবু লাইজ ঈথৌ লাংবনা খনাউ মৈবুন পাইখি হুনা য়াঙাঙবস্থ নীংথী-মুংঙাইনা থোকচিল্লক্করে। ফিগে কনেক শেৎলিবী, ক্যাং লীকফাঙ-লীক্কোয় শিরিবী খোয়নৌ ঈবেম্মা চাইশ্রাগী সনা-পুন নীংথীবদা শোল্লক্লিবা লাইজ ঈশিং অদুবু ঐগী য়াখল অসিনা ঈঙলমগনি খন্দবনা, থোইনবু থক্লীং-লুবা পোকখিদরেদো; য়ারৌগম্লুকো ঈবেম্মা" অসি হায়রমলগা মচেম সনালেম্বীরোমদা মায় ওনশীল্লক্লুনা য়াউরা চীনগোয়রকই—"খোয়নৌ ঈবেম্মা সনালেম্বী! শানৌ নহাকী পুল্লাং-মুংগী লাইজ ঈশিং অদুবু ঐগী য়াখল অসিদদি ওন্থোক্লা ঈঙনা উথরেদা, লাইজ ঈশিং অদুবু থরদঙ থম্মোয় পেম্না থকচরগা ঐগী ওল্লাঙ-

নয়বা শমু হকচাংসে অমূক্তা ঈঙনা পোথাবা ওইজগে, লাইজ খূজোক অময়তদি নিহ্না থকচহৌগেবা। চিংনবা কোঙ্গায় লৈরবস্থ ঐগী অরা ঈথৌ লাংলিবসিদদি কোকপা ওইহনবীরম্মু, থম্মোয়সে পেনবা ওইজহৌগে ঈবেম্মা; থোইদোক্লস্থ মহৈ ফংবীগনি" হায়হনা সনালেম্বীদগী লাইজ ঈশিং নীরকই। অহুদা সনালেম্বীনা সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বগী য়াউরা-থোনবু তারগা, মকাইকমদা নোল্লক্লনা চেংলৌ মায়থোঙদি য়েংজ ঙমদনা ঈকায়থীবী রাহৈ-রাঙাঙনা থম্মোয় হূবা য়াউরা খোনকমগা লোয়ননা লৈশি-লৈথোম্না য়াউরা চীনগোয়-জরকই,— "ননাই ওইবী মতীক চাজদ্রবী ঐনা শোকচরক্লীবা লাইজ ঈশিং অসিবু, লৈপাক্কী মপু ওইরিবা ঈনিংথৌনা খরদঙ ফান-বীখিবদা য়াগদববু লৈরবদি কৈদৌবগে; খরদা নক্রবস্থ পেন্না ফং-বীখিবদা ননাইগীদি থোইন-হেন্নহুম ঈরায়বক ফবনি।" অসি হায়না লরাই লুথোংননা শোক্লক্লিবা লাইজ পুল্লাংবু থাংদয়ক্লুনা মশাবী সেন্দ্রেং নিংথৌদা লাইজ ঈশিং হৈনা-হৈনা —"ঐগীনি হায়বা হন্না য়েংজখিবদা কনা লৈজদ্রবী; ঈরায়বক ফংনা থীরবী মপোক্তা পোক্লবী, পায়মা রাখল থেল্লবী চনু নীঙোল ওইজরকপনা থকশী-খাশি, হৌন-থৌগল্লোল শকথঙজদ্রিবী ননাইবু করিগুম্বা কংলৈ মপুগী মকমলাংদা রাহৈ নত্ত-কারম্মনা থৌগল লাংখিহনা লঙজবা কয়া য়াওরকপা থোক্লবস্থ, পেনবী হৈবা মপুনা থৌজাল থোইবা ফুংশি মীৎয়েংনা য়েংবীহনা. ঙসি ননাই তোল্লবীবু ঙাকপীরমগনি।" অসি হায়না লাইজ ঈশিং ঈহৈহনা পেন্না পীথক্লী।

লাইজ ঈশিংবু পেন্না থক্লবা সেন্দ্রেং নিংথৌনা সনালেম্বীবু

চেংলো শক য়েংদুনা মুংশি কাইহৌনা য়াউরা চীনগোয়রকই;—"লাইজ ঈথৌ লাংলবা মতম অসিদা ঐগী ঈরায়বক কবনা ওসি ঐবু হরাও তয়াম্না পেম্না পীথকপীরম্লিবসে ওম্থোক্লসু থম্মোয়সে পেঞ্জরে। অদুম্নদি ওইরগা হরাও মুংঙাইজনা ঈরালয়ায়দা হঞ্জ-খিবদি তাবদা, কোরো ঙসিসিদগী হৌরদুনা মমল য়াম্লবা খোয়নৌ ঈবেম্মা সনালেম্বী নহাক্কী লমন অসি নশাবী পাখং এঙোন্দা তোনশিলহৌরবনিদো। ঐনদি করিনা অমুক শানৌ নহাক্কী লমনসিবু শিংজগনি? মসিগীদমক্তা থল্লুবদা পাখং ঐগীসু অরাবা ঈপাক অমা ওইজরে; পুন্সি অসিমগী অমুক কাউজখরোইদো। অদুগা কোরো ঙসিবু ঐবু পঞ্জনীংলুবা অমনা হায়জনীংবদি কোঙ্গায়নি, ফোঙদোকচরমগে থল্লুবা রাকম থরদঙবু ঈকায়-থীবনা অচৌবা য়েরুবা পন অমা ওইখিদুনা হায়দোকচনীংবা রাকমদি থয়োম্না, হায়দোকচবদি ঙমদনা চাক্লা অরা মৈচাক খাঙদুনা নশাবী ঐদি অঙুম্মক হঞ্জখিবা তারেদো ঈবেম্মা। কোরো হয়েংসিসু ঙসিগুম লাইজ ঈপাল লাংবা লেঙথোকপীরকউ, পাখঙ খোঙদোয়জরক্কে।" অসুম্না য়াউরা চীনগোয়নরমদুনা মচীন-মনাও অনীবু শকখঙননা, সনালেম্বীদগী লাইজ ঈশিং ঈনীদুনা মুংশি লাংথাক্লা কাইহৌরম্লগা ময়ুম কংলৈ তম্না হনখি।

## সনালেম্বী ক্লাদুনা পুখিবা

সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বনা, মচেম সনালেম্বীবু মুংশি চীনগোয় রাহৌনা লাইজ ঈশিং নীদুনা থকখিবা, অপাম মুংশি মুংওন রারী

কয়াবু মনাও চাইশ্রাগী মমাঙমক্তদা হন্না শান্নখিবা থৌদোকশিংবু ত্তা-উহৌরগা (চাইশ্রা) মাবুদি অপাম-হুংশি হুংগুন রা অমত্তা শানহৌদবা অত্থদা, থোইদোক্লমক মপূক্লীং হুংঙাইখিদবনা মায়থোঙ খেগুম লাংখি। "নীংবা কয়ামুক কায়না কংলৈ পিবানা চৎখিবা অন্নাপ্পা মায়কৈ তন্না থৌরাংজবা মীৎয়েংগা লোয়ননা চিংনা চিংনা য়েংজহৌত্থনা, মথোঙ থাংগুম থাংদগুম তপ্না তপ্না মচেমগা ময়ূম তন্না থোঙ্গারকখি। মরাল-য়ায়দা থুংলন্নবদা, চাইশ্রানা পল্লেম মমা ম্নাইবী লৈমগী মকমদা থম্মোয় শোক্লা হুংঙাইতবা কয়ামুকা লোয়ননা মথং শীৎনা পাউদমজে,—"ঈমা, ঈমা! ঙসিদিনে ঐদি ওম্হোক্লা থরায় শোক্লা হুংঙাইখিদ্রেবো।"

"হায়য়ু ঈমাদা কৈদৌরবগে? কনানা করি হায়রগেনে ঈচাদবু?"

"ঙসি হুমিদাংগী লাইজ ঈশিং শোক্লুগে হায়দুনা ঐখোয় ঈচেগা লোয়ননা লাইজ ঈপাল লাংলুবদগী ঈয়ূম থোঙ্গা তন্নকপা মতমদা, লৈপাক অসিদা পাল্লিবা কংলৈ পিবানি হায়না হায়; য়েংবদস্থু য়ান্না মতীক মঙাল লৈবা মীশক অমা ওইনা উই। মানা ঐখোয় ঈচীন-ঈনাওবু মুন্না য়েংত্থনা য়ান্না শক খঙনীংবা অপান্বা অমা ওইনা ঐঙোন্দা হংলকপদা, ঐনস্থু মত্থদা ঈচীন-ঈনাওগী মরম পুন্বা শেংনা পাউখুমত্থনা মঙোন্দা তাকখি। অত্থগস্থু লাইজ ঈখৌ ওম্হোক্লা লাংথ্রেদা হায়ত্থনা চয়ৈ কি-রোল অহনবদা শেৎলী-ইল্লিবী, নীংথীরবা সনাপুনস্থু পুরিবী ঐঙোন্দগী ঈশিং নিত্থনা থক্কেদি হায়দদনা, চয়ৈ কিমন-কিগায় শেৎলিবী ঈচেগী পুন্নাং-হুংগী লাইজ

ঈশিং অহুনা হেন্না ঈওনা উই, অহুনা হাউরমগনি হায়দুনা লাইজ ঈনীহুনা ঈথক্লগা, ঈচেদা অপাম মুংশি মুংওস রানা রাহৌরমহুনা হয়েংস্থ লাকখিগনি হায়না লকনয়ল্লগা হনখিদো ঈমা।"

"অহুবু কৈদোবগেনে, কৈদোদনা রাজকনি—র'কপ্ত, ঈচাসিদি। নচীন-ননাওস্থ চেংলৌ শক হায়রা ওস্থোক্লা শক্তমাগ্নয়বনিনা, মহাক্লা শেংলী-ইল্লবা নয়ীক-নকোন, চয়ৈ ফি-য়োল পুন্নমক নচেম্বু লোইনা শেংহল-ইলহল্লে হায়রগা, নচেমগী শেগায়-তুপাইরবা ফি অমল-অকাশিং অহুবুনা নওনা শেংচন-ইনশন্নুনা, ওসিগী থেংনল্লিবা অহুগী মতমদা হয়েং অহু কোক হেক চৎলু—কনানা নস্তে হায়রয়োয়; নচেম্বুনি হায়দুনা মরাইনা নওগা পাউরৌ নক্লগনি" অসি হায়না মচা চাইশ্রাগী মফমদা তাকপীখিরম্মী।

পক্সেম মমানা তাকপীবা পাউতাকথোলগী মতুঙ ইন্না অহুদগী হৌনা মহুগী মন্নমদা চাইশ্রাদি ওস্থোক্লা মপূক্লীং শ্রাজন্দা হয়াউ হুংঙাইখিবনা থুঙ্মাংখিহুনা মতম অহু অন্নৈবী মতীক খুনমক ওই-হল্লীংবগী অপাম ঈথৌ লাংজনা মতম অদূদবু হন্না তম্না থঙবদা হুমিহুমদি থোইনা চাবা, তুম্বা নীংশিংথিজ্জে। ঈনুঙ ঙাল্লবগা মতন্থু ম্রানা থাওহুনা ঙাইরক্লবদা, ওন্নাঙ সেল্লেং নিংথৌ অপাম্বগা উমথিবা মতাঙ মতমহু ওসি অমুক ওইরক্লে। হুনিমাংগী ঈশিং শোকপা চংনবা গাল্লহুনা ম্রাইরী লৈমনা থুন্নীন-থৌয়াঙ থৌশীন্দুনা চাইশ্রাগী চয়ৈ ফি-য়োল নীংথীবা ফিগে কনেক্লচিংবা নরীক-নকোন শিংবু মচেম সনালেম্বীদা লোইনা শেংহল-ইলহল্লুনা মন্নাও চাইশ্রাবু অমুক শাহল্লে। অহুগা চাইশ্রানা মচেমগী চয়ৈ ফিমন শেগায়-

মচেমগী চৎয় ফিমন শিংবু শেংনা উ; অতম্বদা মচেম সনাম্রেম্বীনা মনাওগী নীংথীরবা চৎয় ফিগে ফনেকা, লীক-কোলগা নৈতেংনা শেংলন-ইল্লচুনা মওঙ মতৌ কয়াম্মুক্তগী মরীক চুমা যজরবী শাওঙ-শাবান; ভীওদা য়াঙদা, শাহৌ-শাথেক, নীংথীরবা লেংবান-লেংদোন; তমথরকপা ওকশমগী মওঙ-মতা ফজবা, চুম্মা নীংথীনা ফজরবা ত্তাংনাইরবী শয়েঙ পাম্বোম অমদি থীক-থা, লাংবল উচী খোইওম চেংতক্লা তারবী খ্বাঙ, ফল্লপা পুম্বুম্মা তাবী নীওদূ-নীওজোম, তমথরকপা কৈরোক-কৈরোম, খুবোম চেংলৈ, খোঙদা-খুত্তা; শীংথাবদা অসি মঙায়না লমঙোনা ফজরবী ঙাংঙা-নরবা কুচু কুমেন, চুঙফিয়াল চানা তোন-থা মাম্লনা হকচাং শারেপ কাংদোঙ মপুঙ মরৈ নীংথীনা কারক্লবী, পারবরা হায়রবগী পাদবী, শদোঙনা য়োম্বী তোংগানরবী. মথোক কারকপগা লোয়ননা খোইমোম লাইরৈমানা মপোক অথোয় চঙথোম্লগী মপোক লাংওন ওইরক্লবী সনালেম্বীগী চম্মা ভিংলা চীঙ-লেম্নবী, তাইবঙ পূম্লীংশিংবু হুনা ঈওনা অনৌ-অনৌবা নীংথীরবী চেংলৌ লাক্তম মায়থোঙ লকা গুদ্ধাংনবনু অমদি খোংভ-খোং ঙৌদঙৌনা অনৌম্নবী লাইপক চুবা খজাই মতা নীংথীজরবীগুদা—কোয়ৌ থঙা খোঙ্গীবা চীক্ল-ঈওনা ঙাল্লিবা অহীংগী লোইদাম খাজ মহাকী মায়কোয় খাজবু পান্দম লাক্লা, হুমনি চনবা খাজওম খাজগী মচেং সৌজনা শম্নাঙ কোয়করক্লিবী মায়থোঙ লকানচিংলবদা স্থমিদাংস্লাইগী, মত্তাঙ, স্থমিংনা চীওয়া থাংলকপা, চীওয়ানা খেনদৌ লাংলকপা, ওময়ানা পূমথাঙ লোনবদা ঙাংঙা-নরবা কোয়ৌহনবা মাজোম অঙানবগী খোইনা হেম্না নীংথীরবা অশেক মঙায়া ভঙাং ঙঙাংলনা য়েরকপদা.

শীঙথেল লক্তবী তনৌবী, লৈরাং লাক্কী শকহেন্বী, নৌদ-নৌরবী লৈরাং লৈহাউ লৈরেল লৈচু চুদানা থোইনহুম তমজনফম মপক ওইরবী, মায়থোঙ লকা-নচিংলবা পান্দম্নীংঙায় লৈভনা ফজরবা কুচু-কুমেনবু হন্না হন্নদি য়েংনীংবগী অপেনবা কৌবা নাইদনা থোইনা হেন্নহুম খোয়থুম্না নীংথীজনা উখরে।

( অমুকন্থ নিংথৌ অপান্বনা সনালেম্বীগী কোক্তগী তোল ফাওবা মথঙ মথঙ য়েংথরক্রী )—পাংয়ায় কাদবু ওঙ্লপা, ঈপাল লাংনদি শাংচরিবী, ঈয়ায় কাদবু ঙানজবী, লাইজ থক্তা হেঞ্জবী, কোয়ো হনবগী মুংশি চান্নরবী, থম্বাল কৌবী লৈরাংগী শীঙেঙল লৈরিকী মওঙ পান্দম্থ্রু লৌরহুনা মায়থোঙ থাজ, থাজ থাবুঙ ঙমজরবী ঙৌদ-ঙৌরবী লাইপক মতাবু থোংক্ত-থোং, নৌদ-নৌনা ফজরবী ঙাংঙ্‌া-নরবা চুবা থজাই মতাদা কুপ্ত-কুপ্নী নীংথীবী, মুদ-মুরবী লংলবী শন্নাঙহুনা কয়াগী মতীক নীংথীজনস্থ মচা প্রোপ-প্রোপ তাহনা থম্বাল কৌবী লৈরাংগী শীঙেঙল লৈরিকপু ঙমজনা থোক, মওঙ-মতৌ পান্দম্নীবী নুয়াগী নাপা শাইনোন ওইরিবা মায়থোঙ থাজ মান্বীনি।

নৌনা ফজরবী খোয়থুম্নরবা শকফম্না তিল্লবী সনালেম্বীগী ঙৌরাক ঙৌরবী নীংথীরবী লাইবক মতা ফজরবীহুদা চোইজাইননা লেঙ-লেঙ লাউনা তমথরক্লীবা মুদ-মুরবী শম্নাংশিং, থোং-নৌনা নীংথিনা ঙাংঙ্‌া-নরবী থজাই, পাম্মুনস্থ থমজরবী চুবা শাইনোন মজাহুনা মালংনা মরাঙ হৌ, অমু-মুক লেঙ-হাই হন্নকপদি কেজ-নৌজনহুম ওইনা থোকখরে: নীংথীজবদা করি অমুক শীংথানি,

পূক্কীং হূনবগী মশক্কী; উক্তষদা মীংকম হোংবা য়াখিদে। লোয়নবা লেগ লেগ লাউনা থোং-নৌমা উরবী, মরীক চূপ্পা কম্ময়বী শাঙ্গ-শাংলবী ভুংয়ান তানা তমথরক্লীবা চোইজাইনরবী শম্লাংশিংবা লেংপাক-লেংজোল পূক্চাই-চাই, হাইথরকপনা নুরা ওইবীগী লাংবন উচী খোইগুম চেংতক-লাক্তক্লা দৌত্তকস্থ থোক্লবী থাঙনৌবী; মীংকম থক্লা অপাম মিত্তাক্ষকম ওইরবী কল্লপ্পা পুমুম্মনা তাথম্বিবা মীওদূ-মীত্তজোল মত্তা ফজরবীতুদা জম-জম লাউনা, নীক-নীক তানা হাংথরি, উরুবদা থোইদোক্লা পূক্কীং হূনবগী মশাক্কী।

অমুক্তস্থ মরেক মচু লানা তশেং তশেংনা ত্তৌমস্থ মীংথীরবী পাক্লবা লাইপক্কী থেল শান্না তমথরক্লীবা অরোম্বা ওমথৈ-মত্তলা তরু-তশেংনা লৈরক্তুনা অরোমবা অথম্বা লৈতমা মহাক্কী য়োনা ফজরবা গুল্মংনা উরবী মুরৈরবী থোই-থোয়মরবা পীগুম পা-গোয়জি। অতুগা পূক্কীং হূমা গুল্মংনা উরবা লৈরাংগী লৈথোক্তগী হীকথরক্তুনা লাইজ ঈশাক ঈরাম্ব থক্তা তমিকতনিক্লা তারবা লৈম্লাং থম্বাল লৈনা লৈকাগুম্বা কোয়ম্লাওনরবী মীংস্না থম্বাল লকাবূ মাল্লবী শানৌ ওইবীগী য়েংথোরকপা লংতক্লা তারবা, তরু তরুনা তশেংলবা মীং নহাগী তরাং-তরাংলবা মশেক-মত্তাল ফজনা থক্তোরক্লীবা অমগা লোয়নবা হুংশি চেংলৌ মূলা কম্লপ তৌনা য়েংথোরকপা মীংয়েত্ত-মায়েংদা কল্লিত্তবা বাকম থরদত্ত হুংশি চান্নবা হায়দ-হায়দোয়ক্তদবোম নীংনা উ, মীথয়েত্তদা হুংশি বাহং পাউখুম লৈমবু উরবী মীংস্না থম্বাল অনীম্বি। লোয়নবা মীংস্না থম্বাল অনীমক্কী থক-খা মীংশাল অনীদা কোম্লনা শম্বল উচেক শা, তক

ভশেং-ভশেংনসু ময়েক লাম্না মচু মমেল শেংনা উরবা, পয়েং শানা খোই-খোয়না কৌদূনা লৈরিবা পাশিংনা নীংথীনা লৈভেংলিবচু থোইনা হেন্না ফজনা থোক্লী। লোয়ননা চা-ননা শাৎলবস্থ ম্নোনা ফজদে, পোমদা পোমলবসু নীংথীদে ; পুম্ন্নমনা পোমশাৎলব্রবী ঙাংঙ্া-নরবা লৈরাংদা লৌরবী চীনবান থক-থাবু রারক ভয়াল অমূল হৈগুম খোৎল-নৌরবী· ঙাংঙ্া-নরবী চীনবাম্নী ; ময়কতুদা অমুক্তা অথোস্লচুম ভঙাং ভঙাংলবা য়ারী খোংজিদা ইলং ইলঙ লংমা ফজরবা ম্নাতা পয়েংশিংনা কুন্দো পয়েংগুম ভঙৌ-ভঙৌনা নীংথীজনা লৈভেংলিবা য়েংশিনবা পূরীং হূনা শুক্লৎনা উথি।

অমুকসু সনালেম্বীনা লাইজ সনাপুনবু লয়াই লুথোংনরকপগীঃ নিংশা নাচুয় ঈপোম চাউরপনা ভোয়না হেক হেক হোল্লকপদা ভরু-ভরুরবী নাজোন নাকচী অনীচুদা হুমাং ঈরীক কারকপদি উবদা সনানা কোংগোল খিনবগুম থোক, লুপানা কোংগোল চাইগুম্নী ; অবাং লমগী হায়রগা মুবা থোইদীং মপান্না ভমজনবা মশক্লী। লোয়ননা শুক্লৎনস্থ ফজরবী ঙাংঙ্া-নরবা চুবা থজাইদগী ভমথরকপদা ভাইনচুনা লৈশ্রিবা কয়াগী মতীক নীংথীজনা ফজরবা কুচু কুমেন্না লৈভেংলবী পুমথোৎ-থোৎনা নৌনা ঙৌরোক ঙৌরবী পুমবুমনরবী থৌরী চরম অমদি মওঙ-মতা চানা হাইথ-হুইথরক্লীবা লেংবান-লেংদোনগা শমজমচুনা ভাইনরিবচু উরুবদা থোইদোক্লস্থ পুক্লিং শুক্লৎমা ফজরি। থোইনা হেন্না ফজরবা শয়েঙ পাম্বোম অক্লদগী শাংথ-লেমথ হাইথরক্লীবা পুমুম্নরবা থুদাঙ

প্যান্থোম, থ্বাউদল মানখী তথোৎপী, চান্নবা পুমথোং খোংজবী অপোম্বা লৈহাউ লৈরেলগুম পুম্মুমবী ভাংনাইদবী থুংচা-থুংতানি।

অথেংবনা অমুকস্থ উরুব-মক্কদা বাখল মীৎয়েঙ লাক্কা চিংশিন্না থম্মোয় লকাদা তঙ্‌ হেক লাউবা খোরজ্ঞী ঙৈথক ঙৈপোম লাং, কয়াগী মভাকস্থ নাংথৗজনা পুক্নীং হূনা থম্বা উ, থম্মোয় মথ্‌থ-মম্বাঙ মহৌননা অপাম মিত্তানফম শুটরবী,তাংথক ঙৈপোম ঙৈহৌননা খোঙথাঙ খূদীং নীক-নীক্ররবী তক্ক-তহেল্লবী থীক-থা; লোয়ননা চেংজক লাক্করা নোনবু তারবী খ্বাঙনৌবী; হাইথয়কপা কৈরু-কৈথোম্ব,খূকউ মথা লৈথখিত্না চোক্ক চংবী লায়োক খোক্‌ম তঙৌ-তঙৌ তক্ক-তহেম্না নীংথীজরবী থুবোম চেংলৈ, ১দি তঙাং-তঙাংনরবী লেমলৈ ঙাতেন চৌন্দাগুম কয়াদা নীংথীজনসু খোক্লবী খুনীঙ; মওঙ মতা চানা য়োনা ফজনা খোক্লবী খোওদানি, উথি য়েংখিবদা মপুঙ ফানা পুক্নীং হূনা ফজরি।

নীংথীয়বা চরৈ ফিজেংনা, লীক কোম্না লৈতেংলবী পুন্সিগী চহি মতাঙ মনুঙ মতম চানা ঙৈনথংলক্লীবী, মপুঙ মরৈ নীংথীনা ফারক্লীবী সনালেম্বীগী অৱাংপা পান্দমনীংথাম লৈতনা খোক্লবী, লম য়োনা ফজরবী ভীঙদা-য়াঙদা, চীঙনা লেঙ্গা থাংমোরক্লিবা খোঙথাঙ, খেক্ক-খেক, নোম-নোরবী শাহৌ-শাথ্বেক,তোন-থা মায়না ভোংগা-নরবী, মিকানরবী শাহৌ-শাথান; মপুঙ ফানা শুরুংনা ফজরবী কয়ামুঙ্গা লোয়ননা হাইথেংলাকফেরা ওইনা নোক্ক-নোকদবোয় হেক মনীংই ; ফজরবা য়াতাশিংগী থয়ঙবা মশোক

মঙাল অমগা লোয়ননা খোয়রুম য়োমোন তৌনা নোক্লকপা সুংশি চান্না মীৎয়েঙ-মীৎনোক্না লীরী তেংশ্না চম্নুনা মীৎচৌনা খোই-খোয় তেংগান্না, মশাবী নিংথৌ অপাম্বগী থম্মোয় তম্না য়েংলকপদি মীংক-মীৎক্না হেক মীৎচানা, উরু-য়েংলুবা খুদীংমক্না সুংশি করিবু ওইরনি, অপাম সুংশি নুংওল্লা থম্মোয় মথ্ুম ময়াও হৌনা পুমক্কম শুদ্ধৎনবা "য়াইবু" ওইনা খোকথরে।

মক্তম অসিদা নৈদীঙও্ সেক্রেং নিংথৌ অপাম্বনা অপাম সুংশি নুংওন কয়ামুক্না তিন্নবী, থম্মোয় হূয়বী সনালেম্বীগী নাক্‌্দা লাংগোই শগোল খোঙল্লকতুন্না থাম্নগা, "সনালেম্বীবু কাদূন্না হেক্না পুক্লগে" হায়না মপুক্না চপ য়ুংনা লেপ্লদুনা, সুংশি চেংঙৌ শকয়েঙনা অওয়দা অওয়বা মপাঙ্গ্না য়াক্লবা চৌনগোয়রকই ;— "[1]খোয়নৌ ঈবেম্মা সনালেম্বী! শানৌ অহাক্তী নকমআংক্লী লাইজ ঈশিং অহুবু নশাবী পাখং ঐনা হন্না হন্না নিবা ওইনা খোক্লরে হায়দুনা পায়মা নুংদা নাইমু কিশি থঙ্গা পুকনৌ য়ায়ৌবীবা খোক্লগদ্রা—ঐবো? কোয়ৌ ঙসি অসিম্ন য়াংলৌ থব্বা শাংন্না, লাপ্পা কোয়খোক্ল্‌বদগী কংলৈ ঈয়াল-য়াম তম্নদুনা হঞ্জয়কপা

১। খোয়নৈ=ঈবেম্মা, চান্নবী. হৌমীন-কামীন্নবী, শাংমীন্নবী, লেংমান্নবী, ঈতা ঈবেম্মা, মরূপ, ইশুং-ইমান্নবী [মসি মুপী মশেন-শিংনম্ন অয়াম্বা হেন্না শীজন্নবা উই। অহগা নীপানম্ন মশুং মমান্নবী মুপীদা অমদি মাগী নীপানা মাগী মুপীদা অম্মমনা — "খোয়নৌ-ও ল্যাউ ফমসি লাক্ট. হীয়ী কোনা পাউদমগে, খোয়জঙনবু নাতাওদে।"— অসিনচিংবা খেংনউজ]।

মতম আসদা, ঐবু লাইজ ঈখৌ লাংমনখিবনা থম্ভায় অসি পুবা য়ারজয়ে। শানৌ ঈবেম্মা নহাকপু কোয়ৌ ঙরাঙগুম্না ঙসি অসিগু য়াংলৌ লম্মথাঙদগী হৌরক্লনা থেংন-লাক্লবা থোক্লবসি. ঐখু লাইজ ঈশিং থরদা নিক্লনা থকচহৌগে কন্না খল্লক্লনা মফম অসিদা অরা পোথাবা ওইনা খৌয়াংনা ঙাইক্লনা লৈজরয়ীবনি। ঙসিগা মতাঙ চানা থেংনজবা কংবসে ওম্থোক্না ঈরায়বক ফথরেদা, য়ারবদি লাইজ থূজোক অমতদি নিজহৌগেবা ঈবেম্মা।"

মতম অসিদা অয়াঙ চাইশ্রাদি থৌদোকসিবু উক্ক তাক্লরগা য়ানা কয়ামুক মপুম্নীং য়াথল সুংঙাইজনা থূজীল থৌবাঙ থৌশীন-জবশিংবু পুমণম ওয়না থোক্লক্লবদা, থোইদোক্ক-মক লৈফম থাঙফম খঙদনা থম্মোয় ভাজৎনা চাকখিবনা মায়থোঙ শককম্বু থেগুন লাংশিন্না ভীঙঙক-মায়ঙক্লনা য়েংক্লনা উংক্লনা লৈরি।

মক্লদা মচেম সনালেম্বীনা নিংথৌ অপাম্ববু লাইজ ঈথৌ লাংদ-লাংলবোই, পীথকচগে হায়দূনা হংগৎলকই, —"ভাকপীরিবা য়াফম্ব নলাইদদি য়াম্না কি-হংগোইজনা য়ানবু থোকচরি। ঙসি সোকচরক্লিবা লাইজ ঈশিং অসিবু কংলৈ মপুনা ফানবীবা য়াগদববু লৈরবদি কৈদৌবগে, লাইজ থূজোক অমতা নক্লবস্থ ঈথৌ লাংবা কোক্লবা পেম্না ফানবীখিবদা নলাইগীদি থোয়না হেয়া ইয়াইবক ফবনি থঞ্জরিবনি" হায়না থক্ক থক্কদথোয় নীংক্লনা য়ানা শোকচয়কপা ঈশিং সনাপুল অক্লবু পীথকচগে হায়না

( ঈশিং ) পীথক্লবা থৌরাঙজবা মতমদদি, মশাবী সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বনা ঈশিং থক্কেদি হায়দ্রদনা, সনালেম্বীগী শমু মখু-ক্কেগু তাপ পায়রদুনা "শানৌ ঈবেম্মা নহাকপূ চেংলৌ শক উজ-রুবা কোরৌ ঙরাঙদগী হৌরতুনা নশাবী পাখং ঐবু নাহক্কী রাথন্দা ঙাওখরে। ঐগী থোয়দানা পামজ্জরবী অমা ওইনা থোকখিতুনা শানৌ নহাকপূ পুন্সিগী লোয়নবী তাল্লোয় শীংদা চন্দুনা লৈম-রেল ফমবু শিন্নগে হায়না লেপথ্রবনি। অতু মরমগী ঈবেম্মা নহাকপু লৌজগে হায়দুনা মফম অসিদা ঐনা থৌরাংনা ঙাইজ-রম্লীবনি। লাক-ও চৎমিন্নখ্রসি হৌজিক্কি, ঈয়ুম কংলৈ ঈরাল-য়ায়দা য়ৌমিন্নরগদবনি" হায়দুনা য়াদ-য়াদনা নমতুনা ফারগা লাংগোই শয়াঙ-থক্তা থাংগৎখিতুনা, কংলৈ পুঙমায়য়োল তম্না পন্দনা অতুম পুতুনা চৎখি।

মতম অদুদা মনাও চাইশ্রানা থৌদোক অসিদা মথন্তা বল্লুক মুংনাংননা "ওঃ ঐথোয় ঈচে ফাথ্রে; ওঃ ঐথোয় ঈচে কংলৈ নিংথৌনা ফাথ্রে" হায়দুনা অমুক অনীরক কোয়রাও লাউরম্মী। মতুদা কনাগুম্বা তাপ্রতুনা থোকপীরক্লবদা, থোইদোক্ল-মক লৈফম থাঙফম থঙদনা থল্লুবদা অচাকপগী অচাকপমঙনা পীক থল্লতুনা শেংলিবা চৈর মফি-মরোল অমল-অচা শেগায়-তুকাইরবশিংগা লোয়ননা কপ্প-কপ্পদুনা মরাল-য়ায়দা চঙলকই। অদুগা পল্লেম মমা য়াইবী লৈমদা মরম পায়মক পাউদম্মী। মতুদা পল্লেম মমা য়াইবী লৈমনা অশাও মকম্বী থোকনা মমীৎ মনা হেক শংদোক্লা, মচীন মখুং ফৈনা চিংতুনা চাইশ্রা কৌবী

মচাবু অথীবা মীচৈখোল পীদুনা হায়রকই,—"হায়, ঈকা খঙদবীসিগা, ফিগে ফনেক মাঙনবা পাউরো পাম্বদগী নরীক-নকোন তুম্না মাঙহল্লেদো ; ওন্থোক্লগ্‌ কব্রক পেল্লীদকো ঈবেম্মা। অদুনীদনা হৌজিক্তি, ননীং থুংনা পেল্লরিনি" অসি হায়ন চৈখিরম্মী। য়াইবী লৈমা মমাতোম্না সনালেনবীগী মরম অপুম্বা খল্লু-খল্লুবদা থোইদোক্লা কল্লক খম্বনবা নুংঙাইতবা কয়ামুক ওই-রদুনা (মমা মচানা) সনালেম্বীবু মনুঙদা মাঙহন্নবা খুজীন থৌরাঙ লম্বী কয়া তান্নদুনা লৈখি।

# নিংথৌ অপাম্বনা ফম্বাল তোংবা

মৈদীঙঙ্গু সেন্দ্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্বনা কংলৈ পুঙ-মায়য়োল সনা কোন্নুংদা সনালেনবীবু পুরকদুনা ঈবেম্মগী মফমদা মথল মথা অয়াম্বা নুংশিবা রাহৈ খোনফম্না অরাবা রাথঙ কোক্লবা পাউমেন্দুনা থৌরাঙই। লৈবাকনা ঈবেম্মা অমা নিংথৌ অপাম্বনা পুরক্লে হায়বা পাউ তা-নবদা— অঙম্বা ফমদোংশিং পুন্নমকনা "মেন ফম্বাল তোংনবা তৌরসি" হায়দুনা (ফম্বাল তোংনবা) লৈপাক হুপনা শগোল পাউ চেনদুনা থঙহনখ্রে। অঙম্বা তরুকনা চঙগদবা, য়াওগদবা মরম খুদীংমকপু খুজাল-থৌরাঙলক্লে। অঙৌবা, খেমানবা, শংবরেল, ঙাংবরেল, রাউখরেল, লৈঙাঙলেল, সেমরেল, অশনবা

হায়রিবা ফমদৌ অঙম্বশিং অসিনচিংবনা থৌরাঙ থৌশীল পুম্বা থৌগল খাজংলে। ময়ুম পিবা নোংদারেল. চীঙয়িরেল, রাঙাঙলেল, মুরাংবা, শয়িরেল,সেম্মাহনবা ময়ুম তরুক্কী ফমদৌ অঙম্বা, লুচিং পিবা হাপতুনা মাগী মাগী মচুগী ( শল্লাইশিংগী ) ঈরু মায়তা খোংগী লাইজ ঈশিংশিংবু ঈশায়ক্ক চোন্না সোকলুহনা গৈদীঙঙু সেন্দ্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্বগা ঈবেম্মা সনালেনবীগা ঈরু মায়তা, ঈশিং ঈহৈহুনা শেংদোকলে।

মতুঙদা লৈপাক ঙাকপা ময়াম্বুঙ কুপত্রেংনা ঈ-শায়ক্ক অমা পায়দুনা নুংকেং পাত্তগী লাইজ ঈরৌরুহনা অনীমকপু ঈশেং ঈহৈরে। অহ্গা মনাও সেন্দ্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্বদা ফম্বাল ফি-রোল অঙৌবদা নুমিৎ সনা লৈত্রেং খানবা চরৈ ফি-রোলবু কৎতুনা, মরুগী চুকলেল অহুমগী খাঙলী-খাঙশেৎ ঙাংঙা-নবা ফিকে কৈচোল শেৎলা, অশংবা কোনখাঙ ফুরীৎ, মথক্কা অঙৌবা ফুরীৎ শাইচোলবা, ফিকে নমথাঙ নাপু লেংফাই য়ান, অঙৌবা [1]নমশা তোলক মথক্কা উরী-শেক, [2] লুরেল লাইজাও লৈথেৎলগা চুকফা লীফা, খুজি নাত্তি ( নাশি ) লৈতেংনা মনাওবু ফম্বাল ফি-রোল শেৎপীহুনা লৈপাক নিংথৌ তুবা উয়ুঙ মেনগী মথক্কা য়েৎতা ফম্বাল লাং।

---

১। নমশা তোলোক — কোয়রেৎ। ২। লুরেল লাইজাও — কোক্কী শমজীদা কালোক কোন্দুনা থেৎনবা লৈগুম লৈতেং ওইনা চিন্নবা

ঈবেম্মা সনালেনবীনা ফিকে থম্বাল পুমথীং মচুগী ফনেক খ্বাঙশেং, কুঃ লং পুমথীং চরৈ ফিরোলনা খ্বাঙলী ওই। অশংবা মচু ফিকেকি কোনখাঙ ফুরিৎ, ফিকে সনামচুগী নমথাং লেংফাই খৌওন; শমজী থেং, থা থেং। খুজী নাতি, লেংফাই লীরোল শুনা ফিজেৎ লৈতেংনা ওয়থম ফম্বাল লাংনা থোগম্না ফমলে। [1]অশায়-অশমনা থোগম্না, ফমদৌ অঙম্বশিংনা অঙৌবা চোঙ শেমপীল পে মথোল মপাল মথক্তা খান, য়েৎ-ওয়দা কাঙহায়-হুমাই, চুঙ-টা থোগল্লে। য়োয়রেল খ্বাবী লেংনা তিন, অমাই অনপ লোশীন্না, অশৈ খোলফাঙ তিনবনা তরেং শেনবু য়ৈ, ব্রাংলেল পুঙখং তোয়, কোরী থরাউচি খোং, নাউথেম লীরোল শৈহৌ-শৈশক শৈরাউহুনা লাইরৈম্মা সনালেনবীবু লুরেল ফাইজাও লৈথেৎপিহুনা ফম্বাল ওয়থম লাংহন্না, "মৈদিঙঙ সেম্রেং মনি পাখংবা, কংলৈ পিব নিংখৌ অপাম্বা……… …" অকোঙ তক্তা অরাই কংদবী সনা খোঙনেং ওইরীবী, নো'দমগী কলকৈ ওইরিবী …… ……॥" হায়না কোল্লোয় মিংহুল-মিংলেল তম্না নাউথেমহুনা কংলৈ পুঙমায়য়োল লৈপাকপু লৈশিন্নরগা "কংলৈ শঙবা পিবা" হায়না অমুক থেমথোক্তুনা, ময়ুম তক্কী তাইবঙ পুহুনা মনা মনা হৈবা, খুঙজবা মুক্লা কাঙজৈ শাগোল কাঙজৈ, থাঙ তানচিংবা অয়াম্বা মথল মথাশিং হরাও কুম্মে কয়ামুকপু তোংহুনা, লৈবাক্কী মপী মপা হশক লপতুনা লৈপাক খ্বায় পূম্বগী মপুক্লীং থুংনব খৌশিন-থৌরাঙহুনা পুকচেল খোয়মজেল অমত্তা ওইনা তিম্মনা লৈপাক মরা ইংলা তপনা, সুং-চাই য়াইবী মরাংকায়না অমুক পাল্লে।

---

[1]অশায় অশম = অঙম অখৌ

# লাংঙুন মখুপ শান্নবা

## ( মপাম চাক্কৌহ্না হাৎপা )

হমাতোন য়াইবী লৈমনা সনালেম্বীগী পাউ তাবা মতমদা "হুংঙাইখিবা তারে" হায়না থোইদোক্ল-মক কল্লক-খম্বল চাউহ্না, তাবগা নোংমা কোরৌ অমদি মায়থোঙ মকা লান্না হরাউ-তয়াম্বা শারগা, হুংদদি মমোম অনীবু "হীরূ-হীনাউ ওনগে" রা-খল্লহ্না খূজীল্ল-থৌরাঙনা অচা-অথক নীংথীজবা, চঙখোনবা খরা পুহ্না মচাগী খোঙ্গুল লীরকপা শারগা, কংলৈ পূঙমায়য়োন্দা লাক্তুনা সনালেম্বীগী লৈফমদা চঙলক্লে। য়াইবী লৈমনা হরাও-হরাওবা শাহ্না "ঈমাগী লাংলেল ঈবেম্মা! হৌজিক্তি ঈচাগী মরায়বরদি ফবনা লৈমা নিংথৌকোন্দা ওঙলম্বা সিদি ফরে ফরে ঈচাদি অসিনিদনা; ঈমাস্মু ওস্থোক্লা হরাও হুংঙাইজরহ্না, পাউ অসিনা হেক তাবগা, ঈমানা ঈচাগী খোঙ্গুল লীবা লাক্লিবনি। ঈমাগী ঈবেম্মা! ঈমানা হায়গদববু হৌজিক্তি নপুক্লীং অনী শুনা লোঙদ্রনা নবুঙেঙাগী য়াকা তুংইন্না পুন্সিগী অথোয়বা অমা ওইনা নীংজহ্না, নবুঙেঙাগী অনীংবা অপাম্বা কয়াগী খোঙলৈ খঙ্-উহ্না চৎকনি; নোংমা হুমিং অমতা থকশী-খাশি, হৌন-থৌগল কায়দনা ফংগ-দবনিদো; অহুদনা হুপী ওইবীগীদি অথোয়বনি; অস্মুন্না খক কায়দনা চৎলুকো ঈরেম্মা। অচা-অথক খরস্মু ঈয়া নিংথৌগা, ঈচাগগী য়াওরক্লী, খরা লৌশল্লুশ্লে। অহুগা হয়েংস্নিদি ঈয়া নিংথৌগা, ইমোম নঙগা তারা চাক কৌহ্না হাউবা, হাউতবা থরদ্রঙ ফংন্নবা, পীজ-পীথকচন্দীংহ্না অহুগীস্মু ঈমানা লাক্লিবনি। হয়েং অসিন্দি ঈয়া নিংথৌগা, ঈচাগা লেঙলকউ; ঈমাস্মু হনখিনবা

তৌরগে” হায়দুনা লৈশি-লৈথোনবা হুংশিবা রাহৈ রাঙাঙ থোনফম কয়াগা লোয়ননা ঙাঙ-শকলে। মমাগী রা তাবদা, মমোম্ব সনা-লেম্বীনা লল-থূম, অচা-অথক লৈরিবা অয়াম্বা মতীক চানা লাঙলগা মমাগী মফমদা পীদুনা মরাল-য়ায়দা হনহনখি।

নোং ঙাল্লবগা মনেম, মমা ময়ুমদা মশাবী মৈদীঙঙু সেন্ত্রেং নিংথৌ অপাম্বগা, ঈবেম্মা সনালেম্বীগা তারা চাক কৌববু তারা চাক চাবা তম্পাক য়ুমদা কুল্লক্লে। মথেল লুক্লোয় নীংথীবা কয়াবু থৌরাঙলম্বম্বু চাবা, থকপা লোইরবদা, মশাবী নিংথৌ অপাম্বদি হান্না খোঙ্‌বায় মাঙ থাখিদুনা ময়ুম কংলৈদা হনখি। লৈমরেম্বী সনালেম্বীবুদি মপাম খোঙদারকপনি হায়দুনা রাংলেল ঙহাক কোম্বহৌই। চাবা, থকপা তোকপগী রাংলেল ঙহাক পোথাবা ওইদুনা লৈবসিদা লৈমকোল-নিংথৌকোল হায়বদুনি অশুম্না চৎপা, অন্না তৌদুনা ঙাংবা শকপা হৌনবনি; অম্নুম্বদি থক তৌফরোই হায়বা থকশী খাশি হৌন-থৌগল খায়না, রাঙাঙ থোনফম তম্বীর-দুনা রারী-রাতায় শানা মমাতোন য়াইবী লৈমনা সনালেম্বীবু হীক কাইবীরম্মী। অদুগা মমাতোন্না সনালেম্বীবু “লৈমকোন্দা লৈরবদি নশা-নউ তরু-তনান্না ঙৌখিনা লৈগদবনি। অশুক মোৎনা লৈরগা অউবা লৈবাক্না নঙবু করি ঙাঙনখিগদগে হায়বা খঙদেদো। লাউ, হুরা-চকা শেংনা অমুক্তা নম্বোক্তুনা শেংদোকপিখিগে” হায়না অমোং-অতায় নম্বোকপিরিবনি হায়না মশা মউ নম্বোক্তুনা ঈরূ-মায় হাবীরম্মী। অদুগা চাইথ্রা মমা-মচানা হুংদা রা তানরগা, ঈশিং ঈশায়ফু অমা খুৎ থোংবা ঙমদবা লোগ-লোগ লাউনা শাহন্দুনা থম্লগা, সনালেম্বীবু “ঈমাগী ঈবেম্মা! লাউদে, ঈমানা

অমোৎ-অভায় অমুক্তা থাদোকপিথিগে, নমীত্তা থূনাম্বা ঈশিং চঙগনি নমীৎ-ননা চেৎনা অমুক্তা উইশিন্দুনা খাঙডুকো। করিগুম্বা থূনাম-নাঙৈ চঙখি-লাকখিবা থোক্লবদি নমীৎতু হুংঙাইরোইকো, শোয়-লাক্কনি” হায়। মহুদা সনালেম্বীসু মমীৎ চে-জেংনা উইশল্লহুনা লৈ। মতম অদূদা মমাত্তোম্না ঈশিং অশাবা খূৎ থোংবা ঙমদবা অদূনা সনালেম্বীগী মকোকলোমদগী হৌনা অখাকপা লৈতনা, লেপ্তুনা হৈথরক্লে। অরৎপা লৈতনা হৈথরক্লীবা অশাবা ঈশিং অহুনা কা হেম্না শামনখিবনা সনালেম্বীদি লাইজ ঈশিংগী থাম্বী মৈশাখোম্না থাঙবা, পুবা ঙমদ্রহুনা মালেম লৈমায়-থক্তা লোংনা হাইথরক্নুনা ফ্রিং-ফ্রিং চোংনা তুখরে। অহু-মক্তদা অমুকা হন্না লোগ লোগ লাঙনা শামল্লবা ঈশিং ঈশায়ফু অমসু খূদক অহুদা পুথোরক্নুনা য়াম্বহুনা লৈরিবী সনালেম্বীগী মথক্তুদা হৈজল্লরে।

খূদক অহুদা সনালেম্বীগী য়াইবী থরায় মঙামকপু শন্নু হকচাং-স্থংদা খাঙদূনা লৈবা য়ারক্লহুনা “লমগী খূনু মৈপুঙবী, চেক্লা লৈচেং ঙ থারীকপী, খূনু মাম্বীক ঙকনৌবী, পুচেং লাইনৌ ভাবীচা, ঙকশী থরাম্বী” চেক্লাগী মশক ওইরহুনা শাখপ ভুফাঙ তোয়না য়েনা পাইথোকখিরগা পামেল অমগী উকৈ থক্তা কায়-দোঙলহুনা (চেক্লা মখৌ ঈপোঙ-পোঙ, পোম্বী মথীক ঈনোয়-নোয়না খোংলহুনা) হায়রকই; —

“হা পল্লেম ঈমা-ও!
নীংবা মরম কায়দনবা
লমোমনা মরম পূম্বা জেংবাঙজগে।
চিংনবা পুক্নীং য়াখল লৈঙনা

ঐগী ফি-রোলবু শেৎহন্দুনা
ঈশানৌ (চাইশ্রা)বু থুনা যাঙনা থাবীখো।
হীরম থৌরম পূম্বদা
নমোম্না চবৈগুম থূপ্‌চা-নহুনা
ঈনাওগী তে'ম্ব ঙ ওইবগা
মাবু কংলৈ পূঙদা লৈহনগে।
ঊনা ঊনা ঊহল্লোই,
খঙনা খঙনা খঙহল্লোয;
নমোমদি খোঙরায মাঙথাবম্লগে॥”

পল্লেম মমাত্তোন য়াইবী লৈমগী মফম্লাংদা অসি হাযনা খোং লমহুনা খঙহল্লম্নগা চেক্লা শাগন তুফাঙ তোযনা যৈনা শাথপ্লহুনা কংলৈ তম্না পন্দনা পাইখি। খূদক অহুদা সনালেম্বীগী অশীবা শমু হকচা অহুবু কনাবু তাহল-খঙহল ঊহন্দনা থূপচা-নহুনা থমগ্রগা, মমোম চাইশ্রাবু সনালেম্বী শাহন্দুনা মানা শেৎলম-ইল্লম্মিবা চবৈ মফি-মবোল লীক-কোনশিং অহুবু শেৎহল-ইনশন শিজনহন্দুনা মমা যাইবী লৈমন কংলৈ পুঙমায়যোল তম্না থিনবীবক্তুনা খঙহন্দনা লৈননবা তৌখি

## চাইশ্রাবু লৈমাকোন্দা থম্মখিবা

সনালেম্বীবু শাবিবী মমোম চাইশ্রানা লৈমকোল, নিংথৌ কোন্দা যৌবক্লবদা, মশাবী সেম্ব্রেং নিংথৌ অপাম্বনা মাগী লৈম অসিবু শক-উবদা ঈচীং-চিংনবহুনা হংলকই,—“ঈবেম্মা! নঙবু হায়দি থুনীং কায়বা ঊদে, নপাম্ন খোঙদাকরগা থুনীং ঈকায় কায়বক্লে। নমায় মায়হীংম্ব থাংলে; কৈদৌরঘনো তৌরিবহুবো?”

"ঈনিংথৌ ঈবুঙেঙা ! ঈপাম খোঙদা-মিন্নরুরগা, মপূনদি হান্না খোঙরায় মাঙথাহুনা লেঙবীখিবা অহুদা, ননাইনদি য়াংলৌ লম্ম-খাঙদা করি কত্ত-ঙুংদবা তৌরমগদ'গে হায়না চিংনজবনা, ননাইনা থুনীং কাঙলা-কাঙলহনা য়েংজবদা—খুনীংস্থ ঈকায়-কায়থোকখরে । ঈনিংথৌদা লেঙবীখিবগী-দমক ননাইনদি থম্মোয় ঙুংঙাইত্ত-হুংঙাইতনা লাপ্পা, লমদম অতাম্বদা চিংন-চিংনা য়েংজন্নকপবু, ঈবুঙেঙাবুদি উবা ঈফং-ফংখিত্রবা অহুদা অরাবা রাখল্লা কূপখিহুনা ঈমায়স্থ মায়হীং কাথোকখরে ।" রা অসি হায়দূনা সেন্দ্রেং নিংথৌনা হংলক-হংলকপা খুদীংমক্তা রাহং-পাউখুম চপ-চপ চাননা পাউখুমহুনা মানা ঙমহুনা, চাইশ্রানা মচেম সনালেম্বী ওইহুনা, অহুম মবুঙেঙা নিংথৌগী থৌগল তৌবা হৌরক্লে । মৈদীঙগু সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বনা ঈবেম্মা (চাইশ্রা) অসিবু সনালেম্বী নত্তে হায়বসি খক হায়দোক-লাকথোক-পদি ঈঙম-ঙমদনা, মপূক্লীংদদি শাজৎ, রাঙাঙ, মতৌ-মওঙ কয়াদা হান্নগা ঈমান-মান্নরক্তবা অসিদা চিংননা চিংনা রাখল ঙুংনাংনা লৈ-মিন্নে । চাইশ্রানস্থ নিংথৌ অপাম্বনা খঙখি লাকখিগদ্রা হায়বগী-দমক মপূক্লীংদদি য়ান্না কিনা হংগোইনা মবুঙেঙাগী থৌগল-লাংগল্ল-চিংবা থোক্লকপা কয়াদা য়াম্না তাশন-চেকশন্না ফজনা, লিরী-খোইরিনা তৌবা য়াবা মখৈ অঙম্বা কয়ামুক্তা চঙখোম্না হোৎন-জহুনা থৌগল-থাজংঙি । তোয়নস্থ নিংথৌ অপাম্বগী মনাক্তা ঈচঙ-চঙদনা, মনাক নক্তবা য়াদবা মতাঙ ওইরকপা মতমদদা মনাক্তা চঙদূনা থৌগল তৌই ।

মচীন্ন-মনাও অনীগী চেংলৌ শক্তম, মায়থোঙ লকা অহুনস্থ—মথক অমক্তনা চয়ে কি-রোল হোংহুনা শেংপগুম্না চপ মান্নে । মান্নদবা

হায়বকু শাজৎ-সিচৎ, মপুক্কীং রাখল অদুত্তনি। মরম অসিদা সেম্রেং নিংথৌ অপাম্বনা নত্তনা অমদি অতৈ কল্লানমু চাইথ্রাম্মু সনাসেম্বী নংত্তে হায়দুনা কননা য়াম্না চিংনহনমু ঈহায় হায়দোক-লাকথোকপদি থক ওম্নখিদে।

## লম খুনুনা পাউজেল্লকপা

চাইথ্রানা মচেম সনালেম্বী শাহুনা লৈমা-নিংথৌকোন্দা লৈমিয়রকপা মতম অসিদা লোংমা হুমিৎ অমদি মৈদীঙঙু সেম্রেং নিংথৌ অপাম্বগী মনাই "মৈঙাঙবা শঙ্গীকলোয়" না * লাংগোই শগোলগী শঙ্গীক ফান্নবা অগুম লাকপদা "তাইবঙ য়াউরা লোনখঙবী, পুজেং লাই নাউ তাবী, চেক্লা ঙকশী থরাম্বী লম-খুহুনা ( পানেল উফৈ থক্তা কায়দোঙলগা খোংলহুনা ) পাউ অমা চেল্লকই;—

"কুক্রু কু কু খাঙচৈঙ্ভৎ,
হা শঙ্গীকলোয় মৈঙাঙবা!
ঙসি ঐনা চেনবা পাঞ্জেলসি
নহুঙ্গেঙা নিংথৌদা ওমজক্ল।
নঙনা পাঙ্গিনমদবা খোকলবদি
নথুংম্রু † পুককথাঙ মাঙহন্দুনা
‡ য়াংগোই শঙ্গীক ফালহল্লোই,
নপুক্কী অরা ভুরৈ চল্লহনগে,
ঐনা হায়রকপনি হায়জন্ন।"

* লাংগোই=সগোল। † পুককথাঙ=থাঙগোল। ‡ য়াংগোই=শঙ্গীক

অসি হায়না মখোই পোঙনা নোয়না খোং, পাউজেল-পাউতাক্রম-লগা চেক্লা শাগন তুকাও ফুনা য়েৎনা মায়কৈ অমদা পাইখি।

হুমিং অহু মৈঙাঙবনা খল্লী,—"চেক্লাচা লমখুন্নু অহুন্না ফুন্না লুনা পাউজেল্লকই হাদুয়নস্, রাকম অসিবু ঐনা কুংলৈ পিরাগী মফমদা করম্না হংগৎতুনা পাউদমন্নসিগে! মসিবু মরম ঈচা চামস্কবা পাউরোৗ পাউজেল হায়বতু থোক্কনিদা। মসিদবু ঐন্না পাউদমন্নবা থোন্নবদি, মৈদীঙঙ্গুনা ঐবু উনা খুদীংদা 'করিনো মৈঙাঙবদি হন্দক য়াংগোই শাজীক ফনবা চংপদা লম খুন্নু ওক্করক্তুনা ঙাওরে' হায়দনা ঐবু শোয়দনা লক্কবীতুনা, ঙাওবা ভাবা ভারে, পাউ অসিবু হংগৎলুবা হৌনদেদা তোক্ত-তোকথোক্লগে" হায়না পাউজেল অহুবু খল্লুরদা ওন্থোকপা মওঙ অমা ওইনা খনখিবনা মৈঙাঙবনা হুমিং অহুদি মবুঙেঙা নিংথৌদা পাউ হংগৎলুগদব্বা কিরহুন্না পাউদমদনা অতুম তোকথোক্লে। নোং ঙাল্লবগা মৈঙাঙবন্না লাংগোই শগোল শজীক ফানবা চংপা মতম ওইরক্লতুনা, চংলগে হায়তুনা তৌরকা—"পুকরু থাঙ" অহু কোয়থী-থি-হুমদুনা থোকখা মতমসিদি কংবা কৌবা নৈথিদার। মহুদা মায়থোঙ শককম লাংখিনা মপুক্লীং রানা রাখল তৌতুনা মহুমগী মথাঙ থাংজম-থাদকজম তক্তে-মাক্তেকনা থোরক্লগা, (মবুঙেঙাদা) "ঐবু ভজি পাউদমসিরা-তমন-হুশিরা!" হায়না অমা শকতম ওই, মপুক্লীংদা নীংজীং-মাঙজীংদনা মওঙ-মওদ থকুনা, মহুগী মরমদা রাখল তঙ-তাবা মককা মওঙনা হুংকরকহুনা নৈথিরেনা,—মৈদীঙঙ্গু নিংথৌ অপাম্বনু ওয়াথম ভারোমবা শীরদা চংখিবী সনাতেম্বগী মরমদা—"করিনোনে, মপাম চাকথোক্লবকী তৌরক্লীকা অতৌ শারক,

য়াঙাঙ, খোনকম পুম্নমহোঙ হোংখিবা অসিবো কৈদৌরবনো !! ” হায়না মপুন্নীং চিংন-চিংননা শগোল শঙলোম্নদা অঙম লাক্কপদা; মৈঙাঙবগা মপু মনাই মখোয় অনী উনহুনা, মহাক্না মৈদীঙঙুনা হংলকই ;—“মৈঙাঙবা ! নঙবু ঙসিদি ঐনা য়েংবদা মায়থোঙ শককমহু লাংশিন্না ইমক মকচানা, নীংবা কায়না নথ্বায়বু য়ানা উইদা; করি অরাবা য়াখল তৌবননো ? ননীং থুংদবা করি লৈবগে— হায়য়ু তাশীদনা ? ”

শজীকলোয় মৈঙাঙবনা খুরুমহুনা হংগৎলি,—“হে ঈবুঙেঙা মৈদীঙঙু, ময়ুম অরেৎকি কংলৈ পিবা ওইবা-ও ! ঙরাঙ পুজেং লাইনাউ তাবী চেক্লা-চা অমনা পাউ অমা ননাইদা চেল্লকই। পাউ অহুবু ওম্বোকপা অমা ওইনা থোকপদগী, ননাই ঐনদি তমগদবা কিজহুনা পাউদয়ুদরে। মানা হায়খি—‘করিগুম্বা ঐনা চেনবা পাউবু তমদবা থোক্লবদি নহাক্না কোয়ৌ হুমিৎ খুদীংগী শীজন্নজবা নথুৎস্থ পুকক্ থাঙ অহু মাঙহন্দুনা লাংগোই শজীক ফানহল্লোই’ হায়না মহাক্না হায়বগুম্লহুনা ঙসি ননাই ঐনা লাংগোই শজীক ফানবা চৎপা মতম ওইরক্লে হায়দুনা কোয়থী থি-হুন্দুনা য়েংজবা মতমদদি পুক্কক থাঙহু মকম অসিদা লৈ হায়বা থঙদরে, মাঙথোক্কখরে। অম্নুম্না তৌয়বদা ননাইদি শজীক ফানবা তমদবা তারে হায়দুনা, মসিগী ননাইনা য়াখল তৌজরম্লিবনি।”

“মৈঙাঙবা ! চেক্লা অহুনা কনাদা করি হায়ম্নু হায়দুনা হায়রক্লীবা পাউনোনে ? মীনা চেল্লকপা পাউবু খুলা মাঙনা হায়বী-কদনা, অমুম্না লৈথোকপা হৌনদে ; তৌহৈদবনি। কনানো হৌজিক মাগী পাউ অহু তম্বীক ?”

"ঈবুঙেঙা ! পাউ অসিবু অতৈ কনাদবুদি নত্তবনি,—অহুদা ঐবো" হায়দুনা শোম্বাংননা য়া মখা ঈতা তাদনা লোইশনখি।

"করিনোনে মৈঙাঙবা ? [illegible] য়া মখা ঈতা-তাথদনা 'অহুদা ঐবো' হায়রগা তুম্মীন্না লৈথোকখিবা অসিবো, ঐঙোন্দা পাউদম্মু হায়রকপ্রা-নে ?"

"মানী ঈবুঙেঙা ;পাউ অসিবু ননাই ঐগী ঈচীন অসিনা তমজগ-দবসি ওম্বোক্না লুনা, য়ানা থোকচখ্রেদা; ননাইবু করম্না হংগৎলসিগে ? পাউ অসিবু তমজবদা ননাইনদি হৌন-থৌগল্লোল অকায়বা, কয়া লানবা থোকখিগদ্রা কিজত্নুনা তৌবনি। ননাইগী ঈচীনসিনা হায়-দোকচবা খক ঙমজদ্রবনি।"

"করিগী মৈঙাঙবা ? নঙনা পাউ অহুবু তম্বদা অহুক য়ানা, লুনা খল্লুরিববো ? অফববু ওইরবস্নু, ফত্তববু ওইবা থোক্লবস্নু মীনা হায়জ-রকপা য়ারম অহুদা কায়দনা তমগদবনি। নঙনা করিগুম্বা থৌওই-রাওয়দ্রহুনা ওন্ন-তৈননা হায়বদি নৎতেদনা। অহুগা, পাউ লৌগদৌবা মীশক অহুনা মতীক-মঙাল লৈবা মীশক অমনি হায়দুনা, পাউ পুরক্লীবা মহাক্না লৈশী-লৈথোন্দুনা, মীহুগী মপুক হরাওনবা পাউদম্লগা, হায়রক্লীবা য়ারোল অহুবু মী অহুনা অশেঙবা, অচুম্বহু খংবা ঙম্লগদ্রা ? পুজেং লাইনাউ তাবী অহুনা হায়রকপা য়া অদুতা তশেংনা তমহুনা ঐবু তাহল্লু। য়াহৈ অমতং করিগুম্বা নঙনা লৌনম য়াহৈ তৌহুনা লৈশী-লৈথোন্না পাউদম্লবদি নিংথৌ অপাম্বা ঐবু হাৎপগী অয়োল-অরালশিং নঙনা পুবা ওইয়ু।"

"ঈনিংথৌ ঈবুঙেঙা ! পাউ অসিবু ননাইনা হংগৎচবদা হৌনা থৌগল্লোল অকায়বা অফ-ফত্তা, অশোয়-অঙাম কয়া য়াওরক্তুনা

লঙজখিবা থোক্লবম্ ননাইবুদি ঙাকপীগনি ; চেললক্লীবা পাউশিং অহুদি অমত্তা কায়দ-চীৎথদনা হংগৎচবা ঙইজগে।"

"মরম অহু ঐ তানীংবনা খাঙবা ঙমশল্লক্তে। মানা হায়রক্লীবা পাউ অহুত্তা তশেং তশেংনা তমহুনা ঐবু তাহুল-খঙহল্লো ?"

"ওস্থোকপনি ঈবুঙেঙা ! পুজেং লাইনাউ তাবী চেক্লা লম খুনূ অহুনা পামেল উফেথক্তা কায়দোঙলহুনা মথৌ পোঙনা নোয়না খোং, থম্মোয় শোক্লা তেংথানা চেল্লক্লীবা পাউ অহুদি—

"কুক্রু কু কু থাঙঙৈতৎ॥"
'হা নিংথৌ তুকাওবা !
নচা ননাইবু কাউবরা ;
করম্মা কাউবু কাউবীনো ?
থূনীং কায়দা স্নেংশিনজৌ,
খুকউ স্থপ্তা তাবনি,
খুদোল ফন্দা তাবনা
থূনীং কাঙনা চৎপনি;
শাথেক কমজাও হুনবনি;
ঙকতোল চীনহায় কনবনি॥
মথৌ মঙম নত্তনা
থঙদনা অহে শাহুনা
শিম্মা থৌ পুহনগহু;
ফিগে ঈহোঙ ভৎকনি;
কুক্রু কু কু থাঙঙৈতৎ॥
নখুঙেঙা নিংথৌদা তমজম্ম,

ঐগী পাউবু তমদ্রবদি
নখূৎস্থ পুকথাঙ মাঙহনগে;
পুক্নীং অরা তুরৈ চলহনগে
কুক্রু কু কু খাঙঙৈতৎ ;' অসিনি।"

পাউ অতুবু হেক তাবদা, মশাবী সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বগী থম্মোয় লাইয়ুমদা খূক লাউনা অরা ঙুংশি ঙুংঙল ঈহৌ কয়াবু পোক্লহুনা—"মৈঙাঙবা ! নঙ অসিদি ঐবু ঙুংশিদেদনা; অম্বুক্ক ঙুংশিপ্রবা পাউ অসিবু নঙনা তমদ্রতুনা লৈরম্মিদা ! পুজেং লাই-নাউ তাবী চেক্লা-চা অদুনা হায়রক্লীবা মরম পুন্নমক অচূম্বনি; মতু ঐবুনি। মতু হৌজিক-হৌজিকমক ঐঙোন্দা ওইরিবনি ; খঙবা ঈঙম-ঙমদ্রহুনা পুক্নীংদা য়াম্না চিংন-চিংননা লাঙতক্লহুনা লৈরম্লী-বনি। হৌজিক্তি নঙনা পাউদম্বদগী ঐ খঙবা ঙমলে ; তাক্লীবা পাউজেল-পাউতাক অতু খঙনবা শোয়দন-মক চাংদম য়েংলুখিগে। অতুগা হয়েং অসিদি নঙনা শজীক ফানবা চৎপদা ঐস্থ য়াওনা চৎকে। নঙনা ঐগীদমক খরা তেংবাঙউ" হায়রম্লগা, মৈদীঙঙুনা হনজনখিহুনা ময়ুম শঙলেন্দা লৈরিবী সনালেম্বীবু মথৌ চাংদম য়েংগদবগী শঙলেল পাংনা অমুক হুজনখি।

## মথৌ চাং য়েংবা

মৈদীঙঙু সেন্দ্রেং নিংথৌগী মঙাইরোই শজীকলোয় মৈঙাঙবম্ন হুজনখিহুনা ময়ুম শঙগায় য়োরগা হংগৎনা য়েংখৎলুবা মতমদদি মাগী মাঙখিবা 'পুকক থাঙ' অতু য়ুমগী উরাদা থেৎলম্বা উরবদা; মপুক্লীং হরাও হরাওনা পুকক-থাঙতু পুহুনা ম্নাংগোই শজীক ফানবা চৎখি। মতম অদুদা চেক্লা মাম্বীক ঙকনৌবী, পুজেং লাইনাউ তাবী-চা অহুনা

পামেল উফে অমদগী অতোপ্পা উফে অমা লান্না চোংল-চোংলহুনা মপুগী পাউবু তাগদোবগী কয়ামুক ঈখৌ লাংজনা ঙাইহুনা লৈরম্মী। শজীকলোয় মৈঙাঙবগা চেক্লা-চা অহুগা মখোয় অনী থেংনরহ্না হায় —"পুজেং লাইনাউ তাবী ! নবুঙেঙাদি মফম অসিদা ঙসিদি লাক্ল-রোই; হয়েং মফম অসিদা লাক্কনি ; নঙনা ঙাইহুনা লৈরম্মু।" রা অহু তাবদা, শুকপী থরাম্বী চেক্লাবু শাগল তুফাঙ তোয়হুনা লমদম অতাম্বদা পাইখি।

মৈদীঙঙু সেম্ব্রেং নিংথৌ অপাম্বনা পাউজেল পাউতাক্কী মতুঙ ইন্না ঙসি চাইশ্রাবু শাওঙ-শাজৎ, রাঙাঙ খোল্লে-খোনফম, য়েংথো-রকপা মীৎয়েং নায়েং, মতৌ-মওঙ কয়াবু কুপ্পা য়েংনা মথৌ চাং য়েংগে হায়দুনা, শঙগায় মাংগোনগী ফমলেলদা মাঙশোক ফম্বাল লাংহুনা হায়রকই,— "ঈবেম্মা ! নঙগী ফিগে ঈহোঙ অহুবু কমদৌ-রিবগে শাববু লোইশ্রবরা ? নঙনা মাঙশোক ফম্বাল লাংহুনা শাঙদীং ঈহোঙ শিম্বারকপগী তোয়না য়ৈ-থেংলকপা ফিশাগী য়াউরা তেম-থেংখোল; শেম্ব্রাঙ চকরায় তাগুম্বা খেউ পাংঙদেমগী শ্রিং লাউবা য়াউরা মখোল থোইনা ষুংশি ষুংওনগ্রবা অহুনা নশাবী ঐগী ওল্লাঙ-লবা মতমসিদা খাগী নামীবা ষুংশিংনা অরাং হারম পাংলদুনা লীংঙায়বা লৈতনা তোয়না তপ্পা খোল্লা রি রি, ঙা-থেংনা য়ৈরক্কুনা থেংলবগুম, ঐগী থম্মোয় লকাদা হেক হেক য়ৈরক-থেংলক্কুনা অরা পোথা-নফম ওইনা ইঙহনবদো তারক্কবা কোরৌ মতম ফনা ষুংশাংলক্লেদো ?"

অহুদা চাইশ্রানা হৌহুনা লৈরিবা চরৈ ঈহোঙ অহুবু ফিশারোই-প্পবগী রাহৈ-রাঙাঙ নাশি থাংলহুনা—"ননাওস্মু ঙসি পায়জগে,

হুয়েংদি মপাংরগে থল্লা থল্লা খঙবদা মঙায়জবে ; নোংমা হুমিং অমতা ঈথৌ শিন্নাজবা ঙমখিদ্রবনি। ঈমুঙ মনুঙনচিংলবা লৈমা নিংথৌকোলগী থৌরম্বু কনখিবনা রাংলেল ঙহাক্কুম্বু মলাইবু অল্লা পোথাবা ওইবা লৈখিদরে। অদুবু নত্রবদি মনাওম্বু নহাল্লা লোইশিন-খমজিঙ্গরগদবনি ঈবুঙেগো।”

“চুম্মিদা ঈবেম্মা, নহাক্লা হায়রিবা রাজকদো, ঐস্বু খঙদ-উদবদি নত্তে; হায়বগীদি নহাকম্বু পংরা-রাররিগনি। অদুবু ঈবেম্মা নহাক্লা ঐবু নহাল তত্তনা শাঙদীং ঈহোঙ শিন্নারকখিবগী হুংশি য়াউরা তেমথেংখোল তাহনখিবদো, অনৗংখিবনা থম্মায়সে খোয়-রাঙ-লাঙতক্লরবা নশাবী ঐবু কোরো ঙসি অসিদগা হল্লা অমুক্তদি তাহন্দুনা কোকহল্লুগবা ইবেম্মা? ঐস্বু ঙসিদি ফমলেল * মাংশোক ফম্বাল লাংহুনা রাংলেল খরদঙ পূক্লীং অরা-পোথাবা ওইহুনা ঈচীক অমুক্তা লাংখিগেবা” হায়দুনা শাঙদীং ফিশা-নবা কল্লা তকশীন্দুনা ঙাইহুনা লৈরি। রা অসি তাবদা চাইশ্রাম্বু হৈদ-হৈগদবোই নীংহুনা, ফিগে ঈহোঙ হৌহুনা লৈরিবা অদুবু পুথোরক্লগা, শাগদবগী শূনা-থরাক কাঙলদুনা, তেম লোনগে হেক হোংনব-মক্তদা লংলা লংখল-শুনা কাঙবা হৈতবনা, তেমগী মতোম্না লংলাশিংবু লৌশন্দুনা তেম লোনবা য়াদবনা লং অদু খরা তৎলে; প্যাংঙদেম অদুম্বু হুনবা য়াদরে; লংলা লংখল সুনা কাঙবম্বু হৈত্রদুনা, ফি অদূদা য়েংলগা শোম্বাংননা—“ফি অসিমক্তা শাহুনা শেৎচগে তৌবসে, শাদি শাদনা খরা কুইন-শাংনা নমশন্দুনা থম্বগী হৌনবা, লংলাশিংসি লোইনা

* মাঙশোক= মাংগোনগী তল্লাং থংবা, নত্রগা ইমুঙদনা কৈমরেলনা লৈবল্লোম তল্লাং থংবা।

ঈনপ-নপশীন্নহ্না তেম লোনবদা কয়াম থীনা ভুৎপ্রবনোসে।”

মৈদীঙগু না পাউকুন্নকই—“চুম্মি ঈরেম্মা, য়ারয়োয়, লাকাজিংগু পংতৎ-জৎতুনা তুংদা য়াম্না রানরগনি। থমজিল্লগো, থমজিল্লো ঈরেম্মা, থঙজগনি; নঙগী খুৎলোম তেমথেংখোল অহুক য়েংনীং-ঙ নীংহ্না তৌবনি। কোক্কো হনবস্থু মঙাল থম্না শাম্নক্লে; ঐন্দু কংলে পুঙমায়য়োম্দা চৎলম ফানদেং য়েংলুনসে” হায়না রাখল তৌহ্না, পুন্নমকপু মৈদীঙগুগী মপুক্লীংদা নীংশীংলহ্না, চাংসন্নহ্না মফম অদুদগী লাংগোই শগোল অমা তোংলহ্না থোন্নক্লে।

## লম খুনু য়োকপা

মৈঙাঙবা শজীকলোয়স্থু মবুঙেঙো নিংথৌ অপাম্ববু ঙাইহ্না লৈরম্বহ্ থেংনরবদা, মপু-মনাই লোয়নহ্না লাকমিন্নরে। মহুদা মবুঙেঙা নিংথৌ অপাম্বনা মনাই মৈঙাঙবদা হংই, “মৈঙাঙবা! নহাকপু সনালেম্বীগী মপাম মরাল-য়ায়বু লৈফম থঙব-লাকপরা?”

“ঈবুঙেঙো! ঈবেম্মগী মপাম শঙগায়দি থঙজে। ননাইদা করি তাকপীগদৌবা ওইরবনো, তাকপীসি?”

“অহুদি নহাক্না সনালেম্বীগী মপাম মরাল-য়ায়দা শজীক ফানবা শাহ্না চঙলগা কনা কনা লৈব-লাকপগে (* অদু নহা অমতা লৈবরা) হায়দুনা থরা মুন্না অমুক্তা য়েংলু” হায়দুনা মৈঙাঙববু থাদুনা হেংহল্লুবদা, মৈঙাঙবনা—“ঈবুঙেঙো! মনেম ঈবেম্মদগী হেন্না অতৈ থোইদোকপা কনা লৈবা উজদে” হায়না হংগৎলরহ্না পাউদমলে।

---

* অদু নহা=মো নহা

"ফরে, অতু ওইরবদি নহাক্কী গুরাঙগী শজ্রীক ফানফম তাল্লা চৎলসি" অসি হায়দুনা অমুক মপু-মনাই লোয়ননা শজ্রীক ফানফম তাল্লা পন্দনা লাকমিন্নহুনা মফম অতুদা থুংলরবদা, নিংথৌ অপাম্বনা পুজেং লাইনাউ তাবী, চেক্লা লৈচেংগ থারীকপীবু পাইরকপ্রা হায়না মায়কৈ শীন্না কোয়য়েঙ য়েংলহুনা, উনজনীংবনা কয়ামুক ঈখৌ লাংনা ঙাইরহুনা লৈখি।

চেক্লা ঙকশী থরাম্বী, পুজেং লাইনাউ তাবী-চানা মশাবী নিংথৌ অপাম্ববু লেঙলকপ্রা হায়দুনা পামেল কৈরা অমদগী অভোঙ্গা উকৈ অমদা অমুক লাম্না চোংল-চোংলহুনা পোইরে লমদম অভাম্ব-রোমদা চিংন-চিংনা মুন্নদি কোয়য়েঙ য়েংজরহুনা মপুগী পাউবু তাজনীংবনা কয়ামুক অয়া ঈখৌ লংজবগা লোয়ননা থম্মোয়য় মথুম-মরাঙ হৌনা লাঙত্তক্লনা ঙাইহুনা লৈরম্মী।

মতম অতুদা মশাবী সেম্রেং নিংথৌ অপাম্বগা মথোয় অনীমক চেংলৌ শক উনরদুনা থেংনরবদা, খুদক অদুদা মশাবী মৈদীঙগু কংলৈ পিবানা মশানৌ চেক্লা ওইনা লাংওমবীবু য়েংলহুনা হুংশি মখে ফংনা, রাহে মতোল লোম্না য়াউরা চীনগোয়রকই ;—"তাইরঙ্গ য়াউরা লোলখঙবী ! চেক্লা-চা ওইবী নুঙবু পোম্বী হায়না কোল্লোয় সিংগোরগে, নশাবী নিংথৌ এরনা। পোম্বী, পুজেং লাইনাউ তাবী, ঙকশী থরাম্বী-ও ! নঙদি অরাঙবা, অহাঙবা কৌক্লৌ থক্তনা ননীং-মথা তম্না, মায়কৈ শীঙ-থুংনা (পোম্বী) শাথপ তৃফাঙ তোয়না ফু, কোয়পায়-কোয়পায় পাইরহুনা, পুক্লীং হু-ন্নবগী মশক কয়াবু ওইরিবা, অসিনি হায়বা ম্রপান চাংজৌ নাইদনা, ঙমখে পান্দম লৈম্রবা মালেমগী নীংথী-নীংথীরবা মশীং লাকড়মক্রবা কয়াবু উ ;

ফজ-ফজরবা মহৌশাগী, খুৎশেমশিংগী মশক-মচু মমেল কয়াদি য়েং, হুংশি হুংশিরবা থম্মোয় হুনা হুংওল্লবা য়াউব্রা বোল্লোয় কয়াশিংবু ভত্তনা-তা, উনা পুঙবা মরুম খি, পামেল তল্লা থক্তা কায়দোঙলগা মালং ঈচীক থেম, চিপক্লা অরা পোথারহুনা নখৌ পোও্না নোয়নদি খোং, পোম্বী নশোঙ ঈফল-ফল্লা, মতম খুদীং অরা মৈশা লাংদনা, হুরাউ মথোয় কানা হুংঙাইজবা ঙমলিদো। পোম্বী ! নহাক্কী পাউজেল কোল্লোয় তাবদা, নশাবী নিংথৌ অপাম্বা ঐদি কংলৈ ফমবৈ লাংল-বম্মু নোং কোরৌ অমতবু রাখল চাংজৌ লাম্বা ফং-ঙমদনা অরা-পোথা-নফম ওইবা লৈতরেদো—পোম্বীনা লাংওন হৈমনখিবা মরম্মা। চেক্লা মাম্বীক ঙকনৌবী, পুজেং লাইনাউ তাবী-চা ! নহাক্লা কংলৈ মেনফম লাংহুনা পুন্সিগী নোংদম পম্বেং লোমলোইদব-মক্তা লৈরবদি করম্নবু লাইনাউ তারম্বনো? হাম্নগুম অমুক্তদি হল্লক্তুনা নশক-ঈশক শকখঙ-নখিসিবা।”

পোনবী ঙকপী থরাম্বীনা মশাবী রাবু তাজ্জরগা, মীৎলু পিরাংঈরা ঈহৌনা মেঙনা থোৎ-নৌরবা হুংশি য়াউব্রা খোনফম্না পঙথূমলকই;—

“হে, তাইবঙ ময়ুম তরেৎকী
লুচিং পিবা ওইবা-ও !
করম্না কাউমম্নম্ন কাউথ্রবনো ?
নশানৌ মপোক নোংদম থীবীবু
লোইদাম থাবুম অমা চুপ্না,
তাইবঙ কনাবু ঈশক উহম্বীদনা;
নপাইকোম্পা চেৎনা লোত্তুনা থম্বীয়ু।

মপুগী পায়মা পূক্নীং অরাবা
ন্নাখল চাংজো লাম্বা ফংঙমদ্রবদো,
পোম্বীগী মপোক্তা মপোক লাংওন ওইরবী,
নশানৌ (ঐ) না চাংজো লাম্বা ফংনবা,
থূজীন থৌরাঙ থৌশীনজরগা
শমু মায়োক নহুনা
চেক্লা পান্দম ওইবীগা
পোম্বী চীন্দীনন-নবা
লাংওন থৌরাঙ ওইবীয়ু;
অমুক্তদি তাইবঙ মপোক ওইনা
ফাওরকপা ঙম্ব্রা য়েংজগে॥"

পোম্বী ঙকশী থরাম্বীগী হুংশি য়াউরা কোল্লোয় মপাউথোলবু তারগা, মহুদা মশবী সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বনা—"অদূ ওইরবদি নশাবী সেন্দ্রেং ঐগী ওয়রোম থংবা পম্বোমদা পোনবী শাথপ তূফাঙ তোয়রক্তুনা অমুক্তা তোংলখো" হায়দুনা ওয়গী শয়েঙ-পাম্বোম তিং-থোক্লগা পোম্বীবু ঙাইহনা লৈখি।

মবুঙেঙা নিংথৌগী হুংশি য়াউরাখোলবু তাবদা, পোম্বী ঙকশী থরাম্বীনা মখৌ ঈপোঙ-পোঙ, নোয়না খোংলহনা য়াউরা চীনগোয়-জরকই;—

"হা নিংথৌ তূকাওবা!
লাংওন হৈজবী নৎচদেয়ে,
ঈপাম মালং ঈহূল কনবনা
নাইন্নে নাথূপ ভমজবনি।

লোইদাম থাবূম অমবু
হুমিং থা ঈশক উহন্বীদনা
চেৎনা নাউকোম্বীগনিবু হায়রবদি
ঈনিংথৌ নাক্তা লাকচগে ?"

"ঈশানৌ নারৈ নাথূপ থৌয়াঙবী !
কোরৌ ঙসি নোংদগী হৌরহুনা
চৈশীং থেকনা থাজরগে ;
পামেল তল্লা থকতগী
পোম্বী শাখপ তূফাঙ তোয়দূনা
খোঙগুম লক্লোনে পাম্মুবী ॥"

মশাবী রাবু তাবদা, পোম্বী ঙকশী থরাম্বীনা পামেল উফে থক্তগী শাখপ তোয়দূনা পাইথরক্লগা, মশাবীগী ওয়গী শয়েঙ পামবোমদা তোংলরে। পুজেং লাইনাউ তাবীবু চরৈনা নীংথীনা কূপশীল্লহুনা কংলৈ মরাল-য়ায়দা পুরক্লে। ইমুং লপয়ান কাগী ফকতোপ্তা * পোনগ্রাঙ অমদা হাপ্লহুনা কনাবু খঙহন-উহন্দনা থেৎলগা য়ানহুনা থমখি।

## লম খুম্বু মাঙহনবা

নোংমা কোরৌ অমা চাইগ্রানা লপয়ান কাদা কনাবু খঙহন-উহন্দনা, খঙদ-উদনবা চেৎনা লোৎলহুনা থমলিবা চেক্লা ঙকশী থরাম্বীবু মপুগী থৌগন ফংবা মতমদা [illegible] থেংনরক্লে। নোংমা মৈদীওঙ্ নিংথৌ অপাম্বগী মকমদা লম খুম্বু [illegible] খঙনীংলহুনা হংলকই ;—"ঈবুঙো ! অপজেল কাদা পোনগ্রাঙ অমা

*পোনগ্রাঙ=পোন, থোয়াং

হাপ্পগা য়াল্লহনা থম্বীরিবা লম খুহু মচা অসিবু হুংশিজ্জগ্রেদা ; মফম করায়দগী ফংবীরকপ্না ? মসিবু কৈদৌনগদরা ওইবীরবনো ?"

"ঈবেম্মা ! ঐনা অশুম কোয়থোক্লুবদগী হঞ্জল্লকপা মতমদা লমহাঙ অমদা উচেক মচা অসি থারং কৌবা উচেক অহুনা হাংক-দবগী কোয়তান তান্নবীহুনা নোংমদোল থক্তগী হুমথরকপা মতমদা ঐগী নাক্তা তাবদগী, লমগী খুহু অসিগী মগ্বায় হিংনবা ঐনা পুরক্তুনা য়োক্লীবনি।"

"হুংশিদা ঈবুঙ্গো, লম খুহু অসিগী 'মওঙ-মতৌ অসিবু ননাইনা য়েংজবদা ওস্থোক্লা হুংশিজ্জগ্রে" অম্মুম হায়না মতম খরা লৈরক্লবদা, চাইশ্রানা লম খুহু অসিগী মরমদা রাখল অম্মুম তৌরকপদা—"ঈমা-ঈচানা ঈচেম সনালেম্বীবু মাঙহনখিবা মতমদা চেক্লা লম খুহু ওইনা পাইখিবা অহু মফম অসিদা থমহুনা লৈরিবসি শোয়দনা ওইবা তাই। (হায়না নীংশিংলক্তুনা) ঐখোয় ঈমা-ঈচানা তৌখিবা খূজীল-থৌরাঙশিং অহু মফম অসিদা চেক্লাসিবু মতম কুইনা থম্বা থোক্লবদি অমুক হন্না খঙলকপা তারে"। হায়দুনা খল্লুবদা মবুক্তা তাথীনা শাওনীংবা, হুংঙাইতবা ওইহুনা, লম খুহু অসিবু অমুক হন্না মাঙহন্নবা থৌরাঙ লম্বী থিহুনা রা খুবদা য়াগদৌবা রাখল তৌহুনা লৈখি।

নোংমা (কুরুম পুঙমায়য়োল লৈপাকলিদা পানবা) কংলৈ শিঙ্গা লৈদীঙঙ্, সেল্লেং মলিক নিংথৌ অপাম্বনা অয়ুক অমা চথোক-খিঙ্গী মতমদা, চাইশ্রানা লময়ান্ কাম্রা পোনগ্রাঙ অমদা হাপ্লুনা মথাবীনা চেকলা, পুন-চাম্না কন্নায়ু খঙহন্দনা থমলিবা চেক্লা

লম খুমু অহুবু হাস্তোক্তুনা শেম্লগা য়েনশাঙ মথেল নীংথীবা অমা ওইনা খোংহুনা থমলে। মতম অদূদা নিংথৌ অপাম্বম্বু কোয়থোক্লবদগী হজিল্লক্তুনা কোরৌ নোংবূম খূদীংগী অরা-পোৎথা-নকম ওইরিবা পোম্বী মাবু থমহুনা য়েংলিববু লপায়ান কাদা হেক থুংলরবগা চঙসন্দুনা য়েংলবা. মতমদদি—লম খুমু উবা ফংদরে। মতম অহুদা মশাবী সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বদি নীংবা কায়না অরা মুংঙাইতবা রাখল কয়ামুক্তা লোয়ননা তাঙ্জ মায়রক্লহুনা লম খুমুগী মরমদা রাখল তোরকই;—"ঐনা থৌরাঙলিবা অসিবু কনাগুম্বনা মবুক তাথীহুনা মাঙনবা অতোপ্পা লম্বী অমা তৌগ্রবনো ! ঈসঃ ওস্থোকইদা !! " হায়না মুংবংননা খন্দুনা লৈরিঙৈদা, সনালেম্বী শারিবী চাইশ্রানা চঙশীল্লক্তুনা হংলকই ;—ঈবুঙেঙা ! কৈদৌবীর-বগে তাঙ্জ মায়রক্লবীহুনা সনা মায়থোঙ লাংশিন্না ফম্বাল লাংবী-রিবা অসিবু, মপুগী সনা পূক্লীংবু করম্বা রাখল্লা খুদুম চনবা ওইগ্রবনো ?"

"শানৌ ঈবেম্মা, ওস্থোকপা মতৌনি ! নঙগী নফমদা ঐনা তাক-খিবা লম খুমু অহুবু কনানা থাদোক-লাকথোকগ্রবনো লৈরমদরে। মরম অহুগী-দমক পূক্লীংসি মুংঙাইমনখিগ্রহুনা লৈরমলিবনি।"

"ঈবুঙেঙা ! ননাওনা করি হায়নবু হংগৎলসিগে ; ঙসিগী * লূক্লোয় মথেল লাঙজবা মতমদা, মশীং অমতং রাৎলহুনা করিনা

*লূক্লোয় মথেল=তরু-তরু তহেম্না। ( কোয়নসু রাৎনবা লাকোয় ) চাঙী ঊকোয় কোয়বদা য়েনশাঙ্ মথল মথা মথেল তোঙান তোঙানব-শিংহু হায়া চাগদবা, থজনবহুনা সোমদা হায়া থঙ্গা, কোয়া (থংনবদা) অযুক পায়দুনা চাবা থকপা হৌগদবা অহুনা সোয়দা অসুম্না থম্বি-থয়োই

ওইশিগে অগুম খঙ্গবদা, অতৈ অমা থিহুনা লাঙজগদবসু লৈখিদ্র-হুনা, ননাওনা ঈবুঙোগী-দমক্তা চেক্লা লম খুনু অহুনা ভমলেল লুকোয় শেম্বগী 'চগেম থোংহুনা' তাম্লা অথেঙ্গ ওইনা থোরাঙহুনা থমজরি।"

"হীঃ, করি য়ানোনে ঈবেম্ম !! অহুগুম্বা চৎলম্না থরায় পানবা অমবু ম.ঙহম্নবা খুজীল-থোরাঙলিবা মহুবু নঙ-ঐগী ঈচীঙ্গাক্লা ? মহুবু নঙগী তৌগদবা হৌন-চৎলম্না ? মথায় পানবা অমবু মাঙহ-ন্দুনা নথঙলেল-নপুরোইবা ঐবু পীজ-পীথক্কনি হায়না থৌশীন-থোরাঙলিবদি ওম্বোক্লা হুংঙাইদকো অঙকপনি হৈ ঈবেম্মা ! করি-গুনা মতমদসু অদুগুম্বা মখলগী চীঙ্গাক্তি কংলৈ পুঙমায়য়োলগী মহুঙদসু কনাগুম্বনা খক চাবা, থকপ-লাকপা তৌনরক্কবা মশক্লী। মহু শোল্লবা থরায় পানবগী মহুঙদা অকনবগী মচী-মরুম থুপ্না পান্দুনা লৈজবশিংবু ঐদি ঙমলে হায়দুনা হেক্তা মাঙ্ন-তাক্লবা চৎলম থৌ-পুবা অসিবু নঙ-ঐগী ঈথৈ-ঈঙম নত্তে। অসিগুম্বা চৎলমসু থৌ-পুবা তাইবঙ মহাক অহুদি লুতুং রাবু থৌখন্দবা, মচৎ নাইদবা চৎলম্নী। শা উচেক হায়বা অসিদি নঙ ঐগী চানবা ঈচীঙ্গাক নত্তব-নিনা মহু ঐনা চাবা থকপসু য়াদে। মতুঙদা অসিগুম্বা চৎলমু খক খুজীন থোরাঙ-থৌশীন্দুনা থৌ-পুগনু। মৈতৈ *লাইরকচনবু নামুঙবা লুতীন য়াদবা চীঙ্গাক্লী। কদায়, কদায় ঐগীদমক্তা থোংলম্লিবা য়েনশাঙ

হায়বা মথঙ-মনাও নাইনা কায়দনা তোঙান তোঙান খায়দোক্লা থঙননবা (কম্না থোক্লা, তরা থোক্লা) থেন্দুনা শবা।

* লাইরকচনবু লুতীন য়াদবা—লাইরমলেন্দসু তৌহৈদবনা মীরমজেন্দসু তিনবা (চাবা) য়াদবা।

মথেন অহৃদি কদায়নো পুরকউ।" থৃদক অহৃদা চাইথ্রানা য়াম্না ঈকায়না কি-হংগোইন্না অথোঙবা য়েনশাঙ অহুবু পুথোরক্কুনা মবুঙেঙা নিংথৌদা কংলরে

মৈদীঙগু সেন্দ্রেং নিথৌ অপাম্বনা অথোঙবা য়েনশাঙ অহুবু পায়রগা মপাল-লাংদা থোরক্কুনা শঙলেনগী খা থংবরোমদা চঙলগা পোম্বী মাগী মরবু খল্লু-খল্লুবগা ঙমখে লৈতনা কয়ানা মৈশা লাংল-কপনা থম্মোয় লকাবু ফুনগৎনা ওমচাক্করক্লবা, রাবনা পন্দোম লোয়্নবা মৈচাক কয়ামুক্কা লোয়ননা হুংহাক্লনা যাউবা চীনগোয় পাউমেল-লকই;— "পোম্বী লাইনাউ তাবী-চা ! ঐনদি নঙনা নীংববু থুংহনবা ঙমখিদরে; লুতুং রাখল থেনবা নিংথৌ অপাম্বা ঐনা পাউদম হৈমল্লবা মরমদগী ঐনা নঙবু মাঙহন্নবা খুজৌর্ল-থৌরাঙ লম্বী ওইনা থোক-হনেথ্রদো—চান্নবী। নঙনা কায়দবা, লাম্বব-মক্তা তশেংলবদি —পোম্বী নঙনা তাইবঙ মপাক লক্তা ফাওরক্কুনা হান্নগুম অমুক্তদি মউ চারী লিংলখো। হায়নথিবা, শীন্নখিবা থৌরন্থু মাঙহল-তাহল্লী হায়হুনা নবুক্তা তাথীহুনা হল্লক্তবদি তৌগনূকো। পোম্বী চীন্দীন্নহুনা কুরুম পুঙমায়য়োল কোবা লৈপাক অসিদা ফাংলম মথঙ লেংনবু অমুক্তা শীনমীন্নখিসি। ঙসি লপয়ানকাগী * য়েন্নখাগী নমলোল অসিদা নঙবু ঐনা অমুক হন্না থম্বা ওইজগে" অসি হায়না থম্মোয় কাহৎনা চাক্ক-চাক্কা মথুক্তা পায়রিবা লম

*য়েন্নখা:=অহানবা থ্বম শানবগীহোৎবদা কন্নাং মথঙ মথঙ থান্নবা হান্নবদি কায়াংনা পরিং থাহুনা মা-মাগী কা শক্লকশিং য়েন্নথোকহুনা ( য়াংতুনা ) লাবদা অঙক্লা থাকপদা ওক্সনি হায়হুনা থাক্কুনা থমখি হান্নবদগী মমিংবু "—য়েন্নখা (অঙক্লা থাকপদা।। ওক্লে=) ওকথা "কৌই ,

খুন্থু অথোঙবা য়েনশাঙবু মালেম লৈরোল চন্দুনা মফম অহুদা থমখি। মঙাবী সেক্রেং নিংথৌ অপাম্বদি মিকুপ খুদীং অকাও পরৈ লৈতনা খাঙ্গু-থত্তল নৌনা তোমতেরুহনা শেংনগ্ররী মশানৌ সনালেম্বী মশুং-লাংগী-দমক্তা খাঙ্গমদ্রবা হুংশি কায়না মৈচাক-খোলবু খল্লু-খল্লুরগা রাংলেল ঙহাক্তুম্ম রাখল চন্নীং লৈতাব-লৈতনা অরা পোথাফম ওইবা লৈরক্তরে। খোঙথাঙ খুদীং থম্মোয় পুঙমদ্রবা নীংবা কায়বগী নিংশা শদৌ থোংনা অমু-মুক শাংনা শাংনা হেল্লি।

## হৈরাঙ ওইনা লাংওল্লকপা

(চীনগোয় পাউমেল্লবা)

মালেম লৈরোল চন্দুনা থমখিবা লম খুন্থু য়েনশাঙ অহুবু মতম খরা লৈরগা মফম অহুদা "তাউজিং হৈনম নাইবা পাম্বী অমা" ওইনা হৌদুনা য়াম্না নীংথীনা চংখোল্লা লৈররে। হৈরাঙ মপাম্বা অহুবু মৈদীঙঙু নিংথৌ অপাম্বনা উবদা, মপুক্লীং অরাবা অচাকপা কয়ামুকী মনুঙ মরক্তুদা অনৌবা রাখলগী মঙাল অমদি উবা ফংনা হরাও হুংঙাইজবগা লোয়ননা কনাবু চঙবা লাকপা ঙমদনবা য়াম্না নীংথীনা, চেকশীল্লা কোয়না শম্বল খাদুনা কোরো হুমিৎ খুদীংগী হৈরাঙ মাবু য়েংহুনা থমখিরম্মী। মতম কৌবনদি লেপ্পা ঙাইবীবা লৈতনা ঙরাঙদগী ঙসি, ঙসিদগী হয়েং, ঙসি ঙসি, হয়েং হয়েং হায়দুনা রাংলেল মিকুপ মরমদা থক ঙাইবীরম্বা লৈতনা নোংমা অমদগী নোংমা নোংমা হৌজল্লজুনা লোইদ্রম থারুম তরা-নীথোয় মথঙ মথং অানন্দিনথিরক, ফুমজা কম্না হৌজনখি অহুম

মপুঙ হায়রক্লবদা—তাউজিং হৈরাঙ হৈনম্বা মপান্বীচু য়াম্না নীংথীনা মপুঙ-মরৈ ফারক্লে। মশাবী সেন্দ্রেংদি কায়নথ্রবী মশানৌ সনালেম্বী মঙুংলাংগী হুংশি য়াখন্দা অচৌবা মথৌদাং অমা ওইখিত্লনা থাজ কুমজা মতম কয়াবু তুম্ফম হীকম চাকম থককম খঙলক্তনা য়ানা চাক্না লেল্লত্লনা অঙাঙবগী পান্দমগুম অমা ওইরক্লে। লৈপাক য়ায়েল কুচু থৌদাকম শঙদা ফমদুনা নিংথৌগী তৌগদবা মথৌ থৌদাং য়ায়েল থৌদা নোংদম থৌবুগদবশিং অয়াম্বম্ পুমথা থাদোকখিত্লনা লৈরক্লবদা নোংমা কোরৌ নোংজা অমদি মশাবী নিংথৌ অপাম্বগী থোমলেল মঙলাঙ-চান্দা মশানৌ হুংশি থোয়দা-জরবী সনালেম্বীনা লাক্তুনা হায়জরৈ ;—

"মৈদীঙঙু ! ননাইদি হৌজরেদো
তাউজিং হৈনম-নাইবা ওইনা ;
হৈরাঙবু মহৈ য়াল্লবা মতমদা
হৈরাঙগী হৈজীং হৈমূল ফারগা
হৈনম্বা তাউজিং মাম্বু হেক্লগা
লোইদাম থাবুম অমা চুপনা
হুমিৎ থা মশক উহনবীদনা
চেৎনা নীংথীনা লোত্তুনা থম্বীয়ু
ননাও তাইবঙ ওইনা থোকচরক্লে॥"

অশুম্না মশাবী নিংথৌগী মকাইকমদা হুংশিজরবী শকফমগা লোয়ননা মীৎয়ম্না ঈরা চেল্লা থোমলেল মঙফাওনয়মত্লনা হুংশি চীনগোয়নয়ল্লগা ঈরেম্মা সনালেম্বীদি অত্থম খঙহৌদনা থুপখি। মঙলিবা মঙলান-চান অত্থনা হেক মঙবা লোইরুমা নিংথৌ অপাম্বম্

মিকপ অহুম থোরক্লে। মঙলিবা মঙলাল অহুবু নিংথৌ অপাম্বনা নীংশীংলুরগা থৌইনা হেন্না খাঙংমদ্রক্ক হুংশি মৈশা লাংলক্লহুনা মশানৌ সনালেগীবু চীন্দা থম্মোয় শোক্না শোল্লকই ;— "ঐবু ঙসিগী মঙলিবা খোয়েল মঙলাল-চান অসিবু অচুম্ব-মকপু ওই-রিগদ্রা ? তাউঙ্গিং হৈনম্বা মাবু অমুক্তদি ওন্থোক্না য়েংনীংলকখ্রেদা ; মঙলাল-চান্দি ওইরগা মাগী ফজরবী শকফম, থম্মোয় তানা হুংশিজরবী চেংলৌ মায়থোঙ লকাবু ওন্থোক্না নীংথীনম্সু ময়েক শেংনা উরহুনা, পাউতাকখোলগা লোয়ননা মরীক চুম্না মঙখ্রেদা —ঙসিগী মঙলাল-চান অসিবো ! চান্নবী মাগী রাথন্না শুম্নাৎলবা মশাবী ঐনদি চহি কুমজা অম-নি হেল্লক্লবা ঙসি ফাওবদা হুংশি কনাবুসু উদা, হুংওন পেন্নফমসু অমা লৈতা, হুংশি য়াউরা মপাউ-খোলসু নোং কোরৌ অমতবু তাবা ফংবা লৈরক্তা ; মাবু করম্বা হুমিং অমদা তাইবঙ-পান্দা ফাওরক্তুনা, মাগী হুংশি শক্তসু অমুক হন্না উনরকখিগদগে—ঐনা ! কোরৌ ঙসি ফাওবদা মাবু অকাও পরে লৈতনা তূম্ফম চাফম খঙদনা রাথন্তবু খল্লহুনা থম্মোয় লকাহুংদা অঙুম চুসন্দুনা লৈরক্লবসিদা, ঐবু মঙলাল-চান ফাওবা প-মঙ্-মঙলবরা—মতৌ অমা হায়বহু ওইখরে" হায়না খল্লুবদা হুংশি মথোয় কানা নীংঙমদনা শোল, নোংদম্বা মপা মপূগী কোম্লোয় মিংলেল অথোয়ববু শোল্লা, থম্মোয় লকাদা চেৎনা থাগোম্নহুনা হীপ্নফম্ ফমজাওদগী মপাল্লাংদা থোরক্লগা "হৈরাঙবু তশেংনা মপাল শাৎলত্রানে" হায়না খঙনীংমম্বদগী য়েংনীংবনা, ঈপল-পল্লমদনা অহুম (শঙলেলগী মথা থংবা য়েন্নথাগী নমলোল-লোম্নদা) তাউঙ্গিং হৈরাঙগী হৈখোঙ তান্না চঙশল্লক্লনা য়েংলবা

মতমদদি, তাউজিং হৈরাঙগী হৈপাল মতৌ নীংথীজবনু—অহীনগী লাইজ লীক্লানদি ঈচেং-চেংলবা তাউজিং উনাশিংগী থোং-লোনা ঈশঙ-শংলবা লৈনা শয়োমশিংগী মরক্তুদা তথোং-তথোং, তনৌ-তনৌনা থম্মোয় পেল্লা খোয়দানা কোঙদোকচনিংবা মপুক্লীংগী অরা হুংশি হুংঙন রা কয়াবু কোঙদোক-লাকথোকচবদি ঈচম ঙমদরগুম্মা হেক্তি উখি ; মশাবীগী মাঙতুদা ঈকায়-হুংশি-হুংঙনবা মতৌ ওই, কেজ্র-নৌজনা হরাও ঈথক ঈপোপ ঈহেনা লেম্নজব-গুম্নদি থোক্লা, অচৌকপা অয়ুক্তী নোংঙাল য়েনখোং অঙনবদুদা ঙা-থেংনা, ঈঙনা তপ্পা থোন্না লিরি-লিরি লেঙ্ হাই হুন্না তংতনা শীংসক্লিবা মাল্লংগী শহুমখোলগা লোয়ননা লৈশক-লৈতৌনা শরু-হেল্লবী শীংঙঙ্গগী লৈকা-নদি মকা লাম্না ঈফল হেক ফল্লা, পুক্লীং হুনা গুম্মংনা হুংশিরবা লৈরাংগা তাউজিং হৈরাঙ হৈনম-লৈনমদি চেল্লহুনা ঔৌরু-নরবা মপাল অম-খকতং তরু তরু, তগং তগং লাম্তনা মলোম তরক্লা ফুগায়না লৈরাং লৈশাং তম্নহুনা লৈরক্লিবা হৈপাল মতৌবু কয়াগী মতীক চঙখোন্না হেক থেংনরেদো। থোমলোল মঙলাল-চানগী তাউজিং হৈরাঙ মপাল নীংথীজবনু তশেং-অশেং নমক শরু উরবদা, মশাবী কংলে পিবানা মশানৌ সনালেম্বীগী অনৌ-অনৌনা ফজরবী শকফম, খোয়ক্ক-খোয়দানা য়োনা হুংশিজরবী তাইবঙনী অশেঙবা চেংলৌ মায়থোঙ লকা অহুমক ওইনা রাখলগী মীৎয়েংনা মীৎয়েং পাম্নম লাক্না নীংশীংলক্লুনা শংশঙননা উরমগুম মাঙদা হোন্নুনা লৈরিবা তাউজিং হৈরাঙ হৈপালবু তশেং-অশেংনমক শরু উরবদা মীৎকাম হোংবা য়াদনা য়াম্না হুংশিজরবী শকফম অমা ওইরকখিবনা, খঙহোদনা মশাবী কংলে পিবাগী থম্মোয় লকায়া থুরু লাউনা

অপাম মুংশি কয়াবু মুংওল ঈহৌরক্কুনা শাৎলিবা হৈরাঙ মপাল অদুদা চিংন-মুন্নদি য়েংলগা, লেপ্তুনা থম্মোয় কায়না নীংঙল্লক্কবগী রাবনা থম্মোয় ফুনগৎলবা মুংশি খোম্থাংগা লোয়ননা ভপ্পা ভপ্পা মকাদা য়াউন্না চীনগোয়রকই ;— "তাউজিং হৈরাঙ নীংথীবী, খোয়-রাঙলবী হৈপার্ল-ও ! নহাক্না হায়রম্বা খোমলেল মঙলাল-চানগী রাবু কায়দনা অরেপ্পা অমুক্তদি হন্না ওইরকউকো চান্নরবী। নগুং লাংগী রাখন্দা অহীং মুথিলনি হায়বা লৈতে রাংলেল মীংকুপ পুঙজাবু অরা পোথাকম খঙদনা চাংজৌ নাইদ্রবা অরাবা রাখলগী মুংশি ঈপাক ঈয়ায়দা তারহুনা ঈরাক্লবগুম কায়না মৈশা লাংলহুনা কোরৌ শীংবুম কয়ানিবু নশাবী নিংথৌ ঐগী থরায় অসি পুবা ঙমদনা রামনখিবদগী রাখলগী চাংজৌ লাম্বা ফংলুদবেদো। মতম কৌবনা নঙগা ঐগবু অম্মুন্না থোকউ হায়না মপোক নোংদমখোল থীনা চংবী লারাক শেৎনবগুম পুন্সি পদোম লোমদনা খাঙগু থক্তা মুংশি শেৎনহুনা রানা, চাকনা কায়নখিবা থোক্লরবস্ম তোথাইনা তারবা চরৈবু লাকয়েন শুংদাই কিশি তাইবগুম তাইবঙ-লক্তা অমুক্তদি হন্না ফাওরক্কুনা পোন্নীগুম চাক্তামিন্নখিসি; চেক্না কায়দোঙমিন্নখিসি—উফে অমতদা পুননা। নশাবী নিংথৌ ঐনা হৌখিবা মাঙলম-চত্তা মফম-মতম্ব শকথাঙ-হৌদবা, পায়মা রাখল থেনবা, রাখল লিশাঙ শীৎতবা অমা ওই-রুবনা ঙসিদি অম্নি য়ৌনা, ঙমখৈ পান্দম থঙদনা, অন্নাবনা থুজীং মশেং হন্না ওইরবা, ওম্ন-তৈনরবা থৌথোক কয়াশিংবু ফংহল্লেদে। ঈশানৌ ঈবেম্মা মুংশি কাউঙমদ্রবী, থরায় মিরেল শক্লবী ! নহাকপু নশাবী ঐনা মতম থুদীং রাখল পরৈ চেংনা চুদুনা লেঙদনা লৈপ্রবা

নঙগী হাম্নগী অশেঙবা হুংশি চেংলৌ শক্তম্বু অমুক হন্না কাউদবা ওইরঙ্না চেৎনা-চান্না নীংশীংজরগা নীংবা কায়বগা লোয়ননা হন্না হন্না মায়য়োক্নরবা নপাবীগী চাক্লবা থম্মোয় লকা হুংশে তেল্লবা ভাইবঙ পুন্সি মীৎকুপ-কুম্নবা অসিদা, শাংলবা রাখল লীশাং থাদূনা অরা পোথা-নফম ওইঙ্না, নহাক্তপু ঙাইঙ্না লেনবা ওইবগে। হায়খিবা রাবু অমুক হন্না হোংথ্ররোই, অরেপ্পনি লৌরোকো” অস্থুম হায়না রাংলেল খরদঙ হৈরাঙ মাগী মকাদা মীংঙল্লক্তবা অরা মৈচাক কয়ামুক্তা লোয়ননা হুংশি চীনগোয়নরম্ববু হেক লোইশল্লকপা খুদক্তুদা, অনৌবা অতোপ্পা রাফম অমস্থু থূক লাউনা নীংশীংলকই;—“ঐনা মফম অসিদা লৈরিবসিবু কবিগুম্বা চাইশ্রানা খঙখি-উখিবা থোক্লগা পুম্নমকসি অমুক হন্না মাঙহম্নবা খুজীন-থোরাঙ ওইখিবা তারে; মফমসিদগী থুনমক ঐ থোকহোরগে” অস্থুম্না হেক নীংশীংল্লুরগা, হৈরাঙ মাবুদি কনাবু উহন্নীংদবগী থম্মো-য়দা চীংনরকপনা অতুম্মক পন্দনা মফম অদুদগী হাথু-হাথুনা থোক্র-ক্লগা হৈরাঙ মাগী মরমদা কয়া থোক্লা রাখল তৌঙ্না লৈখি

মৈদীঙঙু নিথৌ অপাম্বনা কোরৌ হুমিৎ খূদীংগী ভাউজ্জিং হৈরাঙ অহুনা নোংমা নোংমগী শকলোন মথঙ মথঙ হোংহুনা ওল্লক্লীবা অহুবু “হৈজীং-হৈমুল ফারক্লব্রা” হায়না ঙাইহুনা লৈরক্লে। হৈরাঙ অহুনা নোংমা মোংমগী অঙুম অঙুম খঙহোদনা চাউশি-ল্লক্লীবা শকলোন অহু উবা মতমদা—নিংথৌ অপাম্বগী মপুক্লীংবু মকা লাম্না হরাও-হুংঙাইনা রাখল তৌহুনা হেকপগী মতম (য়েংনা হৈজীং-হৈমুল ফারকপা) ঙাইহুনা লৈরক্লে। নিংথৌনা কোরৌ হুমিৎ খূদীংগী শঙলেলগী মথাথংবা য়েন্নখারোমদা তোয়না হেক

হেক চঙবা অদুবু, উহন্নীংথিদ্রবা চাইশ্রানা নোংমা তুমিং অমদি কোক হেক উথোকখয়ে। অদুগা মতুঙদগু য়েংবদা তুম্মিং খুদীংগী মৈদীঙঙ্না হেক হেক চংদুনা তোয়না য়েংলিবত্থু উবদা চাইশ্রাগী মবুক্তা—"করিনো! মৈদীঙঙ্না কোরৌ তুমিং খুদীংগী মখা থংবা য়েন্নথারোমদা চঙলিবসিবু করি তৌববু ওইরমনো!" হায়না রাখল ভৌত্থনা, নোংমদি মাস্থ চুক্কুনা য়েংলুবদদি নীংথীজা কোয়না শঙ্কল খারদুনা লৈরম্লিবা "হাউজিং হৈনম্বা" মপাম্বী অমদা মহে অমতং চঙথোন্না য়াম্বত্থনা পাল্লিবত্থ উরে। হৈরাঙ মাবু উরগা, মহাক্কী মপুক্লীংদা ঈচীং চিংনবা, থোয়রাঙনবা রাখলগী ঈহৌ কয়ামুক মথঙ মথঙ পোক্লক্লত্থনা "হৈরাঙ মাবু মাঙহনগে" হায়না রাখল কয়া হম্না হয়া তৌখা হৌরক্রে।

## হৈরাঙ পীথোক্তুনা পুথিবা

মচেম সনালেম্নীগী শকলোল লৌরগা চরৈ থূপচা-নত্থনা লৈমা-নিংথৌকোন্দা লৈরিবী চাইশ্রানা হৈরাঙ মাঙহন্নবা খুজীন থৌরাঙ লম্বী থিরিবা মাগী রাখল অদুবু "থোইয়ুম লাইয়িংথৌ অপীবা" কৌবা লাইনা খঙ্‌ল-উরত্থনা অহক্কী মতম ওইরবা লাইনিংবা অমগী শক্তম লৌরগা, তাইবঙ মপোক্তা থোরক্কুনা কংলৈ পুঙমায়রোন্না কোল্লিবা লমগী মনূঙ চনবা,* নুংকেং প্যাংকী অরাং হারম পাংখিবা "লাইথোং, অয়ুঙথোং, ঈশিং নোংথি" কৌবা মচুনা লীক্লাগী মচুগুম্না লাইজ ঈভূঙবা থোংগু থোংলম তরেৎ, থোং কুন্দ্রাবু পোক্লফম মন্না ওইবা অসিগী ময়াদা শঙলেন অমা শাত্থনা লৈরগা, মৈদীঙঙ্ নিংথৌ অপাম্বনা কংলৈ

*নুংকেং পাংকী=নুংক্কেং পুখ্রিপী

য়েংবা চংপা মতম অহাণ্ডবা মতাঙ চাবা ঙাইহনা লৈরক্রে (অঙৈ-ঙিংথো অশীবা শাইগী থোরাঙ-থোশীন অনি চাইঅাগ্না থৈরাঙ অহুবু অমুক হন্না মাঙহনবা ঙমদনবগী-দমক্তনি )।

কংলৈ পিবাগ্না নোং কোরৌ অম্মা তাউজিং থৈরাঙ খৈনম্বা অতুম্বী অরক্ষা হৌথিবা থৌথোক কয়াগা লোয়ননা অরা চুংশি চুংওন্না কয়ানা থুমহৎলকপা ওইরহনা রাখল তৌহনা থৈরাম্বম্বী অরাবা রাখলবু ঈচীক লাংনা পোম্বারুগে হায়না অচীকপা মকুম থিরকপদগী কংলৈ পূঙমায়োম্ন্দা চঙদুনা চৎলম নূঙক্তন্দা লেপ্লগা— "মিতম পূঙবু" য়েংলতুনা ঈচীক লাংনা অরা পোম্বারা ওইহনা লৈ। চীক্ত-চাক্রক্রবা মতম অসিনদি অক্তে অতোপ্পা কন্না অমবু অমুক হন্না রাখল্লদুনা লৌনা শেংন-কায়নপ্রবী মশানৌবু খয়মু খল্লরোয়, কাঙথোক্লগে হায়রদি ঈঙম ঙম্বা কোবা লৈখিদরে। চহি কুমজা কুমওন চুংশাংলক্লবমু কাউথোক্লগে, খল্লরোয় হায়না খল্ল-খল্লুগা অহোয়-অহোয়নত্তম নিংথৌ অপাম্বী মম্মোয় চাকা-চুংদা নহাল মখে মতম কুইনগী লাঙদগী হৌনা চুহুনা থুথুনা লৈপ্রবী, অমুক হন্না চুংশি কাউঙল্লরোইদবী, শেংন-কায়নপ্রবী মশানৌ চুংশি থোয়জঙনা খোয়দাজরবী *মনেম-মচা মশালেথৌবু অংনা চংজীন কওলদুনা মথঙ মথঙ ওইনা ময়েক মচু লানা শেংনা হৌখিবা মাঙলমসংবী থোথোকশিং কয়ামুক্ত্গা লোয়ননা রাখলগী মীৎয়েঙনা মীৎয়েঙ মিতম লাক্না নীংশীংলক্লবদা হৌজিক থৌজিক্তা ওইনা হেক থোক্লবা মমগুম কোঙ কোঙশানা মাঙদ-লাঙ-মরুমা মথঙ মথঙ থঙথঙলনা কমাবু উরক্রে। মতম অসিদা শাবী সেম্নেং নিংথৌ মম্মাদি

* মনেম-মচা = মনেমপাক্লা পোকপী মচা (বুন্দী)।

উরমদবা কুয়াবু উস্লিল্লকপা, নীংশীংলমদবা কয়াম্নু হন্না হন্না ন্নোংশীংলক্লবদা অচীকপা কয়াগী মরক্তা ঈচীক ল্লাংহুনা লৈরব্রম্নু মদুনা মঙোন্দদি অচীকপা, অরা পোত্থানফম ওইহনবা অম্নত্তা শুমত্রে ; থোইনা হেন্না ওমচাক্লরবা ওল্লাঙ থা ওইখত্রে। পল্লেং যৌনা কায়রবা থম্মোয়গী অন্না হুংশি শেৎন মৈচাকথোল ক্লয়া-মুক্কা লোযননা অশুম অশুম হুংশি ঈনোৎ ঈহৌথোলবু হেক্তি-ল্লক্কুনা "মিতম পূঙ" হুদা অহুম মীৎকুপ্তনা য়েংলহুনা চাম্ম-চাম্মনা থুজীং ওই, ওন্না থোইনা খাঙবগুম থাঙমদনা চাক্লা খাঙলদুনা লৈরম্মী।

মবক অত্তুদা লাইনিংবা অহন্না নিংথৌ কোন্দা ল্লাক্কুন্না—"খোইয়ুম নোংদম্বা মপুন্সী মায়ম্নেক থাহুনা লৈকৎনবা হৈরাঙ অশেঙবা লৈরবদি অমত্তা পীনো" হায়না নিরমদা; চাইঞ্রান্না—"ঐনা নহান মখে হৈরাঙ অসিবু করম্বা মতমদা ম্লাঙহনগদগে হায়না কয়া রা-নদি থক্তবা অসিদা, মীংববু নীংজরবদি ঐগীম্নু নোংদম্বা লাইনা শংশঙ্নবা উবীরহুনা মত্তাঙ-মতুম চান্না ল্লাই-নিংবা অহন অসিনা লেঙবীরক্লপা অসিদি 'শমোক থিবগা, ন্নাই থিবগা' মপা চপ্পু মাম্নরেদনা। ঐগী ঈরায়বক্লসে ওন্নোক্লা কল্লে; মত্তাঙ অসিদা ঐম্নু পীথোক্লহোৎরগে" হায়না হরাউ-হরাউন্না মচীন্দা শেন্দুনা হৈরাঙ অত্তবু হেক্লদুনা পুথোরক্লগা, অহন ল্লাই-নিংবা অহুদা পীথোরক্লে। অাউজিং হৈরাঙ অত্তবু হেক্ক ফংরগা অহনম্ন অপনবা লৈতনা থুনা য়াঙ্গনা মক্লম অত্তুদগী থোরক্লুন্না মরাঙ্গ-য়ান্ন তম্না ল্লাক্লপদা, লৈপাক ন্নোংথো ভুবা উন্না থোঙ (চিন্নাই থোঙ) গী ময়াদা সেস্ক্রেং ন্নিংথৌ অপ্রাম্নগা উম্নরে।

লাইয়িংথৌ অশীবা লাইনা লাংওল্লিবা অহন অতুনা থূদক অতুমক্তদা হায়রকই ;— "ময়ুম তরেৎকী পিবা নত্তবরা ? কদোমদা চৎথোক্লু-ন্নিবনো ?"

লাইনিংবা অহনগী ন্না অতু ভারগা, নিংথৌ অপাম্বসু মকম ঈথঙ-থঙহৌদনা—"পুরুমজরি, অন্না খাঙফম থিবা ঈচীক লাংগ হায়দুনা কংলৈ পুঙমায়য়োম্বা থোকঙমজরুবনি ।"

অতুদা লাইনিংবা অহন্না—"ন্নাবদি হকনা মন্নারে, অতুবু অতুক মথাঙথো ; হাকনা মতম হুংশাংলক্কে" ন্না অসি হায়রম্লগা হেন্দো-ক্তুনা চৎখি । মতুদা সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বনা—"ন্না অসিবু করিব্বু ওইরিগদবা !" মথা ভানা হংজগে হায়না হন্না য়েংথোক্লুবা মতমদা, মফম অতুন্নাইদা অহন অতু উবা অতুম ফংখিদরে । থোইনতুম ঙকচানতুনা—"ঐবু তৌরিবা অসি করিনো ! ন্নাখলগী অন্নাবনা হকচাং শীন্না থুংনা কূপ্লতুনা, তাইবঙদা মঙলান-চানগুম তৌরেদা ! অসিবু ভাইবঙলা করিনো ! মঙলাল-লা ? ঐবু তুম্বা-মক্তি নত্তেনা চৎলিবনি । কংলৈ পুঙমযয়োম্বগী ঈযুম ঈরাল-য়ায় তম্না হল্লকপনি; করি পাউতাক-পাউজেল ওইরিগবা ! ঐগী ন্নাখল ঙকলেদা !" হায়তুনা চিংলবা, অন্নাবা, অফীংবা কয়ামুক্তা মতম অমত্তদা পুল্লপ্না পুল্লরবা ওইরতুনা ন্নাখল পল্লেপফম থঙদনা মরাল-য়ায়দা থুংলরে । থুংলবগা পোথাদে ; ঈমুঙলোমদসু চঙখিদনা, হান্না ভাউজিং নাক্তা চঙদুনা য়েংলবা মতমদদি 'হৈনম্বা তাউজিং' উবা ফংদরে । মফম অতুদগী হেন্না অন্নাবা, অশাওবা, অফীংবা মৈগা লোয়ননা চাইথ্রাদা থোনফম কল্লপ্না কৌতুনা হংলকই ;—"ঈবেম্মা ! তাউজিং অমত্তং ওম্মোক্লা ভাঙনা ভরক-ভরক্ক পানজবা অতুবু কমানা হেকথরে ?

ঙীঃ করিনোনে খারিবা শম্বল অমিস্ন লোইনা খুদেক্লন্নেনা !”

চাইথ্রানা খুল্লকই ;—করিনো ঈবুঙো, অম্ভুক য়াম্না পুক্নীং ছুংঙাইতবা, অরাবা অশাওবগা লোয়নহুনা তৌবীরিবা মতৌ মওঙ্‌ অসিদবু মনাই কনানা পাউদমজবা ঙম্লগদগে ? লৈপাক ময়ুম তরেৎ পুবনা চৎলম, রাঙাঙ-রাহং অম্সুম তৌগ্ৰগা, মথাদা লৈবা কনানা লৈংম-পানঙম্বা, পাউহং-পাউখুম্বা পী-ঙম্জগদগে ?”

“চুমমি—ঈবেম্মা; ঐ রাঙাঙ খোনকম খরা ঙনগ্ৰবোইনা, নঙনা ঐবু ঙসিগী হুমিত্তা ঐগী চৎলম, রাঙাঙ অশোয়ববু চুমথোকপিহুনা খঙহনবা অসিদি করিনা নঙগী শিংঙমত্রবা লমনবু ঐনা শিংগনি ? নঙগী পাউত্তাক্কী লমনবু ঙসি ঐনা তোলশিলবা হোরে ছুংশিদা ঈবেম্ম ! ঐ ময়ুম তরেৎকী লুচিং পিবানি হায়বা খঙখিদরে—রাখম্না থুঙ্কৎখিহুনা। ঙসি নঙগী পাউত্তাক্কী লমন সনানা, লুপানা শিংহুনস্নু ঈপুক পেনবা ঙম্নয়োয়দবা লমননি। ঈশানো ! নঙগী চৎলম লুতীন অসিনা য়ুমথোঙ-য়ুমথোঙ খুদীংদা শোন্নহোঙ্কনা ময়ুম অরা পোৎথা-নবা ওইরসহু । কংলৈ পুঙমায়য়োল লৈপাক অসিদা লেঙদ-মুৎলরোইদোবা ময়ুম-ময়ুমদা থাজবা, তান-ফংজবা ওইন্নুকো।” “কদায়, হৈরাঙ পাম্বী অমা হৌবা অসি মহৈ অমতং তরক-তরক্না য়ান্দুনা কোরো হুমিৎ খুদীংগী কদায়দা, করিদা শোয়লাকখিগত্রা হায়দুনা চেৎনা শম্বল থারগা মহাক্তবু য়েংহুনা লৈবনি। অহুবু ঙসিদি মদুম্নু পানদে ; মায়ু খারম্বা শম্বনস্নু থুদেক্কুনা লৈ। মসিবু কনানা হেক্তাক-লাকথোকহৎবনো ? ইম্নাইরেম ! মঙবু তাহৌখঙহৌত্রবরা ?”

"তাউজিং হৈরাঙ অহুদি ঈবুঙোনা মপুদা কৎননবা য়াম্না লুনা থম্বা ওইরমানে হায়না ননাইনা রাখল্লুবদগী, পুন্সি মতম শুংশাংলবা অহন অমনা মপুগী মায়োক থা-নবা হৈরাঙ অশেঙবা লৈরবদি হৈরাঙ অমতা পীনৌ হায়না তাকপীহুনা, হৈরাঙ অশেঙবা হায়বদি তাউজিং মপান্দা পানবা অনিদি অশেঙবা হৈরাঙনি। হৈরাঙ অসিবু য়াম্না লুনা অশুক নীংথীনা থম্লগা, মপুগী মফমদা করম্না কৎহৌদনা অরেম্বদা মাঙহনবা পামজরুদবনা, ননাইগী ঈথূৎ-মক্না ফংনা হৈরাঙ মাবু হেকচহুনা, ঈবুঙোগী নীংবা থিবীক থুংনবা মপুদা কৎনবা পীথোকচখিবনি।"

"সুংঙাইরেদা ঈবেম্মা! পুক্নীং রাখল চাউই হৈ; পাউখুম শৈরেং-শৈদা ওম্লোক্না ফজনস্থু খুমমিদা! মপুগী মায়োক থা-নবা হায়বা অসিদা ঐ রা মথা অমুক তাররোয়! মপুগী থৌগল হৈ-শিংবী! লাইনিং পরে চেৎনা শোয়দ-ঙামদনবা নীংবীয়ুকো; মতুঙ মতম মরাকখিগনি—নোংমদি" হায়দুনা মপুগী মফমদা কৎনবা পীখি হায়না পাউখুম্বনা, নিংথৌ অপাম্বনা, চাইশ্রাবু করিস্থু তৌবা য়াদ্রহুনা, হান্নগা মপুক্নীং রারম্বগী মথক্তা হেন্ন থোকনহুম অরা মৈশা লংনা মথোয় হাপতুনা থোইদোক্না অরাবগী ঙমখৈ লৈখিদরে; অহুম তুমিন্না খাঙদুনা মপুগী থৌজাল নোংদম ঙাইহুনা লৈখি।

## পাউজেল পাউতাক

লাইনিংবা শাবা অশীবা লাইনা তাউজিং হৈরাঙ অহুবু মফম চাবদা য়াম্না চেকসম্না থম্মীনে। মৈদীঙগু, কংলৈ শিবান্না মশানৌ সনালেম্বী মগুং-লাংগী মথক্তা থোইদোক্ন-মক অরা পোম্মাকম

খণ্ডদনা মতম খুদীং কাউদ্রনা য়ীংকুপ খুদীং খাঙদা শংশঙনা উ, কায়না মৈশা লাংছুনা থাঙ ঙম্মদনা মুকুম মুকুম শোন্দুনা লৈরক্কবদা অসিবু মশানৌ হুংওনবী সনালেম্বীনা উজবদা, মবুঙেঙাগী খোম-লেল মঙলান-চান্দা লাক্কুনা হায়জরে—

"তাইবঙ ময়ুম ভরেংকী
লুচিং পিবা ওইবা-ও!
নশানৌ সনালেম্বী ঐগী মরমগী-দমক
য়াখলগী চাংজো লাম্বা ফংঙমদনা
মপুগী পায়মা পুক্কীংবু
হকনা য়াবীবত্থ্ তৌরম্থ্।
ঐনা মকম'সিদা লৈরবদি
তাইবঙ লাংওন ফাঙবা
খরা য়ানা খোকদোরে হায়রুনো,
নশানৌবা সনা খোগল খাদোক্লমত্থনা
মফম অসিদগী চংচরবনি,
হাকবা মতম হুংশাংলরোয়;
সোইদায় থাবুমংমা ফারগা
তাইবঙ অক্তা থিরজত্থুনা
য়ুমাওগী পাউজেল য়াক্লদি
অরাবা য়াখল থাদোকপীরো।
অদু নত্রবদি ময়াওত্থু
তাইবঙ লাংওন ফাওঙমদবা তারে,
মপুনা য়ামথখিরা উজরগা।

হুন্দক্তি মনাওগী অয়োয়বা,
মপোক লাংওন ওইজরগে,
মতুঙ-অমুক হন্না তৌজররোয়;
ঐনা তাইবঙ মপোক্তা থোকলগা
মপু নাকতা লৈজহনা
সনা থৌগল তৌজরনি।”

মশাবী মৈদীঙঙু সেম্রেং নিংথৌ অপাম্বসু মিকপ হেক থোরক্তুনা থম্মোয় শোক্লা—“ঐগী সনালেম্বী ! লাক্লবরা ?” হায়না লাউরকই।

মীকৌ অহু তাবদা, চাইশ্রানা—“নয়াথং তাকপীসি—ননাও লৈজে” হায়না পাউখুমহনা থুনমক চঙশীঞ্জরকই।

“ওথোকপনিদা ঈবেম্মা ! থোমলেল মঙলান-চান্দা কঙনা ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিরমমী ; মঙলান অহুদা নঙবু চৎখিগহু কৌবনি। অহুদা তাইবঙ মপান কাওনা খোল থোকপ্রমানে, মরম থোই-দোকপা লৈতে” হায়না পাউথুম পীদুনা লৈনখি।

লাই শিদবনা লাংওল্লিবা লাইনিংবা অহন শাবনা তাউজিং হৈরাঙগী মশক ওইহনা লৈরিবা অসিবু তাইবঙ লাংওন হনগদবগী থ-মকপা অসি কোরৌ শীংবুম থূদীংগী চাগে চাগে হায়না তৌবদা, (অকাও পরৈদা চনবা ওইহনা) নোংমা “থাঙ লৈরগা হৈ লৈতা, হৈ লৈরগনা থাঙ হেক লৈতা” তৌহনা লৈরকপা নোংমা নোংমগী থঙহোদে। অওম অওম হোজনখিরকপনা লোইনাম থাবুন অমা জায়ক্লে। তাইবঙ কাওগদোবা মমুঙ-মতম ওইরহনা মতুঙ নোংমা

কোনবদা হৈরাঙ মানা তাইবঙ শক্তম ওইন', ল'ইনিংবা শাবা অহন অতুনা চৎথোকখ্রিঙৈ মতমদা ঈমুঙ মনূঙ অকোয়বা রাইশীৎ-রাইশেং তৌতুনা শেংদোক-থোৎতোক্লগা, তৌবা য়াবা মথৌ তৌরম্লগা, অমুক তাউজিং হৈরাংঙ ওইনা হঞ্জন্দুনা লৈখি। অস্থুম তৌতুনা তাইবঙ মপোক অমুক ওই, মা লৈরগনা হেক হৈরাঙ অমুক ওইতুনা লৈরকপা অসি হোজ মরী-মঙারক হন্না শুজল্লক্লে। অশীবা লাই লাইনিংবা অহন শাবনা (চথোকখ্রিঙৈ মতমদা তাউজিং হৈরাঙ অতুনা তাইবঙ অমুক ওইরগা রাইশীৎ-রাইশেংতুনা হেক হেক তৌরমমিবা মতৌ অতুবু) হঞ্জল্লকপদা ঈমুঙ-মনূঙতু থুনাম নাঙৈ তাদনা য়াম্না ঙোখি-ঙৌয়ানা লূ-নান্না লৈরমমিবা অতুবু হেক হেক থেংনবদগী কোরৌ নোংমদি (লাইয়িংথৌ অশীবনা লাংওনবা লাইনিংবা অহন্না) মফম অমদা লুম্লগা লোন্না য়েংতুনা লৈ।

মী লৈত্রবা চীক্লবা মতম অতুদা থমলিবা তাউজিং হৈরাঙ অতুদগী তাইবঙ চতুরা অমা ওইনা থোরক্লগা মানা তৌগদৌবা মথৌ-শিং তৌরম্লগা চঙশীনখিতুনা হৈরাঙ ওইনা অমুক লৈখি। তৌরিবা মতৌ-মওঙ অসিবু খোইয়ুম অশীবা লাইনিংবা শাবনা খঙলদূনা "উমঃ হৌজিক্তি তাওজিং হৈরাঙ অসি মাগী মনূঙ মতম শুরদুনা ঐনা চৎথোখ্রিঙৈদা তাইবঙ ওইনা হেক হেক থোরক্লবনি। নিংথৌ অপাম্বা উনবা য়ারেদনা। মফম অসিদা অশুম থমতুনা লৈবা মতম নত্রে" হায়তুনা কংলৈ পিবা নিংথৌ অপাম্ববু উনগ-দবগী ঙাইতুনা লৈখি।

সুমিৎ অসিগী অহীং অসিদা কংলৈ পিবাগী খোমলেল মঙলান-

চান্দা ঈবেয়া সনালেনবীনা অমুকম্তু হন্না লাক্কুনা হায়জরে—

কংলৈ লুচিং পিবা মৈদীঙঙু ! :
ননাওনা নহান হায়জরম্বা, হুমিংতু
হৌজিক্তি লোইদাম থাবুম-'মা লালক্লবনিনা
তাইবঙ মপোক ওইনা ফাওজরেদো ।
খোইয়ুম নোংদম্বা মপা মপুনা
ননাইবু হৌজিক্তি অমুক হন্না
মাঙলোয়দবা মফমদা থম্বীরি শিন্নহনা ।
সনা শঙগায়গী অন্নাং কৌবরু
লাইজী পাংবা হারমদা লৈবা
অহনগী মতম ওইরবা লাইনিংবা
অহন অমনা পম্লৌ পল্লেম ওইনা
ননাইবু চেৎনা নাউয়োক নাউকোনবীহনা
মফম অহুদা হৌজিক্তি থম্বীরি ;
কোললোয় ঈমিংস্তু নৌনা তম্বীরক্লনি।
মফম অহুদা সনা খোঙলেঙবীরক্কুনা
ননাইবু খরা অমুক্তা লৌবীরো।"

মৈদীঙঙু কংলৈ পিবাস্থ ঈনুঙ ঙাল্লবা মতমদা অঙনবা অয়ুক ঙস্তাদগী হৌনা লাংগোই শগোল অমা তোংহনা মশানৌ সনলেম্বীনা মঙলান-চান্দা তাক্লম্বা, লৈরম্বা লমদম মায়কৈ অদোমদা চত্তুনা য়ুমথোঙ হাঙদনা খরায় থোঙগান থুদীংগী লাংগোই থান্ন-থান্নহনা কোয়না চংনা থিরক্লবদা, থেংনবা ঈফং ফংবা লৈখিদরে। মহুদা সেম্রেং নিংথৌ অপাম্বদি মপুরুীং থোইনা অন্নাবা ওইহনা ময়ুম

শঙলেল পাংনা হল্লকই . হুংকেং অপিখক রায়েল থাংচপ পুঙগী ময়াদা লাই শিদবনা লাংওনবা লাইনিংবা অহন শাবনা থোক্লগা ঙাইহুনা লৈরম্মী। অহুদা সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বনা হঙ্গল্লকপা মতম থোক্নুনা মফম অহুদা থেংনরে। অহুদা লাই শিদবনা হায়রকই;—"ময়ুম ভরেৎকী পিবাবু কদায়দা চৎলুরিবা, ঐস্থু উনজনিংহুনা লৈরম্লিবনি? ঙাইবদা ওন্থোক্লবু রাপ্রেনা; অহুবু য়ালৌ লম্ম-খাঙদি ওইরেদকো?"

মহুদা সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বনা শংত্রিক্লনা য়েংহুনা লৈরুরগা "মানি—করি নোংদম ওইরবনো, অহনগী মতম ওইরবা পুন্সি হুংশাংবীবনা হংবীরিববো নয়াথংবু তাকপীসি?"

"ঐগী ইমোম চনু অমতং লৈজে, কোল্লোয় মমিংস্থু থোল্দরি; মনুঙ মতমদি ওইশিল্লক্লে। ইমোম লাংলেলগী কোল্লোয় মমিংস্থু থোল্লগে; নফম-লাংদা শিন্নগে নীংদুনা নঙবু ঐনা ঙাইরম্লিবনি। অহুক ঈরাল-য়ায়দা লেঙলুসি, রাখল অরেম্বদা তৌহুনা রারুর-মানেদো। লমগী কাওরেন্দনা চীশাঙদবনি; নরম কাওরেল চীশাঙববু খঙবা ঙমদ্রিবা অহুনা করম্না ময়ুম ভরেৎকী লুচিং পিবা ওইরিবা? তাইবঙ পিবা ওইরগা, লুতুং শল্লাঙ উদ্রবদি, থৌথোক-থৌওঙ লাকপা থূদিংদা করম্না খঙবা ঙমগদৌবনো?"

অহনগী রাহু তাবদা সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বা ঈকায় হুংশি য়াম্লনা পাউখুল্লকই;—

"নহা রাখল থেনবনি;
রাখল শৈশক তমজদ্রিবা নঙনি;
লুতুংনা মাঙওয়ননা চৎলবা
থৌবু চৎলম তাকপীববু ওইবীগনি।

নখোঙ খুয়া থম্বাল শোকনা
চরৈ ফিগাও শানা নিজরি ।
ময়ুম শঙলেল ওইববু
লমদম কদায়দা ওইবীরবনো ?"

"ময়ুম পিবা লুচিংবা !
ঐদি নঙনা লৈবা মফমদা লৈ ।
নঙনা চৎলে মচৎলি ;
হুমলে অদুন্না মতুম্মী ।
ঐনা চাদে, নঙনা চায় ;
অম্মুম তৌনা লৈবনি ;
নপোৎ নরল লৌজরো ।"

অম্মুম হায়না তাকপবু, মৈদীঙগু কংলৈ পিবা নিংথৌ অপাম্বনা মঙলান-চান্দা হায়রম্বগা, অহন্না হায়রক্লীবা অসিগা রাখন্না চাংদম্মনা খম্মহুনা য়েংবদা য়ারহুনা, লাইনিংবা অহন শাবনা মাগী ময়ূম শঙলেল ওইবদা পুরক্কুনা ফম্বাল লাংহুনা লৈহনখি । মফম অদুবু "খোং অহুমগী লীতিনফম পুঙ" কৌই ।

"ময়ুম তরেৎকী পিবা ওইববু রাংলেল থরদঙ অরা পোখাবা ওইনা অতুক নায়েনা নাথুপ্তুনা লেঙশল্লু । ঐগী ইমোম লাংলেল ঈচাবু কৌথোক-লাকথোক্কবা তৌজখিগে" হায়হুনা সেম্রেং নিংথৌ অপাম্ববু ফম্বাল লাংহুনা ফমহল্লগা, অশীবা লাইনিংবা শাবনা তাউজিং হৈরাঙনা থম্বা মফমদা চঙশল্লক্কুনা ফাংখোঙ মরামক্তা খুবাক লাইকা শান্দুনা হায়, —"কোরৌ ঙসি হুমিত্তা
ইমোম লাংলেল ঈচাগী
কোল্লোয় মিংহুল ঊম্নগে

পম্মৌ নপা ঐহারা (হায়রম্নগা)।"
"ওঃ সন্দ্রেম্বী! থোরকলো,
নহুম পোনজেন শাবীগে,
লাই খূবাক থূবীগে,
থূবাক লাইকা শাবীগে
পোপ পোপ হু হুপ
হো—য়া য়া য়া, য়া।"

অমুন্না হায়না খূবাক অহুম্নক হন্না খূরগা সনা কোনজন, লুপা কোনজন লাংলে। মতুঙদা চাইরেল পুথম অমদা চেঙ মকূপ থরা হাপ্লগা তাউজিং হৈনম্বা নোংলূম শাববু মথক্তা খিল্লগা, অমুক হন্না সনা কোনয়ায়, লুপা কোনয়ায় চন্দূনা, মচীন অহুম্নক হন্না খোল থোক্না চূম্নহুনা থাগৌরক্লে। মতম অহুদা তাউজিং হৈর.ঙ ওইনা লাংওল্লম্বা অহুগী মনূঙদগী চাম্মা চাম্মরক হন্না কূদোংলবা অরওবা চোয়নৌ সনাগুম্নবী, মপোক অথোয় চঙথোল্লবী তাইবঙ পুন্নীং কয়াবু হুনা শুমহৎনবগী শক্তম ওইরবী, নোংথীরবী সনালেম্বী মশাদা মশামক ওইরবী মিতারবী মশকপু থোরক্লগা য়ুমগী ফুংগা লাইরুদা লেপ্তুনা লৈররে।

## অমুক হন্না তানফংবা

মতম কুইনা শাংনা কাম্নন্ত্রবী মশানৌ সনালেম্বীগী চেংলৌ শক্তম্বু হন্না উনজনীংবনা কয়ামুক খোরাংনা ঙাইরিবা মশাবী সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বনা হেক উখিব-মক্তদা, মতম কুইনা চেংলৌ শকথোঙ উখিন্দ্রবী মশানৌ তিল্লাং থোয়ক্তঙ খোয়দানা পামজরবী *মনেম মচা সানলেম্বীগী ভশেং-ভশেংলবা অচুম্বা চেংলৌ মায়থোঙ-লকাবু

* মনেম-মচা = মনেমপোক্না পোকচবী মচা (নিঙোল)।

শক-উরবদা—শরাক ফবা পান্বা কৈরেল অথৌবা, চরান্নরবা শারেল নোংশা নিংথৌনা য়ারৌ শজী, শঙাইশিং উরগা অরাক ভমনা চোংশিনখিরকপা মতৌ-মতামক হেক থোকপগুম অমদি লৌইবী চীঙলায়বক মতা ফবদা মচুম তারবা য়াংগোই শামু লাবনা শা-মান্নবা, লেংমান্নববু উরগা য়াথিন্নগে হায়দুনা চোংশিল্লকপগুম কনাবু উহৌনদে ; নোংথাং কুপ্পগুম মঙান্না মীৎকুপ্তা থুনা য়াঙসন্না (কনাবু তাক্লম-হায়রম্বা লৈতন্না) চঙশীল্লক্কুনা মশানৌ সনালেম্বীগী মথুজেংদা তাপ লাউনা চেৎনা পায়খিত্নুনা পোম্বীগা চেক্লাগা চীল্লোক-চীন্দী-ন্নত্নুনা হায়রকই ;—"ওস্তোকপনিদা ঈবেম্মা ! করি মতৌ-নওঙনি হায়বগে—ফাৎলম অসিবো ? নশাবী ঐবু অশুক অন্না-মৈশা লাংনা হীপফম-চাফম খঙদব-মখৈ হুংশি মৈচাক হাপ্তুনা মতম হুংশাংনা খাঙহন্দুনা থম-লম্মীদা ; অসিগুম্বা শায়োল-লাংওন অসিদি মতুঙ অমুক হন্না খুজীন থৌরাঙলগনু ঈবেম্মা। তাইবঙ পুম্নিনগা তেন্নরকপা ওইবগা, করম্না খাঙদুনা লৈবা ঙমগদগে ?"

অত্নুদা লাইনিংবা শাবা অহন্না হায়রকই ;—লাংলেল ঈচাগী কোল্লোয় মমিংবু নবুঙেঙা সেন্দ্রেংগী কোল্লোয় মতুঙ ইন্না লৌদুনা 'সন্দ্রেম্বী' হায়না কোরৌ ঙসি নোংদগী মিংগৌ-থাগৌনরসি। অত্নুগা ইমোম লাংলেল ঈচাগী শমু হকচাংনা লাংওন্দুনা ঙসি ওইরম্মী হায়বগী তাউজিং হৈরাঙ হৈনম্বা, হৈ মনম নাইবা অসিমুনা 'হৈম্পাং (হৈজাং)" হায়নসু কোল্লোয় মিংগৌ-থাগৌনত্নুনা 'খোইয়ুম থৌনি, ঈরাৎ পুরুম লৈপায়নবা' অয়াম্বদা য়াওদুনা শীংথা-নবা ওইরসনু।" "অত্নুগা নশাবী সেন্দ্রেং অপাম্বনা ইমোম লাংলেনগী মথুজেঙ্ পায়থ্রবনিনা অনীমাবু তাইরগে।" অম্মুন্না হায়দুনা চাইরেল পুখম অমদা হুপ

মতোন খরা হাপ্তুনা মথক্তা চেঙ মকূপ খরা চাইহনা থন্নগা তাইবী-রবদা, হায়রকই ;—"পারী ইমোম লাংলেল ঈবেম্মা ! নহাক্না লৈপাক অসিগী ইমু ফাৎলম শীন্নহৌরো। ঐ অশে ! নখোয়গী ফাৎলমগী-দমক্তা লাকপনি। ঐদি ! লমজা শমদোল লাংদোল অপানবা, লৌশিং লাংথাকপা' কৌবা ঐহাক্নী। নঙগীদমক নোংদম্না মপা-মপূনা ভেংবাঙনবা লৈপাক অসিগী-দমক্তা শিন্দম-শিন্তাক পিনবা থম্বনি।" "ঐ চৎলে" হায়না তাক্লম্লগা মফম অহুদা ঈখঙ খঙহৌদনা অহুম থূপখরে।

মতম অদূদা সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্ববদি খল্লুবদা থোইদোক্না নীংঙমহৌদনা সোল্লকই ; — "ন্না থরদঙ হংজহৌগদবস্মু হংহৌদরে, ওম্বোকইদা ! ঐনা তৌরিবা চৎলমসে তাকপীবা ঙম্বনা তাকপীরিবঁদা, অমুক হন্না পুহং-পাউহংজগে হায়বস্মু তৌহৌদ্রে ; মতুঙদদা রাখল লাকই। ঐ অসি ওম্বোক্না মন্না পোক্লম্বা হায়বদূ ওইরে" হায়না কয়ামুক নীংঙমহৌদনা তকশী সোল্লহনা লৈহৌই। মফম অহুদগী মশানৌ সনালেম্বাবু শামু খূজেঙ পালোইননা লাকমিন্নহনা ময়ুম শঙলেল তম্না চঙলক্লে।

লৈমাকোন্দা মচেম সমালেম্বী শারহনা লৈরিবী মনাও চাইশ্রানা মচেম সনালেম্বীগী তশেং-তশেংলবা, অচুম্বা চেংলৌ শক্তম্মু তশেং তশেংনা হেক উরক্লবা মতম অদূদদি খোমলেল মঙলাল-চানগী মতৌগুম ওম্বোক্না ঙক্না থোকখরে। মহুদা চাইশ্রাদি অনৌবা রাখল লম্বী লাম্বা ফংদনা—"ঙসিসিবু ঐবু করি ফত্ত-হুংদবা থোক্লগবা !!" হায়না মমীৎ মনা তথক-তথক্না থম্মোয় চেনগুম চেনগা-ননা ঈপা পাখৎল-হনা লৈরম্মী। মতম অদূদা মশাবী সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বনা

সনালেম্বী শারছুনা লৈরম্নীবী চাইশ্রাগী মশক মতৌ লিংজেল, কৈদা-দাক্তাশিংবু শক-উরক্লগা মতম কুইনগী মাঙদগী কয়ারক হন্না থম্মো-য়দা মৈ চূদুনা লৈরক্লবা, মাঙগী পেন্দবশিংনা থন্না লৈরক্লব। থৌদোক-শিংবু হন্না হন্না নীংশীংলহুনা মত্তম অসিদা চপ চাবা লম্মন শিংনীংবগী হুংঙাইতবা রাথল মৈচাক্লা থূম্মংলক্লহুনা অশাও থাম্বী মৈহৌনা মীৎলাং অনীমক্তা ঈখেঙ হৌরক, মীৎয়েঙ থানা য়েংলহুনা য়ারেল খোংফে চীক্লা অয়াকপা রাহৈ-খোনফম্না মীচৈ পীহুনা হায়রকই ;—"হায় ঈকায় থঙদবী! হুংঙাইরেদা ঙসিদি। হুরানবগী ভরানি, মপুগী নোংমা হায়বদূ—ঙসিদি মপূ ঐগী খয়াত্তা লেপ্পা তাররেদো; কদায়দদি চেনগনি, নঙনা ঐগী মাঙদগী? নঙগুম্বীনম্ব নচেম্ব মাঙ-হল্লগা চরৈ থূপচানরহুনা নচেম সনালেম্বী শারগা লৈমা-নিংথৌ-কোন্দম্ম নহাল মথৈ লৈরমহুনা (নঙনা) ঐবুম্ব পুন্সিবু থাবৈ-খারা শানা পজেঙ খুরৌ কয়া হন্না থাং, লৈয়েঙ খুরৌ চলহন্দুনা মতম অস্তুক হুংশাংনা অন্না পোথাফম থঙহন্দনা মৈশা কয়া হন্না হন্না লাংহনবা, মাঙ্‌ন-তাক্লবা তৌহুনা লঙজরকথিবগী লম্মন্দু শিংনবা মতাঙ অসি নঙবু ঐনা ঙাইরক্লীবনি। লৈরম্মুদো থঙগনি ঙসিদি য়াইবী থরায়দূ লোরগা ঐগী পেনবা গুইরগে" হায়দুনা চাইশ্রাবু মাঙননবা থূজীল-থৌরাঙলকই।

মশানৌ সনালেম্বীনা থৌরাঙ অদুবু উবদা মবুঙেঙা সেম্রেং নিংথৌ অপাম্বগী থূজেঙবু পায়রদুনা হায়জরকই ;—"করি মতৌনো ঈম্বুঙেঙা! ভৌবীরিবা থৌওঙ মতৌ অসিবু ময়ুম ভরেৎ পুবা কংলৈ পিবাগী মথৌ চৎলম হায়বাদো, অসি গুইবীরাবা? মরম অসিদা ঈনাওগী করি অকায়বা মরা লৈগ্রবগে? অমুক্তা থম্মরগা ভরা থোক্লা

ব্রাখল ভৌবীছনা মহুবু হান্নহুম খিবীখো ? লৈপাক্লী মযুম ভঙ্গেং পুবা পিবানা *চৎলম লুভীন কায়খিবনা নোংদক্লা মপুনা †করোঙ রায়েল থাবনি ! অবক অরম পুম্বা খৌশীনবগী অশোয়বা মরাক উহাক্তনি।”

মশামৌ সনালেম্বীগী রাফমম্বু ভারগা মবুঙেঙা সেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্বনা চাইশ্রাদা ওনশন্দুনা— “খোকখিবা খৌথোক মরমশিং অসিবু ভাইবঙ কনাগী থূজীল-খৌরাঙ-খৌশীন্নো ?” হায়না হংলকই।

মহুদা সনালেম্বীনা ওক্তুনা— “করিনো ঈবুঙেঙা হংবীগদবা মফমদদি হংবীদনা ? মতু শোল্লবা, অপঙবা মীশক য়েংহনা পাউহংবীবা অহুদি কমদৌনা অচুম্বা অশেঙবা মরমশিংবু থঙবা ঙম্মীগদগে ?” পাউখুম অসি তাবদা মনাও চাইশ্রানা মমা মচানা মাঙলমচত্তা নংত-মন্তবা কয়ামুক হন্না হন্না ভৌখিবা খৌরাঙ পুন্নমকশিং অদু লোইনা হায়দোরক্কদবোয় নীংলদুনা, মদুগী চিংনবনা অকী ভুজুংবগা লোয়ননা মশা পুম্বা চেঙ খৈবগুম ফিবম কায়না থক-থক নীক্রদুনা লৈবা ঙন্নক্তরে।

মহুদা নিংথৌ অপাম্বনা— “ঈবেম্মা সনালেম্বী ! কনানা থূজীন-খৌরাঙ খৌশীনখিবদগী অম্মুক খুদোং থীবা অরাবা কয়ামুক অসিবু খোকহল্লিবনো ? মীশক অদু হায়দোক্তুনা ঐঙোন্দা থু-মমক থঙ-হল্লো। অদু য়োনা ব্রাহনখিবগী মহাক্তু মতীক চানা, পেন্না লম্মন শিংলগে, অমুক্তা হায়মু ঈবেম্মা ?”

মহুদা সনালেম্বীনা (মশাবী নিংথৌ অপাম্বদা) পাউখুমজরকই;—

---

* চৎলম লুভীন=হোন-চৎনবী পথাপ (আইন)।

† করোঙ রায়েল থাবনি=ভৌখিবগী ফংফম খোকপা মতুঙ ইন্না থারক্লবীবনি।

"মরম পুন্নমক অসি কংলে মপু পিবানা থৌশীন-থৌরাঙবীবদগী থোকহনবীখিবা ঙহাক্তনি।"

"করম্না ঈবেম্মা? ঐনা করি অতোপ্পা ইরাল লঙজখিহ্নুনা?"

"কাউবীগনু ঈবুঙেঙা? ঈয়ুম ঈপাম শঙলেন্দা নোং কোরৌ অমতা তৎন-থা-নবা লৈতনা লৈমিন্নজবা ঈচীন-ঈনাওনা লাইজ ঈপাল লাংলুরগা ঈয়ুম থোঙগা তমজরকপা মতমদা, কংলৈ পিবানা লাংগোই শগোল অমা তোংহনা লেঙলক্লগা, লোনম রাহৈনা চীনগোয় রাহোদুনা পামেলগী উফে ফৈরা অমতদা পুন্না কায়দোঙ-মিন্নহনা লৈমিন্নজববু, ঐদি কংলৈ মপু পিবানি, *কনানা করোঙ খুৎকুমগদগে হায়না মপুগী পায়মা-হুংদা রাখলবীহনা কনাদম্মু হায়বীবা তাকপীবা তৌদনা নমথেক নমজা হাজা-নহ্নুনা ননাওবু ফাদুনা পুবী-খিবনা, ঈশানৌ কোল্দে তনৌবীনা মচেম ঐবু চাক্লা নোনা কায়নবগী অরা মৈশা লাংনা খাঙদুনা লৈহনবীখিবা মরম্না মপুগী সনা পুক্লীংবু মতম খরদঙ অদুক রাবীবনি। করি মরাল লৈজদ্রবী ঈনাওবু মপুনী ঙম্মী হায়দুনা অখাবা মীৎয়েঙগা লোয়ননা অকী-তুজুংনরবা রাহৈনা অশাবা মীচৈ পীবীহ্নুনা রায়েল নত্ত-কারন থাবীবা মরম অদুদদি তৌবীগনু।" হায়রম্লগা—"ঈচেমগী ঈবেম্মা ঈচেমগী নাক্তা চঙশীল্লকউ-লাউ; ঈচীন-ঈনাও চঙনা কোরৌ ঙসি হুমিত্তগী হোরহ্নুনা পুন্না মপুগী থৌগল কায়দনা ফংমিন্নগদবনি। ঈশানৌ নঙবু করি তৌরিবনো? তারা লুক্কোয় মথেল থোং-থাক্লবা থৌরাঙলুরসি-লাউ" হায়দুনা চীকোন নাউকোন্দুনা নাউরোই হৈবী পল্লেম মমাগুম শক্লা হুংশি থৌজ্ঞাল হৈবী মীৎয়েঙনা মীকৌ-মীরম ফজনা কোবীরহ্নুনা মনাও চাইথ্রাগী

* কনানা করোঙ খুৎকুমগদগে=কনানা লম্মন শিংবা ঙমগদগে।

মথূক্তেঙ পায়রগা মহৌশাগী মতৌগুম অমতা ওইবা রাখল পূকচেলগা লোয়ননা শঙগায় মনুঙদা চঙনিন্নখিগে হায়না থৌরাঙজরকই .

মতম অসিদা মশানৌ সনালেম্বীগী থোইদোক্ল-মক তমজ--নফমগী মশক কয়াবু হন্না হন্না ওইরিবী, মপুকচেল থোয়জেল লিংজেল, মতৌ চৎলম নীংথীজবা কয়াশিংবু উবদা, মশাবী মৈদীঙঙু পিবানা পেল্লহুনা নীংথীজবা য়াউরা মপাউনা হন্না হন্না থাগৎলদূনা পুকমেল-পাউমেল্লকই;— "ওম্বোকপনিদা, রাখল পূকচেল চাউরবী ঈবেম্মা! লাইজ ঈশিং ঈরেলগুম ঈঙ-তপ্পা চঙখোল্লিবী, তাইবঙ মীপুম কয়ানবু তমজনবগী মশক ওইরবী, ঐগী মীগীনি হায়বা অচাল-মারাই লৈতে, চঙবু চঙজররক্লবদি য়েক্ল-মরূপ খায়দনা কয়াবু হুংশি থৌজাল হৈবী মীৎয়েঙনা মতম পুম্বদা অমতা ওইনা চপ্‌ মান্নবা য়েংবারিবী। রাহৈ খোলফম মীকৌ-মীরম নীংথীবী, মীয়োক মীচাল ফজবী, চীকোন-নাউকোন হৈবী; নতৌ লিংজেল ফজরবীহুনা নফিজ্লেৎ-লৈতেং ওইনরিবী নঙগুম্বীদি অতাঙবীনি; নঙদি তাইবঙ পল্লেম মমা শকপীনি। ঐবু নঙনা কোরৌ ঙসি হুমিত্তগী হৌরহুনা হারম পুম্বদা হন্না হন্না খঙহল্লেদো। ঐগী অশাওবা ঈপূক রাখলম্বু পূমকোক কোকখিহুনা থম্মোয়সে পেনখরে ঈবেম্মা!" অসি হায়-রম্লগা মতম কুইনদগী লম্মন শিংনীংবগী মবূক রাখল শাউরম্বা পুন্নমক পূমকোক কোক্লদুনা, মপুক্লীং রাখল অনৌবা হুংঙাইরবা কয়ামুক্কা লোয়ননা মফম অদূদগী থোরকখি।

মচেম সনালেম্বীগা চাইশ্রাগা মচীন মনাও অনীমক্‌ মহৌশাগী মহৌশাগুম্না থোয়খা-লিনখা থা-নদনা তৎন-থানবা লৈতনা হেন্না হুংশি চান্নজবা চেৎলবা লীপুন্না মচেমদা মচেমগুম, মনাওদা মনাও

অমগুম অমত্তা ওইনা হুংশি চায়না লোয়ননা লৈমিন্নহন্না শঙগায় মনুঙদা ভারা লুকোয় মথেল থোং-থাকপা লাংমীন্নহন্না মশাখী নিংথৌ অপাম্বগী থৌগলবু কোরৌ নোংজা থুদীংগী ফংমিন্নবা য়াইফ-হুংঙাইনা লৈমিন্নহন্না পানখি।




মোইরবা

---

*** ময়াম্মুঙ (অঙোপাম্বা) কুপত্রেংনা থাকপা নিংথৌ চন্দ পুরিংলৈমসু পামহন্না "পুরিংলৈল (পুরৈরোম্বা" পোকই।

সেত্রেং মনিক নিংথৌ অপাম্বনা সনালৈম্বী (সত্রেখী)বু পামহন্না "মেনচি মনা লৈন্দ্রখোম্বা" পোকখি।

